# ꯑꯀꯟꯕ ꯁꯥꯐꯨꯒꯤ ꯏꯔꯩ

# অকনবা শাফূগী ইরৈ

যোদ্ধ ছী সনসম

"**AKANBA SHAPHUGEE IREI**" A Manipuri Novel by **Dr. Jodha C. Sanasam**. Published on the 13th August, 1981 by Singam Manglem, Wangkhei

অহানবা ফোঙবা : **শিঙাম মংলেম, বাংখৈ, আগস্ত ১৩, ১৯৮১ ইং। (থবান ১৩ নি পানবা)**

অনীশুবা খুৎনম : **যোদ্ধ ছী সনসম, সেপ্তেম্বর, ২০০৯ ইং।**

মমল : **লুপা ৯৫/-**

ফংফম থোকপা : **স্বত পুম্নমক অইবগীনি।**

কম্প্যুটর সেত্তিং (অনীশুবা খুৎনম) : **ইবেংবম বোমেশচন্দ্র সিংহ, বোমেশচন্দ্র কম্প্যুটর্স,** অরাং পোৎশংবম খুনৌ, পি ও মন্ত্রিপুখ্রি -৭৯৫০০২, মনিপুর

নম্ফম : **এম কুমার ওফসেট প্রেস, পাউনা বাজার, ইম্ফাল**

---

## অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং :

| সে.নং | লাইরিক্কী মমিং | লাইরিক্কী মখল | ফোঙবগী চহী |
|---|---|---|---|
| ১ | থাকলগী কুন্দো পরেং | (বারী মচা) | ১৯৮০ |
| ২ | অকনবা শাফুগী ইরৈ | (উপন্যাস) | ১৯৮১ |
| ৩ | কোযমাঙ মাঙবা খোঙ্গেল ইহুল | (শৈরেং) | ২০০২ |
| ৪ | লৈচীল নোংফাই | (শৈরেং) | ২০০৪ |
| ৫ | ঐগী ঈদা | (শৈরেং) | ২০০৭ |
| ৬ | ঙসীদি অশেংবা হায়দোক্লগে | (ঈশৈ এযেক) | ২০০৯ |
| ৭ | ইদ দ দি এন এ | (ইংলিসকী শৈরেং) | ২০০৯ |
| ৮ | মথৌ কনবা দি এন এ | (উপন্যাস) | ২০০৯ |

# অফোঙবগী কলমদগী

সনসম জেঃ ছীঃ না ইবা **"অকনবা শাফূগী ইবে"** হায়না থোনবা হৃপ্ত অসী শক ১৯৭৯ গী দিসেম্বর থাদা থেংনজকই। মবীক চুম্না লীববা ৱাবী অসী পাকব্বদা ঐগী থম্মোযদা হাযফম খঙদবা নুংঙাইবগী ইথক কযা লাকখি অমসুং লাইবিক ওইনা ফোঙদোকচনিংবগী চাউববা ইথিল অমা যৈশীল্লকখি। লাইবিক ওইনা ফোঙবগী খুদোংচাবা লৌজগে হাযজকব্বদা যাবিবকখিবা অমসুং নীংজকব্বা অসি মহে যাল্লকপা উজবা অসিনসু যাম্না থম্মোয পেনবা নীংবা থুংবা অমনি।

অইবা অসি হেঙ্গৎলক্লিবা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোলগী লৈচন অমনি হাযবদা থম্মোযদা চাউথোকচৈ।

অবোইবদা হাযজনীংবনা লাইবিক অসি অথুবা মতমগী মনূংদা পুথোক্লবা হোৎনবদা প্রুফনচিংবা কৃপ্না যেংশিনবা ঙমজহৌদে। অবান-অহুই কযা যাওববসু ঙাকপীগনি খঞ্জে। খুবৌ চেনবা কযা লৈদুনসু তেল্লবা মতম অসিগী মনূংদা পুথোক্লবা হেৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা সাবাহ ৱিমেন্স প্রিন্টিং প্রেসকী ঈচল-ঈচে ঈচীল-ঈনাওশিংবু হন্না হন্না থাগৎচবি।

ইম্ফাল,
থৱান নোংমা পানবা
১৯৮১

*সিঙ্গাম মংলেম*
ৱাংখৈ

পুৱাবীগী খুনীংথেক অমদা
নীংতম্বনা মমীং খংলদুনা
উনসি হায়না পাউজেল্লম্বদগী
পম্বুং অদু য়ৌনবা হোৎনবদা
থবায়না পোম্বা ওইগ্রবা
থবায়শিংদা

# অনীশুবা খূৎনমগী ৱারোল

অকনবা শাফূগী ইবৈ কৌবা ঐহাক্না ইজবা ৱাবী মপূম (উপন্যাস) অসি ইং কুমজা ১৯৮১ দা অহানবা খূৎনম পুথোকচখিবনি। চৎনলোনগী মতূং ইন্না খ্বাইগী মাঙদা ফোঙদোকচগদৌবদু তৌজখিদ্রে। ফোঙখিদ্রবনিনা মসিবু পাহৌবা মী ঈবৈমক লৈবল্লবোই খঞ্জবকপনি। মবম অসিদগী অনীশুবা খূৎনম অসি অমুক্কা পুথোকচবকপনি। ফোঙদোকখিদবগী মবমদি ৱাবী অসিদা লীচিং ওইনা যাওবিবা শক্তম মীথোকশিং অসি অশাউবা নহাবোল লালহৌবশিংগী মশক যেকপগী মওঙদা চৎথখিবদুননি। কনাগুম্বনা ফৈজেনবা ৱাখল পবীংদা চৎখিদুনা শেবান্নবা পাউ শন্দোক্লকপা যাই, সবকাবনা অথীংবা থমজিল্লকপা যাই, অদুগী মথক্তা লাইবিক অদু সবকাবগী মাযোক্তনি অমসুং নহাবোলবু ঈনশীন্নবগী মচাক যাওই'কা হাযবা অসিগুম্বা লৈখোম কযা তৈশীল্লকপা যায় হাযনা ইযাম্বা খবনা মতম চানা তাকপীখি। ঐহাকসু মতমদুদা সবকাবগী থবক তৌবা মী অমা ওইবিবনিনা সবকাবগী মাযকৈদগী অফা অপূনগী মওঙদা চৎথবক্লবদি ঐহাক্কী অফবা ওইবোই খন্দুনাখবা কিতক চাখি। মবম অদুনা ফোঙদোক্তবনা ফবে খন্দোক্তুনা অদুম থমখিবনি।

থাঙ্গৈশেংবদি ঐহাক কিবমক্তি কিখিদবনি। মবমদি ঐহাক্না ৱাবী অদু ইখিবগী থৌদৌ অদুদি য়াম্না শেংই, সবকাবগী মযোক্তসু নৎখিদে, নহাবোল লালহৌবগী মাযোক্তসু নৎখিদে, অনীসিগী মবক্তা অমবু লাল্লি, অমবু চুমই হাযনা খূদোম্বী থিন্দুনা তাক্লবা হোৎনবসু নৎখিদে। লাইবিক অদুগী অহৌবদা ঐহাক্কী ৱামাঙ যাজবা অসুদসু অদুম পঞ্জখি। অদুবু ইথক থোংবা অহলশিংগী ৱা তাবসু ফৈ খন্দুনা মখোযগী ৱা লৌজখি।

সাহিত্য হাযববু কবিনো ? থৱায অমগী নুংদা যৈবকখিবা পাউজেল অমবু হিংমিন্নবিবা থৱায অতৈগসু 'সুম শব্দক যামিন্ননীংবা ফাওবকপদগী, পাউজেল অদুবু খ্বাই অতৈদসু পাউদম্লকপখক্তনি। মীওঈবগী খুন্নাইনা চাওখৎলকপগী মতূং ইন্না, হৌজিক্তি অইবা লোন হাযবসি থোক্লকপদগীদি, পান্বৈ অসিনা, পাউজেল অদু মচা ওইগে ওইযু, অচৌবা ওইগে ওইযু, মযাম্না তাবীগে তাবীযু, তাবীবোই তোকউ, পাউদমজবিবশিং অসিনা অইবা ওইনা ইথোক্লকপনি। ইনিংলক্লিবা অসিসু, মখোযনা মখোযগী অকোযবদা উবক্লিবা থেংনবক্লিবশিং অদুনা মখোযদা মপাউখোল অমা পীবা হৌবক্লবদা অমসুং মখোযগী নুংগী তাইবঙদা শোকপা হৌবক্লবদা মদু ইথোক্লীংলকপনি, অদুগা অকোযবদা

লৈমিন্নবিবা থব্রায় অতৈদসু মপাউখোল অদু য়ৌহন্নীংলকপনি। মদুদনি অইবা থোক্লক্লিবা, সাহিত্য থোবক্লিবা। মবম অসিদগীনি হায়বা য়াই, 'সাহিত্যদি, অমবোমদা, অচুম্বা থিবনি।'

লালহৌ মতোল কন্না তমখৎলকখিবা মতমদুদগী হৌজিকফাওবদা চহী কযাদি শুবক্লে, কুম্মঙা-কুম্থু হেঞ্জিনখ্রে। হৌজিক হৌজিক ওইবক্লিবা মণিপুব অসদি অফবনি হায়বদুদি হাযনীংদ্রি, যেংবা যাবা যেংলক্লে, খাঙবা য়াবা খাঙলক্লে। সবকাবগী মনূংদা, প্রজাগী মৎ ন্না অমসুং অথৌবা কোক পানবা লুচিংবশিংগী মবক্তা থাপ্লা উবা মীৎযেং থম্বা ঙম্লা যাওবম্লবদি হৌজিক মণিপুবদা লৈবিবা মীওঙ্গী খূদীংমক্লা শিফম- নাফম- হিংফম খঙদনা হিংনবিবা অসি থোকহল্লমদবা যাবনি হাযবদা থোইদোক্লা পঙলান লানফম থোক্তে।

অযাম্বা মতমদা অইবশিংনদি খুন্নাইদা শীৎলকপা, থেংনবকপা নুংশিৎ, মৈশা, অব্রা- নুংঙাই মতম চানা চানা অচুম্বা শক্তম যেকথোক্লগা পুথোক্লবা হোৎনগনব্রা হাযনা লৌজে। মদুগী খন্ন-নৈনবা, খুন্নাইগী ওইবা লাঙ্গনাদুগী লাঙ্গযেঙনা, লাঙ্গনা অদুনা কা হেজিনখ্রবা মতমদত তপ্লা তপ্লা তৌদবা যাদবা অমগুম্মা লৌখৎনবকপাগুম তৌবা অসি মীওঙ্গবগী অমসুং খুন্নাইগী কোমথোক্কল্লবা, থাদোকপা ঙমজদ্রবা লীচৎ অমগুম উশিল্লক্লি।

হন্দক্কী খুৎনম অসিদা মফম খবদা অহেংবা মচা অমা অনী হাপচীঞ্জবে। মতাঙ অমমম হৌবকপা খূদিংগী মমীং অমমম থোঞ্জবে। হান্না ঐহাক্লা শীজিন্নজবম্বা মৈতৈলোনগী অনেম অবাঙগী বণানগী কাঙলোন অদু খবা কল্লপ কল্লপ চৎমনব্রা খঞ্জবদগী খ্বাইনা ইনবিবা কাঙলোন মতুং ইন্ননবা কন্না হোৎনজবে। অদুমকপূ লোন অসিগী অনেম অব্রাঙগী খোম্হোক্কী মতুং ইন্না মসুন্না ইফম থোকই হাযনা ঐহাক্লা কন্না থাজজখিবা মফম খবদদি ঈশাগী কাঙলোনগী মতূং ইন্না অদুম খমজবি।

অনীশুবা খূৎনম অসি নম্বদা অমসুং পু-োকপদা তৌফম থোকপা, চঙফম থোকপা খূদীংমক হ'যনবা, ঙাইনবা নাইদনা হবাও হবাও পূম্নমকপূ শোযদনবা শীনবীখিবা ওজা শ্রী কেশো সিংহ ইবেংব' অমসুং কম্প্যুটব সেত্তিং তৌবীবা ঈচা শ্রীইবেংবম বোমেশচন্দ্র সিংহবু হায়নাংঙাই নৈতনা থাগৎচবি।

লাইবিক অসিগী মখূমগী মশক-মযেক পুথোকপিবকপা নুংশিজববা ঈনাও ইংলিশ লোন্দা শৈবেং ইবা কবি ইবোহল (এলাইজ ববিকান্তা) ক্ষেত্রিমযুম, শিল্লোংদা লৈববুসু তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

অইবা

# ৱামাঙ য়াঙবা

ৰাজনীতিগী হীবমদদি ঐহাক "উদগী তাবমুক পঙই," হায়বদুমক হেক থোকই হায়বা য়াই। অদুবু সাধাবনগী মী অমনসু অদুম মখণ্ডই — কবিগুম্বা মতমদা তাইবঙ মালেমদা শীৎলকই অকনবা নোং নুংশিৎ, মীওইবগী আশাগী পামেল কয়া ফূক্তোকপা ওম্বা, অমসুং ফূজীল্লকই অকনবা শাফূগী শবৈ, পঞ্জাও কয়া নীংখায়হনবা ওম্বা। নোং-নুংশিৎ তোবৈ-ইবৈ কয়া অসীনা পোম্লহল্লি মীওঈবা কয়াগী নিংদোল কযাবু অমসুং চাকথেকহল্লি নীংবা কায়ববা, পল্লেপফম খণ্ডব্রবা থম্মোয কয্যাবু।

যেংলু তাকবদগী খঙলকই, অনৌবা অকনবা লালহৌ অমগী ঈবীক মচা মচা কযানা, ইঙেল থাদা মবূক চোল্লবা অমুবা নৈচিল মপৈ মপৈ অতিযাদা পৈশিল্লকপগুম, মণিপুবগী মালঙদসু কূংশীল্লক্লি।

বিভোল্যুশন হাযবা অসিবু কবিনো ? ইতিহাসতা থোকখিবা বিভোল্যুশনশিং অসিনা কয়া যাম্না কান্নবা তৌখিবা, মাঙ- তাক্লবনা কয়া যাম্না তৌখিবা হাযবা অদূদি ঐখোযনা মচা খায়না হাযব্বা ওম্বা নত্তে। বাজনিতিগী মীওঈশিংনা হেন্না মুন্না খঙনববা ঙাক্লি। ঐনা নুমিৎ কয়া চযোল কয়া চূপ্না লাইব্রেবীদা ফমদুনা নৈনজব্ববসু ঐখোয়গুম্বগী কোক্তা অনৌবা ৱাখল, অনৌবা মীৎযেঙ অমমুক থোকহল্লকপা ওম্বা হৌনদ্রে।

অদুবু ইনিংবগী ৱাখল অমা ফাওবকখি — বাজনীতিগী য্যাওন্দা ইতিহাসকা হাইফেৎ মবী লৈনবা মওঙদা — ৱাবী লাইবিক অমা, অশাওবা নহাবোলশিংগী চবিত্রনা মাঙদা থম।

অমবোমদা অমুক অমুক কিবকই নহাবোলশিংনা নৎত্রগা সবকাবনা কবি হাযবক্কদগে হাযনা।

অচুম্বমকনি, ৱাবী অসী শক ১৯৭৮ ইংদা কন্না হৌবকখিবা মণিপুবগী অশাউবা নহাবোলশিংগী লালহৌ অদুদা খবা মখৈদি তাংজবগা ইখিবনি। অদূগা শক ১৯৭৯ ইংগী দিছেম্বব থাদা ইবা লোইশিনখি।

অদূবু ৱাবী অসিগী থৌদোক থৌবাংনচিংবদি থাঙ্গৈশেংনা থোকখিবা

লালহৌ অদুগী মবী-মখোঙনচিংবা কন্না থিজিন্দুনা মান্ননবা নংত্রগা চাননবা ইখিবা নত্তে। চপ চানবমগনি হায়বসু থাজদে। চুম্নগী শাজিনবা ৱাখলগী ঈপাক্তা লূপ্পগা ইজখিবনি। কনাগুম্বা অমত্তগী পুক্নী ৱাবীবু অপান্ননা নত্তগা চাউবাক্লা কলমনা মচু শঙগে হোৎনবসু নৎচদে।

অদুগা শেংদোকচনিংবা অমনা ৱাবী অসিনা সবকাববু নত্রগা নহাবোলশিংবু লাল্লি চুমই থিন্দুনা তাকনবা হোৎনবসু নৎচদে।

অবোঙ্গবদা লাইবিক অসি ফোঙদোকপিবিবা ঐগী মরুপ সিঙ্গাম মংলেম, অমসুং ৱাবীখিবা পূম্নমকপু থাগৎচবি।

ইম্ফাল,

আগস্ত ১০, ১৯৮১ অইবা

অমা

# য়ং তর্কতগী চিফ মিনিষ্টর

মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টরগী বঙ্গলোনি। অযূক্নি, মী তিন্দ্রি। ফনা ফজনা চীক্লি। নুংদাংদদি যনা থেঙলবফাওবা ঈবাঙ লাঙই। পূল্লম্বা মীযাম চৎনখ্রবফাওবদা মযাম্মা চাইখাইবম্বগী পোৎ-চৈ চৌকি-নুংগি লোইশিন-খমজীনবদা।

অযূক শুন্তা অসিদদি মী লাক্লদ্রিবনিনা উন ব্রাইমুক চীক্লি। অঙাঙহলনা মহৌশাগুম শগোল তোংদুনা অযূক্কী হকচাঙ শাজেল তৌবা থোক্কদবগী শেম শাবি। খোঙগ্রাও অঙৌবদু উপশিল্লি। অঙৌবা ফি খোঙউপ তোংশিল্লি। মবক মবক্তা নুমিদাংব্রাইবমদা বেদমিস্তন শান্নবদা লীৎপা খূদাঙ ককপী অঙৌবা ফীবোঙগী মোজা ফুবীৎতুসু লীৎশীল্লি।

নৈবাক্কী খ্বাইদগী চাউবা ফম পাযদুনসু অঙাঙহলনা অযূক যাহৌদ্রিঙৈদা বেড তি অমুক্তা ঙাইবা তৌবক্ত্রি। মীনায-মীশেন হৌগৎত্রিঙৈদা যাহৌবা নুংতিগী মানা ঈহান হাল্লি।

মাহাক্কী তালোয় লৈমতোম্বীদি হৌজিকফাওবা উইবোল উইবোল তৌবি। তূম্বোই তূমদবোই, মপূবোইবনা ফি-বোল শেৎচীন খোৎচীনবদু অমুক তাবগুম তৌ, অমুক তূমথবগুম তৌ, তূমশীৎ মপূঙ ফানবা কল্লা হোৎনবগুম তৌবি।

অঙাঙহলনা মফি শেৎনা শেৎনা লৈমতোম্বীবোমদা হাইফেৎ হাইফেৎ যেংলুবি। চহী নীফূ হেঙ্গৎলক্লবসু যেংবা নুংঙাইবি। কুচ পানবানিনা অমুবা মশাম্মা চাইখাইবগী মবক্তা উবিবা ঙকশম মপাগী অঙৌবা উশা অমসুং

কোমগোম্মা শেংলিবা ফনেক-ফীবানগী মখাদা খিন্দোবক্লিবা মওঙ ফজবা খুবোমগী কুচুদু য়েংবদা ফজবি।

মথন্তা খঞ্জবকই, "ঐগী লৈমতোম্বীসি ঐগীদমক্তা ফনা ৱাজবক্লবীনিকো। মামক লৈবমদ্রবদি ঐনা লৈবাক্কী মপূ ওইবসি ওইথোক্লম্লোইদবনিকো......।

"মমাঙ্গৈদা নিংথৌ-লৈমগী মতম ওইববদি মহাবাণিগী ফিজেৎ-লৈতেং কয়া শেংচববদি লৈবাক্কী মহাবাণিসি মশক্রে মতৌনে ফজে হায়না থগৎনবদা লোইখম নাইবম্লোইদবনিকো... .।"

তৌবদি হৌজিক্তি নকশীন্না য়েংলুববদি মীৎপান, খজাই নাকচিকাদি উনশাদু অখূইবা খবা লাকপা মহৌবক্রে। অদুবু নোংঙাল্লকপগী কা হেন্না ময়েক শেংদনা উবিবা শক্তম অদুদি যাম্না ফজবি নহা মাল্লি।

অমুক খল্লক্লি, "বঙ্গলো অসিদা লৈঙৈদগী ইবানীসু ঈশা ঈশাগী ৱাবী- ৱাতায শানবা মীৎকূপ অমত্তসু ফংখিদ্রে। তূন্নমদাইদা ঙাইহাক মানা হৌদোকচবকপা ৱাবীসু মপূং ফাদ্রিঙৈদা ঐনা তূ মথবনা মহাল্লি—।

"অঙাঙ অহুমগী ৱাফম থৌবাংসিসু ঐ যাওকবা শুকঙম ঙমদ্রবনিদো। হোয, লৈমতোম্বীসু বীঃ এঃ লোইদুনা এলঃ এলঃ বিঃ তম্বা খবা হৌরুববনি। মানা শীল্লিবসিদা অদুম ফবমগনি খন্দোকপা তাবনি। কবস্নু তৌবমগদৌনো অঙাঙশিংদুবো ? লৈমতোম্বীনা নোংমা, 'অঙাঙশিংগী চিঠিশিংসিসু খবা-খবা মপাবিযু।' হায়না পুথোবকপদুসু ৱাখল অকবা অমা খল্লিঙৈ তাঞ্জা ওইকদনা শাউনিংদুনা চৈকবদগী নোংমতসু মচাশিংগী ৱা ঐগী নাকোংসিদা তন্নকখিদ্রে ।

"থায়নগী নিংথৌশিংদূবু ঐনা হৌজিক চিল্লিবা অসুম্না চিল্লিগদ্রা? লৈবাক্কী মপূনে'না হৌজিক ঐনা ওইবি'সিগী মহূত্তা থায়নগী নিংথৌ ওইনা পাঞ্জবম্লবদি হৌজিক নুংঙাইবি'সিগী শকক চামা চামা হেন্না নুংঙাইবমগদবনিকো। মতম মতমগী হাযবদুনি। ফন ফৎত্রবসু লৈবাক মপূ হাযবা অদুদি ওইবিদনা। লৈমতোম্বী লৌবমদ্রবদি, ঐনা বাজনীতিদা ফনা

থরায় য়াওদুনসু খোঙবান চেনবা নত্রগা মরা লৌবিদ্রবা এমঃ এলঃ এঃ অমা ওইবদগী হেল্লেন্নোইদবনি।”

খন্না খন্না মাগী তালোযনা অরা-অনা ঙাইহাক কাউথোক্লুনা তুমখুন হুল্লিবদু য়েংলকই। মথক্ত মোমোন তৌজে। তুম্ফম কাদগী থোক্লক্লুনা য়ুমগী মমাঙগী থোঙজাও তম্না ফল্লাঙ অনীগী মবক্লুদা তপ্না তপ্না থোক্লকই।

কার্পেত মথক্লুদা ফি খোঙউপ উপ্লগী খোঙথাঙ মখোলদু কবিমক্ত হৌদে। সিত্তিং হোলগী খজিক্তং হাংদোক্লিবা থোঙজাওদুদা মঙক লীংশীন্দুনা য়েংলকই। ঙবাঙ নুংদাং মীয়াম ফন্নম্নগী চাইখাই-খোংকায়বদু ঈবোঙ্গ লোইশিল্লমদ্রি। ছিলিংগী চান্দেলিয়ব, ট্যুব লাইটশিং অমসুং ফল্লাঙগী দিম লাইটশিংসু অমক্ত মূৎথৎলমদ্রি।

মাগী অশোঙবা পীশূমদু শূক্কোক্লুনা খল্লকই, “অঙাঙশিংসি হন্দক মবক মথৌ অমক্ত নীঙথীনা পাঙথোক্ক্রে। যাম্না কোমথোবক্লে। অহানবগী চহীদুমদি অচীৎ অকোম অমক্ত লৈবমদবনি। চহী অনীমুকসিদি মফম-মবাঙ জ্ঞান তাদ্রে। হুবেল বহাদুবদা হায়গে খনবসি থবক চিনখিবদগী অদুম কাউখ্রগদবনি ।

“মাগী চন্দ্রকান্ত হাযবা অঙাঙদু লৈবিঙৈদদি হাযনবা শূক্লায নাইবমদবনি। মশক্লে, মতৌনে, লমচৎ ব্যবাহাবনে– মচীন মখানা নুংশিবিবা—নোকমি নোকমিদ হেক তৌবদনা— ঙাঙথোক শক্কোবকপদা হেক বাশি লৈবদনা । লাইবিকসু বীঃ এসছী ফাওবদি তমজখ্রবনি। অদুক পীক্লঙৈদগী লৈমিন্নবকপদুনা কবি পেন্দবা লৈবদুনা-হোয-মাই শূকহায় হাযবমদনা কদাযদবু চৎখ্রবা। মানা দিল্লিদা এমঃ এসছীঃ তমজগে, আইঃ এঃ এসঃ ত্রাই তৌজগে হাযবম্বদু ঐখোযনা চহী অমা-অনীদং ঙাইখো হাযবদুদা মথ্বায নুংঙাইখিদবা ওইবম্বা তাই।

“শৌগৎপিববদি মী ওইগদবা অঙাঙনিসে। পীক্লিঙৈদগী ইবোহলবুদি মানা হেন্দুনত লাকপনি। ইবোহলবু প্রাইভেত ট্যুতব ও কলি [illegible] ঙদুনা হোৎনবদু চন্দ্রকান্তদগী হেনবা সুকঙম ঙমখিদ্রবনি।”

“ইবোহল হাযবা অঙাঙসিমসু পক্লিঙৈদ [illegible] না। এমঃ বিঃ

বিঃ এসঃ তন্নিবনি হায়দুনা চহী তব্বক ফাজিনম্রে, হৌজিকপু মখোয়গী থর্দ ত্রাইমেন্তব হায়ব্রা সিমেন্তব হায়ব্রা অদুত মঙায়বি হায। মানা চন্দ্রকান্তগুম্না ফবন্নবদি মপা ঐ ফনা য়াম্না মচাগী চাউথোকচবা হায়'দু ওইবমগদবনি। অদুবু চন্দ্রকান্ত হায়'দুবু মখোয়গী কবি'অয়ে 'কংলৈপাক্কী বিভোল্যুশনবি ওর্গেনাইজেশন' হাযব্রা কবিনো ... অদুদা যাওশ্রে হায়'সীবু চুম্বজাৎলনে?"

কাজাউ অদুদা চঙদুনা চান্দেলিযব, ট্যুব লাইত, ফক্লাঙগী দিম লাইত পূম্নমক মশানা অমমম ওইনা মুৎথৎলমই।

থোক্লক্তুনা মপানগী ব্রেইটীং লোঞ্জ অদু অমুক য়েংলকই। লীগী চৌকিশিংদু ঈচায চাইবি। ক্যুশন খবসু নৈবাক্তা ঈচায-চাইখাইবি। মশানা অদুম লোইশিল্লমসিবা খল্লকই। অদুবু কান্নদ্রে খল্লক্লে।

"হুবেন্দি বাহাদুবদা অকনবা ৱা খবা শীজীন্নদবা যাদ্রে, কাউবা যাদে।" মথন্ত অমুক নীংশীংজবকই।

অমুক খল্লকই, "ঐসু হন্দক মবক্তি অসিগুম্বসি যেংশিনবা শূকঙম হেক ঙমখিদ্রে। ছাত্রশিংগী স্ত্রাইক হাযবনে, ওজাশিংগী স্ত্রাইক হাযবনে- ডাক্তবগী, ইঞ্জিনিযবগী, দ্রাইভবগী থানা, পুলিস ওফিসাবফাওবা যাওনা স্ত্রাইক তৌশিল্লক্লবা. .।

"তৌববুদি ঐখোযসু ছাত্র ওইবিঙৈদা, ওজা ওইবফাওবদা, বাজনীতি য়াওদুনা স্ত্রাইক কযা তৌবক্লবনি। মাগী মাহাত্মা গান্ধি হাযবা খূদৈ শেৎপা ঙবোং ইনবা খুবাদুনা অহিংসা অন্দলন হৌদোক্লম্বদগী হৌজিক্তি গান্ধি মচা ওম্ভোক্লা যাম্না থোবক্লে । ফৎখিদ্রবা ভাইবস অমা পুথোক্লমদুনা শন্দোক্নবা লায়না অমনা শন্দোবক্লে। পোলিতিকেল ইপিদেমিক হায়বদু থোক্লবনিসে ! তোপিক অসিদা ব্রোদকান্ত অমতংবু তৌসিবা ?

"তাইবঙ মীগী চান থক্লবা চেং হৱাই, থুম থাউ হাযবসিসু অঙকপা পোৎচঙ অমনি। ঙাইখোনে পোৎ চৈ তাঙবা হায়বসিবু কবম্না সোলভ তৌগদৌবিবা ? 'চেম্বব ওফ কম্মর্স' হাযবসিনা মখোয়না তৌনিংবত তৌশ্রবনি। পৈশাদি পেক পেক্তুনা খোমজিনম্রে — অদুগা ঐখোয়গী শককসু অমুক মথুংলক্লিবা। ৱাখলদি ফনা চুম্না খঞ্জববসু চীন-খুৎ-খোঙ মখোযনা

লোইনা পুনশিনখ্রে।

"হৈখ্রেদা মখোয়ময়াঙ হায়বা জাৎশিংসে ! মখোয়না থেম্বদা মৈতৈ, হাও, পাঙল অমত্ত তেদবা যাওদে। অদুগা ঐখোয়' মৈতৈশিংনা মবোল অমা পঙলিবা। ঐখোয়সু ময়াঙগুম্না মী থেম্বা হৈবল্লবদবু মণিপুবগী ললোল-ঈতিক ঐখোয় মৈতৈশিংগী মখুত্তা লোইনা লৈবমগদবনি।

"ঐসু নহা ওইবিঙৈ খুর্জি পায়দ্রিঙৈদদি ফনা ঈ কাগল্লম্বনি। 'যং তর্ক' হায়বা মিংথোল অমা লৈজবম্বনি। অদুবু থৌনা পূম্বা মাঙখ্রে। এমঃ এলঃ এঃ, মন্ত্রি ফানবা হোৎনবদা। ওম্ফোকপা জুব্রাবনি বাজনীতি হায়বিবা নঙ অসিসু। হিংলগা লোইবে। মব্রা চৎপা ইঞ্জিনিযব, পুলিস ওফিসব, এমঃ ছীঃ এসঃ ওফিসবশিংগী ত্রান্সফব প্রোমোশন্দা মঙক কনবা সেক্রেতবি, মন্ত্রি মকোক মমৈ ওন্নবমখৈ ওম্ফাক ওনশীল।

"অদুবু অসি তৌদ্রবসু ঐ চিফ মিনিষ্টব ওইবা যাবোইদৌবি। বাজনীতিগী সুইছাইড হায়বদু ওইগদৌবি। হে ঈশ্বব ! অব্রাবনি কলিগী নিংথৌ ওইবা !"

মমাঙগী থোঙজাও হাংদোকই। ব্রাখল ঈবাক্লবকই "এ ! কবিনো ঙসীদি কুইনা নীংশীংলুদ্রবা ঈশ্বব নীংশীংলকইবসিনা ? ঈশ্ববগী খুযা তানখিবনবু অঙীংবা ফংবা হায়বদু ওইদৌবিমান্নে......।

"কবিনো ঐনা তৌ'দৌবা ? ঐনা তৌগে খল্লম্বা অমত্তসু পাঙথোকপা ঙমদ্রি। ঐনা লৈবাক্কী মপূনি হায়দুনা কবিবু তৌগ্রবগে ? মফৈদা ফুজীল্লকপা কান্নদবা থবক্তা থব্রায লুপ্লি। নুংঙাইফম লৈপোৎ নত্তে মীওঈ' পুন্সিদা। হৌজিক হৌজিক্কী ফীভমসিদা পেম্ফোকপা নত্তনা।

"লৈমতোম্বীনা মুমতাজ, ঐনা সাহজাহান্নি হায়ব'সু, সাহিত্য সঙ্গিত হায়বদুদি ঐগা ওম্ফোক্লা পক্লখিদ্রপোৎনিদো। আমেবিকাগী প্রেসিদেনস্টনি হায়ববসু কোক চীক্নদবা লৈবে। বসিয়াগী প্রেমিয়বনি হায়বসু শিফম নাফম খঙদনা মবোঈশিল্লি। গ্রীছকী ওনাসিসনি হায়বসু দাইবেতিস, ব্লদ প্রেসবনা চাফম-থকফম খঙদনা হাৎকদবা লৈবে। হীমালযগী মুনিনি হায়বসু অঙীংবা উন মবক্কুদা ফৈজোম থোক্লগা গঙ্গা চিংদুনা লৈবা— ইস !

ঐনা হৈনবা নত্তে। কবিনো পৃথিবীদা ঐগী অপাম্বা ঈফম্বু লৈশিল্লক্কে ' শিবনা আত্মা শান্তিনি হায়বদু অচুম্বা ওইবা তাই। অদুবু শিবমক্তি শিনিংদ্রি।”

চুবি মথঙ মথঙ কুমথবকই। কম্পাউণ্ডগী কাচিন্দা হৌবিবা শিঙ্গাবৈ উবকই। অযুক অঙন্নদুদা লীক্লানা লংখৎলবা নাপীগী লম্পাক্কুদা শিঙ্গাবৈনা পাক্লা ঈচাঙ্গি চাইবি। লৈনাগী অঙৌবনা মপুঙ ওইবা মবক্কুদা লৈখোক্কী ঙাংতক ঙাংতক তৌবা মচনা হৎপা অদু ওম্থোক্লা ফজে। অযুক্কী অঈংবা অথোৎপা মালঙনা তূখে সৈনা তপ্না তপ্না লিবি লিবি শীৎলকই। মবুক্লীং নুংশিবকই।

মীৎযেঙদু ইংখোলগী অকোযবদা মথঙ মথঙ থন্নকই, লফূবীৎকী ফৈদোম হান্না উবকই।

অঙাঙবগী ফৈদোম, নাপুগী ফৈদোম, মবাং-মবাংবগী ফৈদোম মখল শুই। অপাকপা অশংবা মনাশিংগী মবক্তা ব্রাংনা ব্রাংনা থিনগৎলক্লিবা লৈনাশিংদু যেংবদা পূক্লীং হূই।

নাকল অমদা হাওবৈনা পীকথন্না শাৎলি, নাকল অমদনা পেক্রুকলৈগী ফৈদোম। অতোপ্পা নাকল অমদা অমুক জাতিকুপ্পী, কবোক্লে, মালিকানচিংবা মনম নুংশিবা লৈশিংগী ফৈদোম।

নাকল খবদনা মপান্দগী পূশিল্লকপা বর্ড ওফ পেবেদাইজগী পাম্বীশিংনা লৈশাৎ তল্লি। দাহলিযা, ক্রিসাম্থেমম, হাযদ্রেনদ্রিযা কেমেলিযা, জিবানিযম, স্নেপ দ্রেগোন, কেলেন্দ্যুলানচিংবগী ফৈদোম ফৈদোম লৈখ্রি।

অযূক্কী মলযা নামীবা অদূ হৈনম- লৈনম্মা থল্লি। হৈনম- লৈনম মবক্কুদা সনাবৈগী মনম খঙহৌদনা ফাওবকই। ঈনক নক্লা থেংনবকই ফৈদোম অমদা ফুগাযনা শাৎলবা অথোনবা শনাবৈনা নুংশিৎকী ইপোমদা হাইন-হুম্না জগোয় শাজবা।

খঙহৈদনা পাইথোকখি নীংশীংবগী ব্রাখলনা, পূক্লীংদগী— অদূঙৈগী অঙাঙ ওইবিঙৈগী দুর্গা পুজা, দিপানিতা, মেবা থাগী সনাবৈ।

মথঙদা সনাবৈ ফৈদোমগী মনাক্তা হৌবিবা বোতল ব্রশকী মথক্তা

চীং লেম্না চবোং চবোং শাৎলিবা ক্বাক্লৈ উবকই।

খোঞ্জেল অমা তাবকই। খঙহৌদনা ঈনক নক্লা, "তামো, ঐদি লৈশিংগী মনূংদা ক্বাক্লৈনা খ্বাইদগী হেন্না পামজৈ। ঐঙোন্দদি ক্বাক্লৈসি যাম্না ফজৈ, ঐনা য়াম্না খোযদাজবা লৈনি।"

নীংশীংলকই মখোল নুংশিবী, নোকমি নোকমি তৌগনবী থম্বাল অঙাঙবী মানবী পূর্ণিমাসী। অঙাঙহলগীদি ঈহান হানবা নুংশি মীতম্নফম ওইখিবী।

লৈকায় অমতগী মচানি। মখোযদগী যুম্লোন মঙা তব্দক চত্থবগা লৈবম্বনি। মখোযনীগী নুংশি মমুন ফাবক্লবা কান্দুদনি। ঈমূং মনূং কৈবোয লৈকাযগী মী মখৈসু খঙনবক্লবা মতমদুদনি। নুমিৎ নীনীগী পংখৈদা অকনবা, খঙহৌদবা লাইহৌ অমনা পূর্ণিমাসীবু ফমুংদা কূলহনখি। চোইবোল পাবোলতমক লোনখি অমসুং ঈনখৎলকপগী ফজবদা লমযৌবী পূর্ণিমাসী মী পূম্নমকপু ঈঙক- ঙকহল্লন্নগা সংসাব থাদোকখি।

অঙাঙহলগী মমীত্তা ঈবা চেল্লকই। শোবাৎকী নুমিত্তু নীংশীংলকই। লৈ কৎনবা মতমদা মানা মশানা পুজবকপা ক্বাক্লৈ চবোং অমা কৎলুবদো। অবাঙফম ফম্বা অহল অমনা, "ঈহে ঈহে ! লাইদা কত্রিবা লৈদুদি কৎপা হৌনদেনে ঈবূঙঙো। ক্বাক্লৈদি লাইদসু কৎনদে।" কল্লপ্লা হাযবকই।

মপী চোৎনা চোৎনা ঈকাঈবা নংখি। তাঞ্জাদুমক্তদা পূর্ণিমাসীগী নহা ওইবিবী মমানা মমায-মমীৎ ঈপোম-পোম্না কপ্লা কপ্লা থৌগৎপীবকখি, "ঈচানা কৎপবু কৎচসনূ, পূকচেল শেংলগা লোইবে।"

অসি হাযবম্নগা থিংবা ঙমদনা মমানা পূর্ণিমাসীবু কৌ-কৌদুনা ও খোংনা কপথবকখি।

ব্রাহ্মন অমনসু "যাই, যাই ! কৎলু ঈবূঙঙো, কবিসু কাযদে !" হায়বীবকখি।

নীংশীংবগী মশেল-মবাঙ মবক্তা অমুক উবকই, চীনবান ঙাঙবী, তনৌ-তনৌবী পূর্ণিমাসীনা মখজাই মযাদা কক্লৈ চবোং অমা খূবাম্না কোল্লপ্লা কোল্লদুনা ক্বাক্লৈ চবোংবু খোযদাজৈ হাযখিবদো।

নীংশীংবগী ঈপাক্তা তাউবিৗঙদা খঙহৌদনা ভাবকই মাগী এলসিসিয়ান হূঈজাওনা মপূ উবদা হবাওনা খোংজবকপদো।

তন্না অমুক হল্লকই মাগী ব্রাখল হৌজিক হৌজিক্কী তাইবগুদা, ব্রাখলদি লেপ্পা লৈতে। অমুক খল্লকই, "কম্পাউন্দ, লৈকোল ফাও ফনা ফজবে। ঐখোয়গী বাজিদূ হৌজিকফাওবা হিংজবল্লবদি য়াম্মা নুংঙাইবমগদবনি।"

লাইবিক খজিক্তং হৈহৌবা মপানা নহা ওইবিৗঙদা মতম অদূগী ববসাহেবকী লৈকোল শূবা মযাম পান্নদূনা কম্পাউন্দ অদু শেমখিবনি। অদূগুম্বা মপা অদূনা ওইহন্নীংখি অঙাঙহলবু ক্ষোতলেন্দদগী লাকপা ববসাহেব মেকদোনাল্ডগুম লৈবাক ঙাকপদ্না হৈ- শিংবা, ফিজেৎ লাকচেত্তা লূ - হেম্বা।

অঙাঙহলনা মবূক্লীংদা ঙসী চাউখোকচবি, " য়েংঙু বাজি, বাজিনা মতম অমগা আশা তৌবম্বা মঙদো গঙফ। ওনহনবা ঙমজবে নচানা।"

খুদাঙদা শিবিবা ওমেগাগী ইলেক্ট্রোনিক ঘড়ী য়েংই। পূঙ মঙা মিনিট অহূম চোংথোক্লমই। পন্থক তৌদনা সেক্যুবিতি কার্টবলোমদা চঙশীল্লি।

"বিবেন, বিবেন !" কৌই।

বিবেন মমীৎ- মনা শূক্তোক্তুনা, তূমশীৎ ঈফা ফাদবগুম থোক্লকই। ঙবাঙদি সেকমাইগী অশেংবা কালৈ খবা মমান্নবনা পুবকপদগী থব্রায় তানা থকচিল্লুবদুদা মকোক চীক চীক লাউবি, মমায ঈবাম- লূপ্লি, মমীৎ ঈঙাঙ- ঙাঙলি।

"লাকচবে সাব !" হায়না খুল্লকপা পাউখুমদু ঈফুন-ফুনবা লোক থূংবগী খোঞ্জেলনি। মাগী মহৌশাগী জিনগী জেক্কেত্তু মখুৎ য়েৎনা কুদাম পাল্ল- পাল্লদুনা মখুৎ ওযনানা পোইন্ত ফোব ফাইভকী বিভোলভব অদু তুং ওইবপ্পা জেক্কেতকী মখা, জিন খোঙগ্রাউগী মনুংদা য়েপশীন-য়েপশীন থোক্লকই।

খুৎ ওয়নাদা হৈনবা মখুৎ চুন্বা বিবেন্নি। মশা-মউ ফবা, খীঙ খীঙ লাউবা, শবি ৎ শবা ফবা পাইবক্কী অথূ-অবাক্তা হৈশিংবা খল্লগা বিবেনবু ছীঃ এমঃ গী গনমেন খনখিবনি।

মাগী বেকোর্দ যাম্মা ফজে। ছীঃ এমঃগা লোযনঙৈদগীসু জুগোৎ-চাদবা তাঞ্জা কযাদগী বিবেন্না ঈবায-লাযনা ছীঃ এমঃবু ঙাক শেনখিবা যাওখ্রবনি।

নোংমা নুংদাং অমসু খুবখুল লম্বীদা গূন্দা শাবা নহাবোল খবনা, ছীঃ এমঃগী কাবনি হাযবা খঙদনা লম্বী মযাযদা হাইবং হাইবং লেপতুনা গাবী খান্নমই। হোর্ন খোংলবসু চথোক্লমদে।

মযাম মবক্তগী অমনা, "মীনা গাবী খামখো হাযবমক্তদা 'সুম হোবোন খোংবা শাবি। মিংশেলসি থুগাইগে যেংঙুকো।" হাযনা লাউবল্লগা খুবাম থম্বা নূঙ অমা লৌখত্তুনা ব্রিন্দ শিলদা লংশিল্লক্কে তৌখি। ফনা খূৎলৈ থুই। ব্রেস্তন মুভীগী নোংমৈ দ্রো তৌবা হানবা তান্নবদা পুথোকপা য়াবা বিবেন্নি। ড্রাইভবগী ওযদা ফল্লিবা মানা মখুৎ ওয়নানা বিভোলভব শত্তোকখিবা, নাকন্দা মখুৎ থিন্দোক্তুনা কাপখিবদু মীৎকুপ অমগী মনুংদা পূন্নমক পাঙথোকখি।

অমম্বদুদা নোংমৈ কাপ্পগী শংবানবা মীৎ লংখৎপা মৈঙাল অদুদা ড্রাইববগা ছীঃ এমঃগদি কবিমক্ত জ্ঞান তাহৌদে। মাঙদা লেপ্লিবা নূং পাযবম্বা নূপাদুগী মখূত্তু ঈতনা পূঙঙাঙ ঙাঙখি।

"অস! অযো!" হাযবগা লংগে তৌবম্বা নূঙ অদু লংবা নংখিদে, লৈবাক্তা তাখি।

নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তাবদগীদি গূন্দা শাবম্বা নূপাশিংদু নাকন নাকনগী দুকান মবকশিংদুদা অমম্বনা যোৎশীনখিবগুম থুনা থুনা মাঙখি।

অশোকপা নূপাদুদি চৈনাখোন্নে, কবিনে ঙকচানদুনা অশোকপা য়েৎকী মখূত্তু অতোপ্পা ওযনাগী মখুত্থনা কন্না পযশীল্লদুনা মক্রাঙদা লোনশীল্লমই। মকোক কোম্বুদুনা তুবোই-ঙাম্লোই লেপ্পমই।

বিবেন্না কারদগী কুমখৈ। অশোকপা নৃপাদুগী মখুত্তু তাপ পায়দুনা যুমাললনা কল্লা পুনশিল্লি। য়েৎ থংবা শেগাদা মখূৎ য়েংনা নুপাদু য়েপ্লগা মখূৎ ওয়নাগী খুদোম্বীনা বিভোলভবগী ত্রিগবদু থাদোক্তবমখৈ একশনগী বেদীদা ওয়-য়েৎ, মাঙ- তুং য়েংনা য়েংনা কাবগী ফ্রন্ট-শিত্তা লাকখি।

দ্রাইভবদা হায়, "বঙ্গলোদা থুনা খৌবো।"

অঙাঙহল্লনা "বিয়েন ! অশোকপদু হান্না হোস্পিতালদা পুবনা হেন্না ফরোইদ্রনে ?" হংই।

"য়ানি সাব ! বঙ্গলোদা সাব হান্না পোৎথাবিহৌবো, অশোকপসিনা কোন্না অমুক কেজুয়েলটীদা থিঙ্গবগে।"

বিবেনগী অসিগুম্বা মীকী লাইকি যাওদবা, অকবা তানফম কযা ঈবায় লায়থোকহনবসিনা বিবেন যাওখ্রবদা অঙাঙহলনা নাচুংবা কযা পোক্তে।

বিবেনগী মমীৎ ঈখূ থূঈ, য়াম্না পঙবা মাল্লী। অদুবু যাম্না শিংই। মশম ঈতেন-তেল্লি। মমাযদা পুক্রীংগী ব্রাখলগী মমি ঈতা তাদে। অদুবু মাগী ফীভম-মুর্ত্তি, চুং ফীবাল য়েংবদা পেল্লি। মানা শগোল লৌবা চৎখিবদু য়েংহৌবা অঙাঙহলগী পুক্রীংগী পেঞ্জে, মথন্তু মোমোন তৌজে।

অঙাঙহলনা ঘড়ী অমুক য়েংই। পুঙ মঙাগা মিনিত তবেৎ চপচানা তাবে। বিবেন্না মহৌশাগুম মঙ্গেবী শগোলদু তোংলকই। অঙৌবীদুগী চূপ্পীদুনা মখূৎ ওয়নানা চিংলকই। ছীঃ এমঃগী মনাক নকশীল্লক্লবদা বিবেন অমুক কুমখৈ। ছীঃ এমঃনা শগোল অঙৌবীদুদা তোংখৎলি। বিবেনসু অমুক তোংখৎলি। অরাংগী গেলোমদা থোকখিবা পীক্তক তৌবা অনানবা লম্বীদুদা বিবেন্না তুং ওইবপ্পা মপূ-মনাই শগোল তপ্পা-তপ্পা খৌদোকমিন্নখি।

মহৌশাগুম আইঃ জিঃ পিঃ কেদবসিংসু মাগী কাকবীদু তোংদুনা থুংলবে। সক্তিগী সলাম অদু ওক্রা ওক্রা, সক্ত্রিনা হাংদোক্লিবা থোংগাল অদু তপ্পা তপ্পা ফাওজিল্লকই।

কেদবশিংনা থাপ্লপ্পদগী কৌবকই,

"গুদ মোর্নিং সব।"

"হল্লো, সিং সাহেব, গুদ মোর্নিং! হেল, যু আব সেভেন মিনিটস লেট।"

"ও সব! আই গেত প্রোব্লেমস ওফ ৱাতব সপ্লাই ইন দি হাউস। ৱাতব সপ্লাই ইজ সো বেদ হিযব।"

"হা, দেত'স ৱাইত। সম দে আই এম গোইঙ্গ তু ফায়ব দি গোদদাম চিফ ইঞ্জিনিযব।"

"সব, বীফোব যু পুল হীজ লেগস, লেট মি কোর্নব হিম ৱিথ এ ফীয় সোফত তোকস ফর্স্ট সাব।"

"ওকে! হেভ যোব ওন ৱে?"

আইঃ জিঃ পিঃ কেদবসিং ৱাং চাউই। ইউঃ পিঃ গী কুমাউন্দগীনি। ইম্ফালদা লাকপা কুইদ্রি। থা ভবেৎ নীপালদি ফাবল্লগনি। চহী নীফুমঙা শুববসু মশাদি যাম্না খীংলে। ৱাংলবসু মকং থাই, মবেংজুম পাকই। ইন্দিযাগী ৱাতব পোলোগী প্লেযার্নি। বোমদা তৌখিবা ৱার্ল্ড ওলিম্পিক্সতসু ভাবতকী হোকী তিমগী হাফ সেন্তব শার্দখিবা নুপাদুনি। কুমদদদি মিলখা সিংনা ফোব হন্দ্রেদ মিতবস্তা ব্রোঞ্জ ফংখিবলে, কেদবসিংগী ক্রেদিতগী হোকীদসু যজনা শাম্লাখিবলে, ভাবতকী সর্ভিসেস যাম্না পোঙজখিবনি।

মাব ইম্ফালদা আইঃ জিঃ পিঃ ওইনা থাবকপা অসিসু মশানসু পাম্না লাকচবনি। মবমদি মহাক ঈনৌ-নৌনা পোলোগী নেশনেল প্লেযব ওইখৎলক্লি। অবাংবা থাক্কী খৎশান্না অসি মণিপুবদগী হৌদাকখিবনি হাযনবা ভাবদগী হৌজিক হৌজকসু থবাগ যাওনা শান্নবি হাযবা ভাবদনী। অদুগীসু মথক্তা ভাবতকী ওইনা লৈঙাক লৈশেমদা তুবৈ ঈব চনবা ইলেমেন্টস যাম্না মণিপুবদা লৈবে হাযবা সীঃ বিঃ আইঃ গী বিপোর্ট হনা লাকখি। হোম মিনিস্ত্রিনা মীৎযেঙ অসিদা ঈনখৎলকক্লিবা পদ্দ, লাবাল থেংকে থৌবাংজাবিবা কেদবসিংবু থাবকপানি। মধ্য-প্রদেশকী চম্বল ভেলীদা গুন্দাশিংগী লিদব ঠাকুবশিং কযা ফাবদা মাগী বেকোর্ড যাম্না ফজাব

কেদবশিংনা হেক থুংলবগা ইম্ফালগী ফম্নাইবা ময়ামগা থুনা শকখঙনৈ। লুচিংবা খূদীংমক উনদুনা মণিপুবগী লো এন্দ ওর্দবগী সমছ্যা কূপ্না নৈনৈ। প্রেস কনফবেন্স কৌদুনা খবব কাগজশিংগী ইডিতবশিংদগী পাউতাক লৌই। য়াম্না চেকশীনবা হৈথোই শিংথোইবা উৎলি।

অদুবু মঙোন্দা ঈহো হোবা অমদি যাওবি। মাগী ব্রাঙাঙ-শাঙাঙদা ঈউ উশিত্তবা থৌৱা ঈশা-শাদবা অমদি যাওবি। মণিপুবগী নহাবোলশিংগী থম্মোয়দা পেন্নদবগী ঈফুৎ মচা-মচা কযানা অকনবা শাফুগী ইবৈ অচৌবা অমা পঞ্জাও কয়া নীংখাযহন্দুনা ইঙেল থাগী ঈচেলনা থল্লবা তুবেলগী অঙাওবা তোবৈগুম মাযকৈ কযাদগী ফূজীল্লক্নি হাযবসি মানা কৈসু লৈত্রবা অঙাঙগী নিংঙাইগুম খন্দোকপগুম তৌবি। চম্বল ভেলীগী ঠাকুবশিংদুদি লনথুম পাম্বা, নূপী, নিশাগী অমসুং মশা-মশাগী অচাওবম কানবগী ব্রাখলদা লূপ্লা ঙাক্তনি। মখোযদুগা থব্রায-হকচাঙ মপুন্সি কৎথোক্লগে হাযনা চোংথোবক্লবা মণিপুবগী নহাবোলশিং অসিগদি য়াম্না খেন্নৈ হাযবসি মানা শূকখনমক-খম্থখিদে। ফাজীনখিবা নহাবোল খবদা মা মশামক যাওনা অকনবা অত্যাচাব তৌখি হায়বসি মানদি তুমীন্না তৌবিবনি হাযনা খঞ্জবম্বসু যাই। মণিপুবগী মী পূন্নমক্লদি মাগী কা-হেনবা থৌনা অসি লোইনা তানবকখি অমসুং ব্রাবীনখি।

মানা ফাদোক নহা অমদা শীজীন্নখিবা ব্রাহৈ, "নখোয়গুম্বা হৌদোং মচা অনী-অহূম ফাবদি ঐগী খূদোম্বীনা ফাবীগে। নখোযদগী শব্দক চামা হেনবা, শাথিববা চম্বলগী কৈজাও কযা ফাবক্লবনি খঙঙু," হায়বনচিংবা কযা অসি তানবক্লবদা মৈতৈ ওইবগী ঈনা শিংলিদা চেল্লিবা মণিপুবগী প্রজাশিংদা থম্মোয শোক্লখি।

অহানবদদি মণিপুব বাইফলস গ্রাউন্দা অযুক ঙন্তা-ঙন্তাদা মথন্ত শগোল কন্না কন্না থৌদুনা শান্নবমই।

চিফ মিনিষ্টব অঙাঙহলসু বঙ্গলোগী কম্পাউণ্ড মনূংদা অযুক ঙনতানা হৌগত্তুনা ব্রাকিং হেক হেক চৎলি হায়বসি কেদব সিংসু তাবকখি। মসিদা মানা তাঞ্জা লৌদুনা অযূক খূদীংগী শোবোক লমজাওদা শগোল

থৌদুনা হকচাঙ শাজেল তৌসি হাযনা চীঃ এমঃদা হৌদোকখিবনি।

কেদবসিংগী মশাপূম্না অশাংবা মতুনা শীক থন্না হৌই। নতোন মমাঙদসু চহী কয়া চঙনা শেম শাবক্লবা কার্তিক্কী মানবা কোইনা লৈতেংই। মাগী কোই অসী ফজৈ হায়বা অতাক্লবা ওইনা মতাই মতাই অদু খূবীগা খুদোম্বীগনা লৈখৎ-লৈখত্তুনা শান্নবনা মাগী হৈনজশীনি। খূদাঙ ককপী স্পোর্তস শর্ত অদুদগী লীৎথোবকপা মাগী খূদাঙ অনী অদুদা হৌবিবা তুযাম অদু ফনা নীংথীনা শোঙই। মদু যেংলুবগা বিবেন্না মমাঙঙৈদা মানা কোলেজগী এক্সকর্শন চৎলুবদা গোহাটীদা জূদা উখিবা চিম্পাঞ্জি অচৌবদু নীংশীংলকই। অদুমকপু কেদব সিংগী মনাতোম্দি চিম্পাঞ্জিগী পাকশীনবা কুদাম মানবা মনাতোনগুম্না তৌদে। তেনৱাগী মচীনগুম তুমথোকই।

ফনা-ফত্রবসু আইঃ জিঃ পিঃ নিকো খল্লুবদা বিবেন্না ঙসিসু সেলুত অদুম তৌই। কেদব শিংদি মীৎকূপ অদুদা মকোঈ উব্ধ-উব্ধ লৈশীন্দুনা শান্নবা তাঞ্জাদু থোক্লবমাল্লে। সেলুত ওক্লবা মখূৎ খংহাই-হাইগৎলকপদা মকোইদু খংচিং চিংবগুম তৌখি। চীং-লেম্বা কাযখিগনি খল্লুবদা কেদবসিংনা চৈনাখোলদু ফূমজিনখি। অদুবু মানা নোক্তি নোক্লীংদনা মচীনবাস্তমক চিংথোকখিবা, মমীৎ যাওদনা নোকখিবা অদু বিবেন্দি মযেক শেংনা উহৌবে। নোক্লীংবনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা বিবেন্না মমায নাকন্দা লৈথোক্লুনা নোকখি। নোক্লীংবা খাঙবদা বিবেনগী খূখ্রবা মমীৎ অনীনা লাওথোকপদু যাম্লবদা সেন্টিমিতব তঙ্খাই অমদগী হেন্নিংঙাই লৈখিদমাল্লে।

আইঃ জিঃ পিঃনা পুবকপা মাগী গনমেন নেপালি নূপা অদুনা শোবোক্তা শগোল মথক্তা ঙাইবল্লি। চিফ মিনিষ্টবগা আইঃ জিঃ পিঃ গা ৱাবী শানা শানা মমাঙ ওইবপ্পা থৌগৎখি। বিবেনগা নেপালি অদুগনা তুং ওইবপ্পা ফুৎ কুনলোম মনীং হম্বুনা তপ্পপ্পা ইন্নখি। কংলা পার্কলোমদা থৌখি।

---

অনী

# তেলেফোনগী অয়াকপা মখোল

ছীঃ এমঃ গী বঙ্গলো অহীঙ চূপ্পা তূমখূন হুল্লুবদগী মখোল থোকপা হৌবক্লে। চাকশঙগী চিম্নি মথ ঙা মৈখূ কাবা হৌবক্লে। বাহাদুবনা অযুক্কী চা লোনখৎলক্লে। ছীঃ এমঃ না মোর্নিং হোর্স বাইদ হল্লক্লগা মহৌশানা ঈশীংঅশাবনা ঈৰুজে। অদুগা কোফি অশাবা অমগা, পোচদ এগ অনীগা, হৈ খবগা ব্রেক ফাস্ট তৌই। বাহাদুবনা শেম-শাবা হৌগৎলক্লে।

বাহাদুবনা ব্রাই শীৎপা, থানিলমচানা চখোক-চৎশীন তৌবগী থোঙনচিংবা থিংজিন্নবগী, সিঙ্ক-তোইলেতনচিংবা শেংদোকপগী ঈশীংগী মখোল অমসুং বালতিন্নচিংবা কোল্লীক্কী খেঙ খাঙ লাউবগী মখোলশিংদু উইবোল উইবোল তৌবিবী লৈমতোম্বীগী নাকোং যৌবক্লে।

তপ্না তপ্না মমীৎ পাঙথোক্লকই। কা অদু মল্লি মল্লি তৌবল্লি। নোংমা মানা অঙাঙহলদা অযুক অঙম্বগী ব্রাকিং থোক্লমদাইদা ইলেক্ট্রিক্কী মৈঙান্দু অদুম থান্দুনা থম্বিবমগনু, অমুক মূখৎপিবন্মু হাযজখিবনি। নমিত্তুসু মৈ মূখৎলম্লে। অদুবু থোঙনাউগী ব্লাইন্দ নাকন্দা খজিক্তং কাবিবা অদুদা মশেক ওইনা হাইগৎলকপদা ঙাযবিবা অযূক্কী নুমিৎকী মঙাল ফাওজীল্লক্লি। মাগী খুযাবোমদা অশোমগী ফক্লাঙ নপ্পা খিল্লিব ড্রেসিং তেবলদগী মিংশেল অচৌবদুদা মঙালদু তাবক্লে। মিংশেলদগী থক্তোবকপা মঙাল অদুনা মাগী উইবোল উইবোল তূমথনবা হোৎনবদু থুগাইবে।

খল্লকই, "ড্রেসিং তেবলসি মপা চাদ্রে। অযূক্কী নমিৎকী মঙালনা তূম্বা কাযহল্লে। বাহাদুবহোয়দা খজিক্তং থাংদোকউ হাযবতাই। অদুবু অঙাঙহলদা অমুক্তং হান্না হাযবনদি চুমই।" মখোয অনীনা ফমূংদা ঈপ্পা

হীপ্লা মখোয় অনীগী মমি মিংশেলদুদা উজবা অদু অঙাঙহলনা য়াম্না পামজবনি।

যেৎলোমদা মঙক খজিক্তং হাইগৎলগা মিংশেলদা তাবিবা মাগী মমি অদু মমীৎ ফাক্লি-ফাক্লি যেংজবকই। থপ্লপ্না উবিবা শকফম অদু ফনা নীংথীজনা উবি। থোঙনাওবোমদা ফাওজীল্লকপা মঙালদুনা তুংলোমদগী য়ৈবকপদা ফাবি-ফাবি তৌবা মাগী মশমগী মমি অদুনসু ফজবা হেঙ্গৎহল্লি। ছিনেমাগী ষ্টিল ফোতোগ্রাফী মালহল্লি। খূদক্তা অহৈবা ফোতোগ্রাফব অমা কৌদুনা এঙ্গল অদুমক্তদা ফোতো অমবু নম্লীংলকখি।

"কদাঈদগী ছীঃ এমঃ গী নূপীনা মীৎকপ থোল্লকপদা ফমূংদা লৈনা লৈনা ফোতো নমখি খঙনবক্কনি। লৈবাক্লা অঙাওবীনি হায়নখিনি।" খল্লদুনা তুমীন্না মমীৎ নোইবকই।

অমুক মখদাং খজিক্তং থাঙ্গৎতুনা মখজাই অদু নাকল নাকলদা থৈদোক্তুনা খুইবা হৌবল্লবা মাগী উনশাদু কযা থীনা উববনো যেংবা হৌবক্লে। মানা যেংলিবা মফম অদুদগীদি মাগী মহৌশাগী ফজবা অদু কবিমত্ত হন্দ্রি। মিংশেলদগী খবগা থাপ্লনে, কা অদুনগা মপূং ফানা ঙান্দবনে মাগী উনশা খুইবগী অহানবা লৈযী মচাশিং অদু উবা ফংদে। কুচুনগা ফজবনে যাম্না নহা মাল্লি। চহী কুন্মঙা কুম্ভাগী মৌ নহাগুম উবি। মিংশেল মনাক্তুদা চঙশীন্দুনা ঙাইহাক যেংসিবা খল্লকই।

অমুক খল্লকই, "হেবা ! ঐনা হৌজিকপু নহা ফনা ওইদুনসু কবি অমুক কান্নগদৌবিবা ? অদু ওইবসু উনশা ফনা খুইদুনসু মতম অমদদি ঈশক্তা ঈতৌদা লৈমতোম্বী হায়না ফাওজবল্লিবনি।"

মানা অঙাঙহলবু যাম্না লুনা তৌজে। মকওইবা মবমদি ঙসীফাওবদা অঙাঙহলনা মা নত্তবা অতোপ্পা নূপী-নহাদা কাবন তুবন তৌবমই হাযবা অসী অমুক্ত তাবক্ত্রি। অঙাঙহলগী নূপীনি হাযবদা লৈমতোম্বীনা চাউথোকচৈ। অদুগীসু মথক্তা চিফ-মিনিষ্টবগী থম্মোযগী মবেন্মা ওইজবিবনি।

মমাঙঙৈগী নিংথৌশিং ওইবল্লবদি বানি মবী- মঙাদগী তাদনা

লৈবমগদবনি। মযামদুগী মবক্তা অমুক মহাবানি ওইবা তান্নবা তাবনি। মাগী পুন্সিদা মদুমক্তি থোক্ত্রি।

অদুবু অঙাঙহলনা পূর্ণিমাসি কৌবী মশক য়াম্না নুংশিবী, মোং হাজদবী, লৈখিদ্রবী লৈশাবী অমগা অপাম- নুংশি ব্রাখলদা ঙাওনখি হায়বসিদি মাসু মানা লুহোংলবা মতূং ঈকূই কুইদনা অদুম তাবকখি। লৈশাবী অদৃগী হাক্তক্তগী অঙাঙহলনা হৌজিক ফাওবা কাক্লে অসুক পাল্লিবনি হায়বসিসু খঙলকখি। শীংবীনিনা নোংমা ফাদোকসু অঙাঙহলবু "পূর্ণিমাসিগী সাহজহা।" কৌবিদুনা লক্কবিববসু থাঙ্গৈশেংনা কল্লক- মিহৌবগী ব্রাবী অমুক্তে ফোংদোকখিদে। অদুম ওইনমক কাক্লেনা শাৎপা উবগা, অঙাঙহলনা মদুদা থরায যাওবা উবগা মথন্তগী থম্মোযদা নুংঙাইজদে।

কবিগুম্বা পূর্ণিমাসি হাযবী লৈশাবীদুনা মতম চাদনা শিখিবা থোক্লমদ্রবদি অঙাঙহলগা পূর্ণিমাসিগা লুহোংলম্বা যাই। অঙাঙহলগী পুন্সিসু বাজনিতি নত্তবা অতোপ্পা ওজা ওইবগুম্বগী শিন্থাদা অদুম লৈবম্বা যাই। অদৃগা লৈমতোম্বী মশামকসু ডাঃ সলাম তোমচৌগী নূপী ওইবম্বা যাই। অদূ ওইবগনা চিফ মিনিষ্টবগী নূপী ওইবগী মহূত্তা অফাওবা পৈশা পায়বা সর্জন স্পেছিয়েলিস্তকী নূপী ওইবমগদবনি।

অঙাঙহলনা চিফ মিনিষ্টব ওইববা থা অমা অনীগী মতূংদা ডাঃ সলাম তোমচৌবু সিনিযব স্পেছিয়েলিস্ট ওইহনখিবনি। মানা লৈশাবিঙৈদা সলাম তোমচৌগা নুংশিনবমই হাযবসিদি অঙাঙহলনা খঙলমগদবদি মাল্লি। অদুবু ঙসীফাওবদা খঙই হাযবগী ব্রাঙাঙ অঙাঙহলনা অমুক্ত ফাওবা হাযবক্তে।

হৌজিকসু ডাঃ তোমচৌ হেক উবগা লৈমতোম্বী ঈকাঈ নুংশি যান্নবি। মশক- মতৌদি অঙাঙহলগা তোমচৌগা অসীনা হেল্লি, অদূনা ব্রাৎলি থোইদোক্লা হাযনীংঙাই লৈতে। অদুবু যেংবা নুংঙাইবা অমসুং লৈমতোম্বীগী থম্মোয়দা থুক লাউবা হেক ফাওহনবদি ডাঃ তোমচৌনা হেল্লি। অমবু ওইবে অমবু ওইবে হৌজিক হৌজিক্কীদি মপূবোইবনা লৈবাকী মপূ হায়বদুদি ওইবিদনা।

অদূবু কনানা খঙবা মীওঈবগী নোংদম? মফম মবাঙ খঙদবা সবকাবনি। হ য়েং হাচিং কায়বনি হায়বদা থাজকন্দবা য়াবা নত্তে। হয়েং হংচিং কায়দ্রবসু শাংথনা লৈববদা চহী অহূম অমগা মঙায়। অদুগী অতূঙদগীদি অমূক ভোত। ইলেক্সন নীংশীংলুবদা মাগী পীশূম খজিক্তং শূক্লকই। নুংশাশ্বব অশাংবা অমা হোঙ্খবকই। ভোংকী মতাঙদা মপামলোমগী মনাওনূপী অনী, শাগৈগী মী, মরূপ- মপাঙ, ওফিসব, ঠিকাদাব, পৈশা পায়বা কাববাবগী মী অমসুং মীচম কয়া থেমদুনা-নৌদুনা হাযজখিবা, কয়াদ ব্রাখিবা।

বাজনীতি য়াওবা মী অমগী নূপী অমা ওইবগী অব্রা মৈশা ময়াম অসি খল্লুবগদি মশানা পামজবা ডাঃ সলাম তোমচৌগা লুহোংজবন্নবদি ওম্থোক্রা ফবমগনিদা হাযনবু খল্লক্লি।

মানা লৈশাবিঙৈগী ব্রা নীংশীংলকই। মহাক শিল্লোংগী সেন্ত মেবীজ কোলেজদগী বিঃ এঃ পাস তৌজববনি। মখা তমথগে হায়ববু মপানা থিংবিখি। এলঃ এলঃ বিঃ মতেক অমা তম্বা হৌগৎলুবদূদি লুহোংলবা মতূংদনি।

বীঃ এঃ পাস তৌববা মতূংদা মপানা লুহোংনবা কন্না তক্লখি। বাজনিতিদা থব্রায় যাওবা মপানি। মবম অদুনা তুংদা মণিপুবগী চিফ মিনিষ্টব ওইবকপা ঙমগদবা নহা অমা শেমগৎনীংখি। নহা অদুগী শক্তম মপানা অঙাঙহলদা উবা ফংখি।

মতম অদুদা অঙাঙহল চহী কূম্থা হেল্লবনি। জোনষ্টোন স্কুলদা এসিস্তেন্ত হেদ মাস্তব ওইবে। মনিপুব তিচবস' যূনিযনগী জেনবেল সেক্রেটবি ওইবম্বনি। মণিপুবগী নহাবোলগী লাইবিক তম্বগী চাওখং খোঙথাঙ হীবমদা মথ্বায লূপচবম্বনি। মতমদূগী বাজনিতিগী ব্রাখলসু মমুন ফানা লৈববা অঙাঙহলনি। যর্নেল কযাগী চেফোঙদা মানা ইথোবকপা বাজনিতিগী ফীচবস, সোছিও-ইকনমিক বিভিযুনচিংবা পাবদা অপাবা মী পূম্নমক্কী থম্মোয চিংশিল্লি। তূমদুনা লৈবম্বা মৈতৈ নহাবোল কযা মীৎকপ থোকহনখি।

কলকতাগী আশুতোশ কোলেজদা তমঁগেদসু কলকত্তা মণিপুরি ষ্টুদেন্তস য়ুনিয়নগী সেক্রেতরি ওইবকপা অঙাঙহল্লনি। পীক্লিঁগেদগী আইন কায়দবা মওঙদা লুচিংবা ওইবা পামজবকপা মীনি।

বীঃ এঃ গী পরিক্ষা হায়দোকপগী ফল তাদ্রিঁগেদনি। নোংমা লৈমতোম্বীগী মপানা হায়বকই, "ঈবেম্মা লৈমতোম্বী, ঈপা বা হায়গে। হৌজিক মণিপুরদা নিংথৌ পান্দ্রে। ময়াম্না পাম্নবা মী খল্লগা চিফ মিনিষ্টর ওইগদৌবিবনি। অমবোমদা মাবু নিংথৌ ওইনা হাপকদৌবিবনি। ঈপাদি অহল ওইশিল্লক্লে। ঈপানা হৌজিকপু ভোৎ লেপ্পুদনা কৈদৌকখিনি ? অদুনা ঐগী লাইবক্তুদি চিফ মিনিষ্টর ওইবগী ব্রাফম তম্মমদ্রে। অদুবু লৈবাক্কী মপূ ওইবীনবা ঈপানা খোযদাজবা মী অমবু শেমনীংঙি।"

লৈমতোম্বীদি মপানা হায়বিবশিংদু খোযজঙনা তাকুদ্রি। কবি মখা তাবক্কদৌবিবনো হায়বগী খঙনীংবা অমদি পোক্লি। অদুবু লোল্লিবা বেদ কোভব অদুদা মপুক্লীং লুপশীনবগুম তৌবি।

মাগী মমীং লৈমতোম্বী কৌখিবসিসু মানা মচানুপী অতোম্বীনি হাযদুনা কৌখিবা নত্তে। মানা অহন্নি। মনাওনুপী অনীগা, অতোম্বা মৌপুব্রা অমগা লৈবিবনি। মৌপুব্রাদুদি দিল্লিগী পব্লিক স্কুলদা তল্লি। মা পোক্লকপা মতমদা ইংখোলনুং অদুদা নীংঙোলশিংগী মনূংদা লৈমতোম্বীনা খ্বাইদগী অঙাঙনি। মপন, মথৌখোয়না থোনখিবা লৈমতোম্বী হাযবা অদুনা মাগী মিং অদুম ওইশ্রবনি।

মপানা ব্রাবী মখা তাবকই, "নৌপ্বা অতোম্বা জিবনসিসু অঙাঙ ওইমল্লি। মাগীসু মতম লাকখিনি। ঈপাগীদি কোকহন লাইহন হাযবদু নহাক থোক্লি। নূপী নহাক্না চিফ মিনিষ্টর ওইবা হায়বদুদি নখোযগী হৌজিক্কালগী নূপা-নূপী চপ মান্নবেদি হায়নবে হায়ববু ঈপাদি য়ানিংদ্রি। অদুনা ঈপানা হায়নীংবা ব্রাদি ঐনা নঙবু লৈবাক্কী চিফ মিনিষ্টর ওইবক্কদবা, গুণ চেনগদবা মী অমদা থাজনীংলি।"

মপানা থাজ-খোৎচবগী ব্রা হেক পল্লকপদগীদি বেদ কোভব লোল্লম্বা য়েত্তুম অদু লেপ্লদুনা মপাগী ব্রাদুদা মুন্না থব্রায় য়াওশীনবা হেল্লক্লে।

কালেনগী নুংশাদুদা মনাতোন নাকচীদু হুমাংনা মবীক মবীকসু কাবক্লি। হাক্কজবদুনা য়েত্তুম মনীঙনা হোৎলকই অমসুং মপাগী ৱাতা অদুদা মপাদা মমীৎ কোয়বাওননা য়েংলকই।

লৈমতোম্বীনা খল্লকই, "ঐসিবু লুহোংবা কা'যদুগী মতাঙ য়ৌবক্লবজাৎলনে?" মাদি নহাল মখৈ লৈশাবী মচাগী ফীভমদদা লৈজবম্বনি। খল্লুবদা নোক্লীংলকই।

অমবোমদা মপানসু খল্লকই, "ঐগী ইচানূপীসি ফনা মফজবা জাৎনিকো! মাগী মশক মফজ অসিগা পাখঙশিংনা মাবু থেম্লদবা তৌবল্লোই।"

মীৎকৃপ অমদা লৈমতোম্বীনা অঙাঙ ওইবিঙৈগী মতৌদু অমুক নীংশীংলকই। মশম ঙাঙশঙ ঙাঙবদুদা লৈকাযগী অহল খবা ওইববা কাঙবুনা চুজাক মশম হাযনা মাবু কযা লক্লবীখি। নোংমদি লৈমতোম্বীনা শাউবদুনা মপাগী মনাক্তা কপ্লি কপ্লি, পেবি পেবি লাকখি অমসুং পাউ তল্লখি। নীংশীংলুবদা হৌজিক্তি লৈশাবী মপৃঙ ওইবক্লবী মচানুপীদু উবগা নোক্লীংলকই। খজিক্তং মোমোন তৌজে। কযা থুনা হৌখ্রবা মতম্লো, ঙবাঙত ওইববোই নীংলি।

মপানা মখা তাবকই, "ওইনাম থিঙেলদা লৈবা নোংথোম্বম ঈবোতোম্বীগী মচানূপা অহল অঙাঙহল হাযবা নূপামচাসি মগুণ চেল্লি। শেম্বা যাবা মীনি। মশাগী বুদ্ধি লৌশিং মপূং ফাববা মীনি। শাগৈ-নাতৈসু ফৈ, চবাদি হেল্লোইদ্রবা ঈমূংনি। থাযনগী নিংথৌ পাল্লিঙৈদগী মখোযগী ঈমূংগা, ঐখোযগী ঈমূংগা অমত্ত ওইদুনসু লাক্লিবনি।"

মচানূপীগী মাযথোঙদা লাকপা ৱাখলগী মমি অমুক যেংই। থোইদোকপা অহোং অবাক উদে।

অমুক চখবকই, "ঐনা দেৱান ওইবিঙৈদা ইবোতোম্বীদি কোনুংগী সেলূংবা ওইজবল্লিবনি। মাগী হৈশিংবা উবদা মতমদুগী ববসাহেবনা মহাবাজদা হাযজদুনা মাগী বতলব ওইনা হাপখি বনি। অদুনা মখোযগী ঈমূংসিসু নিংথৌগী মতমদগী মীবক তিঞ্জবক্লবনি। অদু ঈপাদা হাযবোদনা,

ঈচাগী অপান্বনা কবি লৈবিবা ? অঙাঙহনলগা লুহোংলসি হায়ববু কবি খল্লিবগে ?"

মমা লৈখিদৌঙদগী মপানা মমাসু শক্তুনা লাক্লবনি। মপানি হায়বগী লৈমতোম্বীনা থোইদোকপা কোইনবা লৈতবনি। অদুবু থম্মোয়নুংগী অবোনবা ব্রা হেক হায়দোক্কদবদু ঈকাঈবা অমা পোক্লক্লি। কলকত্তা মেদিকেল কোলেজদা তম্লুবা লোইবকপদা ঙায়বিবা সলাম তোমচৌগা নুংশিনৈ হায়বা অসী হায়দোকপা ঙমদ্রে।

অদুগী মতূত্তা নোকমি নোকমি তৌবদুনা খুম্লকই, "পাবূংনা হায়বিসিবু ঐবু লাইবিক তম্বা তোকথোক্লগা লুহোংঙো হায়বিরো ?"

"হোয়নে অদুনিনে। ঈপাসু নঙবু লাইবিক য়াম্না ব্রাংনা তমহন্নীংলম্বনি। অদুদা হন্দক্কী মতাঙসি ঈপা-ঈচাগী শাগে নাতৈগী অফবা তানফম্নি হায়বগী ব্রানি।"

"ফবে, পাবূং, অদূদি ঐ খবা লৈবগা হায়গে।"

অদুম্না লোইশিন্নখি নোংমদূগী ব্রাফমদি।

থাংঙ্গেশেংবদি লৈমতোম্বীনা তোমচৌগী ব্রা অমা তানীংখি।

তোমচৌসু মতম অদূদা ফাইনেলগী পবিক্ষা পীবন্নগা ইম্ফালদা লৈবি।

পাউ থাদূনা তোমচৌগা উনখি। মপাবূংগী ব্রাদু থম্মোয় শেংনা তমজখি। অদূবু তোমচৌদি মাগী চাউনা শাগৎচবকপা আশা অমা কাযববগুম মায়থোঙ লাংশিনখি। মানা খল্লম্বদি লগুন্দা এফঃ আবঃ এসঃ হান্না লোইশিল্লুবগা লৈমতোম্বী লুহোংবনি। ব্রাফম অসি চপ যুংনা খনখ্রবনি। হৌজিক হৌজিক লূহোংবদি পামদ্রি। মখা তমথবা কাযগনি। অদূমকপূ লৈমতোম্বীনা মাবু থাদোক্তুনা মী অমদা লুহোংখিবা কৈসু ঙম্লোই। মবমদি মানসু লৈমতোম্বীবু থাদোক্লগা অতৈ অমদা লুহোংবা ঙমগনি নীংদ্রি।

হাইফেৎ খল্লুবগা খুম্লকই, "চহী মবী মঙামুক্তংদি ঙাইখোদনা। ফোবেইন দীগ্রী অসি ফংলক্লবদি মণিপুবদা খ্বাইদগী হৈবা অফাওবা ডাক্তব ওইগদৌবিবনি। অদূগা ঈবানীসু মদূনা হেন্না নুংঙাইবোইদ্রনে?"

লৈমতোম্বী খুল্লমদে। তুম্মিন্না লৈবমই। কায়নবমদাইদা তোমচৌনা হায়বকই, "ঐগী চাউববা আশাসি কায়হনগনুকো, লৈমা। নঙ য়াওদ্রবদি ঐগী পুন্সি'সি নীংবা থুংদ্রবা অমা ওইগদৌবিবনি।"

লৈমতোম্বীগী মমীত্তা ঈবা চেল্লকই। শোব ফ্নগৎপগী মতৌগুম চাউনা চাউনা শোব হোনখি। মথম্মোয় অদূ মতুম তাশীল্লকখি। থৌনাউ কংখিবনা খোঞ্জেল থোক্লকউ যাখিদে। উপাই লৈত্রদুনা তেবলদা থম্লিবা তোমচৌগী মখূবাক্তা মখজাইনা মোন খাওদূনা হীক হীক কপখি। কপ্পগী মখোল থোক্তনবা তোমচৌগী মখূবাক্লা মচীন মেনশিঞ্জখি। ফোঙ ফোঙ শাবা পিবাংনা তোমচৌগী খূৎ- শা মবক্তা চোৎলকখি।

তোমচৌনা মশম নাননবি অদূগা হায়বকই, "কপকনু লৈমা। থৌনা লৈগদবনি। ঐগী আশা কাযহনগনু।"

অদূগী মতূং থা তরুক তবেৎলোম লৈবগা তোমচৌদা লৈমতোম্বী অমসুং অঙাঙহল অনীগী লুহোংবগী বার্ত্তন লাকখি। তোমচৌদূ মতমদুদা হাউসমেনশিপ তৌবি। থা অমবোমদি কলকত্তাগী 'মোকাম্বো' বেষ্টুবোন্ততা নুংতিগী মতোম মতোম চত্তুনা 'স্কোটচ ওন দি বোক্স' থক্লুনা অব্রা-মৈচাক খাওবা লাক্লখি।

লৈমতোম্বীসু মপূবোইবনা লুনা তৌবিবগা মাগী সেবাদা ডাঃ তোমচৌগী খাইন মৈচাক তপ্লা তপ্লা কাউবা ঙম্লকখি।

\+ \+ \+

নীংশীং ব্রাখলগী লম্বী লীশাঙদা ঙাইহাক চৎলুববা তুংদা লৈমতোম্বীদু হৌজিক্কী তাইবংদা মীৎকপ থোবক্রে।

ফক্লাঙদা থেৎলিবা মপূবোইবগী পোট্রেইত অদু মাগী মীৎয়েংফমদা তাবকই।

লৈমতোম্বীনা অঙাঙহলগী আদর্শ অমবু য়াম্না থব্রায় তানা পামজখি। "পূক্নীংগী অচুম-অবানগী ইথিল মতুং ইন্না থবক পাঙথোকপা।"

অঙাঙহলনা মঙোন্দা হায়খি, "পুক্নীংনা অবানবনি খঙনা-খঙনা থবক পাঙথোক্লবা মীদো, মানা ফনা ফবা ধর্ম্ম চত্নুনসু ধর্ম্ম য়াওদ্রবনি। মশা মথন্তগী আত্মাদা পাপ লঙজববনি।"

অঙাঙহলগী অসীগুম্বা চাংজৌ নাইদ্রবা ৱাখল ঈপাক অসীদা মহাক নোংমদি ৱাখলগী ফিবেপ অমসুং শক্তি লৈবা লুচিংবা অমা ওইবরুনি হায়বসি লৈমতোম্বীসু থাজখি।

অদুবু অঙাঙ॰লনা ইলেক্সন লেপ্পুনা এমঃ এলঃ এঃ ওইখিঙৈদগীদি মাগী অৱাংবা ফিদম, পুকচেল মাঙখিবা হৌবক্লে। চিফ মিনিষ্টব ওইঙৈদগী হেন্না অমুক মাগী পক্নীংগী অমসুং থম্মোযগী অফবা গুণশিংগী দলাল গোদ্রোঙ গোদ্রোঙ নীঙখায়বকখি। মাগী বাজনিতিগী হূয়বোযশিং অমসুং মায়য়োক দলগী লমহূঈশিংনা শীঙ্গূপ শানা মচেৎ মচেৎ তানা শবাক শান্নখি।

লৈমতোম্বীদি অঙাঙহলগী অনৌবা পুকচেল অসি যাজনীংখিদে। অমুক্তা হেন্না মাগী থম্মোয় শোকপদি মাগী মনাও নুপী অনীগী মপূবোযবশিং অজয চেত্তর্জি অমসুং তোংখোথং কিপগেন্না অঙাঙহলবু খূদোম্বীনা লৈদুনা শান্নবকপা অসিনি: মখোয় অনীনা নোং ঙাম্বদগী নুমিৎ তাবফাওবা অঙাঙহলগী মনাক্তা শঙদুনা লৈ। ওইথোকফম থোক্তবা থবক কযা ওইথোকহল্লি। ফাইল কযা ওন্নবা মাযকৈদা ঈবায লাযনা অঙাঙহলবু সোই তৌহল্লি।

শেবান্ননা এপ্রূভ তৌখ্রবা ফাইলশিং অমসুং মথোং মবম খঙদনা সঙ্কশন তৌখ্রবা শেলফম কয়া মণিপুবগী অমসুং মৈতৈ মচাশিংগী স্বার্থদা অমত্ত থোবক্ত্রে। মব্দ ওইনা মৈতৈ মচাশিংদি পীদৎ-পাদৎপা অমসুং চবাম-চদৎনবা ফীভমদা থম্বীবে। অনৌবা ফম হাপ্পা, অৱাংবা প্রোমোশন পীবা ময়াঙ, চীংমী অমসুং পাঙলশিংগী মখূবাক্তা পোপ পোপ থাদবগুম তৌবক্লে।

লৈবাক্কী নহাবোলশিং শাওবা হৌগৎলক্লে। মায়কৈ শুনা থম্মোয়দা ৱামৈ ওন্বা হৌনবক্লে। মৈবী থোক্লা চাকখায়গদবগী নুংশিৎকী ফৌবোই

ঙাইবগুম লৈনবক্নে।

অঙাওহলনা মতীক চাদবা, নূপাগী থৌদাঙ থোক্কবসু হেন্ঙৎলক্নি। ফক্ত্রিবদি, মাবু শনবোংকী শনগুম অবতিতিদা শাজ্জৈ থাবিবা অসি মতূগী খূজীল থৌবাংনি হায়না লৈবাক্না লৈমতোম্বীবুসু কোংশীনবিবক্নে। থাঙ্জৈশেংবদি মসি পূম্নমক মাগী মনাও নূপী অনীগী মপূবোয়বশিং অমনা ময়াঙ, অমনা চীংমী, মখোয় অনীনা থোকহন্ববনি।

মফম মফম কয়াদা লৈবাক ঈবাঙ থোক্লকবনি। হীবম খূদীংমকী মীওই পূম্বা স্ত্রাইক্তা থবায় য়াওনবক্লবনি। অদুবু অঙাওহলনা উনা উনা উখিদবে, তানা তানা তাখিদবে।

লুববা তাল্লক অসিদা মৈতৈলোনগী বিল অমা ফোঙ ফোঙ শানা থাঙ্গৎনবক্নে। পায়কপবগা মখূৎ পোক্লদ্রা খন্দুনা অঙাওহল মিপাইবে। অচৌবা ইসু অসিদা লূচিংবশিং অমসুং মীযাম প্রজাশিংগা তানগেদি হাযদ্রদুনা মনাওনূপা হঈবোয অনী অদুগা তানখি। মণিপুব পূম্বগী যেংদবা, মশা মশাগী জাতি কাঙলূপ মচাতগী ওইনা উবা অনী অদুগী ব্রাখলদি মৈতৈলোন্না ষ্টেট লেঙ্গুরেজ ওইখ্রবদি অমসুং নিপালশুবা সেদ্যূলদা চনখ্রবদি মযাংশিং অমসুং চীংমীশিংদি যাম্না শোত্থহৌবা তাবে হায়বা অসিনি। মবম অদুনা মখোযনা চীংমী, পাঙল, মযাঙশিংগী ঈবাঙ থোক্লকপা যাই, মকোক যাম্না শাগনি হায়না পাউতাক পীখি। মদুম্না তৌকপবগা মণিপুবগী ওইনা অমুক্তা হেন্না ঈবাঙ থোক্কনি হায়বদি মখোয়না খন্থুবা পান্লমদে। অঙাওহলসু মতাঙ অসিদদি মবুদ্ধি লৌশিং পূম্বা মাঙখি।

লৈমতোম্বীনা অঙাওহলদা মুন্না ব্রাখল তৌনবা ফনা য়াম্না হাযজখি। মদুদগী হেন্দোক্লুনা মনাওনূপী অনীদা মাগী মাগী মপূবোইববু ফাজীন্দুনা থম্লবা কয়াসু হায়জখ্রবনি। নোংমদি শাউনিংমনখিদুনা লৈমতোম্বীনা অঙাওহলদা কল্লপ্না লাউবকখি, "মহোয়' পাবূঙগী হূঈবোয়শিং অসিনা হূঈ মপূ ওইখ্রে, মহোয' পাবূঙনা হূঈ ওইহৌবে। ঙকী থৌবী অদু অমনা অমুক চিং, অমনা অমুক চিং মহোয়' পাবূঙদি হূঈ অঙাওবা ওনখিবা তাবে।"

অদুবু অঙাওহলনা নাচুংবা পোকখিদ্রে। গভর্ণবগা উনবা মতমদা

মানা খুমখি, "জাৎ বিজাৎ যাম্বা, লোল মচা য়াম্বা মণিপুবদা লোঙ্গুবেজ বিল অসি অফবা ওইগনি থাজদে। ভাব তাদবা কম্যুনেল ফানাত্তিক খবতগী খোল্লাউনি। মসিদা ঐগী শৌগৎপগী মোৎ লৈজদে।"

অঙাঙহলনা অসিগুম্বা পাউখুম পীখি হায়বসি থুনমক অকংবা জঙ্গলদা লম্মৈনা শন্দোবকপগুম মণিপুবগী মীপুম খুদীংমক্কী নাকোং যৌবকখি। মণিপুববু-মৈতৈলোনবু নুংশিজবা মীপুম খুদিংমক্না অঙাঙহলবু নিন্দা তৌনখি।

অসুম্না লৈমতো'মীনা উইবোল উইবোল খল্লিঙৈদা বাহাদুবনা চা পুশিল্লক্লে। মফি খবা শেমর্জীন খোৎচীন তৌবদুনা লৈমতোম্বীনা চা অশাবা অদু তপ্না তপ্না চিংবা হৌবকই। মথক্তু অমুক খল্লকই, "অঙাঙহলগীসু মণিপুবগীসু ফীভম ফৎচিল্লক্লিবা অসিগী খনবমক্তদা অযুক হেক যাহৌবদগী নুংশুক-নুংজানবা অদুম হৌববনি।"

চা অশাবা অদুনা ফোং ফোং শানা কংলবা চবম ফাওনা তপ্না তপ্না চঙখিবা অদুদা মমীৎ-মমায় খবা শিঙ্গৎলকপগুম তৌবি।

অমুক মথক্তু থেমজিঞ্জবকই, "সি মঙায়। চা খবা থক, ঙা-চাক অহাওবা খবা চা, মীযামগী মমাঙদা ছীঃ এমঃ গী নূপীনে'না খবা চৎ, খবা লৈবগা শিগ্ন'দৌবা পুক্নিনি।"

তাঞ্জা অসীদা ফমূং মনাক্তা থম্লিবা তেলেফোন্দু মখোল য়াক্লা খীংলকই। লৈমতোম্বী খংপ্রেক খংই।

খল্লকই, "মথৌ লৈতবা অনীদু মওঙ্গীবিনি। অয়ুক অসুক ঙল্লিঙৈসিফাওবা তুমিন্না লৈবা হৈনজদ্রবনি। হেক য়াহৌবগা চীবোল-পাবোল কাপ্না হৌবকঅদবনি।"

তেলেফোন্দু অহানবদা পাক পায়খৎলমদে। হন্না হন্না খীংলবদা "চা অশাবা অসীদসু থকপা হেক নংদেদা।" হায়না মুকম মুকম শোল্লদুনা মখূৎ ওয়না লামদুনা তন্দে মান্দে তেলেফোন পায়খৎলি।

---

*অকনবা শাফূগী ইরৈ*

অহূম

# মোং হাদবা মমীৎশিংদো

---

মেবাগী মতম ওইবনা অযূক অঙম্বদু খজিক খজিক অঙ্গঙবা ফাওবক্লে। নুংথিলদদি লাংবলগী নুংশাদু হনবা ঈবৈ-লৈতনা অদুম শাই। অযুক্কী ৱাকিং চৎপা মী ফনা যাম্না থোক্লবন্নে। অহল-অঙাঙ, পাখঙ-লৈশাবী, কুম্মো অমনি।

অতৈ লমদদি সেপ্তেম্বর- ওক্টোবর অসী উনা- ৱানা খবা খবা ঙাঙশীল্লকপা মতম্নি। মণিপুরদদি মতম অসীদা উনা- ৱানা পূম্বা লৈশন্না শংনবকপা মতম্নি। কংলা পাক্কী নাকলদা হৌবিবা উ পাম্বীশিং অমসুং রাজভবনগী ইংখোলনুংদা হৌবিবা উপালশিংগী মশা-মবেঙ পূম্বা পূঙশং শংলি। য়েংবদা পূক্নীং ঈনৌ নৌথোক্লবি।

নিত্যাই মপাদগী অৱাং পাংনা কংলা পাক্কী পবীঙদা উখ্রিবা দৃশ্য অদু থাঙ্গৎশেংনা যাম্না ফজে। ঈশীংগী ঈমায়না লাপ্না শাংদোকখিদূনা জৱাহরলাল নেহরু দান্স একাদেমিগী মমাঙফাওবা শন্দোকখ্রি। মদুগী তুংদা চৈবাও চীং পবেংনা ময়েক শেংনা উখ্রি। মীৎয়েংগী পম্বুংদনা কৌব্রু চীংগী চীংশাঙ-পবেংনা শংবানবা মচুদা ময়েক শেংফাত্তনা অতিয়া খেৎনা ফৈগাক ফৈনা লৈখ্রিবা অদুনা ফজবা অমুক্কা হেনহল্লি।

নুমিৎ অদু নোং মংবমকসু নত্তে, অযূক্কী লৈচীল থাবমকসু নত্তে। নিংথমথ্য চঙলমদাইগী শম্না হায়ববদা মেবা থাগী হৌগৎলকপা অদুৱাঈদা তৌগনবা নোংথি-নোংমংবা হায়বদুনি।

চিফ মিনিষ্টর অমসুং কেদরসিং খাব্রাংনা শগোল থৌমীন্নবি।

মখোয়নীনা শানবা ৱাবীদু মণিপুরগী মহৌশাগী ফজবগী মবমদনি। কেদবসিংনা হিমাচল প্রদেশকা য়াম্না মান্নে হায়না পাউদম্লি। গনমেন অনীগা থানা মখোয় মবীনা আববলোমদগী মতু শিৎ নান্না লংখৎপা অৱাংবা শগোলদু অমমম তোংদুনা লাকপা অদু অয়ূকী ৱাকিং থোক্লকপা মীপূম খূদীংমকী কুম্মৌ ওইনৈ।

অয়ূক অঙনবদূদা তাতা ত্রক্কুম্বা মালগাডী অমা অনী নত্তনা মোতোব কাব জিপকুম্বগী ত্রাফিক্তি ঈবৈ লৈত্রি। মখোয় নৃংতিগী অৱাং এঃ ওঃ ছিঃ পোইন্ত ফাওবা হেক হেক চৎলি। কংলা পাক্কী এসেমব্লি মপা য়ৌবকপা অদূৱাঈদদি ৱাকিং চৎপা মীসূ ঈচৎ- চৎনদ্রে।

ম্যনিষ্টিপালিতি ওফিসকী মমাঙ অদূৱাঈ য়ৌশিল্লকপদনি শংলৈনবা, বাইত হেণ্ড দ্রাইভ জীপ অমনা বিবেন অমসুং আইঃ জিঃ পীঃ গী গনমেন অনীদগী তপ্পপ্না হেঙ্গৎখিবদো। জীপ অদুনা হেক হেঙ্গৎখিবগী মীৎকূপ অমদা ম্মূতব অমসূ তুংদা লাকই।

খোঞ্জেল অদূ য়াম্না তপ্না ঙাওই অদূবু থনূংদা য়ৈশীনবা ইথিল অমদি য়াওই। য়াম্না নক্লা তাই। ম্মূতব য়ৌবক্লিবা মী অদুনা হাযবকপা ওইবম্বা তাই,

“বিবেন, নঙ নোংমৈ শত্তোক্কনু, নথৱায় মাঙনীংদ্রবদি চেনখ্রো”

বিবেনসু নেপালি গনমেন অদূসু খূৎলৈ থুনা খোঞ্জেলগী মায়কৈবোমদা তুং য়েৎ ওইনা য়েংথোক্লকই।

তাল্লক অসিদা মাঙ থানা য়ৌবিবা জীপতূগী মনীংলোমদা হাইথবিবা হূদকী শব্দক অদূ খংহাই হাইগৎখি। খঙহৌদনা স্তেন- গনগী মতোল অমা লীৎথোবকখি। সেকেগু অমগী মচেৎ অমদা অঙাঙবা মৈবী ফেদ্রেৎ- ফেদ্রেৎ কাপথোবকখি। গূলী তবামুক পাইথোবকখি। আইঃ জিঃ পিঃগী গনমেন্দা লোইনা কাপশীনখি। চপমান্নবা মীৎকূপ্তা জীপকী দ্রাইভবগী ওইদা ফন্নিবা নূপা অমনা অতোপ্পা স্তেনগন অমা নাকন্দা থিন্দোবকক্লে। গূলী পাইথোবক্লে। চিফ মিনিষ্টব অঙাঙহলগী মকোক্তা, লূশমদা, মনঙ্গলদা, য়েৎ থংবা ফৈকন্দা নোংমৈ গূলী কুল্লোম কাপশীনখি। শগোল মথক্তগী লেকথদুনা তাখিবা অদু

গনমেন অদূদগী অঙাঙহলনা হানখি।

আঃ জিঃ পিঃ কেদবসিংদা নোংমৈ য়াওবমগনি হায়বগী জীপকী কাঙবু অদূনা খল্লমদমাল্লে। নোংমৈ গূলী মবক অদুদা কেদবসিং গ্লান মাঙদে। চেল্লবসু হিংলবোই হায়বা খঙখি। ঙমজবী অমতংদি তৌবমগে হায়বগী মতাগুম মাগী পোইন্ট থ্রীঃ এইতঃ ওতোমেতিক শংখিবা অদূ খঙহৌদে। মমাঙগী স্তেনগন অদূ তম্না ত্রিগগব অমুক্তংদি খপহৌই। অদূবু স্তেন গনগী মরুনা থুবা হাঞ্জিল্লকখি। থুনমক মাগী নঙ্গলগী যেৎ থংবা নাকচেপ্তা, য়েৎ থংবা ফৈকন্দা শেৎলিবা ফি অদূ ফুট- ফুট ফাওদৎখি, ঈ ওইনা তাবকখি। মাগী গূলী অদূনা জীপকী মমাঙগী ওইথংবা মদগার্দ অদুদা খেৎখিবগুমদি তৌখি। থুনমক মাগী নোংমৈদূ লৈবাক্তা তাখি। মশাসু লেকথদুনা লৈবাক্তা তাখি।

মানা লৈবাক্তা তাদ্রিঙৈদা হাইফেৎ উখিবগুম তৌখি, কেপ উপ্পা, গোল্ডন বিমগী আনোক উপ্পা, মশক- মতৌ ফজবা পাখঙ অমখক। জিপকী দ্রইভবগী ওযবোমদা ষ্টেন-গন অমা পায়বদুনা মঙোন্দা ওতোমেতিক খপ্পকখিবদো। কবিমত মোং হাদবমখৈ মমীৎ অনী অদু তবং তবং পাঙই। মাযথোঙদা পূক্রীংগী ৱাখলগী মমি অমত্ত তাদবগুমই। শাউবসু মান্দে, চুম্নগী মাগী নোংমগী থবক অমা পাঙথোপগুমই।

লৈমায়দা হাইথগ্রবা মী অহূম অদুনা তোংলম্বা শগোল অহূম অদু ঈফীং ফিংনা খোঞ্জেল ৱাংনা খেক্লা খোংলকই। খূমাঙ ৱাংনা থাংগৎলকই। অদুগা মায়কৈ শলাই খঙদনা চেনখ্রে। অনী অমনা অৱাং পাংনা পিঃ দবলযূঃ দিঃ ওফিসলোমদা অমনা গান্ধি এভেন্যুবোমদা।

স্কুতব তোংবা অনীদুসু গান্ধি এভন্যুবোমদা তহা-তহাবা যাওদনা মযায় ওইবা স্পিডতা থৌখিবমই।

মনাক্তা লৈবম্বা স্কুতব অদু থৌগ্রবদা বিবেন্না মাগী শগোল অদু লৈজবী পাঙ্গলদা চেল্লো হায়বগী মতাগুম মখূ অনীনা শগোলগী মবুক নাকল অনীদা শুই। খূৰূপ থাদুনা থৌগে তৌই। অদুবু ইঞ্জিন মুখথ্রিবা জীপুগী মনীংদা থিন্দোক্তুনা লৈবিবা স্তেনগন মতোন অদু থাদবমদ্রি। থিন্দোক্তুনা অদুম লৈবল্লি।

জীপুদগী খোঞ্জেল অমনা অমুক,"বিবেন, চেনখিনু, নোংমৈ থনম্মু," হায়না লাউবকই। খোঞ্জেল অদু অখাবা য়েংথিবগী ঈনোৎ য়াওদে। অদুবু মদু তাবদা অঙাংবা য়োৎকী খুৎকুম্বা অমনা থুনমক মাগী য়াঙলেন শব্দ পবেংদা মা-মাদুনা হায়গৎখিবগুম তৌই। মাগী তেনগ্রবা মশমগী লবাইদা কদ্রক লাকশীনবগুম ফাওই।

অসিগুম্বগী অথূ-অবাক্তা শবৈ-শবা হৈজবকপা বিবেন্নি। মবুক্লীংগী ব্রাখলনা মথন্ত লাউবকই, "বিবেন ! বুদু ! কবিনো অমা থুনা তৌবো ! ফীভম অসিদা পন্থবা য়াদে। নথ্বায় মাঙবা তাবে।"

মশাগী নোংমৈ শৎলুববদি মাগী মথ্বায় মাঙবা তাবনি। জীপুগী হায়বকপা য়াথং অদু তাশন্নদনা শগোল অদু থৌবা হৌবকই।

খঙহৌদনা ষ্টেন-গন মতোল অদুদগী মখোলগা লোয়নননা মৈবী ফীদ্রী ফীদ্রী কাপথোবকই। শিবেদনা হায়বগী ব্রাখলদা বিবেনগী যাঙলেন শব্দ পবেংদা অমুক হন্না য়ং লাউবা ফাওই। শগোলগী মঙক্লা পান্ননা পাকথৈ। অদুবু নোংমৈ গূলীশিং অদুদি মঙোন্দা তন্নকপা ওইবমদ্রে। শগোলগী খূমাঙ ফৈকশিংদা তন্নকপনি। শগোল অদু চৈনাখোলগা লোয়নননা খেক্লদুনা মকোক শুজিন্দুনা শোবোক্তা তুশিল্লি। বিবেনসু উপথূনা তুশিল্লি। খঙহৌদনা মাগী খুবোমগী নাকন্দা নোংমৈ গূলী অমনা খেৎখি। চৈনাখোলদি কবিমত্ত ফাওদে।

তুকুবগী হৌগৎলকপদা মমাঙদা নোংমৈ পাযবা মী অনী লেপ্লন্লে। অনীমক জিনগী খোঙ্গাও শেৎলি অমসুং জিনগী জেকেত লীৎলি। অমনা শংবানবা মচুগী, গোল্ডন বিমগী অবংবা আনোক উপই। অমনা ঙৌববা মাযথোঙ অদু মকোয় অমুবনা পূংযোম যোমই। অনীমক মশা পাবপ তৌনা ব্রাংই। শামান লেংমান্নে, য়েংবা নুংঙাই।

মকোয় চোম্বা নূপা অদুবু উবদা কনানো হান্না উগ্রবগুম তৌইদা খল্লকই। এসঃ পিঃ খেলেনখোয়গী ইমূংগী মীবা? নৎত্রগা হোতেল প্লাজাগী কাউন্তবদা হেক হেক ফম্বা পখঙদুবা? ঙাইহক্তং মশক লাকশীনবা ঙম্লবা হোৎনখি। অদুবু চপচানা লেপ্পা ঙমখিদ্রে।

মকোয় চোম্বা নূপা অদুনা, "বিবেন নোংমৈ অদু পীবমউ" হায়বকই।

বিবেন্না মনীংলোমদগী নোংমৈ শত্তোকই অদুগা পী।

আনোক উপ্পা অদুনা, "চৎখিবা যাব'নি!" হায়বকই।

বিবেন্না য়াম্না থুনা য়াঙনা ম্যুনিসিপাল ওফিস ফাওনা চেনশীনখি। চেন্না চেন্না ৱাখল অসীসু খনখি, "কনানোনে মকোয় চোম্বা নুপাদূবো? মখোলসু য়াম্না লোম্দীন্ননা তাথ্রবগুম তৌইদা।"

জীপ্তুগী কূমথবকপা মীশিং অদূনা আইঃ জিঃ পিঃ অমসুং মাগী গনমেনগী নোংমৈশিংদুসু খূনগৎখ্রে। চীং লেম্না গাড়ীদা অমুক কাখৎখ্রে অদুগা মোং হাবা যাওদনা গাড়ীদূ অৱাংলোমদা থৌগৎখিবমই।

হাযবিবা থেঙ্গদোকশিং অসী মীৎকুপ খবতগী মনূং দা মথঙ- মথঙ থোকখিবনি। হান্নদি শোবোক্তু মী ঈতাক- তাক্লম্বনি। অহানবদা লম্বী মনাক্তা লৈবা গাডী শেম্ফম ৱার্ক শোপ্তুদগী চৌকিদাব থেব চেম্থোক্লকই। মাদি থোকখিবশিং অদূ হৌবদগী হাইফেৎ হাইফেৎ উহৌবনি। নোংমৈ পাযবা, গাডীদগী কুমথবকপা মী অনীদুগী চাউবাকপা মবেপ- মঙাল, শওঙ শদাসু উহৌবনি। ঙসাইমখৈ নোংমৈ কাপ্লবদুদা কিমনখিবনা মখোযগী থোঙজাও অমসুং থোঙনাওশিং অদু গম গম যৈশিন্দূনা থিংজিনখি। অদুবু অমুক যেংনিংমন্দুনা থোঙ কাবপ তৌহল্লগা অহোবা ফাওনা অমুক অমুক যেংহৌবনি।

ম্যুনিছিপালিতি বিল্ডিংগী চৌকিদাব চাউথোইসু অযূক্কী উইবোল উইবোল তৌবিঙৈদা নোংমৈ মখোল অমসুং শগোলগী খেকপা মখোল তাবকই। পাইদুনা চেম্থোবকখি। থোঙ্গালদা বিবেন্না চেনশীল্লকপদুগা থেঙ্গাইনগে তৌখি। অদুবু শোবোক্তা মী খবা তূবিবদু উবক্তুনা মফম অদূ তান্না চেনথোকখি।

খবাচেল্লগা বিবেনগী মখোঙ অদু যাম্না নাবক্লে। ঈ চেম্থবকই। কমাল লৌথোক্লগা খুবোমদা শোক্লিবা মপাদুদা কিশিল্লে। তোম্বিস্রা স্কুলগী কম্পাউণ্ড লানশীন্দূনা মী উদবা দুকান কাবক গলি ফাওদুনা চেনখি।

মণিপুর বিধান সভাগী স্পিকরগী রেসিদেনসিয়েল বঙ্গলো শঙলিবা সন্ত্রি খরদুসু নোংমৈগী মখোল তাবদুদা শোরোক্রোমদা চেঙ্ছোক্লকই। খরা থাক্লদা মী ওমশীন্নখিবা অদু উই। মীবক অদুদা মী অমা অনী তুদুনা লৈবিবা অদুসু উই। অমুক চঙশীন্দুনা সিক্যুবিতি কার্টরদা লৈবা মখোযগী মশুং- মমান্নবশিংদা তমই, "শোরোক্তা নোংমৈ কাপ্লবে, মী শিব্রা কবিনো'মা তৌহৌবে। ছীঃ এমঃ গা শগোল তোংদুনা চৎখিবদু মাল্লি।"

স্পিকর ললিতকুমার ঙশাইমখৈ তুমদুনা লৈরম্মনি। পাউ তাবক্লদুনা মাগী মী অমা অনী পুরদুনা মফম অদু তান্না য়েংবা লাক্লে।

নোংমৈ কাপ্লবিঙৈদদি থাপ্লপ্লা উহৌবা লম্বী চৎপা মীশিং অদু অমত্ত চঙলক্তে। মমি শামি অথাপ্লদগী য়েংদুনা লৈনবমই। জীপ অদুনা হেক থৌখিবদগীদি ময়াম চেনশীন্নবকই। খরা খরা পুনশীনখিবদগী ঙাইহাক্তদা মীয়াম, ছাইকল, স্কুতর, জীপ কাবনচিংবা মশীং ফনা য়াম্না তিনখ্রে। নোংমৈ কাপ্লবম্বা অদুদা কিদুনা চেন্নখিবসু কোঙ্গায়নি।

য়োমশীল্লিবশিংদুগী মবক্তা হায়নবকই, "চিফ মিনিষ্টর অঙাঙহলনিনহে!"

"আইঃ জিঃ পিঃ সু য়াওবিনহে!"

"এঃ কবিনো তৌ'বিসি'দি নুংশি হৈতনা হাৎলম্মেদা," অসিনচিংবা শোন্নবা য়াওবি। খরা অমনা, "শিরো পেল্লি"

"ফৈদা, লমহেনবা লৈবাক্কী খন্দ্ররা মশাগীত য়েংবা মন্ত্রি, ওফিসরশিং খরসি তুম্না হাত্তোক্লগা লৈবাক'সি খরা ঈংবা য়াই," হায়না শোন্নবকপসু য়াওবি।

মীয়ামগী মীনুংশি ব্রাহে অমসুং মীচৈ- মীবাক অদু অঙাঙহলদি তাখিদ্রে। মিনিট অমাবোমগী মমাঙ,মহাক্কী জ্ঞান খরা খরা লৈবিঙৈদদি মশামক্কী হকচাঙ অমসুং মানক্তা লৈবিবা শগোল আইঃ জিঃ পিঃ নচিংবা পুম্নমক আকাশ খেৎনা ব্রাংবা লোংউপ অমগী মনুংদা উব্দ উব্দ লৈখত্তুনা থুনা য়াঙনা ব্রাঙখৎখিবগুম উখি। মীৎকুপ অমা অনীদুগী মনুংদা "ও,ঐ লোইরেকো! লৈবাক্কী মকোকসু নোংমৈনা কাপতুনা হাৎলবা!" হায়বা

*ৱাখল অমা ফাওখি। মমীত্তা উখি লৈমতোম্বী, মচাশিং অমসুং মবী মতাশিংনা মপী চেম্বুদুনা কপ্পা। ইশ্ববু ঙাইহাক্তং নীংশীংজখি। অদুদগীদি মমীত্তা কবিমত্ত উশিল্লকখিদ্রে। পূম্মম মমখ্রে। সংসাব মমখ্রে।*

স্পিকব ললিতকুমাব অমসুং মাগী খোঙলোয়শিংনা মীবক খায়দুনা চঙশীল্লকপা মতমদুদদি থৱায় য়াওদ্রবা অঙাঙহলগী মখজাইদা হযীং খোংয়াম্বী অমা হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা পূল্লিবা মীয়াম অদূবু ৌওই- উশিত্তবগুম শান্নবা উবকই।

তাঞ্জা অদূদা আইঃ জিঃ পিঃ কেদবসিং মমীৎ তপ্পা তপ্পা পাওখোবকই। চৈনাখোলগা লোয়ননা "ফোব গোদস শেক, প্লীজ তেক মী তু দ হোস্পিতাল," হায়না লাউবকই। মাগী গনমেন অদুদি মযাদগী থোক্লকপা ঈগী পুখ্রিমচা অমদা তূমীন্না তাদুনা লৈবে।

ললিতকুমাবনা খবা অহল ওইবা অমদা, "তাদ, ঙাইহাক্ত য়েংবিবমউ। ঐ ছীঃ এমঃ গী ঈমূংদা ফোন অমুক্ত তৌকখিগে অদুগা গাডি পুবক্লগা আইঃ জিঃ পিঃ বুনা হোস্পিতালদা থিল্লুবা তাবি। আ-হোয় পুলিছতসু পাউ অমা পীবম্বা তাবি," হায়বন্নগা থুনা য়াঙনা চৎখি।

ময়ুমদা চেনশীন্দূনা ঈহান হান্না ছীঃ এমঃগী বঙ্গলোদা বিং তৌখি।

\+ \+ \+

মথঙগী অয়ুক্ত নি। আইঃ জিঃ পিঃ কেদবসিং বিজ্যনেল মেদিকেল কোলেজ হোসপিতালগী স্পেশছিয়েল কেবিন এ ফাইভতা তুমিন্না তুমদুনা লৈবি। মতমদু ফাওবা আইঃ ভীঃ ড্রিপ বোত্তল অমা চত্তুনা লৈবি। ঈ বোত্তল অনী অমসু ঙবাঙগী অহীং ফাওবদা কাপখ্রবনি।

হোস্পিতাল য়ৌবগী মিনিত খবতগী মনুংদা সর্জবি, বেদিওলোজি, এনেস্থেসিওলোজি, ব্লদ বেঙ্কনচিংবা দিপার্তমেন্ত কয়াগী ডাক্তব অমসুং প্রোফেসব ময়াম তিল্লখি। খূদক্তা ইমর্জেন্সিদা থাঙ্গত্তুনা য়েৎ থংবা থবাক্কী প্লিউবেল কেভিতিদগী গূলী অনী, পুক্তগী অমা লৌথোকখি। য়েৎ থংবা লেংজুম অমসুং ফৈকদসু গূলী অমমম লৈবি। অনী অসিনা খবা কোন্না

লৌথোকপা হায়না লেপ্লখি। অহূম অদু লৌথোকপদসু পং মবী মঙামুক চঙখি।

হোস্পিতাল য়ৌদ্রিঙৈদগী শোক ন্তেত্তা লৈপ্লবনি। ব্রা ঙাঙনবা য়াখিদ্রবনি।

অয়ূক অঙনবা অদুদদি তাইবম্বা মাগী হকচাঙগী কুচু অদু খবা শেংদোক্লপগুম তৌবক্লে। নোংঙাল্লমদাইদা সর্জবি দিপার্তমেন্তকী তিম অমুক লাক্লমদুনা য়াম্না কৃপ্না চেক তৌবন্লে।

"হৌজিক হৌজিদ্ধীদি খূদক্তা খূদোংথীনীংঙায়গী অকিবা লৈত্রে," হায়বন্নগা পোত্থাবা চৎনখ্রি। খবা নহা ওইবা স্পেছিয়েলিস্ট বেজিষ্ট্রাব অমনে, বেসিদেন্ত অমনে মখোয অনীদি ডাক্তবগী নাইত দ্যুতিগী কাদা লেক্তুনা শঙহৌবি। মখোয অনীনা পূং তবেৎ তাবদা অমুক্তা যেংখি। ফীভম ফবি হায়বমই।

অযুক্কী পূং তবেৎলোম তাবকপা অদুব্রাঈদদি নুংদাং তাবম্বা নর্সশিং হন্নখ্রে। অযুক্কী দ্যুতিগীদমক লাকপা কাঙবৃদা শিন্নবন্লে। পূং মাপল তাবমদাই অদুব্রাইদদি নহা ওইবা ডাক্তবশিংসু কাবা হৌনবক্লগনি।

হোস্পিতালগী অকোযবদা মকওইনা স্পেছিযেল ব্রার্দকী মযাদা পূলিছ অমসুং আর্ম ফোর্সেসকী মীওঈশিংনা ঙবাঙদগী খূৎলাঈ মতীক চাবা কযা পাযদুনা ব্রাই চাইখ্রে। ওফিসব কযা যাওদুনা শীন্দোক শীঞ্জীন তৌনবক্লি। চিফ মিনিষ্টব হাৎখিবগী পাউনা মফম খূদীংগী ব্রাবী ওইনবি। লৈবাক পূম্বা কিবা- তুজূংবা পোক্লববসু হোস্পিতালগী নোংমগী থবক কায়বা য়াদবনিনা ঙসী নোংমগী থবক তপ্না তপ্না চিনবা হৌগৎনবক্লে। ঙাবাঙদি ওফিসশিংগী ছুতিসু ওইখিবনে হোস্পিতাল ফাওবা মী ঈতাক তাক্লখি। ঙসীদি ঈঙন- ঙন্না মপূং ফানা মী তিনবা হৌবে।

অয়ুক্কী পূং নীপাল তাবমক্তদা উবিপোক্তগী মেদিকেল কোল্লেজ হোস্পিতাল তাবা লম্বী অদোমদা পাখঙ অমগা লৈশাবী অমগা শংবানবা ষ্কৃতব অমদা তোংমিন্নদুনা থৌজীল্লক্লি।

পাখঙ অদূদি মশা য়াম্না কেজবা নাঞ্জবা মাল্লি। শেংলকপা উৎ মচুগী তেবিবুল খোঙ্গ্রাও অদূ ইস্ত্রি নান্না তক্লকপা মাল্লি। ফূবীৎসু জিয়াজিগী শংবানবদা মুবৈনবা চেক্কী নোমুনা য়াওবা ফজবা অমা লীৎলি। গোল্ডন বিমগী অপাবা মচুগী গোগলস অমা উপই। খোঙঙূপ অমুবা অদূসু কাপ লংনা থাই, শিৎ নাল্লি।

মনীংদা ফল্লিবী নৈশাবী অদূদি মশমদূ পবীং অনী থোক্লা বেনি লোল্লগা পবীং অনীমক অদূ মকোক্কী নাকল নাকলদা অমুক পুখত্নূনা শক্ষাবীনা চেকশীন্না ফাগৎলি। কোট ঙাঙলৈনবা ফৈবোম যৌনা চোনবা অমা লীৎলি। কোটকী ঙকশমদগী হাইদোবকপা অঙৌবা ফূবীৎকী ঙকশম ফীবান অদু নূপাগী ফূবীৎকী নোমুনা মাল্লি। অঙৌবা স্কর্ট শেৎলি। ফি-খোঙঙূপ অঙৌবা তোংই। খূকউ যৌবা অঙৌবা মোজা উপই। অযূক্লা বেদমিন্টনগুম্বা বাস্কেট বোলগুম্বা শান্নরুবদগী হল্লকপা মর্গল্লি।

পাখঙ অদূসু নৈশাবী অদুসু চূঙ- ফীবাল চায, যেংবা নুংঙাই। অনীমক মশক- মতৌ ফজে। মমীৎ, মনাতোন, মচীনবান মফম চানা, মওঙ চানা পাল্লি। অনীমক শান্ন- খোৎনবদা, স্পোর্টসকী হীবমদা হৈথোই- শিংথোইবমগদবা মী মাল্লি।

চাউবাক্লা যেংবদদি অনী অদূ অপাম-নুংশিগী ঈখৌ লাংলবা শাবী-শানৌসু অমুক মালহল্লি। মখোয অনীবু উহৌবা অহল ফাওবা ঙাইহাক্তি যেংবা নুংঙাইদুনা যেংনহৌই। অঙাঙ খবনদি "ফজেকো ! পোজ তাইকো !" হায়না লাউবকপা যাওখি। ঈনখৎলক্লিবা পাখঙ মচা খবসু মচীন্দা মখূৎ লোনশীন্দুনা ফিৎ ফিৎ লাউনা হুীশল খোংহৌবসু যাওই। অদুবু মখোয অনীদু ব্রাবী কযা শানদে। নোক-খেবসু তৌদে। মাগী মাগী ব্রাখলদা লূপ্লবগুম তৌই। মমীৎ-মনা তথক তথকপসু যাওদে। মুন্না যেংশীল্লুবা মী যাওবল্লগদি মখোয অনী'সি অকবা থবক অমগী লাকপা নৎত্রগা অদুগুম্বা অমদগী হল্লকপনি হাযবা খঙবা ঙমগনি।

খোয়দ্রীং -খোযদ্রাঙবা, পক্লা থাদবা কঙ্গুতকী লম্বী অদোমদা অসুম যৌজীল্লক্নুনা নৌনা শাবা ওবস্ট্রেতিক্স এণ্ড গাইনিকোলোজি দিপার্টমেন্টকী

বিলদিং মনাক্তা লাক্লে। হ্নূতব খামই। লৈশাবী অদূ কূমথহৌবে। লৈশাবীদুনা "য়াবনি," হায়বকই।

"ফবে, হূবেন উন্নসি," হায়বন্নগা পাখঙ অদুনা হ্নূতবদু অমুক থৌখ্রে।

তৌথোবক্কনি খল্লুদে, লৈশাবী অদুনা কোট মনূংদগী ত্রেইনিং নর্স ছাত্রিশিংনা উপ্পা অদুগুম্বা কেপ অমা পুথোবক্লে। মকোক্তা উপশীনখ্রে। মদু হেক উপখিবদগীদি ত্রেইনিং লৌবিবী নর্স ছাত্রি মাল্লে। কোট অদুনা নাকন্দা য়াল্লিবা খাউজাউ অদুদা নমশীনখ্রে।

চৌকিদাব নিংথৌজাউগা এতেন্দেন্ত ঙাঙবীগা আউত পেশিযেন্ট কী থোঙ হাংদোক্লক্লি। ডাক্তবগী অমসুং অনাবগী চৌকি, বেঞ্চ, তেবলনচিংবা শেমজীল্লম্বনি। হ্নূতব অমা থৌজীল্লকপগী মখোল তাবদুদা "ডাক্তব কনানো অসুক ঙন্না যৌবক্লিবসিবো ?" খন্নবদুনা মনীংলোমগী য়োৎকী কেল্লাপসিবল গেট অদূ হাংবা চেপ্লোবকপনি।

অদুবু মশক-মতৌ ফজবা ব্রাং-চাউবা পাখঙ অমনা মশক ফজবী নর্স ষ্টুদেন্ত অমা হ্নূতবদগী থাদবম্বা অদূদা মখোয অনী কুন্ধে যেংদুনা লৈথোকই।

নিংথৌজাউনা হায়বকই, "মহোয নর্স ছাত্রিসিং'সিবু অয়ুক অঙনবদা গাড়ীনা মহোয়' হোষ্টেলদগী হেক হেক পুবকপদাইনে ? ঙাইহাকসিদা কদাঈদা চীক্সাঙ অমুক মাঙলুবিবা? অসীনিদো ঙাঙবী নুংশিনবা হায়বদো। ঙাইহাক তাঞ্জা ফংবদা মাগী মাগীদু উনহৌগদবগী । নুংশিনখ্রবদা মাগী মাগী মীদু নত্তনা তৌফম থোকপা মথৌ, মমা-মপা, মথক্কী ওফিসবকা কবিসু ওইনা উবি'পোৎ নত্তেদো।"

ঙাঙবীনা খুন্নকই, "ঙাইহাক চীক্সাঙ-মাঙলুবগী মতৌবু মান্দেনে। অহীং লেকমীন্নকুবগা লাকপা ওইবিনি। হৈখ্রেদকো, কানগী লৈশাবী ! মমা মপানদি ডাক্তবগী লাইন্দা হৈনবা থাবক্লিবনিদকো !"

লৈশাবী অদুনা কোল্লাপসিবল গেত অদু হাংলমদবদুদা বিল্ডিংগী নাকন্দা থৈদুনা হোস্পিতালগী কোবিদোব তান্না লাক্লে।

নিংথৌজাউনা মাগী মবুক্তা লাকপা ব্রাখল অদু তেংনা হায়দোকই, "অস ! লৈশাবী অসি য়েংববু য়াম্না নুংঙাইবিনে। ফীভম্নে, শকনে-চুনে। কুইনা 'সুম হিংজিল্লক্ল বদি মশক ফজ-ফজববা নহাবোল য়াম্না উবকখিগদৌবি? পঙহায়-মহায়বগী ব্রানি থায়নগী মোইবাং থোইবী শাইককপীদূবূ লৈশাবী অসি যৌনা ফজবম্না হৌনদে। হৌজিক্তদা ফজবা য়াম্না থোক্লকপদগী মীনা কযা শীঙথানবিদ্রবগী ব্রানি। মখোয় অনীসি মতৈ মনাও ওইজববদি ঈশ্বরনা শীনবা মতৈ মনাও হাযবদু হেক থোক্কনি।"

চূং- ফীবাল চাবী, ব্রাংলপ তৌবী নর্স ষ্টুদেন্ট অদূনা কোবিদোবদা যাম্না চীংলেম্না চৎখিবদু মখোয় অনীনা ওয়োকপা বাগ অমদা মমীৎ কৃপ্তবমখে যেংদুনা লৈহৌই।

থেক্লা অসুম লাক্কুনা জেনবেল ওঃ পিঃ দিঃ সেকশনলোমদা যৌবক্লে। মাবু উবদা হোস্পিতালদা অনাবগী শেবা লাকপা মযাম মব্দ ওইনা ঈনখৎলক্লিবা পাখঙশিংনা মঙক লৈথোক- লৈথোক্কুনা যেংনহৌই।

মাবু থেংনহৌবা নর্স ছাত্রি খবসু, "ইস মশক য়াম্না ফজবী ষ্টুদেন্ত অনৌবা অমা লাকই'সিদি কদাঈদগীনো, নহানমখে উদেনা," হায়নবদূনা অমগা অমগা শূব্দ শূব্দ নৈশিন্নবমখে য়েংনহৌই। মাবু মযাম্না যেংনহৌই হাযবসি মা খঙই । অদুবূ নাচুংবা অমত্ত যাওদে। স্তেয়বস মথক্তা লৈবা মেদিকেল আউত পেশিযেন্ততা কাখৎখিদুনা ভীজীতিং ফিজিছিযনগী কা মমাঙদা থাবিবা বেঞ্চশিং অদুগী মবক্তা অমদা ফমখ্রে।

লৈবল্লিবা এতেন্দেন্ট জলান অমসুং মৌ নহা তোম্বীনৌনা "মেম্মা, 'সিদা তাব্রা ?" হায়না হংলকই।

"তাদে, ঈচে ঐখোযগী ঈচেশিং অমা প্রোফেসাবদা য়েংহনগে'না ঙাইবিবা।"

ঙাইহাক লৈতনা ঘড়ী যেংই। য়াম্না লাঙতক্লবা মতৌ অদূদা তোম্বীনৌনা হায়বকই, "মেম্মখোয়গী ঈচেদূবু লাক্লিবো। ঐখোয় অদুম তৌহৌগে।"

"লাক্রিয়ে ঈচে। লম্বী চঙওকফম খঙদ্রববা কবিনো খঙদে। ঙন্তা লাকউ হায়বগা হৌজিক ফাওবা লাক্কে। ঈচে, ঐ গেত অসিরাঈফাওবদা অমুক্তা য়েংলুখিগে," হায়বল্লগা অমুক থোকপ্লে।

অনীদূনা শোন্নহৌই, "নহানমখৈ অমুক্ত উদেদা। মশক- মতৌ ফজদ্রা ? নহানমখৈ য়ুনিফোর্ম শেত্তবা হুন্দক শেংপা ওইবমগনি। অদূনা মশক চপ চানা খঙদবা জাৎনি।"

নর্স ষ্টুদেন্ত অদূনা ঘড়ী অমুক যেংই। পূং নীপালগা মিনিত কুনমঙা চৎলে। অমুক কৃমথখিদূনা হোস্পিতালগী মনীংগী কোবিদোবদুদা অমুক তপ্লপনা চৎলি।

থাপ্লপ্লা উবকই, মশা নানবা, ব্রাংলপ তৌবা, এপ্রোন লীৎপা, ডাক্তব নহা মানবা পাখঙ অনীখক। এত্তেচি অমমম পাযবদূনা লাক্লি। খবা নকশীল্লক্লবদা মশকশিং অদূ মযেক শেংনবক্লে। অনীদূগী মবক্তা খবা ব্রাংবা অমদূদি ঙশাইগী স্কুতব থৌবকখিবা পাখঙ অদূনি। অতোপ্লা অদূদি মখদাঙ ফাওবা শূব্ধ শূব্ধ নৈশিনবা মকোযনা যোমশীল্লি। মশাদি যাম্না নাল্লি।

থৈনবকপগী মপা যৌবদা নর্স ষ্টুদেন্ত অদুনা "গূদ মোবনিং সাব," হায়না ওকই।

খবা ব্রাংবা অদুনা খুঁম্লকই, "গূদ মোবনিং সিস্তব, নঙদি কদাযদা অমুক চৎলিবা ?"

"সাবহোযসু বাউণ্ড লাক্তবা অদুদা অমুক 'সুম থোক্লকইবা।"

"লাকও, লাকও বাউণ্ড চৎলুবসি।" ডাক্তব নহা অনী অদুনা মাঙ থাবদূনা, নর্স লৈশাবী অদূনা মতূং ওইবপ ইল্লদুনা স্পেপছিযেল ব্রার্দ লোমদা হাইজিনপ্লে।

স্টৈযবস মথক্লোমদা কাখৎখ্রে। নোংমৈ, শঙ্গিন পাযবা সিফাইনা পিক থন্না লৈবমই। খবা অমনা মপাল্লোমদা কোবিদোবগী নাকন- নাকন্দা খ্বাঙমুক ব্রাংনা খাগৎলিবা ফক্লাঙ অদূদা ঙাবোই কবিবোই তৌবদূনা লৈবি।

কেবিন এ ফাইবকী থোঙগী নাকল অনীদা শঙ্গিন পানবা নোংমৈ

পাযবা অমনে, ষ্টেন- গন পায়বা অমনে অনীনা ঙাক্লি। মপানগী কোবিদোব অদূদা চুম্নগী খোঙ্গ্রাও ফুবীৎ শেৎপা নুপা অহূম অমসু লেপ্পমই। প্লেইন ক্লোথস মেন ইন্তেল্লিজেন্স ওফিসাব ঙাক্তেনি। দিঃ এসঃ পিঃ গুনচন্দ্রগা, এসঃ আইঃ কুলবিধূগা, এঃ এসঃ আইঃ বিদুবগনি।

মকোয় চোম্বা ডাক্তব নহা অদুনা লৈবন্নিবা ময়াম অদূ হাইফেৎ যেংলুবগা এসঃ আইঃ কুলবিধু হেক উবদা মমীৎ খজিক্তং তূকথৈ। অদূগা নর্স ছাত্রি অদুদা হংলকই, "এ ফাইভকী'সিদি ঙসিদি খবা ফগৎলব্রা?"

"খঙজদে সাব, ঐদি চঙজকদ্রি। ঈচেনা হাযবদি খজিক্তং নুংঙাইনা তূম্বগুম তৌই হায়।"

"ফবে, ঙবাঙগা ঙসীগা কমদৌবগে যেংসি।"

এ ফাইভকী থোঙলোমদা চঙশনিখিবদা সিফাই অনীদূ নাকন নাকন্দা খবা থৈদোকখি। থোঙদা নোক তৌই। ঙাইহাক লৈবগা মনূংদগী থোঙ হাংদোক্লকই। এসঃ আইঃ কুলবিধূনা মাগী ঘড়ী হাইফেৎ যেংখিবগুম তৌই।

কা মনূংদা চঙই। থোঙ হাংদোবকপা নূপা অদু সিফাই মশম তাখৎপা অমনি। অতোপ্পা সিফাই অমনা আইঃ জিঃ পিঃ কেদবসিংগী নাতোন নাকচীদা, লাইবক্তা কাবক্লিবা হুমাং মবীক মবীক অদু তৈথোক্লি। ডাক্তবশিং চংলকপা অদুদা খবা লাপ্তক হন্দোকখি। মখোয অনীমক খাকি মচুগী হাফ পেন্ত অমসুং শংলৈনবা মিলিতবিগী মোজাফুবিৎ নিমাই লীৎলি।

খবা হেন্না ব্রাংবা ডাক্তব নহা অদূনা এপ্রোনগী ফুবীৎখাউদগী ষ্টেথোস্কোপ অদূ লৌথোক্তুনা থবাক্তা থান থান্দুনা চেস্ত ওস্কলতেশন তৌবকই।

ঙাইহাক য়েংলগা, "সিস্তব ফি অমূক্তা হাইদোকউ," হায।

নর্স ছাত্রি অদূনা মখ্বাঙফাওবা হাইদোক্লকই। কেদবসিংগী মথবাক, যেংকী মবেঙজূম, মবূক দ্রেসিংনা যোম্লি। মফম খবদদি দ্রেসিং ফাওদোক্তুনা ঈ তৈবা মচুম থোকপা অমুক হৌব ক্লে।

খবা ব্রাংবা ডাক্তব নহা অদূনা সিফাই অনী অদুদা য়েংলগা হায়বকই,

"আপ লোগ এক মিনিট বাহব জাইযেগা। হমকো আইঃ জিঃ পিঃ সাহবকী ব্রন্দস থোড়া দেখনা হৈ।"

সিফাই অনী অদূনা মপান্দা হেক থোকখিবগা নর্স ছাত্রি অদূনা থোঙ অদূ লোনশীল্লে। মখোয অহূম অমগা অমগা অর্থ লৈনা যেংনৈ। মকোয চোম্বা ডাক্তব নহা অদূনা ফুবীৎখা'দদা মখুৎ যেৎ হূমজীল্লি, থোঙজীন মযাদা লেপখ্রে। লৈশাবী অদূনা থোঙলোমদ' অমুক চঙশীল্লি। থোঙদা হাপ্লিবা মিংশেল মচাদু ফাওনা ভেবেন্দাদা যেংই। চেনা মেনশিনখ্রবসু শেগাযবা মপা খজিক্তুংদুদা মিৎ থল্লবদি মপানগী চাউবাকপা উবা ঙমই।

অতপ্পা খোঞ্জেলনা, "যাবনি," হাযবকই। খবা ব্রাংবা ডাক্তব নহা অদূনা মাগী এক্তেচি অদূ খংহাং-হাংদোবক্লে। চে অঙৌবনা চেকশীন্না যোমশীল্লবা মযোম অমা যাওবমই। হাংদোক্লগা ছীঃ ছীঃ তবাগী সিবিঞ্জ অমা পুথোবক্লে। সিবিঞ্জ অদু হীদাক মহী অমনা পীক থল্লি। যেক্তুমসু হান্না পান্দুনা যাওবল্লে।

অনাবা অদুদা হাযবকই, "হল্লো, গূদ মোর্নিং সব।"

কেদব সিং য়াম্না নুংঙাইনা তূমখূন হুল্লি। খুন্নক্তে।

কেদবসিংগী ওইগী মপান্থোমদা সিবিঞ্জগী যেক্তুম অদূ উনশা ফাওনা শদোঙদা থিংজিনখ্রে। ইঞ্জেকশন কাপ্লিবা ডাক্তব নহাগী মখূৎ অদু খজিক খজিক্তি নীকই। অযুক ঙন্তা অদুদা লাইবক্কী চিবাই অনীদা হূমাং মবীক মবীক কায। কেদবসিংদি পীশূম খজিক্তং শূকপদগী হেন্না চৈনাখোল ফাওবগী শকফম উৎলক্তে।

থুনা যাঙনা ইঞ্জেকশন অদূ কাপশীল্লমই। শত্তোক্লগা অমুক এক্তেচিদা হাপচীনখ্রে। মফি অমুক কৃপশীনবিখ্রে।

কা অদুগী অকোয়বদা চাউবাক্লা যেংলম্লগা লৈশাবী অদুনা থোঙ হাংদোক্লে। মখোয অহূম শকফম শেমজীন্দুনা থোবক্লে।

প্লেইন ক্লোথসমেন অহূম পবপ পবপ চঙশীল্লকই। মকোয় চোম্বা

ডাক্টব অদুনা হায়বকই, "সিষ্টব যাবে ! ঐখোয' যুনিতকী অনাবা অতৈ লৈত্রে।"

নাচুংবা লৈতনা ষ্টেয়বসলোমদা কৃমথনবা চঙশীল্লকই।

এসঃ আইঃ কুলবিধুসু চঙশল্লিকই। হংলকই, "ডাক্টব সাহেব, অনাবসিবু ক'মদৌবিবগে ?"

খবা ব্রাংবা ডাক্টব অদুনা খমই, "অকাযবা থোইদোকপদি লৈতে। অদুবু হৌজিকমক চপ চানা হায়বা ঙমদ্রি। খবা কুইনা তৃম্বোই-লাকপোই পোখাদুনা লৈববা যাই। ফীভম অসিদগী হেঞ্জিন্দ্রবদি হূবেল নুংদাংব্রাইবমকাদি খবা হাযবা ঙম্বা যাই।"

"অদূ ব্রাবীকা শাবদি যাখিবোইনে ?"

"অশ ! অদূকাদি যাম্না ব্রাৎলি। খবা পোখাখিসনু। যাবি'মখৈ দিষ্টর্ব তৌবিকখিনু।"

মখোয অহূম থোকখ্রে। কুলবিধুনা ইন্তল্লিজেন্স ওফিসব অনীদুদা হংহৌই, "মকোয চোম্বা ডাক্টব নহা অসি মশক খঙব্রা ?"

"খঙদে।"

"ঐদি হান্না খঙখ্রবগুম তৌই। চপচানা নীংশীংবদি ঙমদ্রে।"

মখোযনা শোন্নহৌবা অসি ডাক্টব অবাংবা অদূ খবা তাহৌই। মকোয চোম্বা ডাক্টবদূদি মাঙ থাখিবনা তাহৌদ্রে। মখোয মখোযনা চঙলকপা লম্বীদা থোক্লখি। ডাক্টব নহা অনীদূদি অপ্রোন লৌথোকখ্রে। মখূদাঙদা যানশিনখ্রে। এত্তেচি অদূ উদ্রবদি থাপ্লা যেংবদা মেদিকেল ছাত্র অমুক মাল্লে।

নর্স ছাত্রি অদূনা গাইনি ওবসকী স্তাফ লেভেতবিদা চঙখি। ফনা কুইববা মতুঙদা থোক্লক্লে। মৈতৈগী ফনেক অমা শেৎলল্লে। মোইবাংফি অঙৌবা অমা ইল্লল্লে। বেগ অদূ ফি-বোলনা থল্লে। ঙসাইগী উবীপোক্লোমগী লম্বীদা অমুক থোকখবে।

\+ + +

পূণ্ড মাপন্দ মখায়বোম তাবকপা অদূব্রাঈদা সর্জবিগী প্রোফেসবনা সিষ্টব অমসুং মাগী এসিস্টেন্ত মযামগা আইঃ জিঃ পিঃ গী কেবিন্দা বাউন্দ অমুক লাক্লে। কা মনূংগী সেবা তৌবা সিফাই অনী অদূ অমনা হিন্দি মেগাজিন অমা পাদুনা লৈবল্লি, অমনা চা শেল্লল্লি।

প্রোফেসবনা কেন্দবসিংগী খূদাঙগী মিহুন যেংলমই। হেক পাযবদা কেদবসিংগী মখূৎ অদূ তইং তইংই। শ্বব হোনবসু মান্দ্রে। মিহুন হাওবমদ্রে। ঙকচানবা মীৎযেঙনা লে যনবকপা ময়াম অদূদা হাইফেৎ য়েংলল্লগা, ঙকশমগী কেবোতিদ পলস অমুক যেংই। মদূদসু মিহুন ফাওদ্রে। প্রোফেসব হুমাং হাইফেৎ কায। এসিস্টেন্ত অমদগী স্তেথোস্কোপ তাপ লৌদুনা থবাক্তা হার্ট-বিত তাবা লাক্লে। কবিমত্ত তাবা ফংদ্রে। পেতি অঙাঙবী সিস্টবদুদগী তোর্চ-লাইত তাপ লৌই। কেদব সিংগী মমীৎ ফাক্কুনা তোর্চ-লাইত কাপশীল্লি। প্যূপিল অদু ফনা যাম্না লাওথোক্লে। মঙালদা লেঙথোক-লেঙশীল তৌদ্রে।

প্রোফেসবনা "গুদ গোদ ! ওক্সিজেন ! হৰ্রি অপ !" হাযনা লাউবকই। অমুকসু নোংশীল্লকই, "ব্রিং দেকাদ্রোন, কোবামিন, এদ্রিনেলিন।" মাগী বেজিষ্ট্রাব অদূদা অমুক লাউশিল্লক্লে, "ফোব গোদ'স শেক, দোন্ত গেইপ লাইক এ মক্কী। কম্মোন হৰি অপ।"

বেজিষ্ট্রাব অদু তৌফম খঙদ্রে। মপান্দা চেম্ফোকখ্রে। হান্ননা হাউস সর্জন অমনে, ইন্তর্ন অনীনে, নর্স অমনে ওক্সিজেন্নচিংবা লৌবা চেন্নখ্রবনি।

মযাম্না তফিং তফিং চেম্ফোক্লবকপা অদুদা এসঃ আইঃ কুলবিদুনা বেজিষ্ট্রাবদূদা হংলকই, "ডাক্টব সাহেব কৈদৌবা য়াওববনো ?"

"অং 'ত ঙাইবিখো," হায়বল্লগা স্তেযবস্তা থুনা চেম্ফখ্রে।

প্রোফেসবনা কেদবসিংগী মথবাক ময়ায়দা মখূবাক অনী লোনশীন্নদুনা থল্লে। অদুগা অমুক অমুক চাং নাইনা কীৎ কীৎ নম্না হৌবক্লে। কাবদিযাক মেসেজনি। লৈহৌবিবা এসিস্তেন্ত ডাঃ দিনমনিনা ফূবীৎখাউদগী

কমাল পুথোবকই। শন্দোক্লগা অনাবগী ময়াদা খুমজিল্লি। মমায় লূকথদুনা অনাবগী ময়াদা মাগী ময়ানা উমশিনখ্রে। অদুগা চাং নাইনা শ্বব কামশিন্দুনা মাউথ তু মাউথ আর্তিফিছিয়েল বেস্পিবেশন পীবে।

ওাইহাক লৈবগা মথও মথও থুংলদুনা ওক্সিজেন পীবে, দেকাদ্রোন কাপ্লে। ওয় থংবা থবাক্তা য়েক্তুম অশ্যাংবা অমা থিংজিনখ্রে। থম্মোয় য়ৌনবা ইন্দ্রা- কাদিয়াক এদ্রিনেলিন কাপশীল্লে।

ফনা কুইনা লাক্লদুনা য়েংলে। অদূবু মিন্থুন লাক্রে, শ্বব হোল্লক্রে। প্যূপিল অদূ চপ- লেপ্তুনা লাওথোক্নুনা লৈখ্রে।

লাক্লবা লেপ্লে। শ্বব মপী শাংনা অমুক্তং হোল্লগা প্রোফেসবনা হায়বকই, " গোদ গৃদনেশ। হী হেজ এক্সপাযার্ড। . আ.. কমপ্লিত দ ফোবমেলিতিজ।"

শূকথনা থোকখ্রে। মযামসু মবী মবী ইন্নখ্রে। বেজিস্ত্রব অমসুং সিস্তবশিংনা ফোর্মেলিতিজ লোইশিন্নবা চৎখ্রে।

কুলবিধূনা প্রোফেসবগী মনাক্তা চেনশীল্লকই। অনাবগী মবমদা হংলকই। পোফেসবনা মবেঙজুম পায়বকই অদূগা হায়বকই, "আই এম সোর্বী। হী হেজ এক্সপাযর্ড। ব্রী ত্রাইদ অব্রব বেস্ত। বত গোদ হেজ নোত হেলপদ অজ।"

কুলবিধূনা তকসী শোলহৌই। মখূৎ ওযগী খূবাক মযায়দা য়েৎকী খূত্তুম্না মথস্ত শূজহৌই। প্রোফেসবনা নাইত দ্যুতি তৌবম্বা ডাক্তব অনী অদূ মাগী ওফিস্তা লাক্লবা হায়বম্বগুম তৌখি।

মানা থোকখিবদা চিফ সেক্রেতবি, মন্ত্রি, এমঃ এলঃ এঃ খবা, কমিশনবশিং, সেক্রেতবিশিং, দিপুতি কমিসনবনচিংবা মথও মথও উনবে। মযাম অদূদা আইঃ জিঃ পিঃ গী পাউ তম্বদা মাগী থম্মোযদসু অনাবা ফাওখি

মরি

# হৌদোঙনা শঙ্গোম চাবা য়েংদুনা লৈহৌবা

দিঃ আইঃ জিঃ বুদ্ধচন্দ্রগী শঙ্গাযনি। মপা- মপূগী হাক্তক্তদি ইংখোল ফনা যাম্না চাওবম্বনি। হৌজিক্তি মাগী যূমদগী শন্দোবকপা কা মচা, সঙ্গোয মচা, জীপ- ষ্মূতবশিংগী কমন গেবেজনচিংবা কয়ানা পূঙথন থনখ্রে। মনাওনূপা ইবোতোনদি সেক্রেতবিযেৎ ওফিস্তা সুপবিন্তেন্দেন্ত ওফ ক্লর্কস ওইখ্রে।

মাগী মচানূপা অঙাওবা অহূমদুগা লৈশাবী অদুগা মখোয মবী লাক্লবদা মা ফনা ব্লায। মযূমদা লৈবদা ঙাইহাক্ত পোত্থাবা ফংজদে। মখোয মবীগী ব্লাফম্না মাবু হেক হেক মাথা শাহল্লি । মচানূপী লৈশাবী অদু মশম বোব ককই। সাধাবন্দগী হেন্না মেক- অপ অমসুং লিপস্তিক তৈ। লিপস্তিক্কী তুবিদ লৈবদা মযুমদসু পৈশা ফনা য়াম্না চঙই। পার্তি, ক্লব, পিক্লিক, সিনেমা, দ্রামা চৎপদা মযুমদসু পাক লৈতে। মানা য়াওকবা পার্তি, পিক্লিক্তা ফূন চৈনদুনা ব্লা কয়াসু থোক্লখ্রবনি।

মখোয খূদীংমক্কী তোঙান- তোঙানবা কা অমমম তপথোক্লবা হোৎনবদা ইংখোল অদূ পীকশীনখ্রবনি। মখোয খূদীংমক্কী স্তিবিও বেকোর্দ প্লেযব, মেমোবী ক্য নেসনেল পনাসোনিক তেপ বেকোর্দব, ইলেক্ত্রিক ফেন্নচিংবা লৈবদা দিঃ আইঃ জিঃ বুদ্ধগী তূঙশীঞ্জবা পৈশা ফনা য়াম্না লোইশিনখ্রবনি।

মচা নূপা অহল অদূদি ডাক্তব তমহন্নবা মশামক্লা লম লমদা পূদুনা

ফনা য়াম্না হোৎনজকববনি। চহী অনী অহূম হোৎনববা ফাওবদা সিত ফংবা ঙমখিদে। বী; এসছীঃ ফাওবদি উচিন নাচিন্না লোয়শিনখ্রে। মখা লাইবিক তমথদ্রে। থীকা তৌবি। পৈশা ফনা নীংথীনা থোক্লি। মদুনদুম ফবে খল্লদুনা বুদ্ধদি মাগী থোইদোক্লা খনখিদ্রে। অদুবু অমুক অমুক য়ু কা হেন্না থকচীল্লগা হঞ্জিল্লকপা অদুগা জুৱাব অচৌবদা ফমলুদুনা হেক হেক পৈশা য়াম্না মাঙহনবা খবা অসিনা বুদ্ধগী মকোক চীকহনদবদি নত্তে। মচানা পৈশা কোম্না শীজীন্নবিবা অসি আগব অ্যগ্লিং যাওবদগী হেক হেক কোৎলকপনি হায়বসিসু মহাক খঙদবা নত্তে। ফনা হায়ববসূ মচানা তোকপা লৈতে। তৌববৃদি লাইসেন্স পাযবা মীগা শঙ্গ তৌবিবনিনা পুলিছনা কা হেন্না থিজিনবা য়াদনবা খৃৎলায় অমদি মপাযবি হায়না তায। হৌজিক্কালগী মী ওইবা তাববদি পৈশা খবা পাযবা, য়ু খবা থকপা, জুৱাব শান্নবা খবা যাওবা তাবনি হাযবসি মাসু ওফিছিযেল ছার্কলদা তিনবনিনা খঙলবনি। তঙায ফদ্রবনিনা কবি তৌকনি খন্দোক্লে। মচা অহলদা যাবিবমখৈ য়েৎলবোই হাযনা খনখ্রবনি।

মচা যাযমা অদুনা মাদ্রাজদা ওতোমোবাইলস ইঞ্জিনিযাবিংগী দিপ্লোমা তল্লি। মখূৎ-মশাগী যেংলুববদি ফনা হৈ-শিংজবনি। অদুবু পবিক্ষাগী মার্কস শোনমনবনা মানা তমহন্নিংবা ডাক্তব- ইঞ্জিনিযাব ডিগ্রীগীদমক্তদি মাগী আশা কাযবে। মচা অসিমদি মোতোব বাইক কন্না কন্না থৌবদা ইম্ফালদা মিং অমা ফজনা লৈখি। মাগী যেজদি অদুনা মিং অসি থন্নদা মতেঙ যাম্না পাংখি। মানা মাদ্রাজদা চৎপদা মাগী নুংশিজখ্রবা “মো’ বাইক” অসিবুসু বাই এযবদা বুক তৌদুনা লোয়নখি। বুদ্ধনা ফনা কন্না খামজবনি, মচানা শিবে হায়বা মখৈ যাখিদে।

নুমিৎ নীনীগী মমাঙদা পাউ নুংঙাইত্রবা অমা তাখি। মদ্রাজদা মচাগী যেজদি অপাঈবী অদূনা তামিল মচা অমা শমদত্তূনা শিখ্রে। মচানা মমান্নবা অমা মনীংদা পুবগা থৌবদা শোকখিবনি। মচানূপানা জেলদা লৈখ্রে হাযবি। তেলেগ্রামদা লূপা লীশীং মঙানা জামীন্দা লৌথোক্লবা যাগনি হাযবকখি। নুমিত্তুদগী মাথা শাখিদুনা অহীংকা তূন্না য়াখিদ্রে। কামপোজ গূলী অনী চাববকান্দা নোংঙাল্লমদাইদা তূমশীৎ মচেৎ অমদি শেৎচৌই।

নুংঙাইনা ঙাইহক্তুং পোখাজবিঙেদা চিফ মিনিষ্টব অমসুং আইঃ জিঃ পিঃ নোংমৈনা কাপখায়বম্বগী পাউ তেলেফোন্দা লাকখি। মচাগী থৌদোক্কী নুমিত্তগী পুং কুম্মা হেল্লক্লে মানা ঙাইহাক্ত পোখাবা ফংলকত্রিবা। অদুবু হেন্না চিনবা অমা থুংলবে।

মচানুপা য়ায়মবু জামীন্দা লৌথোকলুনবগী ৱাফমসু নুপীগী মৌপুৱা মশেল নুপাদা শিন্নখ্রে। ঈমুংগী ৱাকা অমত্ত চঙখিদ্রে।

আইঃ জিঃ পিঃ কেদবসিংনা হোস্পিতালদা লৈখ্রবনিনা মানা আইঃ জিঃ পিঃ গী চার্জসু পুহৌবে। লৈবাক্কী লো এণ্ড ওর্দব পুহৌবগী অচৌবা ভাব অমসু মকোক্তা নম্বুবক্লবনি।

আইঃ জিঃ পিঃ গী লাঈয়েঙ-লাঈকন্নবদা মতেঙ পাংলুবদগী ঙশাই নোংঙাল্লমদাইদা হল্লকপনি। ঙাইহাক্ত মীৎকপ অমত্ত শেৎকে হায়না ফনা কন্না হোৎনকৱে। অদুবু তূমথবা য়াদ্রে। নুমিৎ থেঙজিল্লকপনা হাল্লে। তৌগদবা চেনগদবসু যাম্না লৈবি। উপায় লৈত্রদুনা মমীৎ শিংনবা কোফী থকচীল্লে। কোফী কপ অহূম শুজিল্লক্লে। ওফিস্তা চৎলগে থৌবাংলক্লে।

থুনমক মণিপুৱগী পুলিস অমসুং আর্মদ ফোর্সেসকী মকোক ওইবা মী খবা কৌবগা কনফিদেনশিয়েল কনফৱেন্স অমা তৌগে থৌবাংলি। য়ুমগী নুপীনা চাক খজিক্তদি চাখো হায়না শীখাঙ খাওলে। উপায় লৈতে, ঈৱদজকৱে।

অয়ূক ঙন্তাদগী হৌনা মাগী তেলেফোন ঙাইহাক লৈতনা খীংলক্লি। মিনিষ্টব, এমঃ এলঃ এঃ, বাজনিতিগী লুচিংবা, কমিশনবশিং, সেক্রেতবিশিং শুবে।

ৱাহঙদি চাউবাক্লা অমত্তনি। চিফ মিনিষ্টব অমসুং আইঃ জিঃ পিঃ কাপ্পল্লিবা অসি কনানো ? মী অমত্তবা ? কবম তৌবজাৎনো ? বোদি গার্ডশিংদি কবি তৌদুনা লৈহৌই ? কবি নোংমৈননো ? অন্দবগ্রাউন্দগী মীবা ? চুম্নগী গৃন্দাবা ? পুলিছকী মাযকৈদগী কবি খঙবা লৈ ? কবি একশন লৌখৎলে ? হৌজিক ফাওবা একশন অমত্তা লৌখত্রি ? থুনা লৌখৎপা ফৈ। . . কনানা খঙগনি, ঙসী নৎত্রগা হয়েং ঐ শোক্লকপা যাই,

মণিপুরগী এমঃ এলঃ এঃ মন্ত্রি পুন্না হাৎকে শীংলম্বা য়াই, ওফিসারসিংসু শোক্লক্লোই হায়নীংঙায় লৈতে, ...... কনানা খঙবা হূরেল নুংথিলদি দিঃ আইঃ জিঃ মশামকসু হাৎকে তেমশিংলম্বা যাই ..... ।

অহানবদদি দিঃ আইঃ জিঃ বুদ্ধদু নীঙথীনা জ্ঞান তানা তপ্না পাউখুম পীরমই। মাবু থবক তপই, হৈথোই-শিংথোইদে হায়না মরাল শীবকপদগীদি মাগী খোয়দৌ শীকপা হৌরক্লে। ময়ামগী তফিং-তফিংবা, মিপাইবা, শিংলি শোকপগী ব্রাঙাঙ অদূ তাক-তাকবগা থজীন্দা অশাবা কাবক্লে। কোফি থকচীনখিবা ময়ামনে, কবিনে মবূক পৈখৎলক্লে। মমৈদদি, "ঐ পুলিছ ওফিসরনি, ঐগী ঈথৌ চপ চানা মশক খঙই। হৌজিক ঐনা তৌফম থোকপা লোইনা শীল্লি। ঐসু মীনি। মীহাৎপা খূদক্তা ফাবদি কম্পুতরাইজদ ইলেক্ত্রোনিক দিতেক্তর ফাওবা ঙমদেনা। অসুক থুনা মীহাৎপবু পুথোবকউ হায'দি কদাযদগী ঙমগদগে? আমেরিকাগী এফঃ বিঃ আইঃ, ব্রিতেইনগী স্কোতলেন্দ য়ার্দ ফাওবা ঙম্বগী ব্রা লৈতে," অসিনচিংবা কযা খুন্নে।

থাঙ্গৈশেংবদি বুদ্ধসু তুমিন্না লৈথোকপদি নত্তে। চিফ মিনিষ্টর অঙাঙহল নোংমৈনা কাপতূনা শিরে হায়বা মীৎকূপ অদূদগী মহাক ঙাইহাক্ত ফাওবা পোৎথাবা ফংলক্লিরনি।

মানা থুনমক হোমীছাইদ স্কোয়াদকী এসঃ পিঃ জূগোলসিং অমসুং ইন্তেল্লিজেন্স ব্রিংগী বাধেশ্যামবু কৌখত্তূনা, থৌদোক থোকখিবা মফম অদূদা স্পেশাল ইনকব্রারি তৌকনবা, ফোটোগ্রাফিনচিংবা লৌকনবা শীনখ্রবনি। ইম্ফালগী অকোযবদা লৈবা লম্বী পূম্নমক থত্তুনা স্কৃতর অমসুং জীপমখৈ নোংমৈ পুব্রা হায়না চেক তৌহনখ্রবনি।

থৌদোক অদুগী শক্তক খবদি উহৌই তম্লকপদি র্‌াকিশোপকী চৌকিদার থের অমসুং ম্যুনিছিপাল ওফিসকী চৌকিদার চাউথোইগা মখোয় অনীতনি। হেদ ক্বার্টরদা মখোয় অনীবু পুখৎলুরে। অমমমত ওইনা ব্রা হংখ্রবনি।

থেবনা হায়বদি অসিনি । মাগী অহীংগী দ্যূতি মতম লোইশিল্লক্লবনি। ময়ূমদা চৎনবা ফি শেৎপা হৌগৎলকপদা নোংমৈ মখোল

তাবদা মা চেস্থোবকখি। নোংমৈ অদূ য়াম্না থুনা খপ্পগুম তৌখি। মানা থোক্লকপদা চিফ মিনিষ্টব, আইঃ জিঃ পিঃ অমসুং অতোপ্পা নূপা মখোয় অহূমদি তুদুনা লৈবল্লে। মানা উহৌবা হায়ববু জিপ অমা অৱাং পাংনা থৌগংখি অদূগা স্মৃতব অমনা গান্ধি এভনীয়ূবোমদা থৌখি। নম্ববদি অমত্ত খণ্ডহৌদে। মচূদি স্মৃতব অদূনা শংবানবনি। জিপ অদূনা মিলিটবি মচুনি। স্মৃতব অদুদা মী অনী তোংখি।

চাউথোইদগীসু ৮প মান্নবা পাউখুম ফংখি।

ছিঃ এমঃ গী গনমেন্না মাঙখ্রিবা অসি মী অমত্ত জ্ঞান তাদ্রে। মাগী অশিবা মশা ফংদবা অসিনদি মাসু খূজীল-থৌবাং তৌবা যাওবমগদ্রা হায়না চিংনবসু পোক্রবক্লি।

চাউথোই অমসুং থেব অনীমক্তা ৱাহঙ অসীমসু হংখি। ছীঃ এমঃ খোযগা লাকমিন্নবা শগোল তোংলকপা নূপা অমা জিপ নত্রগা স্মৃতব তোংখত্তুনা চেনখিবা যাওৱা ? অদুগুম্বা উহৌদে খুন্নকখি। জীপ অমসুং স্মৃতবদা তোংখিবা মীশিং অদূ অমুক উববদি মশক খণ্ডবা ঙমগদ্রা হংখি। মশক অমত্ত উহৌদবনিনা খণ্ডবা ঙল্লোই খুমখি।

ইন্তেল্লিজেন্স ব্বিংগী এসঃ আইঃ কুলবিধুগী বিপোর্ত মতূং ইন্না ছীঃ এমঃ সি নুংত্তিগী অযুক হোর্স বাইদিং তৌবদা গনমেন বিবেনগা হেক হেক চৎমীনৈ। বিবেনগী মহৌশাগী ৱাখল, লমচৎ শাজৎ পুক্লীংগী ফিবেপ্লচিংবসু ইনক্কাবি তৌকবে। মিসিজ ছীঃ এমঃ, ড্রাইভব অমসুং স্তাফকী মী খূদীংমক্লা বিবেন্দি ছীঃ এমঃ কাপ্পগী থবক্তা শূকযাও যাওবমগনি থাজদে হাযবকই। মাদি ঈতত্তত্তনা ছীঃ এমঃবু শিবা যাবা খুদোংথীবদগী কন্দুনত লাক্লিবনি। অনীবক অহূল্লক শুগ্রে হায়বকখি। হৌজিক মানা মশক উংখিদ্রিবা লোংখ্রিবা অসি কবিগুম্বা মবম অমদগী ওইবমগনিসু তম্লকখি।

লৈমতোম্বীদি তেলেফোন্দা স্পিকব ললিতকুমাবনা ছীঃ এমঃ শিবগী পাউ হেক তম্লকঙৈদগী মাগী তূম্ফম কাগী ফমূংদা তুমিন্না তাদুনা লৈখ্রবনি। কপ্পসু যাওদে, মীনা ৱা লান হংবসু খুমখিদে। পোষ্ট-মোর্টেম ওতোপসী তৌবগী অয়াবা লৌবগী মতাঙদা "তৌবীগনু," হাযবা ৱাহৈসিমদি

হায়খি। অদূবূ ময়াম্নসু উকিলশিংনসু ওতোপসী তৌহৌবনা ফৈ হায়বদগী শোইদি তৌখি। সংস্কারবগী মতমদসু কপখিদে। কবিগুরুনা ৱাখল অমদা মমীৎ চপ য়ুংদুনা লৈখি। অরাবা ফোংদোকপগী খীংলকপা তেলেফোন পায়খিদে। মী লাকপা শূকথোক থোকখিদে। মপা লাক্লবকান্দা ওখোংনা অমুক্তং কপখি। মদুসু মখা তাখিদে। মানা খনখি মনাও নূপী অনীগী নূপা বোইগা কিপগেনগা লাক্কে। নুংঙাইবিঙৈদা মচেঙ খ্বাইদগী চাখিবদি মখোয় অনীনি। অদুগা হৌজিক্তি মশকফাওবা উংলদবে।

ফমুংদা হীপ্পুনা লৈবিঙৈদা বাহাদুর চঙলক্লুনা পাউ তল্লখি। এসঃ আইঃ কুলবিধূগা এঃ এসঃ আইঃ অনী অমগা লৈমতোম্বীবু উনবা লাক্লি হায়না। লৈমতোম্বীগী মমীত্তগী অশাবা পি মবীক মবীক চেম্থবা হৌবকখি। মথক্ত ফাথবা ঙমদনা হীক হীক কপথবকখি। মমৈদা মমায় মমীৎ তাথোক্লুনা থানাশিংদূ উনবা থোক্লককখি। বিবেনগী মথক্তা চিংননীংঙায় শূক্লে লৈতে হায়বসি মানা অযাম্বা হায়খিবনি।

এসঃ আইঃ কুলবিধুনা ইনক্বাবিশিং অসিদগী কান্নবা অমত্ত ফংদে হায়না দিঃ আইঃ জিঃ বুদ্ধদা তল্লখি। লংলা অসি থিকরবগী কান্নদে হায়নসু তল্লখি। অদূবূ লংলা অমত্তং চিংথোক্লগা থমহৌবা অসিসু কান্নদবা নত্তে হায়না বুদ্ধনা মবূক্লীং থৌগৎখি।

মমৈদা অচুম্বা লংলা অসি আইঃ জিঃ পিঃ কেদর নত্তনা অতৈ কনানসু পীবা ঙম্লবোই হায়না লেপ্প্রখ্রবনি। অদুননি মখোয়না অনাবা আইঃ জিঃ পিঃগী ফমুং মনাক্তা অসুক থৱায যাওনা শঙলুবিবসি। অমুক্তং মানা জ্ঞান তাবক্লুনা নীংথীনা ভাব তানা মাগা ৱাবী শাননীংলি। বুদ্ধনা মাগী ৱাখল পবীংশিং অসি কনামত্তসু হায়দোক্লমদে। তেলেফোন্দা ৱাবী শানবদসু মানা থৱায ঈযাও-য়াওদবা মতৌ অসিদা লৈখিদ্রবা অঙাঙহলগী লাইবেন মতূং ঙাইনবা ওইবম্বা ঙা মচা এমঃ এলঃ এঃ খবনদি বুদ্ধবু ছীঃ এমঃ হাৎপগী প্লোত্তা যাওবৱা হায়নফাওবা চিংনখি।

দিঃ আইঃ জিঃ বুদ্ধসু য়োৎপা যাবোই য়াদবোই চাক খবদি চাবে। ওফিস কাগদবগী থোক্লক্লে। মানা তাবক্লিবা পাউশিং অমমমত ওইনা মচা

খায়না মবুক্লীংদা থম্লবা লাক্লবি। তৌগদবা ময়াম অমসু শাগৎপা লাক্লবি। জীপ হেক তোংখৎকে তৌবদা ময়ুমগী ওর্দবলি অদুনা থুনা চেন্থোবক্লে "সাব, তেলেফোন অমা লাকইযে।" হায়ববে।

"কনানি হাযগে ?"

"হংজবক্রে, সাব !"

"তো ! ঐনা পাউ মবীক চুম্না চৎলু হাযবি'মত্তদা ! তোকও কান্নদে। ঐ চৎখ্রে হায়যু।"

অসি হায়বগা ড্রাইভবনা গ্যাব পানবগা চপ মান্নে। ওর্দবলি অদূ তিনওক-মায়ওক লেপ্পুনা লৈহৌবে। জীপ অদু সেকেণ্ড গ্যাব ওনগে হেক তৌবকপদা ড্রাইভবদা অমুক খান্মু হাযবক্লে। নুংঙাইবক্রুমাল্লে, গাডীদগী কূমথখ্রে। ময়ুমদা অমুক চঙখ্রে। তেলেফোন পাযখৎলমই।

"হল্লো, যেস । ওঃ কুলবিধুবা ? কবি তৌববা ?"

হোস্পিতালদগী কুলবিধুনা আইঃ জিঃ পিঃ শিবে হাযনা পাউ পীবকপা ওইবন্নে। বুদ্ধগী মায়থোঙ চমন্নে। হাযবকই, "অস ! লোইবেদনা অদূদি। মঙোন্দগী মব্দ ওইবা পাউ খবা লৌহৌগদ্রা হাযবগা শিবনা হানখ্রবা? ফবে, কুলবিধু নঙ অদূম হোস্পিতালদা লৈবমখো। ঐ হৌজিকমক লাক্কে।"

তেলেফোন দগ থমজিল্লন্নগা থুনা থোক্লকখি। জীপ তোংখৎলি। মাগী ড্রাইভবদা, "হোস্পিতাল্লোমদা থুনা থৌবো," হায়বকই।

পুলিছকী মীওঈ অমসুং মখোয়গী গাডী মযাম্না হোস্পিতাল মমাঙ অদূ পূঙথল থল্লন্নে। পুলিছকী এম্বুলেন্স অমদা আইঃ জিঃ পিঃ গী অশিবা হকচাঙ হাপকৎলন্নে।

দিঃ আইঃ জিঃ বুদ্ধ উবদা দিঃ এসঃ পিঃ গুনচন্দ্র অমসুং এসঃ আইঃ কুলবিধু চেলশীল্লকই। বুদ্ধনা হংলকই,

" কবি কবি অনৌবা দেভেলপমেন্ত তাবা উবা লৈ ?"

"কবিসু লৈতে, সাব !"

"আইঃ জিঃ পিঃ গী দেদ বোদীদি কদাইদা থম্লুগদৌবি?"

"মখোয় ডাক্তবশিংনা ওতোপসী অমা তৌখিগে হায়বিমাল্লে। অদূগা মখোয়গী মবী মতা য়ৌবক্তি 'ফাওবদি বঙ্গলোগী নাকল অমদা সিফাই ময়াম শংহল্লগা থম্বা তাবিমাল্লে।"

"মখোয়গী মীশিংদদি তেলেগ্রাম থাখ্রবা নত্রা?"

" ওবাও হোস্পিতালদা লৈবে হায়না থাগ্রে, সাব।"

" অমগা অমুক, থুনা লাক্তবা য়াদে হায়না থাখো। শিবে হায়বদি হায়কখিনু।"

আইঃ জিঃ পিঃ গী অশিবা হকচাঙ মোর্গলোমদা পুখবে। বুদ্ধনা কুলবিধূ কৌশিল্লি, " কুলবিধূ নহাক ঙাইহাক ঙাইখো। ৱাবী অমত্ত শাখিসি।"

মখোয অনী জীপ্রূদগী খজিক্তং লাপথোক্লা হন্দোকই। লেপ্লা লেপ্লা ৱাবী শানৈ।

বুদ্ধনা হৌবকই, "এঙ্গল অমদি লৈবে। মসি ঐ ঈশামক্লা থিগৎসিবা খল্লম্বনি, অদুবু নঙভোন্দা শিন্নবগে। নোংমৈ কাপ্লম্বা মীশিংদূগী মবক্তা অমদি মকোয চোম্বা পাখঙ অমা যাওই কন্না হাযনবি। ঐখোয়গী যূমগী অঙাঙ নুবীশিংনা তম্নকপগী ৱানি। কুচু-কুমেন শকওঙ শাবান্দি অমত্ত খঙনদ্রি। চৌকিদাবশিং'দূনা হায়বনে'যে। অদুবু মখোযগী স্তেতমেন্ত লৌবকান্দা মখোযনা ৱাফমসি পল্লমদ্রিবা কবিগীনো? মদুনা তাকপদি ঐখোযগী ইনক্বাবি মুন্দে হাযবা তাকপনি।"

কুলবিধূ খজিক্তং নোক্লকই। হিপোপোতামস্না খিগৎপগুমই। থাঙ্গৈশেংবদি কুলবিধূগী শকওঙ-শাদাদু যেংবা নুংঙাইবা , চগন্নবা অশেংবা থানাগী শকওঈনি। কবিগুম্বা থৌদোক থৌবমদা কূপই, চীৎথদে। বুদ্ধি লৌশিং নীংথীনা শীঙীন্নবা মীতানি। মীযায ওইনা চাউই। মশা যাম্লা ফৈ। মবূক খজিক্তংদি থোল্লে। লীচৈ মব্দগী শমকক্তুদগী তাবকপা অথোম্বা মঙক্কী অথাবা ঊনশা অদু থূপচল্লে। মথূপ অহূল্লোম শুবে। খবা নোযথোক্লবসু মাগী মহৌশাগী দবম মানবা মমায় অদুদি কয়া হোংবা লৈত্রি। হিপোপোতামস অদূম মাল্লি।

বুদ্ধনা খবা ঈংই, লেমই। ৱাখল মুন্না খম্বুবা হেল্লি। মাঙ-তুং ওয় য়েং পুমশু শুনা য়েংবা মীনি। শেঙ্গোই শক্তা চঙই। ফনা অহল ওইবক্লে। অনোয়বগী শকক খবা হাপ্পা হৌবক্লবসু ৱাংবনিনা মশাদি য়েংবদা অদুম তোঙ্গানবি।

বুদ্ধনা ৱাখল পুথোকপনি, কুলবিধূনা থবক ওইনা চৎথবনি। অদুনা মখোয় অনী পাম্রবদি থানাগী থৌবাং নীংথী হায়নৈ। কুলবিধূ'সি বুদ্ধগা ক্লাস অমত্তদা তম্মিন্নবকপা মমান্নবগী মনাওনি। অদূবু মখোয় অনীসী চহী অমত্তদা থানাদা চঙমীন্নবনি। বুদ্ধনা এমঃ এঃ পাস তৌবগা শোর্ত সর্ভিস কম্মিসন লোইবগা চঙলকপনি। ফম য়াম্না থুনা শৎ-শৎ কাখৎখিবনি।

বুদ্ধনা হংলকই, "নঙনা নোক্লিবদি কবিগীনো?"

"কবিসু তৌদে তামো।"

মখোয অনীদা ঙায়ববদি কুলনিধূনা বুদ্ধদা "তামো" কৌই। ময়ামগী মমাঙদনা "সাব " হায়বা মিঙ্গৌ শীজীন্নৈ।

বুদ্ধনা অমুক মখা তাবকই, "চৌকিদাবশিংদু অমুক কৌখৎলগা স্তেতমেন্ত অমুক লৌবা তাই।"

"থোইদোকপা দবকাব লৈববোই তামো।"

"কবি আইদিয়ানো হায়যুনে। নঙসু মহৌশাদি এক্সন ফনা থুবনি। হন্দক্তি 'খিবে খিবে চল চান্দ গগনমে' হাযবগী ভাবতা লৈখ্রেনে হা ?"

"তামো, এঃ আইঃ আবঃ গী 'হৌজিক হৌজিকীদি মদূগী থৌবাং লৈজদ্রি' হায়বদুদা লৈবিয়ে। অদূবু যেংবিয়ু অসুম। লংলা অমত্তং ফংখ্রবদি,... তেলঙ্গা পাইবা ঐ য়াম্না হৈবকই। তামো.. লিবি শীৎপা মালঙগী ফৌবোইদা খক খক চিংদুনা ময়ামগী মমাঙদা লেন্ন লেন্ন ঐসু মীবু তেলঙ্গা ওইনা পাইজবকখিগনি।"

"কা হেন্না পঙহায় হায়কনু হে। নঙগী তৌগদৌবদু অদুম মতৌ। হৌজিকসিদি কনানা কনানো তম্বা ঙম্বা নত্তে। অতাবা য়াওবগা অতম্নবা য়াওবক্কনি। নুংঙাইবা মঙ মঙদুনা হিংলিবদু ঙসি হয়েং লোইশিনখ্রবদি

'ঈহেঃ' হায়দূনা তোকহৌগনি।"

কবি কবিগুম্বা মতমদা কুলবিধূগী কা হেনবা, মীনুংশি খণ্ডদবা ৱাঙাঙ, মীবু ওৎপী-নৈবীবগা নুংঙাইজবগী শাজৎ অসী বুদ্ধনা কি তুরুৎচৈ।

বুদ্ধনা মথন্ত খল্লি, .. পুলিস হায়বসি মহৌশানা অকনবা ৱঙাঙ শীজীন্নগল্লি। মদুগীসু অফবা লৈ। অদুবু কুলবিধু'সি খজিক্তংদি হেনমল্লি। হোয়, থাঙ হৈবা মীনা থঙদা শিবা, .. হৈ ... হৈ তৌহৈদেনহে ... কদায়দগী ৱাখল লম্ফেনোনে . .? মথন্তগী ৱাখলনি।

অমবোমদা কুলবিধূদি হন্দক্কী মতাঙ অসিদা মাগী প্রমোশন অমা কাহৌদবা য়াদে হাযনা কন্না শেম শাবি। বুদ্ধবু ময়াম্বগুম্না লুনা তৌববসু মবুক্লীংদদি বুদ্ধখোয়না মঙোন্দগী কবিসু হেনফম থোক্তে হায়বা অসি মাগী ৱাখলনি। হৌখিবা পুলিছ ইনভেস্তিগেশন কয়ামুক্তা অৱাবগী শরুক অযাম্বদি মানা য়াজবক্লবসু বুদ্ধনা খূদৈ হেক হেক লৌবা অসি মথ্বায় নুংঙাইতে। মবম অদুনা হন্দক্কী ওপবেশন অসি মথন্তগী মথৌদাঙ ওইনা পাঙথোক্কে হাযবসি মাগী ৱাখলনি।

মকোয চোম্বা অমা য়াওই হায়বা অসিদা মহাক মথন্ত মবুক্লীংদা মোমোন তৌনা খঞ্জে . ঐনা চিংনববু কবিদা শোয়গনি ? ঐনা ঙশাইনা নূপা থোক্লন্নবদি ফাহৌবা যাববনি। কেদবসিংবু ময়ায় কম্বা হূ কাপশীন্দুনা হাৎলম্বা ওইবা তাই।

থানাগী থবক্তা চিংনবা অমা হেক যাওবকপদা মদু থুনা শেংদোকহৌগদবনি। নৎত্রবদি মমৈদা তক্সী সোন্দুনা তোক্তনি হায়বসি মাগী ৱাখলনি। হায়বগা তৌবগা মশামক ঙসাইনা তক্সী শোনথ্রবনি। মকোয় চোম্বা অদু ফাহৌদবগী।

থাঙ্গেশেংবদি কুলবিধূনা ঙশাইনা সর্জবিগী প্রোপেসবগা উনদুনা ৱাবী শানথ্রবনি। মাগী চিংনবা অদু কোক্লবা। ঙশাই কেদবসিংগী কেবিন্দগী থোকখিবা ডাক্তব নহা অনী অদুগী মনূংদা মকোয চোম্বা অমা য়াওবদূ মানসু হান্না উথ্রবনি। হোস্পিতালগী ডাক্তব ওইনদি নীংশীংবা শূকঙম ঙমখিদে।

মাবূ উবদা মমীৎ লৈখিবা মতা অদূ খল্লু- খল্লুবগা চিংনবা অসুম হেগৎলক্লে। থুনমক প্রোফেসবগী কাদা চঙই। প্রোফেসবদু চূকপ অমা চিংদুনা পীশূম শূকপমখৈ চিন্তা তৌদুনা ফন্নল্লি।

"মে আই কম ইন, সাব?"

"য়েস প্লিজ, প্লিজ বি সীতেদ।"

"সাবখোয়গী দিপার্তমেন্ততা খদাঙ চূবাদা মকোয় চোম্বা মশম শাংনা খবা খোযবা, কুচু পানবা, মশা খবা তবোপ্পা, ফুট মঙা ইঞ্চি তবেৎ- নীপালমুক ৱাংবা, পাউণ্ড চাম নীফূবোম লূম্বা ডাক্তব নহা অমকা য়াওব্রা?"

"মকোয় চোম্বা ডাক্তবদি অহলসূ নহাসু অমত্ত যাওদেনা।"

"সাবনা ঙশাই বাউণ্ড লাক্ত্রিঙৈদা চঙলম্বা ডাক্তব নহা অনী অদূ কনা কনা ওইববনো?"

" কবিগীনো, এসঃ আইঃ সাহেব? ঐখোযগী ত্রিতমেন্ত পেন্দবগী ৱাবো? ঐখোয়না ঙম্ব্মখৈ হোৎনবনি। অদুবু অনাবা হাযবসিদি কবিগুম্বা মতমদা তম্বা ঙমদে। শিগনি খল্লম্বা অদুনা ফখিবা কয়ানি, ফগনি খল্লুবা অদুনা . . ।"

"নত্তে সাব। ৱাখলদু শেবান্নবে। ঐখোযগী পুলিছকী হৌনবা ৱাহঙ খজিক্তং হংজগে তৌবনি।"

"ওঃ কেঃ আই এম বেদী নাও। কম্মোন ৱাস্ত যোব কুযেস্তশনস।"

"সাবনা ঙসাই পূং মাপলদা লাক্ত্রিঙৈদা ডাক্তব নহা অনী চঙলমই মখোয় অদু কনা কনানো খঙজবা য়াগদ্রা?"

"ঐনা বেজিস্ত্রাব এমঃ এসঃ ডীগ্রী পায়বা স্পেসিযেলিস্ত ওইববা অমগা, বেসিদেন্ত অমগা মখোয অনী অহীং লেকহল্লম্বনি। মখোয় অনী ওইবমগনি।"

"মখোয় অনীগী মবক্তা মকোয় চোম্বা য়াওব্রা?"

"জস্ত এ মোমেন্ত ; লেত মী সি। হুম........এজ আই তোলদ য়ু, ঐখোয়গী দিপার্তমেন্ততা মকোয় চোম্বা অমত্ত য়াওদে। অদূবু লেত মী কনফার্ম। এসঃ আইঃ সাহেবনা ডাক্তব নহা অনী চঙলমই হায়বসি পূং কযাদনো খঙবিব্রা?"

"একজেক্তলি পূং নীপাল মখায় হেক তাবা মতমদনি সাব।"

"এঃ অদূদি হোস্পিতালগী জেনবেল র্বকিং আৱবস হেক হৌগৎলকপা মতম্নিদনা। অদুক গুন্নদি 'সিগী হোস্পিতালদদি ডাক্তব অয়াম্বা লাক্লদ্রিঙৈগী ৱানি। ওঃ কেঃ লেত'স সি ," হায়বদুনা তেলেফোন থাঙ্গৎলে। স্পেছীয়েল ৱার্দতা ইন্টর্নেল দায়েলগী বিং তৌবে।

"হল্লো, সিস্তব আই 'ম ডাক্তব ধৱন স্পিকিং। প্লিজ কম দাউন তু মাই ওফিস ৱিথ দি কেস শিত ওফ আইঃ জিঃ পিঃ কেদবসিং।"

মিনিট তবামুক্কী মনূংদা সিস্তব ইন চার্জ মখ্বাঙদা পেতি অঙাঙবা ফাবী অমা চঙলকই। যাম্না কিথি কিকম তৌনা কেস শিত্তু পায়বদূনা চঙলকই স্ক্রিন মকমদগী হে চঙশীল্লকপদা কুলবিধূবু হেক উই। কুইনা থবক তৌবক্লবী মী জাৎ শুনবা থেংনবক্লবী সিস্তবনি। মশম তেন্না ককপা মঙক থোনবা কুলবিধূ উবদা থানাগী মীশিং ওইবমগনি হায়বসি লাযনা খঙই। অশুকপা পীশুমগা লোয়ননা মঙোন্দা হাযফেৎ চিংননা ফল্লপ য়েংলকই।

"কবিগীনো, দবোগা শক্তাসীনা প্রোফেসবগী কাদা ফল্লম্লিবসিনা? নর্সিং কেযব ৱাৎলি কা'ইনা ৱাকৎলিবজাৎলা," হাযনা চিংনবগী মীৎযেঙনি।

প্রোফেসবদা হংলকই, "কবিগী ওইববনো সাব ?"

"ঐগী বাউণ্ড মমাঙদা, কেবিন এ ফাইফতা ঙসী বাউণ্ড চঙলম্বা ডাক্তব য়াওব্রা ?"

"যাওদে সাব, ডাঃ কুলেস্বৰগা বতনগদি নাইত বিপোর্ত'কী মতূং ইন্না অযুক্কী পূং তবেৎ অদূৱাঈদা য়েংলমই। ইঞ্জেকশন পেথিদিন ওর্ডব তৌবমই। ঐখোযগী দ্যুতি লাকপদদি থেংনহৌদ্রে।"

"সিস্তবসু হান্ননা কেবিন্দুদা বাউণ্ড চৎলুদে ?"

"চণ্ডজকদে সাব, নাইত বিপোর্ততা অনাবগী ফীভম ফৈ, নীংথীনা বেস্ত তৌরি ইরন্বদুদা মখোয়গী কাদুদা মী য়াম্না লৈবগা ঐগী পর্সনেল বাউণ্ডসু চণ্ডলুব্রে।"

প্রোফেসবনা এসঃ আইঃ কুলবিধুদা হাইফেৎ অমুক য়েংলকই। শকফম ঈকায়-কায়দনা তৃমীন্না অদূম ফন্নি। প্রোফেসব ধবন্না বাহঙ মখা চখৈ,

"ঈকোন-কোনবা কুয়েস্তশন অমগা হংগে, ডাঃ কুলেশ্ববগা বতনগগী মবক্তা মকোয় চোম্বা য়াওব্রা?"

সিস্তব মিলিনা কুলবিধুদা অমুক য়েংলকই। "চোমদে সাব, মখোয় অনীমক মকোয় খাকপা ঐ নীংশীংজদে।"

প্রোফেসবনা কেস শীত অদু অমুক ফাক্তুনা য়েংই। ম্বাইদগী কোন্না বেকোর্ড তৌবম্বা অসি পূং মাপল মিনিট কুন্দা মশামক বাউণ্ড চণ্ডলম্বগী বেকোর্ড অদুনি। অদূগী মমাঙদা কুলেশ্ববনা পূং তবেত্তা নোট অমা ইবমই। অনাবদু নাহেবগা লোয়ননা বেস্তলেস ওই হায়না পেথিদিন কাপ্লম্বগীনি। পূং তবেৎ মিনিট নিফুমঙাদা অমুক চেক তৌবমই। ইবমই, "পেইশেন্ত দুইঙ্গ বেল। হেভিঙ্গ সাউণ্ড স্লিপ। পলস ৮০/মিনিট, বিঃ পিঃ ১১০/৭০। নো সোকেজ।" পূং নীপাল মখায়দা ডাক্তব চণ্ডদুনা য়েংলম্বগীদি কেশ শীতকী মফম অমত্তদসু থেংনদে।

সিস্তবদুদা "চৎপা য়াবগনি, কেস শীত'সি ঐঙোন্দা লৈখিসনু," হায়দুনা চৎহনখ্রে।

কুলবিধূদা অমুক য়েংলগা হায়বকই, "সোর্বী, এসঃ আইঃ সাহেব। ঐখোয়গী বেকোর্ডতা পূং নীপাল মবায়দা অনাবা যেংলম্বগী প্রমান অমত্ত লৈতে। অদুগা মকোয় চোম্বা ডাক্তবসু অমত্ত য়াওদে।"

অদুগা কেস শীত্তু কুলবিধূদা অমুক য়েংহল্লমই। প্রোফেসব ধবনগী চীনবানগী নাকচী অনীদুদা মোমোন নোকপগী মমি তাবকই।

মানা নোক্রীংলিবসিগী মবমদি এসঃ আইঃ কুলবিধূনা চিংনবিবা

ৱাফমসি ভাবনা লাম্বা খবা খবা গুন্নকপা অদুননি। মহাক হান্না মথ্বায় য়াম্না নুংঙাইহবমদ্রবনি। কেদবসিংনা শিখিবা অদূ চপচাবা মরম অমা থিফম খঙদনা লৈবম্বনি। অদুগীসু মথক্তা অহীং চূপ্পা মীৎশেল খাঙবমখৈ কেদবসিংবু কন্ননবা ওপবেশন থীয়েত্তবদা মশামক্তা লাক্লজখিবনি। হৌজিক্তি কেদবসিংনা শিখ্রিবা অসী মখোয়গী মবাল লৈতে খঙলকপগুম তৌবে।

প্রোফেসবনা হংলকই, "ডাক্তব শাবশিং অদূনা কবি কবি তৌবমই, এসঃ আইঃ সাহেব খঙহৌব্রা ?"

কুলবিধূগী শকফমদূ সেকেণ্ড অনীবোমদং শেমজীন শাজিনবা নংহৌদবমখৈ ফদ্রাক তাবগুম তৌই। অদূবু থানাগী পুলিসদা পাইবক্কী মীৎকূপ কয়া থেংনবক্কবা কুলবিধূনি। মাগী মহৌশাগী থানাগী শকফমদু চপচানা থুনা অমুক হঞ্জিনবা ঙমই।

"ডাক্তব সাহেব, ঐ পুলিছ ওফিসব অমনি। চিংনবা মচা অমগী ইনভেস্তিগেশন মচা অমা তৌজবনি। তৌদবা য়াদবা ঈথৌনি। এনিৱে, কবিসু চিংনবিকগনু। হূবেন ডাক্তব নহাশিংদু লাক্লবকান্দা মখোয়না আইঃ জিঃ পিঃবু য়েংলম্বা মতমশিংদু অমুক্তা খঙজীনবিবমউ।"

ঙাঙনা ঙাঙনা প্রোফেসবগী স্তেতমেন্ত মচা অমা থুনা শেমদোকই। পাহল্লমই। য়াবে হায়ববদূদা প্রোফেসবগী শোই লৌবে।

চৎলমদাইদা "থেঙ্ক য়ূ," হায়বমই।

প্রোফেসব উনকববদগী মবূক্লীংদা চিংনবগী লীখুল অমা লৈবে খল্লবনি। অদূবু দিঃ আইঃ জিঃ বুদ্ধদা হায়দোক্তে। পুলিছকী মী অতৈনা খঙনদ্রিবা, মা মথন্তনদি অমগা অমগা চানবা লীখুল অমা ফংবসিদা পূক্লীং মকা লাম্বা মচা অমা ফাওবল্লবনি। হন্দক্কী মতাঙ'সিমদি খুদৈ লৌহৌদবা য়াদ্রে খল্লুববনি।

ঙসাই প্রেফেসবনা চিংনহৌবগী ওঙদা অমা লৈহৌবদুদা খজিক্তংদি নীংহন্নৈ। দিঃ আইঃ জিঃ বুদ্ধসু ৱাফম অসি খঙলম্ব'সিদা অমুক্তা হেন্ন হৈনিংবা পোক্তে। অদুগীসু মথক্তা ইন্তেল্লিজেন্স ওফিসব অমা ওইবগী চেকশীনবা ৱাংপগী ৱাফম অমসু লাকদৌবি। মশামক য়াওনা ইন্তেল্লিজেন্স

ওফিসব মবি অমসুং খুৎলায় পায়বা সিফায় কুন-কুম্লানা ঙাক্লিবা মফমদা ডাক্তব অমসুং নর্স শাশিন্নবা মী অহূমখক্লা আইঃ জিঃ পিঃ কেদব সিং শিখিনবা শীল্লম্ববু হৌদোঙনা শঙ্গোম চাবা য়েংবগুম য়েংদুনা লেহৌই হায়বগী ৱাফম লাকপা য়াই।

---

মণ্ডা

# দেবুমাগী তল হোতেল

দেবলানা হোস্পিতালদগী উবীপোক তাখিবা লম্বীবোমদা অসুম থোক্লকই। নাউবেম ফাইবোক থোং লাম্থোবক্কুনা তেবা তাবক্লে। সাপম লৈবক্তা লৈবী মাগী মমান্নবী সন্ধ্যাবানিখোযদা মাগী ছাইকল থন্নম্বনি। ছ াইকল লৌবা অমুক চঙলুবা তাবনি। ঙসাই সন্ধ্যাবানিদা হাযবম্বনি, "খম্বগা ৱাবী অমা শানগদবা লৈ, স্কুতবনা অসিৱাই ফাওবদা কোয়থোকমিন্নবগে।" মশমাক যাম্না অঙাঙ ওইবিবীদি নৎত্রবনিনা এমঃ এঃ পাস তৌববী, থবক থিবিবী ওইবনিনা মানা মমান্নবীগীদা ছাইকল থনম্লগা থবক অমগীনি হাযনা থোকখিবদা মমান্নবীখোযগী ঈমূংদুনসু থোইদোকপা থিজিনবা চিংনবা লৈতে।

মযূমদা পূং তবামাথোইগী অসূৱাঈদা হল্লক্কে হাযবম্বনি। অদূনা মানা সন্ধ্যাবানীখোযদা ঙাইহাক অমুক ফমথকবদা থোইদোকপা অকাযবা লৈতে। মযূমদা শাউনবমগদবা লৈতে। দেবলাগী মাযথোঙদু নুংশুক-নুংজানবা, পুক্লীং লৈতাফম লৈতবগুম্লি। অদুমকপু মদুনা মাযখূম ওইবগা থম্মোযনুংদদি তযাং-তশোইবা পুক্লীং হকচাঙ ঈত ও তাউবা মালঙদা খোঙ থাংদুনা চৎপগা পাংখক ওইবি।

সন্ধ্যাবানীনা মা লাকপা উবদা হবাওনা অমুক কৌশিন্দুনা ফমহল্লি। চা থকমীন্ননবা শেম শাই।

হবাও- হবাও হংলকই, "কমদৌবকপা" খবা জ্ঞান তাবৈনি'নে হৌজিক্তি। ঐনা হাযদ্রো, মী যাম্না শিংবনেমী, জ্ঞান যাম্না তাবনেমী। মবৃকসু

য়াম্না তপ্পনি, মীগী পুক্নিবু শেবান তুবান তৌগদৌবা মী নত্তে হায়বেদনা? ঈবেম্মনা হেক্তা বৃন্দাবনগী বাধিকা ওইবা পামজবা ওইনা তৌবদনা..."

দেবলাগী পাউখুম ঙাইবা তৌদনা মথন্তা বন্দ্রঙ বন্দ্রঙ চত্থবকই। হান্না বিহর্সেল তৌববা দাইলোগ- দিলিভবিদ্ মণ্ডায়। থাঙ্গৈশেংবদি দেবলানা মঙোন্দা খন্বগা মাগা কায়নগদৌবে নত্রগা খংনবে, নৎত্রগা খন্বনা মাবু হুন্দোকপিবম্নে হায়কবা লৈতে, ব্রাকৎপসু তৌকদবনি।

তৌববুদি সন্ধ্যাবানীনা দেবলাগী নুংশুক- নুংজানদূনত লৈবা মাযথোঙ অদু উবদা মাসু মবূক্লীং নুংশিবমই। অদুম হাযনা তৌবম্বা দেবলা নত্তে। চহী অহূম মবিমুক্কী মমাঙদদি মহৌশানা হবাও তযামদুনা, মকা লামদুনত লৈজবী দেবলানি। খন্বগা নুংশি- লমজাউখোন্দা অহানবা থোকমিন্নখিবা অদুদগীদি মাগী মীৎযেঙ ব্রাখল অদু অমুক অমুক অথাপ্পা মীনা য়োঁঙমদ্রবা ফংঙমদ্রবা ঈপাক ব্রাংমদা হেক হেক পাইথোকখিবগুম তৌবা হৌখ্রে। হান্না ইচম-চম্না মখে লাংনা থিনঙাউ-লাইঙাউ ঙাওজবম্বী শক্তম অদু মাঙখ্রে। অদুগী মহূত্তা তনৌ তনৌবী, মী শুমহৎপী মীৎযেঙ লাকযেঙ, খোযথুম্নবী ব্রাঙাঙ-শাঙাঙ লোনচৎ শাজৎকী ফীজোল হোংখ্রে। মযুমদা য়াম্না হাযবা ইনবী জ্ঞান তাবী ওনখ্রে। মবম ওক্রা মযুমদা মমাগী মতেঙ পাংবা হৌখ্রে। অমবোমদা কে মৌবগী থবকসু থব্রায যাওবা হেঙ্গৎলক্রে। হান্নদি ফীবম চুম্বা নুপীমচা ওইববসু, মাযথোঙ, নাতোন, চীনবান্নচিংবা শেমজিন-শাজিনবা ঈয়াও যাওবমদবনি। ঈতাও তাউজবী কোল্লেজ তম্বী মাল্লমই। হৌজিক্তি ফজবা, নীংথীজবা শরুক চাম-চাম হেনগৎখ্রে।

ঙাইহাক সন্ধ্যাবানিগা ফম্মীন্নদুনা ব্রাবী শানববা মতূং দেবলানা মযুমদা হল্লগে খল্লকপা তাঞ্জাদূদনি নূপা মচা অমনা চিঠি মচা অমা পুবকপদো।

"দিয়ব দেবলা, যূম্লোমদা থুনমক হনখ্রো অদুগা নখোযগী যূম নত্তবা অতোপ্পা যূম অমদা নুমিৎ নীনী হুম্নিদি লৈযু। ঐনা হাযবিবসি লাযথোক্লা খনগনু— প্লীজ। নহাক্কী, খম্বা।"

সন্ধ্যাবানিনা চিঠিদূগী মবোল যাম্না খঙনীংখি। অদুবু দেবলানা শেবান তুবান ঙাঙশীন্দুনা ঊৎখিদ্রে, চপচানসু হাযখিদ্রে। পম্বুবা তৌদনা

ময়ূমদা হনখ্রে। সন্ধ্যাবানিনা "ঙসী চেনগদৌবিজাৎলো ?" হায়না লক্লহৌই।

ময়ূ্নামদা ছাইকল থৌনা ব্রাখল মণ্ডল মণ্ডল খল্লকই। মীপাইবা অমসু কন্না য়াওখৎলক্লি। মক্ন ওইনা খম্বগী ঙশাইগী চিঠি মচাদু পাকন্বদগী মশাদু অমুক অমুক পাখৎপদা চেণ্ড খৈবগুম নীক্লকই। খল্লু-খল্লুবগা মানা ঙসী য়াওকবিবা পূং অমবোমগী থবক্তু যাম্না চাউবা ক্রাইমনি হায়না কিবকই। নোংমৈনা শোক্তুনা শিবা হিংবা খণ্ডদ্রিবা আইঃ জিঃ পিঃ কেদবসিংবু হাৎপা মহাক নীংথীজনা যাওকুববনি। খজিক্তং কল্লপ্না থৌবকপা গাড়ী অমত্তং লাকপদা মাবু ফাবা লাকপা পুলিছ লাক্লবনি হাযবগী ব্রখলদা য়াঙলেন শব্দগী লুশম ফাওবা অমুক অমুক চীং চীং ফাওই। অদূমকপু অমুকসু খন্দোক্লকই,

"ফাগে হাযববসু ফাজবসনু। থা কযা কযা মাবু উবসু ফংদ, পাউ মচেৎ অমত্তসু তাদ, চাফম তূম্ফম খণ্ডদনা লৈগদবগী শরুক মাবু মবক মবক্তা উগনি হাযববদি জেলদা লৈববসু লৈজবগে। অদুবু ঐ অমা চেন্নরুবদগী মাবু, মখোযগী কাণ্ডবুগী মী মযাম্বু পুলিছনা ফাগৎখ্রে হাযবদূদি থোকহন্নীংদে। ঐসু মৈতৈ-নূপী থৌনা ফৈ হাযনবা অদূ উৎপা তাবে। খম্বা হাযবা মখোযগী লিডব অদূ মাগা নুংশিনবা লৈশাবীদূ চেন্নরুবদগী ফাখ্রে, মখোযগী প্লান ফজনা হৌগৎলক্লগা পূংকায কাযখ্রে হাযবা অদূদি ওইহন্নীংদে। নুংশি মশূংলাংগী অরাবা খবা খাঙবা তাই।"

খন্না খন্না মাগী ব্রাখল লীশাংশিং অদূ অসুম অসুম শাংদোকখ্রে। অদূঙৈগী মানা খম্ববু ঈহান-হান্না শকখণ্ডখিবা মতাঙ অদূ নীংশীংলকই।

\+ \+ \+

চহী তবামুক্কী মমাঙদনি। সক ১৯৭২ ইংগী জানুৱাবী তাবিখ ২৬ কী অযূক্লি। নুমিৎ অদু অয়ূক অঙনবদা উন যাম্না তাখি। তাইবঙবু নুংঙাইহল্লগে মতাগুম নিংথমথাগী ঈংলবা উনশা হকচাঙ, লূ তাঙবু নিনফূং-নিনফূং শাহল্লগে মতাগুম কোবৌহনবগী অমেঙবা অথোৎপা মঙালনা ব্রাপল মবক মবক্তা ফাওজীনবা হৌবক্লে। যাইবগী পেনবা

নাইদ্রবা অয়ূকী নুংশা অদু খজিত্তং ওইরবসু ফংননবা অহল-নহা খায়দনা লমজাউ, লৈরক কোনশাংনচিংবদা থোঙ্গাল থোঙ্গালদা থোক্রবক্কুনা ফিজাউ অমমম ইন্নদূনা অনী-অহূম পুনশীন্নদুনা ফম্নবি। বাবীসু মানা মানা থোকপা পুথোক্রদূনা শানরি, নৈনরি, খন্নবি— লৈবাক্কী, বাজনীতিগী সমস্যা, নহারোলগী থায়নগী মতমগা চানদ্রবা হৌন-লোনচৎ, ঙাক্রা হঙ্গাম থোংবগী অহাওবা, নুংদাংদনা উনমুক ঈংলবনিনা হাউফম খঙদ্রবা ঈনছাঙগী বা,শবেঙ ঙারেলগী অহাওবা, ওইবা য়াবা কুমদূগী ঈকঙগী বাফম—লোইবা নাইদে খন্নবিবা হীবম। অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী থবায় য়াওনা খন্নবা বাফমদি মণিপুবনা ষ্টেটহুদ ফংবগী নুংঙাইবা, প্রাইম মিনিষ্টব ইন্দিবা গান্ধিনা তাবিখ ২১দা লাক্লগা ষ্টেটহুদ ইনোগুরেত তৌবম্বা অসীনা অয়াম্বনি। ষ্টেটহুদ ফংলবনিনা মণিপুবনা মশানা মশাবু লৈবাক ঙাকচবগী খুদোংচাবা ফংলগনি, চাওখৎ খোঙথাঙ শেমগৎপগী থৌরাং কয়া পায়খৎপা য়াবগনি অসিনচিংবা।

নুমিৎ অদূ ভাবতকী বিপব্লিক দে ওইবনিনা অদূগীসু মথক্তা ষ্টেটহুদ ফংবদ ঙায়বিবনিনা মণিপুব ষ্টেটকীদি য়াম্লা চাউনা শীল-লাঙলদুনা ধুম ধামদা কুম্মৈ তৌগদৌবি। ঙল্লবা অয়ুক অদূদা অঈংবা অদু কাউথোক্রদুনা অঙাঙ অহল নূপা নূপী খাক্তনা ৪শুবা আসাম বাইফলসকী নোংচুপ থংবা গেত তম্না মার্চ পাস্ত সেলুত ওকপা য়েংবা চৎনরক্লে। অসুম অসুম মী তিনবা হেঙ্গংলক্কুনা লপ্পী লমজাও, লৈবক শীনবা থুংনা অকম-অকম্বা শামতু ফি, শালনচিংবা ইন্নরদুনা মফম খূদীংমক্তা মচু মবাঙনা থল্লবা ফিজেৎ লাকচেৎকী পবেং মথক্তা অমুবা শম্লা কূপ্পা কোকশিংনা মবোল মবোল পীক থনখ্রে।

দেবলা অয়ুক অঙনবা অসিদা লেপ্পা লৈতনা অতা তক্লি। অবোঈবা তক্লবা মপাকশিং অদূ মনিল বা বা কাদুনা শাবিবা, থাওনা পীক থল্লবা খাংজাউ অদূদা মথঙ মথঙ থাদবি।

তাপ্পা তাল্লক য়েংদুনা চা গিলাস মবি মঙাসু ঙাইহাক ঙাইহাক্তদা শেন্নদুনা পুথোরক্লি। অসুক থুনা তৌবিঙৈ অসীদসু ময়ামগী তানশিনবনা হেজিল্লক্লি।

লাউনবক্লি, "কবিনোনে দেবু, গুসাইদগী ঙাইবক্লিবা ঐখোয়দা

পীগেদি হায়দ্রদূনা ঈনৌ নৌনা লাকপা মীদদা পঙপীদা পীবমাল্লে। নঙগী তনসি খবা হাউই'অনা য়াম্না পোঙলেকো।"

খবা মথোঙ চাদবা পুংকক চাউবক্লবা নহাবোল খবনদি অসুম্নসু কবেম্নবি, "নশক্লা নশক ফজবনে, নঙগী অহাওবা তনসি পেন্না চাননবা নঙদুম লৌশিল্লশিবা কবিনো ? নঙ খজিক্তং পীকমল্লি'না তৌনি'কো।" মখোয়গী কাংবুদূ ব্রা ব্রা নোকথবক্লি।

দেবলা চহী তবানীথোয়বোম শুবক্লবী, লৈশাবী ওইবগী অহানবা মমি তম্লকপদা ঙায়বিবীনি। অসিগুম্বা নূপা পাখঙশিংনা নূপী লৈশাবীশিংবু উশিৎ থওইদনা হেক হেক লক্লবা কবেম্নবা অসি মানা মহৌশানা কযা পামজদে। নোক খেবিবা কাঙবু অদূদা মমীৎনা ফল্লপ যেংলুবগা পীশুম শূকচীন্দুনা খাঙজবা নত্তনা উপাই লৈতে।

তাঞ্জা অসিদা মখোযগী লৈকাযগী উদোইনা থাপ্লপ্লদগী হাযবকই, "দেবু ! তন অনীগা চা অনীগা থুনা অমুক্ত পীযুসে। ইচন শক ফজবীদি মবম ওকথ্রপোৎনিসে। হৈমা ! নখোয ঈমাদি ? মপালগী দুকান্দা থোকশ্রববা ? পৈশা তানবা কনখ্রেদা মখোয' মমা মচাসে ! হৈমা নঙবু বিপল্লিক ডে যেংবা চৎলবোইদ্রো ?"

দেবলানা উদোইগী মখোল তাবদা পূক্লীং খবা লুমখৎলক্লবগুম নোকমি নোকমি তৌবকই। হাযবকই, "চৎলবোই।"

অদুগা উদোইবোমদা যেংথোবকই। ফমফম লৈত্রদুনা উদোইনা নুংশা য়াইবদুনা খবা লাপলপ্লা লেপ্লল্লি। মনাক্তসু হেক য়েংবদা ওম্থোক্লা নুংঙাইববা মমান্নবা অমসু লেপ্লল্লি। মশা নাঞ্জে, ব্রাংই হায়নবিবা উদোইদগী ফাওবা খবা হেন্তক ব্রাংই। মশম শোংতক তৌনা মুশিন মুই। শম্পু লুবদা ঙাইবিবগুম ফবা ফবা লাউনা মুনা লংবা অমসু কাপ্লগুম তৌই পাখঙদূগী মশমদো। চুম্নগী মহৌশাগুম উদোইগা লৈকায়গী মমান্নবা খবগা লাক্লমগদৌবোই নীংলুই। অদূবু ঙসীদি ঈতোপ তোপ্লা, নহানমখৈ উদবা শক-ফজবা অমা লেপমীন্নদুনা লৈবল্লে।

দেবলানা খল্লকই, "অস ! অসিদি বাজেস খান্নাদগীসু হেল্লি। ঐনা

নহানমখৈ ছিনেমাগী বাজেন্তা অসুক য়াম্না ঙাওবন্নিবা অসিদি মঙোন্দগী হেন্না য়েংবা নুংঙাইবা অমা ঈনক-নক্না লৈবন্নেদনা।”

তন তক্লা তক্লা অমুকসু য়েংথোক্লুই। পাখঙ অদূসু উদোইসু মঙোল্লোমদা য়েংলি। মখোয়না ৱাবী শানবা অদূ খবা খবা তাবগুম তৌবি। মখোয়না মাবুদি চপ চানা উবমগনি নীঙদে, গিলাসকা সোছবগা লৈবা কাংথক্লুনা খুমজিনবনিনা। পাখঙদুনা হায়, “নঙনা ঙসাই দেবু'মা দেবু'মা হায়'দূদা ঐদি নূপামচা ওইববোই নীংই। লৈশাবী মচা ওইবে ?”

“উম ।”

“নুংশিনে, ময়ামগী কূম্মে য়েংবা য়াওদবমখৈ, অয়ূক ঙন্তা অসিদা ময়ামগী তন হৌদুনা লেবি'সিদি। ষ্টেটহুদ ফংলে হায়দনা কৈদৌনি ? কুম্মে ফিয়োং, ঈবাং পান্বা মৈতৈনা স্তান তান্দ্রবদি অমহাগী অমহানি। ছিটিজেন খদীংমক্না দেবুদৌনা থবক কল্লবদি মণিপুব চাওখত্তনিংঙাই লৈতে। ঐসু তল্লে, দেবুগী তন চাবগা য়ুমদা হঞ্জব্রগে, নহালব্রাইদি মার্চ পাস্কা থব্রায যাম্না য়াওবম্বনি। হৌজিক্তি য়াম্না তল্লে।”

“ঐখোয়' সিব্রায়দদি দেবু'মাগী তন'অনা হাউবদা হাযনবিবনি। মমীঙদি মমাগী মিংদা চৎস্ত্রে। থাঙ্গৈশেংবদি দেবলানা হৌবা তন্না হেন্না হাওবনি।”

“দেবু হায়'সি দেবলা হায়বি'সিদগী লাকইবা ?”

“উম, মশক নুংশিবদনা মবম ওকখ্রপোৎনি। হৌজিক্তি হোতেল মচা'সি মথন্তনা অয়াম্বা চলাইজববনি। মখোয' ঈমানা ঐখোয়' ক্না-কৈথেলদা চেং-হব্রাই থাউগী দুকান অমা তৌখ্রে। যাম্না ৱানা হৌজবকপনি। হৌজিক্তি খবা খবা নুংঙাইজবক্লে।”

মনাক্তা ফল্লিবা মী ময়াম অদূনা শাবা ৱাবীদূ দেবলা তাকদে। খবা থাপ্তক্লা নুংশা য়াইনা-য়াইনা উদোই অমসুং জয়কুমাবনা শানবিবা ৱাবী অদূ মবূক্লীং চঙনা তাবি। মনাক্কী ৱাবী অদূনা পাখঙ অনীদূগী ৱাবীদু মযেক শেংহন্দ্রবসু মাগী মমাগী অমসুং মখোয়গী হোতেল মচাগী ৱাবীনি হাযবদি মাসু ভাব তাই। মাবু মবম ওকই, মশক নুংশি হায়না থাগৎনা ঙাঙনবিবা

অদু তাবগা মথায় হবাওজে। মবুক্রীঙ লুমজে। থেঙজীল্লক্লবনিনা বিপল্লিক দেগী কুদ্ধে য়েংবা নংলবোই হায়দুনা হাথু হাথু চাবা থকপা লোইবদুনা অয়াম্বা চৎনখ্রে। চাদনা চৎখিবা খবসু য়াওখ্রে।

মতাঙ অদুদদি উদোইগা, জয়কুমাবগসু চঙশীল্লক্লুনা মী অহূম অহূম্মুক ফমবা চন্নবা থাবিবা বেঞ্চ দেস্ক অনীদুগী মবক্তা অমদা ফমথখ্রে।

দেবলানা থোক্লক্লুনা দেস্ক অদু ফদী অচোৎপনা তৈথোক্লমই। মমীত্তি হঙ্গৎনা জয়কুমাবখোযবোমদা য়েংলকপা ঙমদে। মমায় লূক্লুনা শৎ- শৎ তৈথোক্লগা লোইশিনখি।

জয়কুমাবনা ঈচম- চম্বা ব্রাখলদা নূপীমচাদুগী ফীভম ফিবেপ অদু নৈনবমই। দেবলা যাম্না চম্না নৈজবী নূপী- মচানি। ব্রাখলগী আশাগী পান্দম নাইদনা নুংশিৎনা শীৎপা মাযকৈদা কেল্লগা হুমদোক্লুনা উফুল্লক্তা চোইনা তাবগদবী ব্রাকচীংগী গুলাপকুম উকবি মানা দেবলাবু।

অদুমকপু মানা তৌবিবা থবক মতাদুগা যেংনববদি মশা মউ ফনা যাম্না অদুম নাঞ্জবি । কুচুদু যাম্না ঙৌবদি হাযবা যাদে, পুলৈ কুচু হাযবদুনি। মশম মুশিন মুই, জ্বাই জ্বাই তাই। মখূৎ ওইনানা মমায নাকন্দা মশম হেক হেক হুগৎপদূ পকচবা অমা যাওবি। ফি ইন্দ্রি, অদুবু নুপীমচা ওইবীগী মবৌ লৈনা ঈকায থীবী যেংবদা নুংঙাইবা লৈখোন অদুদি য়াওবে। মখজাই ওইবোমদা শমব্রু অমা, যেৎলোমদা শমব্রু অনী, থুংলিবা অদুনা য়াম্না মফম চানা বাশি হাপ্লি। মখূৎ, মখোঙ, খূৎশা, খোঙশাশিংদূ লু- নাল্লি, তনৌ- তনৌই। অদুবু নিংথমথাগী অযূক্লগা ওইবনে ঊনশাদুদি নানবা কূপ্লা খবা ব্রাৎলি, পৌতক্লা থাতক্লা উই।

দেবলানা অমুক থোকখ্রিঙৈদুদা উদোইনা জযকুমাবদা হংলকই, “কৈগীনো নঙনা অঙাঙ মচাসিদা অদুক কূপথনা থব্রায যাওনা মুন্না যেংলিবদি? মী অঙাঙ মচা ’সি মমায- মমীৎ হাইগৎচবা ঙমজদ্রে। মহৌশাদি ঐ হেক উবদা হবাও মথোয কাজবনি। ঙসীদি ব্রা লান অমত্ত ঙাঙখিদ্রে।”

দেবলানা তনগা চাগা পুথোক্লক্ত্রিঙৈদা মাগী ফূনীৎকী মথক্তা ফি অমত্তগা ইনশিল্লুখিগে থল্লদুনা দুকানগী নাকন্দা যাল্লিবা খূদৈ অবাংবদু লৌবা

থোকখিবনি। উদোইনা হংলিবা ৱাহঙদু মাসু তাই, জয়কুমাবগী পাওখুমসু তানীংলদূনা ফি অদূ ইনবা ওইনা ঙাইহাক্তং লেপই, কোক হেক চঙলক্তে।

জয়কুমাবনা খুন্নমই, "অসুক ফজগদবী নূপীমচা'সি পীক্লিভৈদগী নুংঙাইবা ফংজদন' সুম অবেম্বদা মাঙখ্রগনি খল্লুবদা থৱায় নুংঙাইতবগী ৱানি। অতৈ লমদা ওইববদি বিয়ুটি কন্তেষ্টতা য়াওহন্নবা, ফিলম ষ্টাব ওইননবা নত্রগা মোদেল ওইননবা খন্নবা য়াবা। ওম্বোক্লা মবম ওক্লা থবক কঞ্জবিবী অসিদা পুন্সিগী অৱামন মন' অমত্ত ফংদনা খুবৌ চেনবা পুন্সিদা অদূম চেন্নবা হৌখ্রগদবনিকো খল্লুবগী ানি।"

"ওঃ ফিলম প্রদ্যুছবনা নোংমা ফাদোক অসুম কোযথোক্লুবদা ঈচম চম্বী শক ফজবী অমা লম্বীদা তাবম্বদা খূল্লগা হীবোইন কুমহন্নীংবগী ৱানিনে।"

"মদূমকসু নত্তেদা। মী-মীগী পুন্সি, লাইবক, থৌদাং অসুম খল্লুবগী ৱানি। 'দি ৱিন্দ কেন্নোত বিদ' কী লৈ হেক্তোক্কনু থাবা মযেক্তু পাবা থোক্তবা নুংশিৎনা হুমদোক্তুনা ফজবা লৈ কযা লৈমায়দা তাবা নীংশীংলুবগী ৱানি।"

দেবলা পীক্লবসু ক্লাস সেভেনগী পবিক্ষা থাখ্রবনি, অইত কাগদৌবিবনি। জয়কুমাবনা মাগী মবমদা খনবীবিবা অদুগী চপচাবা অর্থ খঙদ্রবসু, মাবু মীনুংশি অমদা মাগীদমক ৱাবীবিবনি হায়বদি মাসু ভাব তাই। নুংঙাইজদে, মবুক্লীংনুংশি।

তন অনীগী সোছবদূ দেম্বতা থন্নমই, অদূগা চা অমুক পুথোক্লকই। মবুক্লীং লেপ্পকই, "ঐসু অদু ওইববদি চুম্নগী খুল্লকী লৈশাবী অমা ওইনদি লৈথোক্লবোই। শকখঙ মাযখঙবা মী অমদি ওইনবা হোৎনবা তাই।"

তন য়োম্দুনা লৈজবী পোমখৎচবক্লিবী মাবু মতমগী নুংশিৎনা কেলহনখ্রগনি, অবেম্বদা মালঙনা হুমদোকখ্রগনি হায়না শোল্লম্বা মীগী ৱাবীবা হৈবা শকহেম্বা অদূ জয়কুমাব কৌই হায়বসি মতম খবা লৈবগা খঙলকখি। ময়ূম চীঙঙা মখাদগীনি, স্কুলগী হেড মাস্তব অমগী মচানি। দার্জিলিংদা সেন্ত জোসেফ কোলেজদা বীঃ এঃ তম্বা হৌগৎলকপা ছাত্রনি, ময়ুমদদি খম্বা কৌই হায়বনচিংবা লোইনা খঙলকখি।

তন চাখিবা শকহেনবা অমনা নুমিত্তুদা পীবম্বা পুক্লীংগী ফিবেপতুগী ইথিলননি ঙ৫। মানা এমঃ এঃ সোছিওলোজী পাস তৌবা ঙল্লিবসে। পান্দম অসি ঙম্লনবা অখাঙ কয়া কনখি। পুক্লীংবু ফাজীনবগী লাম্ছেং কয়া থেংনবা তাখি। পাখঙ কয়ানা অপাম নুংশিগী লাং কয়া হুল্লক্কবা নত্তে। মমান্নবী কয়ানা হবাও-কুম্ধে, ঈবাঙ ফলাংদা ঙাওচংলুসি, লম্ফেনকসি হৌবক্কবা নত্তে। মিহৌবা-কাবাম্বা কয়া ফাজীন্নবা হোংনবক্কবা নত্তে।

মমানা দেবলাগীদমক খঞ্জবা পান্দমদি মেত্রিক ফাওবদং তমহল্লগা অফবা বব অমা খিবগা লুহোংবিবা অসিনি। য়াম্না কন্না তকশীনবদি ঙমদ্রবসু মবক মবক্তা মচাবু থেমদবা নত্তে। মচাগী লাইবিক তম্লিংবগী নীঙহন্নদবা পুক্লীংগী ফিবেপ অদুবুসু মবুক্লীংদা থাগত্তবা নত্তে। মাগী চেঙ-থাউ থুমগী দুকান মচাদূসু তেক-তাক, তেক-তাক পীক্লা তৌবম্বদগী ফনা যাম্না ফগৎলক্লে। নোম্বা কনবা অমসুং মবায়বক ফবদগী মখোযগী ঈমংদু খবা গনূংঙাইজবক্লে। মমৈথঙদা মশাগী মিংমক্তা হেন্না চাউবা মওঙদা শ্বাইবম্বন্দদা দুকান অমা লৌজবে। মহৌশাগুম চেঙ থুম থাউগী কাববাবদু অদুম হোংদ্রি। ঙা য়োনফম মনাক্কী পবেংশিংদূগী মনূংদা অমনি। ময়ুমগী হোতেল মচাদু তোকহনখ্রে। হৌগৎলকপদা, ব্রাবিঙৈদা মচানূপী দেবলানা মতেঙ কয়া পাংবিখিবা খল্লুবদা মচাবু মবুক্লীংদা চেৎনা থাগোঞ্জে, মবুক্লীং নুংশি। লৈখিদ্রবা মপূবোইববু নীংশীংলগা মপী চদুম চদুম শিম্বে।

মপাল ফবক্লবদদি দেবলানা তম্লিংবা মহৈ তমজবশনু খল্লক্লে। মৌপুব্রা, মনাওনুপী অনীবুসু মমান্নবশিংগী মবক্তা শোখহৌদনবা অফবা স্কুল য়েংদুনা লাইবিক তমহনবা ঙমজবে।

মপূবোইবদূ পৈশা য়াম্না পায়বা, শাগৈ অচৌবগী মীওঈদি নৎখিদে। দিঃ ছীঃ ওফিস্তা থবক মচা অমা তৌজদূনা ব্রাববসু ব্রানা অদুম ঈমূং অপীকপা অদূ পুবা ঙমজখিবনি। অদূবু নোংমা নুমিদাং অমা লুহোংবা অমা য়াওকবদগী হল্লকখি। য়ু খবা যাম্না থক্লকই হায়নখি। মকোক য়াম্না চীক্লদুনা গুলী অহূম মবী হূকচিনখি। মাংবদসু লৈকাঙমুক মুবা ঈ মতুমগী অমাংবা ঙাক্তা য়াওখি। ফমূং অদু ঈ মতুম ঙাক্তনা পুমচাই চাইখি। ডাক্তব লাকপসু কনবা নংহৌখিদে।

মপান্দা থাংদোকপদি নংহৌই। অবোইবা য়াহীপ তান্দ্রিঙৈদা কংনা নোক্লগা দেবু'মাদা য়েংলগা শিন্নবমই, "নঙ ঐবু শাউগনুকো। নঙবু ঐনা নোংমত নুংঙাইহনবা ঙমখিদে। ৱাববসু ৱানা অঙাঙশিংবু য়োকহৌবোকো। ঐ য়াবোইদৌবে। ঐ চৎলেকো অঙৌবী।" ঈখেঙ তৈববা মচীনবান্দগী নোকমি নোকমি হায়রম্বনি।

অদু তাবদগী অঙৌবী খাঙবা ঙমদনা ও-খোংনা কপখি। ময়াম্না নাকন্দা পুখোক্লনা লাক্লখি। অঙাঙ অহূমসু মমা-মপাগী মতৌ উবদা ৱা ৱা কপথবকখি।

দেবলানা লাইবিক তম্বা লোইবগা মমাগী সেবা তৌজগে মতেঙ পাংগে খঞ্জবনি। অদুবু মানা হেক তৌবা যাবা থবক অমফাওবা ফংদ্রি। এমঃ এঃ সোছিওলোজী তমলুববনি। প্রপব চেনেল হায়বা ওফিসশিংগী তৌফম থোকপা কয়াদি হোৎনদুনা যেংলুবে। অদুবু ইন্তবভিয়ু মযাদা বোর্ডকী মেম্বব উনব্বা, মিনিষ্টব অমদা ৱা অমা হায়জব্বা, পৈশা লৈববসু মশানা নত্রগা মৱা চৎপা মী থাজীন্দুনা পৈশা যৌহল্লুবা ঙমদ্রি। চহী অনীবোম শুজিল্লক্লে মানা পাস তৌবক্লনা ময়ুমদা লৈবক্লিবা। মমৈদা সেক্রেতবিযেত্তা লৈবা, মখোয় ঈমাগী মবুঙ মাম লুখোইনা হেৎনবীদুনা সেক্রেতবিয়েটকী লাইব্রেবি সেক্সন্দা ক্লাক ওইনা হাপ্লকপা য়াবগী মমি অমা উবক্লে। লুখোইনা তমখি, কোম্পুংদা মাবু লাইব্রেবিযান ওইহল্লকপা য়াই, মদু ওইননবা ত্রেইনিং কোর্শ অমা ওফিসকী মায়কৈদগী চৎননবা হোৎনবা তাই।

থাঙ্গৈশেংবদি মমা অঙৌবীদি, মাগী খ্বাইবম্বন্দগী দুকান্দুনা ফজনা চলাইবিবনিনা পৈশাগী অৱাৎপা থোইনা লৈতে। মচানা থবক তৌবা তৌদবা কয়াবু খল্লুদে। লাইবিক তম্বা লোইবক্লদুনা মচানা মনাক্তা, ময়ুমদা লৈববা অদুনা মাদি অদুম পেঞ্জববনি। মানা খবা খবা চিন্তা তৌবা হৌবকপা হায়ববু মচাবু মতম চানা থাজখিবা ঙল্লোইদ্রা হাযবা অসিনি। দেবলানসু মমাগী অসিগুন্নবা চিন্তা অমা লৈ হায়বসি খঙলবনি।

লুহোংবগী ৱা নীংশীংলুবগা দেবলানা অমুক খল্লকই, "ঐবু, খম্বা নত্তবা অতোপ্পা মী অমদা লুহোংবা ঙমগদ্রা ? হৌজিক্তি ঐ খম্ববু থাদোকপগী

শক্তি লৈজদে। নূহোংবগী ব্রাখলসু লৈত্রি। ... মতম অমদা অঙকপা, অনৌবা, অথোংপা মঙগী ব্রাখলনা থল্লম্বনি ঈবানীগী নুংশিবগী জগত্তো। অদূবু চহী অহূন্নোম ফাজীল্লক্লে খম্বনা তূমীন্না লৈকবা .. ।"

মমাঙঙৈগী মখোয় অনীনা নুংশিনবা হৌখিবগী মতাঙ অদূ অমুক নীংশীংলক্লি।

\+ \+ \+

কালেন ছুটীগী মতম্লি। আগ্রা য়ুনিভর্ছিটীগীসু ময়ামগীগা থোং মান্ননা ছুটি থাবক্লে। দেবলাদি হন্দক্তি শিল্লোংদা লৈবী মমান্নবী আলফিনা সিয়েমগী গেষ্ট ওইনা জাইআওদা মখোয়গী য়ুমদা থুংলবে। ঈনক-নক্লা মযাম্না ফজে হায়নবা শিল্লোং অমুক্ত উদ্রি। ইম্ফালদা থোক্লক্লবসু মমানা অযাম্বা মতমদা দুকান্দা লৈখিবনা মথন্ত য়ুমদা তৌফম খঙদনা লেনবা অদু হৈনবমদে। অদুনা হন্দক্তি শিল্লোংদা মমান্নবীগীদা নুমিৎ তবানিবোম লৈবকখিগে অদুগা থোক্লক্লে হায়না মমাদা চিঠি থাখ্রবনি। মমানসু যাবকপ্রবনি।

দেবলাগা আলফিনাগা কম মেটনি। বীঃ এঃ ডীগ্রীগী অহানবা চহীদা তম্মিন্নবি। আগ্রা য়ুনিভর্ছিটীগী এথলেতিক ইভেন্তস্তা কম মেত মখোয় অনীনা ব্রান হন্দ্রেদ মিটর্সতগী অইত হন্দ্রেদ মিটর্স ফাওবগী আইতেমদদি মকোক মথঙ ফংখি। মিটব চামা চনীগীদদি আলফিনানা হেল্লি। খবা শাংদোক্লগনা মিটব চামবী অমসুং চানীপালগীদনা দেবলানা হেল্লি।

হান্না কম-মেত ওইবগী তিন্নজবদুদা, মশা-মশাগী অপাম-পামদ মান্নবম্বা, অদুগা লমজেলদসু ফর্স্ত-সেকেণ্ড তামিন্নবা অদূদা মখোয অনী তিন্নবা অমুক্কা হেঙ্গৎখি।

আগ্রাদগী শিল্লোংদা থুংলবা নুমিৎ নীনী শুবদূদনি। মখোয় অনী ব্রার্দস লেক্তা অসুম কোয়বম্বদগী খা-নোংপোক থংবা মাযকৈদা বাজ ভবনলোমদা লৈবা লৈ-সু অমসুং উজাও যাম্না হৌবা, অব্রাঙ অনেম নাইবা লম্পাক্লুদা ঙাইহাক্তুং পোখাবি।

ঙরাঙ নোং মবক্তুদা থুংলবনিনা মফি মবোল পুমচোৎ চোৎখি। দেবলাগীদি ফি য়াম্না পুবক্তবনিনা স্পোর্টসকী কেম্পতা মানা হেক হেক শেৎপা ঈচম-চম্বা বেল-বোত্তৃগা, ফিবি কৃবীত অমগা লাকই। আলফিনাসু দেবলাগা মান্ননা শেৎ-চাবকই। শাবান-নুংবান, শক-চু, ব্রাং চাউনা ফজবনিনা মখোয় অনীমক অউবা খুদীংমক্কী মীৎয়েঙগী পেন্নফম ওই।

মনাক্তা ফৈদোম নাইনা শাৎলিবা দাহলিয়া, জিনিয়া, কেলেণ্ড্যুলা, জুবাকুশুম অথোম্বা, তাঙনা ফংবী কেমেলিয়ানচিংবা হৌবি। য়েংবদা থম্মোয় মথুম মবাঙ হৌবি।

মখোয়না থুংলবা নুমিত্তুগী মমাঙদগী হৌনা শিল্লোংদা নোংনা ফুম্রিং ফুনা চুদুনত লৈবক্লি। অযূক অদুদা ঙাইহাক হাংলম্বদগী মখোয় অনী কোয়বা খোক্লককপনি। ঙাইহাক্কী মমাঙদা চোৎলবা উনা ব্রানাশিংগী মবক্তা নুমিৎকী মঙালনা ফওজীল্লক্তুনা ঙাইহাক্তুং লংখৎহল্লদুনা য়াম্না ফজহল্লম্বনি। অদুবু ঙাইহাক্তদা শিল্লোংগী মথক্তা কৃপ্পিবা আকাশতু নোংনা অমুক পৃম্মম মমশীল্লকই। নোং নুংশিৎকা লোয়ননা নোংলীক্লা মায়কৈ হোংনা হোংনা কৃংনা চুথবা হৌবক্লি।

দেবলাগা আলফিনাগা মনা কৃংবা উচান পাম্বী অমগী মখাদা নোং ঙাইহাক্তং থৃপখিসি হায়নবদূনা চেনশীল্লি। দেবলানা, " ছাতিনসু য়াওবক্তে ফজনা চোৎপা তাবে," হায়বকই। আলফিনানা, " শিল্লোংদি 'সি ঙাক্তনি। ঙাইহাক্তদা নোং জম জম হেক তাবা, ঙাইহাক্তদা নুংশা অমুক হেক থোকপা অসি শিল্লোংগুম্বা চীংগী ষ্টেশনশিংগী হৌনবীনি," হায়না তাক্লি।

দেবলানা নোক্লবোই কবিবোই হায়বকই, "আল, য়ু আব সো ফন্নি। দেন, হ্বায় দিন্ট য়ু থিঙ্ক ওফ এন অমব্রেল্লা ?"

"উফ ! আই নেভব কেবী এন অমব্রেল্লা ? ওল মায় ফ্রেণ্ডস ওলবে জ ইউজদ তু তেক বান ইচ। বত আই হেভ গ্রৌন রিথাউত এন অমব্রেল্লা ইন বেইনি শিল্লোং।"

ব্রাবী শানবিঙে'সিদা পাখঙ অনীখকসু নোং থৃপ্পা ওইনা থংনবা উচান পাম্বীদূ তম্না চেনশীল্লকই। অমখক্লা আলফিনাবু কৌবকই। খাসি

মবোলদা কৈদৌঙে লাকই, কৈদৌঙে চঙগনি ... অসিনচিংবা হংনবকই। অতোপ্পা পাখঙদূদি মমীত্তি য়েংলকই ৱাদি ঙাঙলক্তে।

দেবলানা উবকই মানা অঙাঙ ওইবিঙৈদা মবুক্লীংদা লাৎচখিবা শক্তমদো মমাঙদা খঙহৌদনা লেপ্লবে। লৎপা লৈতনা চুথবিবা নোংগী নোংলিকশিং অদূনা মীৎয়েঙদি খবা শামই। "জযকুমাব মানবা খাসি মচা অমবু ওইবব্রসু যাই ! ... শোযবোয়দা ! জয়কুমাব শোয়দনা ওইগনি। অদূবু মানা শিল্লোংদা কবম্না .. ? ঐবু খঙলমখিগদ্রা ? কদায়দগী খঙলমগদবনোদা ! মানা নোংমখক্তং উখিবা অদূদি ঐদি অঙাঙ য়াম্না ওইবি— থাগী ঈ ফাওবা লাকত্রি— অদূবু য়েংলক্লিবা মীত্তা অসিদি খঙবদৌনা যেংলক্লি। অস 'নোংনগা চোৎপনে শম-নাসিগা যেংবদা নোক্লীংলম্মনিদা . ।" দেবলাগী ৱাখল পবীংনি।

আলফিনানা নোং খবা হাংলে চৎলসি হায়বকপা অদূ অহানবদদি ৱাখলগী লাই চুবিঙৈদা তাবমদে । অনীবক শুনা হায়বক্ত বদূদা মঙফাওনবক্লবগুম উখাদগী থোবক্লে। নোংদি পুবা হাংদ্রবসু, চৎপদি অদুম যাবে।

পাখঙ অনীদুসু মখোযগী মতূং ইন্নদুনা অদূম থোকমীন্নবক্লে। আলফিনানা খাসি পাখঙদুগা অমুক ফাগি জুগাই তৌনদূনা ৱাবী হৌবকই। ঙাইহাক লৈবগা খংনীং নীংশীংলকপা ওইনা খাসি পাখঙদূনা হাযবকই—

"ও কম্মোন আল, মিত মায় ফ্রেন্দ জয়কুমাব। হী ইজ ফ্রোম মণিপুব।"

"ও বিয়েল্লি ! আই হেভ এ সবপ্রাজ দেন। শী ইজ মিস দেবলা এণ্ড শী ইজ ওলসো ফ্রোম মণিপুব।"

জযকুমাবনা ঙকলপ্না খুন্নকই, " এ বিয়েল সবপ্রাইজ দেন।" মখা চপ্থবকই, মাসু ঙসাইমখৈ মৈতৈ লৈশাবীগী শক্তা খবা চঙই, অদূদা শক ফজবা হায়বসিদি যুনিভর্সেল ওইবনিনা খাসি লৈশাবীনি হাযববসু অদুম মপকই খন্দুনা লৈবন্নিবনি হায়না।

অদূদগীদি মাগী মাগী মবোলদা ৱাবী শানবকখি। দেবলাগা জয়কুমাবগসু মৈতৈলোন্দা। দেবলানা হৌদোবকখিবনি, "ঐদি তামোবু খঙই।"

"ঐসু হান্না উৱবগুম তৌইদা 'অনা খল্লল্লিবনি। ইবানি কদায়দা উনখ্রে? শক ফজবনিনা ঐনা অহানবা উবদা শোয়দনা ফজৈ হায়বমগনি ? হায়দোকপগী চাঞ্চ ফংদ্র'সু পূক্লীংদদি শোযদনা ফাওবমগনি।"

"হায়'বুদি হায়খি। অদূবু কাউথোকপ্রি'সিনদি শক ফজবী ঙাক্তা যাম্না তোয়না তোয়না উবম্মগনি।"

"হেবা ঐবু থাঙ্গৈশেংনা হায়খিব্রনে? ঐদি নূপীদকাদি ৱাবী কয়া শাগন্দবনিদা।"

"হৌজিক নূপীগা অসুক যাম্না ফজনা ৱাবী শানবি'সিদি।"

"অসিগুম্বা তাঞ্জাবু পাক হেক ফংব্রো ?"

"অদুদি তামোদি তাঞ্জা ফংবগী মতূং ইন্না লুহোংদৌবিজাৎনিনে?"

"হেবা, মদূগা থোইনা মবী ঈবৈ লৈনদেদা। মশক ফজবী লৈশাবী দেবলাখোয়গুম্বগদি ৱাবী শাননিংলবসু ঙসীগী অসুম্না তাঞ্জা ঈফঙ হেক ফংদে হায়বনিদা। ঙদো, ঈবানি কবম হায়না উনখিবনো অমুক্ত হায়য়ুদনা, যাম্না খঙনীংঙে'দা।"

"কোন্না হায়বগে, তামো।"

"হৌজিক অদুম মহায়য়ু, ঈছীদা চা থকলুখিসিদনা?"

"ঐখোয়দি অঞ্জলিদা মুভি য়েংলূসি 'অনা মেটিনিগী টিক্কেত লৌশীল্লুবে।"

"কবি মুভি"

"'দি বেদ সন' হায়বদো।"

"অদুদি ঐখোয়সু তিক্কেত লৈব্রা য়েংলুবা তাবে।"

"অস, লৈসু লৈবম্মবোই।"

"খোঙনা চত্তোই নত্রো ? ঐখোয় 'সুম থিল্লম্বা যাদ্রো ?"

"তামোগী ইমান্নবা অসিনবু য়াবিবক্কদ্রনে?"

জয়কুমাবনা মমান্নবা কিনশাই মববানীয়াংদা তিক্কেট লৈববদি মখোয়সু অঞ্জলিগী মেতিনি শো যেংলুসি, নত্রবসু অসুম থিনবিকসি হায়বদু মাসু য়াবকই।

পুলিস বাজাবদগী হাইথবগা অঞ্জলি তাবা খোঙলম্বী'দূদা চৎনা চৎনা ৱাবী অমুক মখা চত্থবকই।

"তামোদি শিল্লোংদা কবম্না লৈবম্মিবা?"

"দীল্লিদা আইঃ এঃ এসঃ ত্রাই তৌবিব'নেনা অমুক হোৎনকবিবা। অনীবক শুবে ঐনা থাবক্লিবা। হন্দকসু কয়া থাজদে। পৈশা যাম্না তিংদৌ শব্দক মথঙদদি শিল্লোংদা থাগে 'অনা, শিল্লোংগী লম তু খঙহৌকগে 'অনা চঙঙকপনি। কিনশাইসু আইঃ এঃ এসঃ থাকবনি। নহালৱাই দার্জিলিংদা তম্মিন্নবকপনি। মানসু কোযকসি হৌবকপদুদা লাকপনি। হোটেল অমদা লৈজকগে'সু য়াদ্রে৷ মখোয়' ময়ূমদা গেষ্ট ওইনা ভীঃ আইঃ পিঃ ত্রিতমেন্ততা হোলিদে তৌবি।"

" ঐসুনি, আলখোয়গী ইমুংদো ওঙ্খোক্না লূনা- নান্না থমখ্রে। ঐদি হঙ্গোইবা অমা যাওই।"

"মখোয়গীদি য়ূন্নে-কৈবৈ য়াম্না নান্না লৈবনি। অদূবু মখোয়গী ষ্টেন্দর্দ ওফ লিভিং মেইন্তেইন তৌনবা হোৎনবদা খবা ইনকম হন্থবা ইমূংদদি য়াম্না ৱাবজাৎনি। মদুসু য়াম্না ফবমক্তি নত্তমাল্লে হায়নীংই ঐদি। দেবলাখোযনা লৈবি'বু কদায়ৱাইদনো?"

"জাইআওদা— বোবর্টস হোস্পিতাল ময়াদা।"

"এঃ অদুদি কিনশাই খোযগা পঙলাপ লাপ্পদ্রেনা। মখোযগীনা মিসন কম্পাউণ্ডদা। বোবর্তস হোস্পিতালদগী মোতফ্রান লোমদা শম্না চৎপগী লম্বীদা স্কুলকা লৈবা, প্লেগ্রাউণ্ডকা লৈবা অদুৱাঈদনি। দেবলাদি কয়া য়াম্না কুইনা লৈখিনি?"

"নুমিৎ মবিনি মঙানিবোমদনি।"

"ঐসু কুইবোইদা, থোকমীন্নখিবা য়াবেদনা অদূদি। খোঙলোয় ওইগদবা অতৈ বোয ফ্রেণ্ডকা লৈবজাৎলা ?"

"অস ! তামোসি ঈমান-মান্দনা জাৎ জাৎকী ৱা'কা য়াম্না হায়জল্লকএকো। ঐখোয়দি য়াম্না চম্না কনাসু য়াওদনা হিংজবি।"

"শক অদুক ফজনগা ! চহী মতাঙসিদা লৈবমদৌবদি মানবা।"

"হৌজিক ফাওবদে মন্দা-চুদা তিন্নবা ঈশানা পামজকবা অমত্ত থেংনদ্রিয়ে।"

"অদূদি ঐগা মন্দা-চুদা তিন্নসি য়াব্রো ? মতাঙ লাক্লবকান্দা হিংমিন্নসি 'অনা হৌবকপা যাবজাৎলো ?"

"অস ! ঈকায়জৈ'যমী তামো, পঙঙাওদা ঙাওশল্লিকই।"

অঞ্জলি যৌবক্লে । অদুবু হাউসফুল ওইবল্লে। লৈশাবী অনীগী মমাঙদা ৱেক্কী তিক্কেত লৈবা ঈকাযবদুনা অদুম হল্লক্লে। চৎলমদাইদা জয়কুমাবনা আলফিনাদা নুমিদাং পূং তবেৎকী অদূৱাঈদা ময়ুমদা কোযবক্লে য়াগদ্রা হংখি।

আলফিনানা "ও স্যুব, মোষ্ট ৱেলকম।" হায়হৌই।

নুমিদাংদুদা আলফিনাখোযদা কোয়কবদা অদুম অল্লকখি- দেবলানা মমাঙঙৈদা তন য়োনফমদা মানা জয়কুমাববু ঈহান হান্না উখিবদো। মদু হায়দোক্লবগা জয়কুমাবনা মাবু হন্থনা খনখিগদ্রা চিংনবম্বনি। অদুবু মাগী মায়থোঙ অদু মদু তাবদগী মকা লাম্না হেক্সৎখি। মাবু য়াম্না থাগৎপিখি। মাবু থম্মোয় শেংনা থম্মোয় য়াওনা নুংশিবগী মমি তাবা শক্তম উখি।

মদুগী মতুংদা ঈছী বেষ্টোবোস্তুতা অমুক, লেদি হায়দল পার্কতা অমুক উনখি। অদুগা ইম্ফালদা ফ্লাইট অমত্তদা থোকমীন্নবকখি। মখোয় অনীগী থম্মোয় থম্মোয় মশক খঙনখি। অমনা অমবু থম্মোয় শেংনা নুংশিবা হৌখি অমসুং নুংশিহন্নীংখি।

মদুগী মতুং চহী অমবোমদুদি চিঠি তোয়না তোয়না ইনখি, থাপ্লা লৈনবগী অৱা-পোত্থানবা ওইনা, তুংগী নুংঙাইমিন্নগদৌবা আশা কয়া পুথোক্লুদুনা।

দুর্গা পুজা মনুংদা দেবলা অমুক্তসু ঈম্ফালদা থোক্লক্লুনা মতম খরা অমুক উনদুনা খাইন-অৱা-পোৎলুম কোকথোক্লখি। দিছেম্বৰ- জানুৱাৰি তাইনবদসু জয়কুমাবনা মতম খরা সবস্তিতিয়ুত লেকচবব ওইনা পুৰিবা কোলেজদুগী এক্সকর্সনদা ছাত্র-ছাত্রি পুবক্লুনা আগ্রাদা দেবলাগা উনবৈ।

চহীদুগী মতুং তাবকপা জুলায় থাদা জয়কুমাবনা য়াম্না নীংবা কায়বগী চিঠি অমা ইবকখিবা অদুদগী মশক উনবদি লায়বদুনা মৱা-মখোল, চিঠি-নুংঠি অমত্ত তাখিদ্রে। চহী কয়া থাকদ্রবনি, শিল্লোংদা অমুক্তা হন্না থাবা আইঃ এঃ এসঃ ছিভিল একজাম অদুদসু য়াখিদ্রে। মদুদগীদি মাগী চহী হেন্দোকশ্রে। অমুক হন্না আইঃ এঃ এসঃ থাবা য়াববোই হায়বকখি। মদুনা জয়কুমাবগী নীংবা কায়বগুম তৌখি। অঙাঙ ওইবিঙৈদগী শাগৎচবকপা আশাগী যাত্রা য়ুম্বী তেক্লবগুম তৌখি।

দেবলানদি জয়কুমাবদা নুংশিননা, ঈংনা-চীক্লা হিংমিন্নবগী পুক্সিদা আইঃ এঃ এসঃ ওইবা-ওইদবগী ৱাখল চোইনিংঙাই লৈতে হায়না চিঠি কয়া ইদুনা ফনা থেমজিঞ্জখিবনি। অদুবু মাগী চিঠিশিং অদুগী পাউখুম অমুক্ত ফাওবা হল্লকখিদে।

হান্নসু দেবলানা জযকুমাবগী পেন্দ-ৱাকৎ কয়া তাখ্রবনি। সবকাবনা, য়ুঃ পিঃ এসঃ ছীঃ না মণিপুবগুম্বা চিদাই লমবু কযা থৌওই উশিত্তবগী, তাথী-তাওইবগী মতাঙদা। দিল্লি য়ুনিভসিটীদা সবজেক্ত অমত্তদা ইংলিস্তা এমঃ এঃ থামিন্নবকপদা লৌশিংগী মতাঙদা মানা কবিসু উশিৎলুদবা মযাঙ মচা খবনা আইঃ এঃ এসঃ ঈবায-লাযনা ফংখিবা, মাবুনা হুন্দোকপিবম্বা। অদূগা অমবোমদা মিজোবাম, মেঘালযা, নাগালেণ্ড, অরুনাচলনচিংবগী মচাশিংদি কোতা নাইদুনা চহী খূদীংগী অমা অনী য়াওবক্লিবা। মৈতৈ মচা ওইরুবা মানা কযা তোনখ্রবা। মণিপুবগী লৈঙাক শাসন্দি মযাঙদগী হেন্দোক্লুনা মিজোবামগী, নাগালেণ্ডগী,

অকনাচলগী মীনফাওবা পায়শীল্লক্রে। মণিপুরগী এমঃ এলঃ এঃ মন্ত্রিশিংদি মসিগী রাখলসি কবিমত্ত লৈতবা ওইনা তৌবি। ফুরীৎখাউ থন্নবত হোৎনবি। মৈতৈ মচাদি, মীবমদদি হায়কনু লৈকায়গী ফাওবা কবিমত্ত তৌবা ওমদ্রে, অসিনচিংবা কয়া ... ।

মানা মাঙত্নবা মতুংদগীদি মমান্নবশিংদা হংজকবসু দেবলাদা নীংথী-নুংঙাইনা , মচা খায়না তাকপিবকপা অমত্ত য়াওবক্রে। খবা লৈবগদি 'কংলৈপাক্কী বিভোল্যুশনবি ওর্গেনাইজেশন' হায়বা অন্দবগ্রউণ্ড মুভমেন্ট অমদা খম্বা হায়বা মিংগৌ লৌদুনা য়াওখ্রে হায়না তাবকখি। চহী মবী-মঙা অসী দেবলানা মথন্নত অব্রা পোৎলুম পুদুনা অয়াম্বা মতমদা মপী শিঙ্খু শিঙ্খু লেল্লকপনি। খম্বনা ঙবাঙ খঙফাও ফাওবকপা অদুদা মাদি য়াম্না হবাওকববনি। অদুবু হৌজিক্তি মাসু নুংশি মশূংলাংগী পল্লেপফম খঙদবা অকবা-অথূপ্পা লাঞ্জঙ অমদা য়াওবা হৌবে।

হৌখিবা পুক্সিগী লামায় কযা হাংদোক্নুনা, মাগী হৌজিক্কী ওইবিবা ফীভম অমসুং খম্বগী রাখল কযা নৈন-নৈননা লাকপদুনা মযুমদি যৌশীল্লকক্রে। লম্বীদা গাডী আমত্তং খজিক্তং কন্না থৌবকপদা, পুলিসকী মীওঈ অমা থেংনবদা, মী খবা যম্না হেক পুল্লন্বদা, মী অমনা মঙোন্দা খজিক্তং য়েংলকপদা শ্বায় শ্বায় লাউদববি নত্তে। মাগী রাখল হেক হেক পবীং থুগাযদবা নত্তে।

ময়ূম হেক যৌবগা মফি অমমুক হোংদোক্নুনা মনাও নুপী অমসুং মৌপুরাদা মাদি নুমিত্তু হাওবম মবক্তা মবোকখোয়গীদা লেকলুবা তাবে হাযবল্লগা চৎখ্রে। মখোযগী মামনা মাগী থবক্কী মতাঙদা ব্রা ঙাঙনগদৌবা লৈ, মবোক্লসু চাক চাবা ওইনা লেক্লবাউ হাযনা পাউ থাবকই হাযনা ব্রাথৈদুনা অমুক খোক্লকখি।

---

তরাক

# ফাইল চিমা সিন

ফাইনান্স মিনিষ্টর গজেন্দ্রগী বঙ্গলোগী খরা মনূং থংবা ময়ায ওইনা চাউবা কাদুনি। খবা লুবা রা তানবা তাববদি হেক হেক কা অসিদা খন্নে। কা অদুগী ফক্লাঙ নপ্পা থাবিবা বেকশিং অদু ফাইলনা পিক থল্লি। সনমাইকাগী পাক চাউববা তেবল অমা থাই। মনাক্তা অহাঙবা অপহোলষ্টবদ স্থিভল চৌকি অমসু থাই। চৌকি অদু হাঙলি। মন্ত্রি গজেন্দ্র লাক্লগা ফম্লনবনি।

দিঃ আইঃ জিঃ বুদ্ধ তোপ সিক্রেত থাবা ফাইল কোভব অমা মমাঙদা থল্লদুনা রাখল তৌনা ফম্লি। মনাক্তা ইন্তেল্লিজেন্সকী এসঃ পিঃ পোলেন্দ্র, চিফ সেক্রেতবি সিংহবি, মণিপুব বাইফলসকী কমান্দেন্ত অহূম, ছীঃ আবঃ পীঃগী দিঃ আইঃ জিঃ ভোবা, বিঃ এসঃ এফঃ কী তুঃ আইঃ ছীঃ বানা, তেবলগী অকোয়বদা চৌকি অমমমদা ঈকোয কোয়না ফম্লি। মানা মানা থোকপা রাবী শানবি। অয়াম্বনা চিফ মিনিষ্টব অমসুং আইঃ জিঃ পিঃ শিখিবগী রাবীনি। কবম্বা মীতাননো, কবি নোংমৈননো, কবি মবমগীনো, মানা মানা থোকপা হংনবি, মাগী মাগী জ্ঞান পুথোক্লদুনা খন্নবি।

ফাইনান্স মিনিষ্টব গোজেন্দ্র হোমগীসু পুবি। মণিপুবগী চিফ মিনিষ্টবগী এসাসিনেশন অসি তোপ লেবেলদা লাক্লি। ভাবত শবকাবগী মীৎয়েং অমসু চঙশীল্লক্লি।

চৈবক অসিদা হান্নগী সবকাব অসিগী লুচিংবা অমসু লৈতবা যাবোইদৌবি। হৌজিক ফাওবা মেজোবিতি ওইবিবা পার্টি অসীগী বিধান সভাগী মীওঈশিংগী অথুবা মিতিং অমসু মাগী বঙ্গলোসিদা হৌখিবা নুমিদাংদা তৌখ্রবনি। মাবু লুচিংবা ওইনা লেপখ্রবনি। পাউ অসি শিল্লোংদা ত্রঙ্ক কোল

তৌদুনা গভর্ণবদা ফোঙদোকম্রবনি। সবকাব অনৌবগী লুচিংবা খন্ননবা গভর্ণববু বার্ত্তন তৌম্রবনি। ফোর্মেল তেলেগ্রাম অমসু থাম্রবনি।

অদুবু গভর্ণবনা অয়ূক অদুদা লোং দিষ্টেন্স কোল অমমুক পীরক্নুনা লৈবাক ঈবাঙ খজিক্তুং নেমথবগা পাঙথোকসি হায়বকখি। মাবু মতম খবা কেয়াব তেকব ওইনা লৈনবা হায়জবকখি। মদুগী ফোর্মেল তেলেগ্রামদু থাম্রবনি হায়বকখি।

চিল্লবা তাল্লক অসিদা ওপোজিশন পার্তিগী মীওঈ খবনা অতোপ্পা অনৌবা সবকাব অমা শেম্মনবা কেম্প অমা শাখবে হায়না তাবল্লি। মাগী এমঃ এলঃ এঃ কায়া, মন্ত্রি অমা অনীসু য়াওনা চঙখবে হায়নসু তাবি। খববুসু নম হাদুনা ফাজিনখবে হায়নবল্লি।

নুংঙাইত্রবা, খোয়দৌশীকপা অসিগুমবা পাউ থৌদোক ময়াম্না থল্লবা কোক অমা পুবদুনা গোজেন্দ্র ময়ুমদা হল্লল্লি। ড্রাইভব গনমেনগী মথক্তা অতোপ্পা গনমেন অমসু য়াওবল্লি।

মাগী বঙ্গলো মমাঙদা পুলিস অমসুং সিফাইগী মীওঈ ময়াম গাড়ী-গাড়ীগা লোয়ননা লৈবম্না অদুদা কবি থৌদোক থোক্লবনো হায়না ঙাইহাক্তং পাখৎলুই। মাবুসু হাৎকে হোৎনবম্লবজাৎলা খঞ্জানকই। খংনীং নীংশীংলকই ঙসী সেক্যুবিতি কাঙবুগা মাগগী ওইবা স্পেছিয়েল মিতিং অমা লৈকো।

মানা কাবদগী কৃমথবকপদা লৈবল্লিবা পূম্নমক অনৌবা ব্যাবাহাব অমসুং মীৎয়েঙগা লোযননা মাবু ওকই। পবপ পবপ কনফবেন্স কা মনুংদা চঙশীল্লি।

লৈবল্লিবা পূম্নমক ফুক ফুক হৌগৎলি। ময়ামগী অনৌবা ব্যাবহাব অদু মানা ঈকুঈ কুইদনা ওইগদৌবিবা সবকাবগী মকোক ওইবগী ফমদৃগীদমক্তনি হায়বসি মাসু খঙবগুম তৌই। মী নেমই, মবুক থোল্লে। চিবাই অনীমক ফনা তাঙশীল্লে। ঙকশম ককপী কোৎ অমা লীৎপদু মাউ সে তুংগী শকফম খবা চঙই। চীঙ -লেম্বসু থোইদোক্লা ৱাৎপা নত্তে।

নমস্তে তৌই।

অকনবা শাকৃপী ইরে

"ময়াম পূন্নমক ফমথবীয়ু," হায়বগা মাসু ফমথৈ। মযামসু ফমথৈ।

ময়াম পূন্নমক চা-কপ অমমম থক্লবা মতূংদা রা খন্নবা হৌবমই।

গজেন্দ্রনা হৌবকই, "দিঃ আইঃ জীঃ সাহেবনা হন্দক্কী চিফ মিনিষ্টবগী এসাসিনেশন অসী পোলিতিকেল ফানাতিক অমনা পাঙথোকপনি খনবীব্রা নত্রগা কবিগুম্বা অন্দবগ্রাউণ্ড ওর্গেনাইজেশন অমনবা নৎত্রগা মাথা পেং চোইববা গূণ্ডা খবগী থৌইনশিন্নি খনবীব্রা ?" অপনবা য়াওদনা, মাগী মহৌশাগী খোঞ্জাউদা অশম্বী রাঙাঙদা ফুজীল্লকবা রাহঙনি।

দিঃ আইঃ জিঃ বুদ্ধদু অহানবমক্তদা অসুক থুজিনবা রাহঙ হংলক্কনি খল্লুদে। অহানবদা লকক তৌই।

ঙাইহাক অমুক খল্লগা খুন্নকই, "*হৌজিকমক্তি চপ চাবা কবিগুম্বা লংলা অমত্ত ফংজদ্রি, সব! হাযবা যাম্না লুই।*"

"লংলা ফংদ্রবসু ঈশাগী চিংনবা হায়বা অমদি লৈফম থোকইনা, সাহেব।"

"চুমই সব, ঐনা 'সুম খঞ্জবদা মসি খবা চাউবা পাব্রাব অমগী বেক্কিং লৈবা ওর্গেনাইজেশন অমগী থবক্লি হায়না চিংনজে।"

"পাব্রাব হায়বদি ঐখোযগী পোলিতিকেল পার্তি শিংগী মবক্তগীবনে? অদূ তৌবম্বা কম্যুনিস্তসু হৌজিক্তি জ্ঞান তাখ্রেনা, তুমীন্না লৈখ্রেনা।"

"ময়াম্না খঙনববা পোলিতিকেল পার্তি মবক্তগীদি মান্দে। মখোয়না শীজীন্নবম্বা ওতোমেতিক রিপনকাদূদি চুম্নগী পেং চোইবা অঙাওবা অনী অহূমগী থবকসু মান্দে অদূগা গূন্দাশিংসু মান্দে, ওর্গেনাইজেশন অকনবা ..... ...।"

কেয়ব তেকবনা মবক অমুক থৎলমই, "ঐখোয়গী 'সিব্রাঈগী খূৎনেকসু মান্দেকো।"

"ওইবোই সব। মখোয়গী খূৎলাঈশিংদূ আর্মিগী মীতনা পাঈনবা খূৎলাঈনি। ঐনা অসুম তাজবদা মৈতৈ নহাবোলশিং খবা অন্দবগ্রাউণ্ড

মুভমেন্ত হৌগৎলক্লি হায়বা তাজে; মখোযনা তৌবা থবক মাল্লি।"

"মখোযনা পায়বিবা খুৎলাঈশিং 'সিদি কদায়দগী পুবকপনো হায়বগী আইদিযাদি লৈব্রা?"

"মযাম্না হাযনবদদি সব, মখোয়'সি চাইনাগা মরী লৈনৈ হায়না তাজে, চাইনাদগী পীবকপা নত্রগা 'সিরাঈদগী.. . .।"

অমুকসু মবক হ্ন্লকই, "ঙাইবিখো, ঙাইবিখো, মদৃগী রাফমদৃ ইন্টবনেশনেল পোলিতিক্স লাক্কদৌবে। চুমই , ঐসু নহানমখৈদি তাববনি। লোইনা চুম্লে। অদুবু নহানমখৈ ঐখোযগী ইন্তল্লিজেন্সকী থবক অমত্ত তৌহৌদ্রববা? ঐখোযগী জব্রানশিং খবদগীসু খুৎলাঈ মুনখিবা, বেঙ্ককী পৈশা মুনখিবা সিফাই খবা হাত্তোক্লম্বগী থৌদোকসু অনীবক অহূন্নক থোকখ্রবা নত্রা?"

"মানি সব। লোইনমক খঙনববা ঙাক্লি, অদুদা নহানমখৈ, ঈহৌ- হৌদোক্লদবগী রানি। ঐখোযগী ইন্তল্লিজেন্স ব্রিংগী এসঃ পিঃ সাহেবসু য়াওবক্লি। সাহেবকী বিপোর্টতা চাউবাক্লা মৈতৈ হুমদ্রা মবিফুমুক হৌখিবা চহী অহূম- মরী অসিদা চাইনাদা চখোক- চৎশীন তৌবি হায।"

"অদুবুদি নাগালেণ্ড, মিজোবামগী মতূং ইন্দুনা মৈতৈ নহাবোল কয়াসু য়াওকববনিদনা। চহী তবা কুনগী রানি। বাঙ্গলাদেশ রাবদগী মসিগুম্বা লোইনমক অযাম্বনা তোক্লখ্রবদাইনে।"

"চুমই সব। অযাম্বা তুমীন্না লৈখ্রে। অদুবূ জেনবেল এম্লেস্তিদা য়াওহৌদবা কয়ামুক লৈহৌবি । মখোযগী নীংহন্নবা লৈত্রি। হন্দক চহী অনী অহূমসিদা মশীং য়াম্না য়ামথোক্লমাল্লে। সেন্ত্রেল গভর্নমেন্তসু মখোয় অসিগুম্বসি লোইনখ্রমাল্লে খন্দূনা তূমীন্না লৈখ্রমাল্লে।"

"হন্দক অমুক কনখৎক্লিবা অসীনা কবিগীনো, খঙব্রা?"

"সব, মসি পাউ অসুম খোমজীনবদা হায়নবদি মনিপুবি লেঙ্গুয়েজ বিলবু ভাবত সবকাবনা তাথী- তাওঈননা তৌবিবা অদৃগা থবক হাপ্পগী মতাঙদসু মৈতৈ মচাশিংবুদি খবা নাথৈদুনা থম্বিবম্বা, মখোয়গীদি কোটাসু

লৈজদবনিনা মমান্নবশিংগী মমাঙদা মমায় খূনবকপা অসিনা অয়াম্বনি হায়নৈ। লাইবিক- লাইসু হৈবা, এমঃ এঃ, বিঃ এঃ য়াম্না য়াওবি হায়নৈ।"

"মখোযগী লুচিংবশিংগী মমীংদি খঙলব্রা ?"

"মখোয় খবগীদি বেকোর্ডতা অদুম লৈ সব। অদূবু লুচিংবনা কনা-কনানো হায়বদি খঙবা ঙমদ্রি। বেকোর্ডতা লৈববা মীশকশিং অসিসু মখোয় হৌজিক মণিপুবদা লৈব্রা, জঙ্গলদা লৈব্রা হাযবা ঙমদে।"

"মখোয়গীদি কবি কবি খূৎলাঈ লৈবে ? চাইনা আর্মীগী মীওঈমক মখোয়গী মবক্তা যাও লাকপা তৌবব্রা ? চাইনানা কযা য়াম্না মতেঙ পীগদৌবি? হকথেঙননা লান থেংনবা তাববদি মখোযগী আর্মীসু যাওগদৌবিজাৎলা ?"

"অদুগুম্বগী পাউ অমত্ত ফংজদ্রি । ঐখোয়না খবা খঙজবা হায়ববু নাগালেণ্ডগী হাক্তক্তা চাইনাসু খবা নীংহন্নখ্রে হায নৈ। মখোযনা সপ্লাই তৌখিবা খূৎশু-খূৎলাঈ অমত্ত নাগা অন্দবগ্রাউন্দশিংনা নীংথীনা শীজীন্নখিদবা অদূগা অমত্তসু মায় পাকখিদবা অদুননি। মৈতৈ মচাশিংগী ওর্গেনাইজেশন 'সিবুদি খূৎশূ খূৎলাঈ কয়া পীবীবক্তমাল্লে খঞ্জে। মখোয়না খূৎলাঈ মুনবগী থবক কন্না চখবিবা অসিনা হায়জবিবা।"

য়াম্না কূপথনা পূং অহূম্লোম ৱা খন্নখি। ঙসী ঙবাঙ থোকখ্রিবা থৌদোক্কী মবমদা অখঙবা ৱা পুথোক্লখি।

দিঃ আইঃ জিঃনা CIMASIN (code word of C M Assassination) থাবা তোপ সিক্রেতকী ফাইল অদূ ফাক্তোক্লুনা মানা পায়খৎপ্রবা অমসুং পাঙথোক্কদবা থৌবাংশিং পাথোবক্লি। ইম্ফাল অমসুং মণিপুবগী তম্পাক্তা নুংদাংব্রাইবম পূং মঙাদগী অয়ূক্কী পূং নীপালফাওবা কর্ফিউ থম্বা, দবকাব লৈবগা পূং নীফুনীপাল, হুমদ্রানীথোইফাওবা শাাংদোকপা। মফম খূদীংমক্তা পুলিছ পেত্রোল চৎহনবা, কতিন চেক-অপ তৌবা, চিংনবা মীবু চেক তৌবা, ছিনেমা য়েংবা লোইববকপদা মী খূদীংমকপু খূৎলাঈগী চেক তৌবা, দিষ্টব এবিয়া লাউথোকপা, আসাম এক্ট চৎনহনবা, কুম্বিং ওপবেশন তৌবা অসিনচিংবা।

"চিংনবা মীদি ফনা য়ম্না ফাবে, সব' অদুবু চপচাবা মীদি অমত্ত ফংদ্রিমাল্লে। মকোয় চোম্বা, মচীনবান খদাঙ লোইনা চোম্বা, মশম শাংতক্লা খাকপা, ফুট মঙা ইঞ্চি নীপাল মাপলমুক ৱাংবা, পাউণ্ড চাম যাঙ্খে-হুমফু লূম্নমগদবা, মশক মতৌ চঙখোনবা, ফীভম- মুর্ত্তি য়েংবা নুংঙাইবা চহী কুনমঙা-তকক শুবা পাখঙ অমবু কন্না থিজবি, সব।"

"ফবে, ফবে, সাহেবখোয়গী হৌনবী ফনবত তৌবীযু। ইন্তেল্লিজেন্সকী পবীংদৃদি ঐ মখা অমা হংজববোই। অদুবু সাহেবখোয়না কা হেঞ্জিনবা মীচম প্রজাদা পঙওং ওৎপদি তৌবীগনু। প্রজাদি মখোয়গী মীচঙ চঙগনি ।"

লকক তৌবগা অমুক মখা তাবকই,

"অদৃগা ফাইলগী ৱাবোলশিং অসিদি মী কযা খঙনবে ?"

"কনামত্ত খঙনদ্রি, সব। ফাইল অসি ঈশামক্লা প্রিপেযব তৌজবনি, সব।"

মকোঈ চোম্বা পাখঙ অসিবু হিংনা ফাবকপা পুলিছনি খঙদে, চুন্নগী মীচম্নি খঙদে, সবকাবগী কর্ম্মচাবিনি খঙদে, মনা লূপা লীশীং কৃম্বা পীগনি হায়না খবা লাউথোকউ।"

মিতিং অদৃ লোইশিল্লকপদা গোজেন্দ্রনা লাক্লিবা সেক্যুবিতিগী মী খুদীংমকপু মিতিং য়াওববগীদমক থাগৎ ৱাহৈ ফোংদোকখি। অদুগা অবোঈবা ওইনা, হন্দক্কী মতাঙ অসিদা ওফিসব খুদীংমক্লা থৱায হকচাঙ য়াওনা তৌফম থোকপা থবক খূদীংমক পাযখৎকদবনি, দিঃ আইঃ জিঃ বুদ্ধচন্দ্র সিংহদা অমসুং অমনা অমদা অঙম্বা মতেঙ পীনগদবনি হায়না চেকশীন-ৱাহৈ ফেনজিনখি।

ময়াম্না চৎনখ্রবা মতৃংদা গোজেন্দ্র মথন্ত কুইনা উংদুনা লৈহৌখি। থম্মোয়দা অচৌবা পোৎলূম অমা পুবগুম তৌই। শাগৎচবম্বা আশাগী ফৃবাদু মচেৎ খবা কায়বা হৌবক্লবগুম।

খল্লকই, "মখোয়গী য়ু হায়বদু থকপা হৈবন্নবদি, হৌজিক হৌজিক অসি ফনা যাম্না থকচীঞ্জবমগনি, নুংঙাইতবা ৱাখলশিং অসী কাউননবা।"

তাঞ্জা অসিদা মচন নৃপীনা খোইহিগা চন্দ্রাগা পুশিল্লকই। মাগী নুমিদাংবাইবম খৃদীংগী থক্তবা য়াদ্রবা পোৎচঙনি। মচন নৃপীবু তাঞ্জা চানা পুশিল্লকপগী মবুক্লীংদা থাগৎচৈ।

হংলকই, "নোংমৈ পাযবা গনমেনশিং অদৃ লৈবিব্রা ? চখোক্কনু হায়য়ু। তেলেফোন য়াদ্রবদি ঐঙোন্দা থুনা পাউ পীয়ু। চোম্বীদা পূং খৃদীংগী তেলেফোন চেক তৌ হাযযু, গার্ডশিং অদুসু মীৎশীং নাশিংনা লৈয়ু হাযয়ু।"

ঙবাঙ মানা ফংখিবা মশক খঙদবা মীনা ইবকপা চিঠিদৃগী মবোলদৃ নীংশীংলকই। অনাবা অমা ফাওবগুম থা থা লাউবা মচীনবান্দু শুগৎলমই। খোইহি চন্দ্রাগী মহী অদৃ অচৌবা য়াউম অমা ঈপা পাখৎনা থুনা থকচীল্লমই।

মচন তোম্বীনা খল্লমই, "ঐখোয়গী তাচৌসি ব্রাখল যাম্না নুংঙাইতনা উই। মাগী নৃপী অঙাঙ লৈজববদি মযাম ঙাইহাক তিন্নবদা ঙাইহাক হবাও তয়াম্না লৈজগদবনি। যুম পান্দনা অদুম হনুখ্রে, শিখিবনা হানগদৌবে। মানা ঐ নত্রগা মখোয় পাবৃং নত্রবদি কনামত্তবু থাজবা কৌবা লৈখিদ্রবনি। খজিক্তং তৌব'দি তোম্বী চোম্বীদগী হেনদ্রবনি। মানা তৌবিবা ঐখোয় ফাওবা থাজবিবল্লোই।"

গোজেন্দ্রনা মথ্বায নুংঙাইতনা খল্লকই, "হোস্পিতালগী ডাক্তব, নর্স স্তাফ ফাওবা অন্দবগ্রাউণ্ডগী মীচঙ চঙলমাল্লে। আইঃ জিঃ পিঃ কেদবসিং হাৎলম্বা মীশিং অদু হৌজিক ফাওবা হোস্পিতাল মনূংদা লৈশীন্দুনা লোৎলিবজাৎলা ? হোস্পিতালগী অকোযবদা লৈবা লম্বী পূম্নমক সেক্যুবিতি ফোর্ছনা ব্লোক তৌববফাওবদা মখোয়বু পুথোকপা ঙমদ্রি। হোস্পিতাল মনূং থীৎনা নৈখাযববফাওবদা মখোযবু পুথোকপা ঙমদ্রি। পুলিছ, আর্মি থুংলদ্রিঙৈদা মখোযনা নাম্থোকখিবনা হানখ্রবজাৎলা ? অদুক থুনদি কবম হাযনা নাম্থোক্লমগনি ?"

---

তরেৎ

# শাউরবা রিকশা ড্রাইভর

খম্বগা চন্দ্রকান্তগা দিউলালেগুগী লম্নোঙ মবী ফাংবা অদুদা উনৈ। কেদবসিংদা ইঞ্জেকশন কাপ্পন্নবা মতূং মিনিত কুপ্লোমগী মতূং অদূরাইদনি। মখোয়না তৌখিবা থৌবাং অশোয়বা য়াওদনা চখবক্লি। অদুবু লম্বীদা পুলিছ আর্মিগী গাড়ী কয়া হাথু হাথু থৌনখিবদি থেংনখি। থুনমক ঈম্ফাল সহৰ থাদোকপা তাবনি। খম্বনা নিত্যাইনন্দগী লম্বী, নাগমপাল, মহাবানি থোং, বীৰ তিকেন্দ্ৰজিৎ ৰোড, মখাবোমগী কংলাপাক্কী মপান, সঞ্জেম্বোংগী লম্বী, চেক্কোনগী লম্বী, লম্নোং বাজাৰ ফাওদুনা লাকপনি।

চন্দ্রকান্তনা হোস্পিতালদগী অৱাংলোমদা চৎপ্রিবা অদোমদা লাক্কুনা, ছিঃ আবঃ পিঃ গী হেদকার্তবস মমাঙ লাক্কুনা থাংমৈবন্দলোমদগী দিউলালেগু তাবকপনি। মাগীনা লম্বী খবা তেনবনিনা খম্ববু মিনিত অহূন্নোম ঙাইখি।

মখোয় অনীনা হোস্পিতালদগী থোক্লকপগা খম্বনা য়েজদী চন্দ্রকান্তনা বজাজ স্কুতবদু অমুক তোংদুনা থৌদোবকই। থুনমক বোয়জ হোস্টেলদা চত্তুনা মেস্তা চঙদুনা দাইনিং তেবলগী নাকন্দা থাবিবা চৌকিশিং অদূদা এপ্রোন অনীদূ য়ানশিল্লম্নগা থোকখিবনি। ছাত্র লোইনা ক্লাস চৎনত্রবনিনা মী কনামত্তনা উহৌদে। মেসকী এতেন্দেন্তশিংসু কোল লীক চাম্বা, চাক থোংবগী থবক তৌবিঙৈদা মখোয় অনীবু থৌওইনা য়েংশীল্লক্তে।

হেক উনবগা মখোয় অনীনা চৎকদৌবা লম্বী অমুক য়াৎথোক্রে। খম্বনা শওম্বুঙলোমদা, চন্দ্রকান্তনা খুম্ব্রাকপম্নোমদা।

মখোয় অনীনা চৎনখ্রবা মতূং থুনমক ঈম্ফালগী অকোয়বদা পুলিছ অমসুং আর্মি কয়া ষ্টেশন কৃংনা থমদুনা সিল তৌখি। মখোয়না পূংখায়মুক্তং খেঙথবন্নবদি নম্থোকপা ঙম্লমদবা যাই।

খম্বনা ব্রাখলদা থোইদোক্লা কিনিংঙাই, চিংননিংঙাই লৈত্রে লেপ্লমই। ময়ায় ওইবপ্লা স্পিদতা থৌবকই।

ঙসীগী থবক অদূ থোইদোকপা খুবৌ চেনবা য়াওদনা মপূং ফানা পাঙথোকখিবা অদুদা মবুক্লীং খবা লুপ্লি। কেদবসিংনা হিংদুনা থবক অমুক পায়খৎলক্লবদি মখোয়গী থৌবাংশিংগী লম্বী য়াম্লা ককশীনগনি। অদুবু ঙসাইগী ইঞ্জেক্সন অদূনা কেদবসিংবু শূকশোয-শোযদনা অবোয়বা যাহীপ পীবন্নগদ্রনে হায়বগী চিংনবা অমুক পোক্লক্লি।

“হূবেন বেডিওদা শোযদনমক্কী ব্রোদকান্ত তৌবক্কনি কবিগুম্বা শিপ্লগদি।” মবূক্লীংদা নৈনৈ।

“অঙাঙহলগী গনমেন হিংহৌবিবা অদুদি ? বিবেন, মানা কদায়দা চৎলমগবা ? মযূমদা ঙাইহাক ঙবাঙ নুমিদাং চঙলন্নগা অদূম হল্লকখিদ্রে হায়বি। মানা অমুক কবি তৌগে খল্লিবজাৎনো ? যৈখায থিঙ্গাইবা লৈতনবা মাবুসু লোইশিল্লসি হাযজবনি অদুবু চন্দ্রকান্তনা শিবে হায়বমখৈ বিবেনবু শোকপিগনু হাযনা খামখিবনি। চন্দ্রকান্তনা বিবেন্দি পুকচে ল তিংবা, অচুম্বগীদমক্তা লেপকনবা মীনি হায়খি। অদুবু মখোয়না তৌবিবা অসি ক্রাইমনি, অবানবনি হায়না বিবেন্না মখোয়গী মায়যোক্তা মঙক হাইগৎলক্লবদি ? চন্দ্রকান্তসিসু ব্রাখল খম্বুবদি ব্রাৎলি। মীদি অফবা মীনি, অচুম্বগীদমক থব্রায থাগদবা মীনি। অদুবু থম্মোয় কনশীনবা ব্রাৎলি। থম্মোযগী, ব্রাখলগী, হকচাঙগী হেন্না কনশীনবা ট্রেইনিং ব্রাৎলি। মাগী থম্মোযগুম্না মী অতৈগীসু শেংলমগনি, থোৎলমগনি চন্দ্রকান্তনা খল্লি। মসি চুমথোক্তবা যাদ্রি।

“ট্রেইনিংদদি মাগী বেকোর্ড যাম্না ফজখিবনি, যাম্না থুনা পিক-অপ তৌখিবনি। মণিপুব যৌবক্লগা মাগী থম্মোয খবা পেখবকপগুম তৌবি। অদুগা মাবুদি সেক্যুবিতিগী মীশিংনা মশক খবা খবা খঙনবক্লবগুম তৌবে।

মাগী কোম্নম্নামসি কোকথংলবসু মানা অঙাঙহনলগা কুইনা লৈমিন্নবম্বনিনা মশক লায়না খঙনবক্কনি। ঈম্ফাল সহরগী এক্তিভিটিজদদি পঙম্নাও য়াওগনু হায়ববসু মানা য়াদে। মথ্বায়দি য়াওজবনিনা মরু ওইবা এক্তিভিতিজদা শকক য়াজনীংই।" খম্বনা অমুক খল্লকপা ব্বাখলনি।

মেতোব বাইক খৌনা খৌনা মাগা চন্দ্রকান্তগা মখোয় অনী ত্রেইনিং মফমদা কবম হায়না উনখিবনো হায়বদু খম্বনা নীংশীংলক্লি।

+ + +

খম্বসু ত্রেইনিং য়াওবা থা অহূমতমক ঙায়বিঙেগী ব্বানি। অহানবদা কম্না ঈহৈ হৈনবমদে। এনঃ ছীঃ ছীঃ গী অন্দব ওফিসব ওইবক্লবসু চপচাবা মিলিটরিগী অচেৎপা সিদ্যুলদা চাবা থকপা, তৃম্বা তৌবদু, মহৌশা মানা তৌনিংবত তৌদুনা লাকপনিনা ঈচা-চানদে। অদুবু নুমিদাংব্বাইবমদা হেক-হেক পীবা লেকচর তাকবদা অতনবা হেক হেক মাঙখি। পূক্লীং চেৎপা অসুম হেঞ্জিল্লকই। কেম্প অদুদা হবাও কুম্মৈ ছিনেমাগুম্বা ঈতৌ-তৌদবনিনা ত্রেইনিংদগী হেক পোখাবদা খম্বগী থবায় হকচাঙ পোম্বাকম খঙলমদে। অম্বাম্বা মতমদা মক্ষন মথন্ত তোংঙান তাই। ত্রেইনিং লৌমীন্নবিবা মীশিং অতৈগসু মাগা কা হেন্না দোবো-দাবা ব্বাবী শান্নদে। ত্রেইনিংগী পুং ফমদদি ব্বাখল পূম্নমক কাউখেক্লগা, পাবাশিং অদুদা মথবায় লূপই। থুনা লোইশিল্লগা মণিপুবদা থুনা খোক্লনা এক্তিভিতিজ হৌকবা হায়বা অসিনা মাগী অমত্ত ঙায়বা লেঙদ্রবা ফিরেপনি।

অতৈ মতমদদি মমা-মপা, দেবলা, ময়াম্বশিং অমসুং মরূপ-মপাঙ নীংশীংলকপদা পোম্বাফম খঙদে।

মানা ত্রেইনিং য়াওবা থা অমরোম শুবকপগী অদূব্বাঈদা চন্দ্রকান্তখোয়গী কাঙবূ মী তব্বামঙারোম খোমজীল্লকখি, ঈনৌ নৌনা। নুমীত্তু মথন্ত মথ্বায় য়াম্না নুংঙাইতনা শূকথনা উমী মোম্পাক য়াওদবা কাংথোল অদুদা চিন্তা তৌদুনা ফন্নমই। নুমিদাংব্বাইরমনি। মাগী বর্থ ডে খোকই।

মহৌশাদি মাগী বর্থ ডে কা অমুক্তা ছেলেব্রেত তৌজদবনি। দেবলাগা অহানবা খঙনবা চহীদুদি, নুমীত্তুমক্তদা দেবলাদগী পার্ছেল অমা ফংখি। কার্দ অমগা লোয়ননা বেতবিনসু চলাইবা য়াবা ফিলিপসকী শেভিং সেত অমা। মদুগী মতুংদগীদি দেবলাগী বর্দ দেদসু খূদোল অমমম হেক হেক থানবম্বনি।

ঙসী ত্রেইনিংগী মফমদদি ফংলবোই। পার্ছেলদি লায়বদনা চিঠি নুংঠিনচিংবা অমত্ত মপানগী মীগা শম্নবা য়াদে। থাঙ্গৈশেংবদি মদুসু মাগী পামজবীনি। অদুবু নুমিত্তুদি থম্মোয়গী অনকপা মীবু নীংশীংলক্লি।

মখোঙ অশাঙবদু তিংথোক্তুনা ফক্লাঙদা ঙাবদুনা মমীৎ উইশিন্দুনা ফন্নি। কনানো অমা লাক্লগা মাগী খূকউদা পায়বক্লমই। অদুগা মনাক্তা ফমথবকই।

"ঈতাও কমবেদকী মিং খম্বা হায়বা নৎত্রা ?"

মমীৎ পাঙথোকই। হন্দক চঙলকপা কাঙবুদা খবা য়েংবা নুংঙাইবা, চাউদম-শাংদম্বা অমা য়াওবকপদু ওইবমই। খবা খবা শাঙ্গৎলকপদগী মখোঙদা শংলি শংলি তৌবা মকোয মবক্তগী ঙৌববা য়াতোন উত্তুনা নোকমি নোকমি ফম্লন্নি মমাঙদা।

থম্মোয়দা নায়তোম তাবগী শূকথবা অমা লৈবিঙৈদুদা মায়থোঙ মকা লাম্বা,থম্মোয় শেংবা মানবা মী অমনা মাগী থম্মোয় অদূ ফাওনা উববগুম, ঙাইহাক্তং অৱাবা শকক য়ামিন্নগে মতাগুম চঙলকপা অদূদা খম্বগী থম্মোয়দূ চঙশীল্লক্লিবা মীদূদা খঙনক-নকশীনখি। মাসু নোকমি নোকমি তৌদুনা খুন্নকই।

"মানি ঈতাও, ঈতাওগী মিংনা চন্দ্রকান্ত হায়বা নত্ত্রা ?"

"উম, ঈতাওগী মিংসিগা ফীভম লাকফমসিগা থাইনগী মোইবাংগী খম্বগী শায়োন্নী হায়ববদি পক্তৌ মাল্লি।"

"মোন্দা নুংঙাইনবা হেক্তা হায়জীল্লকইকো। ঐগীসীদি পুকচোল শেংনা হায়জবনিকো। ঈতাওদি ৱেস্তবন পিকচবগী মশক ফজবা কাওবোয়বু মাল্লি।"

"হোয়, পুকচেল খোয়জেল তিন্নবা মশেল পঙথা থাগৎনবা হায়দুনি।"

অদুগী নুমিত্তগীদি ময়ামগী মমাঙদা কমবেড কৌনববসু মবানীতগী ওইনদি ঈতাও ঈতাও কৌনখি। মবুক মবুক্তা লৈবা ব্লাবী তেংনা তমথোক্লখি। ট্রেইনিংগী পুংফম লোইববদা মখোয অনী হেক হেক পোথামিন্নে, ব্লাবী শানৈ, থৌবাং কয়া খন্নে।

চন্দ্রকান্তগী হৌবকফম খন্নবদা মযেক শেংনা লীথোকখি। মাগী মপা লৈখিদ্রে। মমাসু লৈখিদ্রবগা চপ মান্নে।

\+ \+ \+

ইং ১৯৪২-৪৩ গী পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওদা মণিপুবদা অকনবা লান থেংনফম ওইবক্লবদা মণিপুবগী মী অযাম্বা মযুম থাদোক্লদুনা খবা খবা শাফবা লমদা চেন্নে। চন্দ্রকান্তগী মমা পিশকমচা লৈশাবী মচা ওইবি, মমা শিখিবদগী মপা-মচাতমক উবীপোক্তা লৈজবনি।

মখোযগী শাগৈ-নাতৈ, মবী-মতা অয়াম্বদি কাছাডগী লক্ষিপুবদা লৈখ্রে। মখোয়সু কাছাবদা লাঞ্জেনখি। লান লোইশিন্নকপগী অদুব্লাঈদা কাছাবদা পূকচংপগী লাঈনানা পাক-শন্না শন্দোকখি। চন্দ্রকান্তগী মমা পিশকমচানা লৈবিবা লৈকায়দুগী মী অযাম্বা, মব্দ ওইনা মখোযগী শাগৈ নাতৈ তুম্না শিখি। ইং ১৯৪৫ দা পীশকমচাগী মপাসু যাওখি।

মপা অমসুং শাগৈ নাতৈ কনা লৈত্রবদা পিশকমচাদু তুবেলগী কাওশীংগুম, মপাগা খঙনবম্না মৈতৈ অমগী ঈমূংদা মতম খবগী ওইনা শাই তাংদুনা লৈজখি। ইম্ফালদা থোকমীন্নখিনবা থাজবা য়াবা মী অমা ফংদ্রিফাওবা থাদোকপা য়াদে হায়না খামখি ইমূংগী অহল অদূনা। অসুম্না লক্ষিপুবদা চহী তরুক অমগা লৈথখি।

নোংমদি নবদ্বিপ্তগী থুংলখি সনখ্যা সুবজিৎ সিংহ। মৈতৈ তাবা লমশিং কাছাব, ত্রিপুবা, হোজায়, হাফলোং শীনবা থুংনা চৎপা মীনি। মবক মবক্তা বর্ম্মাগী লমশিং অমসুং হৌজিক বাঙ্গলাদেশকী ওইখ্রবা শিহ্লুত ফাওবা য়ৌনা চৎলি। মাগী জিবিকা ওইজনবা ব্যাপাবগী থবকসু তৌই।

অদুবু মব্ধ ওইবা মানা লিংখৎচগে, শেমগৎচগে খল্লম্বদি, থাপ্না থাপ্না লৈনখ্রবসু মৈতৈ তাবা লমশিং অসিদা থোং মান্নবা ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতি অমা থনম্বা অদুনি। কবিগুম্বা মতমদা লম অথাপ্পা অমমমদা লৈনখ্রবা মৈতৈমচা অনী থেংনবকান্দা অমগা অমগা লন্নানবগী পাংখক ওইনদনবা।

মণিপুরদা হেক হেক লাক্কুনা কূইনা কূইনা লৈথোকই। অযাম্বা মতমদা য়াউশং, কাং, ঝুলোন, লাই হবাওবগী মতমদা লাকপনা খিৎ নমই। মানা মণিপুরদা লাকপা কান্দা কোনুংদা, গোবিন্দগী মন্দিরদা তোয়না তোযনা চৎলি। মণিপুবগী কালাগী মীওঈ, অখণ্ড-অহৈ, ঈশৈ-নোংমাইগী পণ্ডিৎ-গুরু কয়াগা উনৈ, ৱা খন্নে। পালাগী, জগোয়গী, ঈশৈগী, ধর্ম্মগী অনৌবা যাওন, রুহী, অনৌবা সংস্কৃতি খোমজীল্লি। মশামকসু ঈশৈ নোংমাই, শাস্ত্র-লাইবিক খবা খবা হৈজে। অসুম্না মণিপুরদগী খোমজীল্লকপা অনৌবা জ্ঞান পূম্নমক মৈতৈ তাবা অতৈ লমশিংদা অমুক শন্দোকপনা মাগী অচৌবা থবক্নি। ঈশম শম্না হাযববদা মণিপুরদা হেক তৌনবিবা চৎনবিবা পূম্নমক্কী ঈহৌ অতৈ লমগী মৈতেশিংদসু চৎনহনবা অসী মাগী পান্দম্নি।

মশাগী চহী নীফূবোম শুজিল্লক্লে। অদুবু মঙোন্দা য়ুম পানবগী, মচা-মশূ থম্মিংবগী ৱাখলদি ঈবৈ- লৈতবগুম তৌই। কবি নীংবা কাযবা লৈখিবনো হাযবা কনানসু খঙনবমদে।

অসিগুম্বা সনখ্যা অসিনা লক্ষিপুবদা মতম খবা পল্লম্লগা মণিপুব থোক্লনি হাযবসীদা যূমদুগী অহল অদুনা পিশকমচাবুসু মণিপুবদা খবা পুবিখিনবা হাযজবমই।

উবীপোক্কী হান্নগী য়ূমদুদা খিনজিনববিকপদদি পিশকমচানা হান্না শকঙ-মায়খঙনজবা অমত্ত যূম্লোন কৈবোন্নবদুদা লৈবমদ্রে। পিশকমচা তৌফম চাফম খঙদ্রবী নাযতোম তাববী, তেনৱা শঙ্গুদগী চীথহৌববী তেনৱা মচাগুমখ্রে। গতি লৈত্রদূনা তঙ তাবা অমা খঙদ্রিফাওবদি সনখ্যা সুবজিৎনসু মণিপুবদা লৈবিমখৈদি মাগী উবিপোক্কী য়ুমদূদা অতিথি ওইনা লৈবিনবা হাযজবকই। যুম্লোন কৈবোন্নবা খঙনদবগী মবক্কূদা লৈশাবী মথস্তদি কবম্না লৈরুগনি ?

সনখ্যাসু লৈশাবী কনা লৈজদ্রবীদৃগী মতৌদু য়েংবা নুংঙাইত্রদৃনা মতম খবদি য়ূমদুদা লৈথবমই।

খবা লৈবগদি মখোয় অনী লৌন লৈনখি। কোনুংগী ব্রহ্মসভাগী বামন অমনা শোন্দুনা লৈকায় অমদি মবী মতা কনা যাওদনা বিবাহগী কর্ম্ম লোইশিনখি।

সনখ্যানা নবদ্বিপতা লৈবা মাগী মবী মতাদা মখোয়নীগী লুহোংবগী পাউ থাগ্রে হায়খি। খবা লৈবগা অমুক হাযখি- নবদ্বিপতা লৈবা মখোয়গী মবী মতা ময়াম পাউদৃ তাবদা য়াম্না হবাওবমাল্লে, মৌ থুনা পুশিল্লকউ হায়বা পাউ লাকই। অদুবু মণিপুবদা সনখ্যাগী থবক খবা ব্রাংলি।

থা অহূম মণিপুবদা লৈবল্লবা মতূংদা নবদ্বিপকীদমক্তা খোঙশানখি। মখোয় অনীমক গৌহাতিদা মৈতৈ তাবা বাজবাড়ীদা সনখ্যাগী থবক খবগীদমক অমুক পম্বৃবা তাখি। নোংমদি নুমিৎ মবীনীদং শিবসাগবদা চংলুদবা য়াদ্রে হায়বল্লগা চংখিবদগী নুমিৎ তবানি শুববফাওবা হল্লকখিদ্রে। ইমূঙদূগী অহলদুনদি পিশকমচাবু যাম্না লুনা তৌবি হাযববু মাদি ঈহৈ হৈনবমদে। মথন-মথন্ত হীক হীক কপ্পুনা খাঙজে।

তবানিশুবগী নুমিদাংদূদা সনখ্যা হল্লক্লবদা পিশকমচানা ওইনজখি। সনখ্যাগী চান-থক্লবা চেপ্লবগী সেবা-লাংবা শোয়দনবা হোংনববসু হংবা ঙাঙবা অমত্ত খুমদবমখৈ তৃমীন-তৃমীন লৈথোক্লমই।

নুমিদাংদা ফমূংদা হীপমীন্নববসূ নাকল অমদা পৈথোক্তুনা লৈখিবমই। মমৈদা নূপা ওইবা সনখ্যানা খূদুম চল্লবকান্দা, পিশকমচানা কবেম্নখি, "ঙসী ঐগী গর্ভদা অঙাঙগী মব্ব হুনখিবা থোক্লবদি অঙাঙ অদৃ মশক থীনি, কুচুসু মুগনি, নুংশুক নুংজানদুনত লৈগনি।"

"হেবা, ইবেম্মা নঙসু পঙহায় মহায়বে। নূপা ঐনা পোকপা ঈচানবু মশক থী হায়ববো ? শক-চু, ফীভম-মুর্ত্তি চঙখোনবা, মতীক-মঙান লৈবা লৈবাক্লা শকখঙ-মায়খঙবা অচৌবা মী ওইগদৌবিবনে।"

মতম খবা অমুক হবাও মথোয় কাজক্লববনি পিশকমচাদো। নুমিৎ তবেংনিবোম লৈবগা অমুক সনখ্যাদৃ হোজায়দা চংকনি হায়না চংম্রে। অদৃগী

মতুংদগীদি সনখ্যা অদুম শূকহন হল্লকখিদ্রে। থা অমমুক্তি হল্লকক্রা আশা তৌজবমই। থা অনীবোম ফাজীল্লক্রবদদি অমুক হল্লককনি হায়বা পিশকমচানা আশা থাদোকখি।

লৈমিন্নবিবা অহল অদূনা পিশকমচাগী মতৌ য়েংবা নুংঙাইত্রদুনা মাগা খঙনবা হোজায়দা লৈবা মীদা পাউ থাদূনা হংই। সনখ্যাগী পাউ ফংখিদে। নবদ্বিপুগীসু মাগী পাউ ফংখিদে।

মৈতে তাবা লমশিংদসু পাউ থাখিবা খূদীং সনখ্যাগী মবোল তাবা অমত্ত ফংখিদ্রে।

মতাঙ অসিদদি পিশকমচাদু চাউ থকউ হায়বা য়াখিদ্রে। তূমীন তূমীন চপ য়ুংদুনা লৈখ্রে। কপ্পসু-কপত্রে। নোকসু নোকখিদ্রে। অদুবু ঈমূং অদুগী থবক-ঈনখাঙদি মহৌশাগুম থব্রায় যাওনা হোৎনৈ। অহীংদদি মথন্ত মপীনা মমীত্তা জব জব শিন্দুদুনা মীৎশেল খাঙই। তূম্বা চঙখিদ্রে। মবুক্ৰীংদা খঞ্জখি, "হে ঈশ্বব ! ঐবু কবি পাড়া তম্বিগে খন্দুনা অসিগুম্বা পুক্সিসিবু ঐগী শকক ওইনা থুংবিবিবা ? লৈশিল্লক্তবে ঐগী পাঙ্গল, ঙমশিল্লক্তবে অব্রা মৈচাক খাঙবা। মাঙখবে শোল্লবী নুজা ওইবীগী লিংজেল। লৌশীনবিবো ঐবু। কাউহনবিবো সংসাব। ঐগুম্বা মীগী খূদম তাইবঙগী ৱাবীদা মমি তাহল্লম্বা হৌনদে।"

লুখ্রাবীগী ফীজোল হোংখ্রে। ঈমূং অদূগী অহলশিং অদূসু "হে দযাময় ! কবিনোনে ভগবান নঙনা তৌবিবা লিলা অসিবো ? অমম্বা সংসাব অসিদা কবি ঊৎনীংলিবা ?" শোল্লমই।

পিশকমচাবু মচানূপীগুম লুনা তৌজবনি। অদুনা অব্রাবা অদু মখোয়গীসু অব্দম্বা শকক কয়া থুংলকই।

মখোয়না মাবু কয়া থেমজিনবী, "খল্লুখিনু ঈবেম্মা। ঈশ্ববগী লিলাবু কনানা তম্বা ঙম্বগে ? কনানা খঙবা সনখ্যাদু নোংমা ফোঙ হেক ফাওবক্লোই হায়বা ঙমগোৎ নত্তে। নঙদি ঐখোয়গী ইচানূপী ওইববনি। গর্ভদা লৈবিবা অঙাঙ অদূদা পাপ লংজবা থোক্কনি। নশাদু চেকশীন্না লৈবনা ফৈ। শক শযাঙত ঙায়শীল্লক্রে। নঙনা য়াম্না নুংঙাইত্রগা পল্টন বাজাবদা

ঐখোয়গী মৈতৈ হোতেল অমা তৌবিবা অসিদা পৈশা খোমজীন-খোৎচীনবগী থবক খবা পাংলবাউ । ঈপাসু অহল ওইশিল্লক্লবনিনা কুইনা কুইনা ফম্বা ঙমশিল্লক্লে। নুংথিলদা নঙনা খবা শিল্লবাউ।”

পিশকমচাগী মমীৎশিংদূ পিবাংনা থুমহৎপমখৈ, তবাউ-তবাউ মপাবুং শক্লবা অহল অদুদা য়েংলকই। মপীদি জব জব শিন্থবা লেপ্তে। হীক্ল া হীক্লা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্পুনা অহলদূগী খুযা উফুল মকোক্তা থমজবমই।

অহল অদুসু মপী খাম্বা ঙমদবমখৈ, “কবিগীনো ঈচানা অদুক পূক্লীং শোন্থবিবা ?” হায়না থেমজিনবী।

পিশকমচাগীদি পিবাং নত্তনা মমা-মপা শক্লবশিং অদুগী তৌবিমল উৎনবা অতৈ উপায নৈজখিদে।

অসুম্না হোতেলদূদা নুংথিল নুংথিল চত্তুনা ঈমূংদু মতেঙ পাংবা হৌখি।

মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না থুংলখি মপানগী তাইবংলক্তা মাগী গর্ভদা নাউপুবম্বা তাইবঙ জীবদো। ঙৌবোক ঙৌবা, মপোপ-মতাঙ ফবা, সনখ্যা মানবা মচা নূপা অমা। অঙাঙ অদুগী মমীঙ চন্দ্রকান্ত থোনখি। খবা খবা মপূং ফাবকপগা লোয়ন-লোয়ননা পিশকমচাগী সংসাবসু ঈথৈ অমবোমদা চঙশীনবা হৌবকই। মাগী নুংঙাইফম খঙদ্রবা হৌখ্রবা মাঙলমচৎকী পুন্সি অমসুং সনখ্যাগা খোঙলোয ওইমিন্নকবা তেল্লবা পুন্সি মতেক অমগী মমি অদূ খবা খবা শাল্লকখি। অঙাঙ অদুনা শন শাদুনা চৎলকপা, চৎপা হৈবকপা, ব্রা ঙাঙবা ঙল্লকপা, নোক-খেবা হৈবকপা মথঙ মথঙগী ঈপাক অদুদা মাগী ব্রাখল পূক্লীং লুপশীনখি। অহল অনী অদুনা অঙাঙ অদু মখোয় শেন্নহৌগে হাযববসু, মা মশানা মচাদুবু থাদোক্লীংদবনা হোতেলদা পুদূনা চৎলি।

অঙাঙ অদুনা চহী মবী চঙলকপগী অদূব্রাঈদা মাগী পুন্সিগী ঈচেল-ঈখায় অমমুক হোংলকখি।

মণিপুবদগী ত্রক থৌবা গৌহাতিদা লাকপা ড্রাইভব অয়াম্বা মখোয়গী মৈতৈ হোতেল অসিদা চাক চাববা ঙাক্লি। ময়ামদূগী মবক্তা খবা নহা ওইবা অমদি পিশকমচাদা শিবগদবগুম পূংঙাও-ঙাওপ্রে। অদুবু মচাগী আশা নত্তনা তাইবঙ মীওঈপোক্কী মঙলানগী পুক্সিদা খীববী, অসিমা তৌববদি নুংঙাইববকখিগনি হায়বা আশাগী মুৎলি-মুৎলিবা মঙাল ফাওবা লৈত্রবী পিশকমচাদদি পাখঙ তোলেন্না হায়জবা পূম্নমক মহয় ঈয়ান য়াম্দবগুমই।

অপাম-নুংশিগী ব্রাখলনা ঈকাঈ ঈকী ব্রাংমা লানখ্রবা তোলেন্না পিশকমচাগী মমা মপা শক্রুবা অহল অনীদুদা খবা অহল ওইবা ড্রাইভব অমগা চঙমীন্নকদুনা হাযজকবে।

পিশকমচাগী পুক্সিসি, মতাঙনা চাববদি, অমুক্তং সাধাবনগী নূপী অমগী লৈফম থোকপা হিংবগী মহাও অমুক পীনীংলিবা অহল অনী অদুনা য়াম্না ফবা তাঞ্জা লাক্লে খন্দুনা পিশকমচাবু থেম্বা হৌবক্লে।

মতাঙ অসিদদি মাসু খল্লক্লে, "উম চুমই। ঐনা অসুম মখোযগী শাই তাংদুনা কয়াম কুইনা হিংদূনা লৈবা যাগনি। পীক্লিবা ওইববসু মখোয়গী থাঙৈশেংবা মচা অহূম অমসু লৈবি।" মমৈথঙদা পিশকমচাদু তোল্লেনগী নূপী ওইবা অমসুং ইম্ফালদা লৈকবা য়াবক্লে। তোল্লেন্না অঙাঙ চন্দ্রকান্তবুদি মচামক ওইনা লুনা যোক্কনি হাযবা হান্নদগী য়াখ্রবনি।

মণিপুবগীদমক খোঙশাল্লমদাই থোক্লকপদা পিশকমচানা মমা-মপা শকপী অহল অনীদুদা খুকমজবমই।

মপী ঈবা চেল্লস্বদগী থবাক ফুনবমখৈ হীক হীক মপী চেম্থবকখি। খাঙবা ঙল্লক্রদূনা ও খোংনা কপথবকই।

পিতনা থূমহুৎলবা মমীৎ অনীদূদগী অহল অনীদুসু থম্মোয়দা ফাওবিবা ব্রাখলদু ব্রা ওইনা হাযদ্রবসু অদুম উবা ফংই।

মখোয় অনীনা মাগীদমক তৌবিখিবা মযাম অদুগী লমন তোন্দুনা লৈহৌবগনি হায়বগী কাইদানি।

\+ \+ \+

তোল্লেনগী ময়ূম থৌবালগী হায়ব সেকেন্দবি স্কুল মম্মা অদুৱ া়দনি। মাগী ড্রাইভব ওইবগী থবক অসামগী লমশিংদা কোয়চং-চংপা অদুনা জিবিকা ওইজবনি, মদু তোক্লমদে। মচাদি অহূম শুজিল্লক্রে। শঙ্গ ফত্তবনি হায়গদ্রা, ময়ূমদা পৈশা-নুংশাগী অৱাংপা লৈবকপগী মতীক মাগী হুমাংমন্না তাঞ্জবা পৈশাসু মাগুহন্বা হৌবমই। পিশকমচানা কিনা কিনা হংজবা মতমদসু পৈশাশিং অদূ কবম্না কদায়দা লোইশিনখিবনো ময়েক অমত্ত শেংলমদে।

গতি লৈজদ্রবী পিশকমচা স্কুল মযাদা শগু অমা শাগত্তুনা মচা অপীকপা ময়ামদূনা মনাক্তা ঈকোয়-কোয়শীন হোতেল মচা অমা ফম্বা হৌখিবনি।

স্কুলদুদা ওজা ওইবিবা অঙাঙহলনা হেক হেক চা থকপা লাকপদা উখি চন্দ্রকান্তনা য়াম্না মবম ওক্না মমাগী মতেঙ পাংবগী মতৌ অদো। পীক্লিবা অঙাঙ মানা অৱাবা থবক কয়াদু হোয-মাই অমত্ত হায়দনা চুম্নগী চাক-চাবগী নত্রগা শ্বব হোনবগী থবকুম ঈবায-লায়না তৌবদূ অঙাঙহলগী থম্মোয পেংহল্লমই, নুংশিবমই।

মমাদুদা অঙাঙদু মা য়োকচবগে, লাইবিক হৈহনগে হায়কই। মবক-মবক্তা ময়ুমদা হন্দবমখৈ কার্টবদা লৈবা মবম্না অঙাঙদুগা মাগা লৈমিন্নববদি অদূগা লাইবিকসু নীংথীনা তমহল্লবদি নাকল পূম্বগী ওইনা কান্নগনি অসিনি মাগী ৱাখল। নুংথিলগী মতমদদি মমাগী মনাক্তা থবক যাওজববসু মঙোন্দা কবিসু কাযদে।

যানবদূনা চন্দ্রকান্ত অঙাঙহলগা লৈমিন্নবা হৌখি। ওজানা ত্রান্সফব তৌবিমখৈ চন্দ্রকান্তসু অসুম ইল্লকখি অমসুং মাসু অফবা ছাত্র ওইবকখি। মমা পিশকমচানসু মচানা অফবা মীগী মতূং ইনখিবনি, অফবা মী অমা ওইবক্লগনি হায়বগী ভাবতা মাগী ঈ-পাউসু কয়া থিজিল্লকপা তৌখিদ্রে। চন্দ্রকান্তসু অঙাঙহলখোযদা ঈমূংগী মীগুম লৈপ্রবনিনা মমাসু কা-হেন্না হকচীন্না থাদোকপা ঙমদবমখৈ নীংশীংলুবা তৌখিদ্রে।

মানা বীঃ এসছীঃ ফাইনেল থাবমদাইদা মণিপুবগী মীখলদা অঙাঙহল মীবেপ ওইনা লেপখি। পবিক্ষা মযাগী লাইবিক পাফম থোকপা কযা হুন্দোক্তুনা চন্দ্রকান্তনা মাগী লমজীংবা ওজা ওইবিবা অঙাঙহলগীদমক থৱায় হকচাঙ যাওনা কোযচেন- চেঞ্জখি, কোযবাঙ লাঙজখি।

মীখল লোইববা মতুংদা কন্না অমুক থৱায় য়াওনা হোৎনজদুনা বিঃ এসছীঃ পবিক্ষা অদু থাজখি। ফলদসু গৌহাতি যুনিভর্সিতিগী অনীসুবদা লাকখি — ফিজিক্স ওনর্স ফংবশিংগী মনুংদা।

তাঞ্জা অদুদদি অঙাঙহলসু সবকাবগী কেবিনেত মিনিষ্টব অমা ওইববনি। চন্দ্রকান্তনা এমঃ এসছীঃ অসি দীল্লিদা তমজকৱগে অদৃগা আইঃ এঃ এসঃ থানবা হোৎনজকৱগে হাযজকই। অঙাঙহলনা চহী অনীমুক্তং ঙাইখো হাযখি।

চহী অনী সুজিল্লপদা সবকাব কায়খি।

চৈবক্কী মীখল অমুক তৌদুনা অনৌবা সবকাব অমমুক শেম্বদা অঙাঙহলনা চিফ মিনিষ্টব ওইবকখি। ওফিসকী ওইনা হাপ্লকপা পার্সনেল সেক্রেতবি অমসুং পর্সনেল এসিস্তেন্ততৃদগী চন্দ্রকান্তনা হেল্পমগনি অঙাঙহলগী মনূং-মপালগী পোব্লেমস শেমজীন-খোৎচীনবদা মতেঙ ওইবা। হাযবিবা অসি কেবিনেত মিনিস্তব ওইঙৈদগীনি।

নোংমসু অমুক হাযকই, মহৌশাদগী আশা চাউজবকপা অঙাঙনিনা, "ওজা, ঐবু এমঃ এসছীঃ অমুক্তং তমজনিংবনিদা। ওজানা শেম্বগী শেম্বীবকপা মসিফাওবদংদি, ঐবু খবা ফৃক্কৎপিযু।"

অঙাঙহলনা ঈকোম-কোম্না খুন্নকই, "হেবা ঈবো, চন্দ্রকান্ত নঙসু ঙাইঙমখিদ্রেদা। মতম খবদংত ঙাইখো হাযবনি কৈদৌবগে ? চিফ মিনিষ্টব ওইবগী খবা লোইশিন-খমজিনখিগে। নঙ নৈত্রবদি ঐখোয়' ঈমৃঙ অসি কনানা যেংশিনবিগনি ?"

ঙসী মাগী ওজাগী পাউখুম অসি চন্দ্রকান্তদা খবা ঙক্না থোকই। মমাঙঙৈদদি মাবু অফবা মায়কৈদদা থৌজীনবিবকপনি। হৌজিক্তি অফ- ফত্তগী ৱাখল ঈকাও- কাউখিবগুম তৌবক্লে। মহৌশা ওইববদি "চন্দ্রকান্ত নঙ

লাইবিক তমথগে খন্দ্রমাল্লে, অদুক ফবা কেবিয়াবদূ অবেন্বদা মাঙহল্লেদনা। মহৈ তম্বদি লেপ্পা যাদে, চহী মাঙহৌবগা তেনত্রবা পুক্সি মতমসিদা তক্সী শোন্দুনা লৈহৌবগনি ," হায়বক্কনি। অসিনি চন্দ্রকান্তনা খঞ্জবম্বা।

অফ-ফত্তগী রাখল লৈত্রববা হাযববসু মচা ইবোহলনা ফর্স্ত এমঃ বিঃ বিঃ এসঃ তা ফেল ওইহৌবে তাবদা মবূক্লীং লৈতাবা ঙমদে। মশামক মচাগী মনাক্তা থুনা চত্তুনা, মতূংগী পবিক্ষাদা পাস তৌহল্লক্লবা মেডিকেল কোলেজদূগী ওজা কয়া উনবকই।

রাখল অসিবোমদগীদি অঙাঙহলগী ফিদম্নফম ওইবম্বা থম্মোয অদু চন্দ্রকান্তনা খবা খবা তুক্কৎচবা হঙ্গোইবা হৌবকখি।

অদুবু মথন্নত থেমজিঞ্জবক্মই, "নঙনা মসিদা শাউফম থোক্তে। নঙবু ওজাসিগা কবি থোক্লবগে ? নঙদি লম্লাম্বনি। লাইবিক তম্ফম- লাকফম খঙদনা, হোতেলদা গিলাস চামদূনা লৈবম্বা, খোংবান-লূক্লাঙদা বোবোই অপুম্বা খুন্দূনা চাবম্বা নঙনি। বীঃ এসছীঃ ফাওবা তম্বা ফংজবিবা অসি ঈবূংঙো নবাইবক্তু শাববা ঈংববা যেংউ। নঙগী অধিকাব মচেৎ অমফাওবা লৈতনা আইঃ এঃ এসঃ কা হাযদনা মঙ মঙলুববদি চৈ রাৎপগী রানি। অদুদি থবক অমা তৌবোদনা। উম, থবক অমা তৌবা তাবেদনা।"

খবা লৈবগা দিঃ এমঃ কলেজগী ফীজীক্সকী দেমোনস্ত্রেতবগী পোস্ত অনী এদভর্তাইজ তৌবকই, মাসু থাই। ইস্টবভিযুগী মতমদা মাগা তম্মীন্নবম্বা মমান্নবশিং অমসুং মখাগী অঙাঙশিংগা হীবমদূগী মবমদা খঙবা হেম্বা তান্নগদৌবিবনি। মমাঙঙৈদগী মানা হেন্দুনত লাকপা ঙাক্তনি। অদুবু হৌজিক্তি মখোয় অদূগী মবক্তা খবদি এমঃ এসছীঃ ডীগ্রী পাযবা যাওবে।

মতম খবা লৈবগা এডুকেশন ওফিস্তা চৎলুবদা পাউ তাবকই। এমঃ এসছীঃ অমগা বীঃ এসছীঃ অমগা ইস্টবভিযুগী বোর্ডনা থাগৎখ্রে হায়না। মসীমসু খঙলকখি, বীঃ এসছীঃ অদু মাগী মমীংদনি।

সেক্রেতবিয়েৎতা চৎলুবদদি লোইনমক ওন্ন-তৈনবদা নৈখাইবম্লে। এমঃ এসছীঃ অদূনা বাঙ্গালী মচা অমনি। অদূগা অমদুনা চুম্নগী সিমপল পাস বীঃ এসছীঃ ডীগ্রী পাযবা চীঙমী অমনি।

ক্লকশিং অদুগী মবক্তা মাগী মমান্নবা খবা য়াওবল্লি। মখোযনা লক্লবীবমই,

"কবিনোনে, চন্দ্র ভায়, নঙবু ছীঃ এমঃ না অদুক লুনা তৌই হাযবগা ইস্টবভিয়ুদা নঙনা ফর্ষ্ট তাববসু, খন্দোকপদা যাওহৌবা তাবব্রা?"

"ঐখোয় ওজানা কবি তৌবা ঙমগনি হায়বগে?"

"এ! ভায়, নঙদি ঈনক- নকপা পীশূম উবা ফংদে হায়বদূ তৌবেদনা। নখোয়' ওজাদূ লৈবাক্কী মকোক্লিনে, ঈবুংঙো। মানা এদুকেশনসু পাযবিবনি, মখোয অনীসি খল্লে হাযনা ওর্ডব থোকখ্রো হাযনা ফাইলদা মশা মক্রা ইবক্লবনিনে।"

চন্দ্রকান্ত মঙদা চৎপগুম থোক্লকই। ছীঃ এমঃ গী বঙ্গলোদা লাক্লনা মাগী কাদা চঙখিবা, ফমূংদা হীপথখিবা মশানা কবিমত্ত জ্ঞান তাখিদে। থাঙ্গেশেংবদি চন্দ্রকান্তনা মাগী ওজাদা হন্দক্কী থবক অসিগী মতাঙদা হান্না নীংশীংজখ্রবানি। নুমিদাং থেঙলক্লবদা, মীযাম পূল্লম্বা লোইনা চৎনখ্রবদা চন্দ্রন্তনা চঙশীল্লগা অমুক হন্না নীংশীংজবমই। মাগী ওজানা খুল্লকখি,

"চন্দ্র নঙ হন্দক্তি ব্রাবৌবনু, লৈবাক্লা যাদদুনা তৌবনি। সবকাব হাযবা অসিদি কবিগুম্বা নিযম খবগী মতূং ইনবনি, হন্দক্কী মতাঙ অসিদি নঙগী মফম ঈচন চন্নদ্রে।"

ঈকোম কোম্না খুল্লকখি। লৈমতোম্বী হান্না খঙজবমদবনি। কবি মতাঙগীনো হংলকপদা অশেংবা খঙলকখি, অমসুং চন্দ্রকান্তগী মীনূংশি যেংদুনা খবা তৌবিনবা হাযজখি। অদুবু পূম্নমক অবেম্বদা তাখি।

চন্দ্রকান্তনা থোইদোকপা ব্রাবৌবা তৌখিদে। অদুবূ মতম খবা লৈবগা তাবকখি, মী অনী অদু থবক হাপ্পগী মতাঙদা মাগী ওজানা লুপা লীশীং তবেৎ- নীপাল্লোম ফংখি। খোযশাওনববা চন্দ্রকান্তনা মবূক্লীং ফাজীন্নবা হোৎনজবদু থা অনীবোম চঙখি।

খবা লৈবগা অমুক হাযব সেকেন্দবি স্কূলগী ওজা ওইবগী থবক খবগী মতাঙদসু হান্নগুম, মাগী চপচানা থোকচবা মফমদু মাগী শকুক থুংবিবক্লে।

চন্দ্রকান্তগী অখাঙ- কনবগী শক্তি পূন্নমক মাঙখবে। মাগী মবাযবক মথন্নত লেপচবগে খনগ্রে। মী কনামত্তগী মতেঙ লৌথ্রবোই হায়বা অসি মাগী ফিবেপ্নি।

\+ \+ \+

নোংমা চন্দ্রকান্তনা মাগী বিক্সাদা পাখঙ অনীখক পুবমই। মতমদুদা চন্দ্রকান্ত মশম মনা শাংলে, মকোয়সু ফনা যান্না চোল্লে। ঙৌববা কুচুদা নুংশানা হঞ্জিন হঞ্জিন য়ৈবকপগী মুবৈননা ঙাঙশীল্লবা উনশাদূ যেংবদা ফনদুম পকই।

বিক্সাদা তোংলিবা পাখঙ অনীদু কবিগুম্না অকবা ৱাবী অমা কন্না শানবগুম তৌবি, মী অতৈবুসু খঙহন্নীংদবগুম তৌই। বাজনীতিগী মতাঙ ওইন তৌই। এমঃ এলঃ এঃ দূনা, মিনিষ্টবদূনা, ওফিসাবদূনা অদু তৌবা, অদা তৌবা, অখঙ- অখঙবা কয়া পুথোক্লবগুম তৌবি। কেম্প হাযবা অমসু কন্না হঞ্জিন হঞ্জিন পনবগুম তৌই। ওপবেসন কবম্বা মতমদা হৌবা, ট্রেইনিংনা কবম্বা তাঙকক যৌবক্লবা, খূৎলায ফবা- ফত্তবা অসিনচিংবা — ৱাবীদূ লেপ্পা লৈবমদে।

চন্দ্রকান্তদি মখোয়গী ৱাবীদু থৌওইনা তাকবা নত্তে, মশেল মবাঙ ওইনা মাগী নাকোঙ য়ৌবকপগী ৱানি।

থঙ্গাল বাজাবদা থৌজীল্লু হাযদুনা থৌজীল্লমই। খবা চঙশীল্লগা মী অনী চঙদূনা অমবু ফূবীবা থেংনবমই। মযাম কূমহৈ যেংদুনা লৈনবমই। অমদু মখূৎ হঞ্জদ্রে, "বাবু লাঞ্জবে, ঐবু ঙাকপিযু" হাযনা হন্না হন্না লাউজবি। মতৌদূ যেংবা নুংঙাইত্রদূনা চন্দ্রকান্তনা বীক্সাদগী কূমথবমই, মীবক খাযদূনা চঙশীল্লমই অমসুং মী অনীদূবু খামদোক্লমই।

নাইতোম তাবিবা অদু মাবৱাবি মহাজন মচা অমনি। ফুবিবা অনী অদুনা মৈতৈ নহা ঙাক্তনি।

নহা অনীদূনা চন্দ্রকান্তদা, "বীক্সা ড্রাইভব নঙনা অমুক ঐখোয়' থবক্তা অহৈ- অপা শাবক্লিবা অসীনা কবিগীনো?" হংলকই।

"অনী চঙদুনা অমত্তদা ফুবীবদি ফজদেদনা বাবু," চন্দ্রকান্তনা খুমই।

"ঐখোয়দসু অমুক খুম্বা শাবি, চেঙশায়ফমদু থুদেকউ হায়ব্রো?"

মানা নোকমি নোকমি খুন্নকই, "অমুক্ত থুগাইবিয়ুদনা ঙমব্রা য়েংশি।"

খঙহৌদে অনীদুগী মবক্তা অমনা চন্দ্রকান্তগী মচীন তম্না খিল্লকখিবা অদো। ঙাইদুনা লৈবম্বগুম চন্দ্রকান্তনা খূৎলৈ থুনা লৈথোক্লমই। লৈহৌবিবা অমদুনসু খিল্লকখি, অদুমসু লৈথোক্লমই অদুগা নূপাদূগী খূত্তূম অদুম খূৎ অনীনা তাপ পায়বগা উপথূদুনা চাঁঙথবমই। অমদুগী মমায়দ্ শোবোক কোইলাস মথক্তা শীৎলমই।

অতোপ্পা অমদুনা মখোঙনা অমুক কাওবকই, মানা মখুদাঙ য়েৎনা নাকন্দা খত্তোক্লমই অদূগা মখুৎ ওয়না অমদুগী সোলাব প্লেক্সস মপাদা খূৎচেপ্না কাবাটিগী খূৎযান অমা যানশীনখি। নূপাদূ মকোক ঙাওনা হাইবং হাইবং তুথখি।

কূমহৈ যেংনবিবা মযামদু তূমীন তূমীন্না "অস! নীংথীনা জ্ঞান তানা ফূবেদা," হায়না চন্দ্রকান্তবূ থাগৎনখি।

তাঞ্জা চাদনা হার্দৱেয়বগী দুকান অমদগী মহাজন অমনা ঈখী খিগৎনা মমালোন্দা "মণিপুবী মচাশিং অসিনা জঙ্গলিগী থবক ঙাক্তা হেক তৌবদনা!" হায়না মখোল ঈহৌ- হৌনা শোল্লকই।

বীক্লা তান্না চৎচকববা চন্দ্রকান্তনি। অদুবু কবেম্লনা ঙাঙখিবা মযাঙদুগী মাযকৈ তম্না চেনশীনখিবমই, লীৎলিবা ফূবীৎকী ঙকশম পায়দূনা নীক্লমই অদূগা হাযখ্রিবা ব্রা অদূগীদমক লাল্লে হায়জহল্ললই।

অদুবু দুকান অদুদগী অতোপ্পা মযাঙ অমনা যোৎকী চেইন অমা পুথোবক্তুনা চন্দ্রকান্তগী কোক তম্না হাইথবক্কদবগী হাযগৎখিবমই। হাযগৎখ্রিঙৈদা চন্দ্রকান্তনা চোংখত্তুনা অমদুগী মথবাক্তা মখোঙ অনী চঙদুনা কাউথূবমই। অমদু লোংখাক লোংনা তাখি। মদুগী মতুং মিনিত মঙাবোমদি চন্দ্রকান্ত মথন্তগা মযাঙ মবি মঙামুক্কগী যেংবা নুংঙাইববা মীফূ চৈফূ অমা উবা ফংনখি। চন্দ্রকান্তগী নীংথীববা কাবাতিগী কুমহৈ অদু মীৎ পেন্নখি।

ময়াম অদুনা তুদুনা লৈনত্রবদা মানা য়োংকী চেইন অদু পায়দূনা লেপ্তুনা লৈবমই। অমুক হৌগংলগা হোংচাল্লকে তৌবকপা অমখক্তি মাগী চেইন অদুনা খুংফু চানা মমায়দা থোমজিনখি। মনাতোন্দগী ঈখেঙনা অমদু মখূংনা মমায়দা পায়শীন্দুনা তুখিবমই। চেইন অদূ পায়না পায়না মানা মীবক খায়দুনা মাগী রীক্সা তান্না থোক্লকপদা ময়ামদূনা মাগী লমবী লাওনা ফাংখি।

বিক্সা কাখৎলগা চেইন অদূ লঙথবমই অমসুং থুনা য়াঙনা অরাং পাংনা থৌগংলমই। খবা থৌগংলবা মতূংদা পাখঙ অনীদুনা হায়বকখি, "মকপকী বিক্সাসী ঙাইহাক 'সিরায়দা থল্লমখিসি, নংত্রবদি পুলিসনা তান্নবকপা তাবে। অদুগা ঐখোয় অহূম ঙাইহাক ফম্মীন্নকখিসি, হোতেল অমদা চা ঙাইহাক থক্লুখিসি।"

বিক্সা অদু থঙ্গাল বাজাবগী অরাং থংবা শকক্তা লমবী নাকন্দা থল্লমই, অদুগা মখাবোমদা মখোঙনা তপ্না তপ্না হায়থবমই অমসুং মাহাত্মা গান্ধি এভেন্যুদা লাক্নুনা সঙ্গমদা চঙলমই।

নুমিৎ অদূদনি চন্দ্রকান্তনা "কংলৈপাক বিভোল্যুশনবি ওর্গেনাইজেশন" য়াওবগে হায়না লেপকখিবা অদো।

পাখঙ অনী অদূনা হৌবকখি "মদ্দপ মণিপুবগীদমক্তা, মৈতৈগীদমক্তা লেপ্লীনীংত্রা ......... মৈতৈগী তুংগী মীহৌবোলগীদমক ঐখোয় মৈতৈ নহাবোলশিংগী 'কংলৈপাক বিভোল্যুশনবি ওর্গেনাইজেশন' হায়বা অমা শেমজবে, অকনবা থৌবাং কয়াগা লোয়ননা . .... ......।"

---

নীপাল

# অচুম অরানগী লংদাই লৈঙ্গ

চন্দ্রকান্তগী বাবীবু তাকনববদি নত্রগা নীংশীংলুববদি খন্নগী থম্মোয়দু ঈতৎ তত্তনা হেক্তা পখে। চন্দ্রকান্তনবুদি অসুক য়াম্না অকৃপ্পা হায়খিবা নত্তে। মমাদগী খঙলকপা খবা অদূতনি মানা খন্নদা তমখিবা।

মোটোব সাইকল থৌনা থৌনা খন্নবা খল্লকই, "চন্দ্রকান্তগুম্না মবায়বক থীবা মী কয়া মণিপুবদা লৈবমখিগনি ?"

চন্দ্রকান্তগী পুন্সিগা য়েংনকববদি খন্না মশামক্কীদি ওন্থোক্লা নুংঙাইনীংঙায়না থল্লবা পুন্সিনি।

থাঙ্গেশেংবদি মাগীদি অবাৎ-অপা হায়বা অদূ থোইদোক্লা থেংনবক্তবনি। কা হেন্না পৈশা পায়বা ওইবক্তবসু মাগী মপানা স্কুলগী হেদমান্তব ওহদুনা ময়ায় ওইবা থাক্কী খবা হাইগৎপা য়ুন্নে-কৈবৈ মবক্তা পোকচবকপনি অমসুং চাউজবকপনি।

শাগৈ-নাতৈদগী, মচীন-মনাওদগী কবিসু তোম্ববা অবাৎপা ঈয়াও-য়াওবক্তে। ময়াম্বসু লৈবাক্লা খঙনববা উকিল অমা ওইজববনি। মচেদুসু ইঞ্জিনিয়ব অমদা বাত্ত-পাদবমখৈ লুহোংজপ্লবনি। মানা ঈতোন তোনবনি।

মাগী খন্না হায়বা মিং অসী মানা শন শাম্রিঙৈদগী হৌনা মাগী কুচু ঙৌবোক ঙৌবা অমসুং মপোপ মতাঙ ফবা অদূদা ময়াম্না অহল অদুনা "মসি হয়েং চাউবগা খন্না হায়বদূ মানগদৌবি, মমীং খন্না থোল্লসি," হায়বদূনা ময়াম্বনদি খন্না হায়বা মিংথোলসি শীজীন্নে। লৈকায়নসু মদুগী মিং ওইনা

শীজীন্নৈ। মপানদি মুলদা মিং চনবদা জয়কুমাব হায়না ফোঁমদা ইখি।

পীক্লিডৈংদগী লাইবিক ফবকপা খপ্পনি। স্কোলাবশীপ্ত ফংদুনা লাকপনি। ফর্ষ্ট তাদ্রবসু সেকেণ্ডগুপ্পদি শোয়বক্তে। লাইবিক লৈবগী পৈশা নত্তনা মঙোন্দা লাইবিক তম্বগী পৈশা ঈচঙ চঙদে। ফী বোল ফাওবা মাগী স্কোলাবশিপকী পৈশানা মশানা অপাম্বা খঙ্গে। মেত্রিক মতৃংদগীদি নেসনেল স্কোলাবশিপ ফংলকপনি।

লাইবিক ফববসু শান্নবা, ময়াম তিন্নবা, দিবেত কম্পিতিশন অসিনচিংবদসু মনা হেক হেক ফংলকপা মীনি। মপা অমসুং ময়াম্বনা ডাক্তব- ইঞ্জিনিয়ব তমহন্নিংখি। অদূবু খপ্পনদি এদমিনিষ্ট্রেতব অমা ওইনিংলকখি। অদুনা আইঃ এঃ এসঃ ওফিসব অমা ওইবা অসি মাগী পীক্লীডৈংদগী শাগৎচবকপা আশানি।

অদূবু মমৈথঙদা মানা খল্লকখি, মণিপুরদা পোকপা মৈতৈ মচা অমনা আইঃ এঃ এসঃ কী মিংথোল ফংবা অসি ঈবায় হেক লায়বা নত্তে, থোইদোক্লা লুববা, ফনা কন্না হোৎনববসু পাক হেক ওইথোকপা য়াদবা অমবু ওইবি।

খপ্পনা অন্দবগ্রাউণ্ড মুভমেন্ততা য়াওখিবা অসি রাখল ঈখন হেক খঙ্গদনা ঈবায় লায়না যাওখিবদি নত্তে। মীওঈবা সমাজগী অমসুং মহাক অমগী ওইবা অচুম- চূমদ, অফ- ফত্ত কয়ামুক নৈনজখি। অহীং- নুংথিল, চাবা- তূম্বা চঙদনা তৌসিবা- তৌগুমসিবা হায়বগী রাখলদা নুমিৎ-থা কয়া ঙাওচৎনখি।

মহাক্কী রাখলনি, "ঐ অমগীদি লায়, কবিসু নত্তে। অদুবু মৈতৈ মচা পূম্বদি ঐ মৈতৈনি হাযবদা চাউথোকচনীংঙায় লৈবক্লোইদৌবি। মণিপুবগী লৈঙাক-লোয়শঙ পূম্নমক্তা মথক থোংবা অঙম্বা পূম্নমক মৈতৈ অমত্ত য়াওবক্তবে মযাঙ অমসুং চীঙমী ঙাক্ত ঙায়শীল্লক্লে। মৈতৈদি মায় হাযগৎলগা শোবোক্তা চৎপফাওবা ঈকাঈনবক্কদৌবি। বিধান সভাদা লৈবা সদ্যস্য হুম্ফুগী মনূংদা নীফু হেন্না মৈতৈনা ওইবিবনি। অদূবু মৈতৈশিংগী তুংগী ওইবা পোলিছি অমসুং প্লান অমত্ত খনবা লৈতে, পুথোকপা লৈতে। মখোযদি

মশা- মশাগী ফুবীংখাউতমক য়েংবা হূবানবা ঙাক্তনি। পঙববা হায়ববসু লামহুইগুম্না ফত্তবা, তুং কোইদবা লৌশিংদা মপা লৈতে।"

ইন্দিয়াগী কনস্টিট্যুশন অসিবুসু মানা য়ানিংদ্রি। মানা খল্লি, "মী খুদীংমক্কী হক চপ মান্নগদবনি হায়বি, অদুবু কনাগুম্বা কাঙবু খববুদি ছিদ্যূল ত্রাইব- ছিদ্যূল কাস্ত হায়দুনা বিজর্ভেইশন্স কয়া থম্লি। মসিনা ইউঃ পিঃ, বিহাবগুম্বা মফমদদি চুম্লম্বা য়াই। অদুবু নোংপোক্কী ষ্টেট মচাশিং অসিদদি কলচবেল্লি, সোছিও-ইকনমিকেল্লি থোং মান্ননা অদুম লৈবকপনি, খেন্নবা ঈবে-লৈতে। বিজর্ভেইশন্সকী কান্নবা ফংলিবা মীওঈশিং অসিসু মখোয়গী খুন্নাইগী ইলাইত ওইববা মচীন তোঙবা, মৈতৈ খুন্নাইদগী হেন্না য়াইফববা মীত্তা ঙাক্তনি। মসিনা মৈতৈগী নত্তনা পূম্নমক্কী মাঙন তাক্লবা অসুম ওইবক্কনি।"

মাগা কবিগুম্বা ব্রাবী শানকবা মতমদসু তত্তনা হায, "ঐখোয মৈতৈনা য়ায়তোঙ খমদোংনা মযাম মথক্তা নেৎতুনা পানগে হাযবগী ব্রা নত্তে। হৌজিক্কী ইন্দিয়াগী কনষ্টীট্যুশন অসি 'সুম চৎনববদি ঐখোয় মৈতৈ মচাশিংদি আ লৈখা তাবগদবনি। নোংমা নত্রগা নোংমদি শঞ্জেম্নহানা হোইদুনা পুবিবা শনগী শঙ্গুদগী হেন্না তোম্থবগদবনি। য়ুম্নোম্নবা ষ্টেতশিংদি মতম খবদি লমদোঙদা লেপ্পনি হায়না খল্লম্বা য়াই। অদূবু মখোয়সু মমৈদা খঙলকখিগনি। হৌজিক ঐখোয়গী ঈবক্তগী লৈবাক ঙাকপগী থবক্তা য়াওবা ঙমগদৌবা মৈতৈগী স্বার্থ ঙাক্কদবা কনানো ? ঈবেবাক্তি হায়কনু লৈকায় য়ুম ইংখোল ফাওবা ঐগীনি হায়বা ঙম্লক্লবোইদবনি। শনগুম্না হোইববগনি। অসিগুম্বা কয়া'সিবু সুম য়েংদূনা লৈনবগদ্রা ?"

খল্লু-খল্লুবগা মাসু কবিগুম্বা খবদি তৌবমদবা য়াদে লেপ্লে। অহানবদা বাজনিতিগী দল অমদা য়াওবগা লুচিংবা ওইবগা অবানবা ময়াম চুমথোকসিরা খল্লকই। অদুবু মমাঙদা, মবৈকায়দা, অফ-অফবা মী কয়া বাজনিতি য়াওকবদগী মী ওইবফাওবা ঙমদনা তা-তাদুনা লৈবা য়াম্না উই। মরাঈবক ফদুনা হাইগৎচখিবা খবা অদুসু কল্লক-মিহৌবা, লন-থুমগী খায়াত্তা তাদুনা কয়া লৈরি।

অমুকসু সোছিয়েল বিফোর্মব ওইদুনা রাজনিতিগী ইথিল য়াওদবা থবক্তা মায় ওনশীনসিবা খল্লকই। অদুবু অতোপ্পা ৱাখল অমনা মদুসু হেক তোকহল্লি। মহাত্মা গান্ধি, অচার্য্য কৃপালনি, জয়প্রকাস খোয়না অহিংসা নিতি হৌদোক্লম্বা মতমদদি অনৌবা লৈনম চেনবা লৈবাং অমা ঈনৌ-নৌনা থোক্লককপগুম ময়াম্না পাম্লবমই। মদুনা খুৎলাঈ ওইনা নীংথীনা শীজীন্নবা য়াবমই। হৌজিক্তি ময়াঈ চমখিবগুম্লে। অদুদি কবি পান্বে লৈবি ?

তপ্পা তপ্পা তাবকই, মণিপুবদা মাগুম্বা অশাওবা নহাবোল য়াম্না লৈবে। ময়াম পূনশীল্লগা নহাবোল লিংজেল ফৃদোক্তুনা মৈতৈগী, মণিপুবগী, মী খৃদীংমক্কী মফম মতম চানা হিংবগী হক ফংননবা হোৎনগদৌবি। অমা অনীদগা ৱাবী ৱাতাঈ শানবম্বদগী মমৈথওদা অচৌবা কাওলূপকা থেংনবকই। মমৈদা ময়ূম থাদোক্তুনা ত্রেনিং কেম্পতা যাওবা চৎখিবনি।

থাঙ্গেশেংবদি হৌজিক্কী মীওঈবগী সমাজদা অসিনা অচুম্বনি অদুনা অবাম্বনি হায়বা অসি য়াম্না লুববনি। ঐনা অচুম্বনি খনবা ৱাখল অদুনা নওনা অবানবনি হায়বক্কনি। নওনা অচুম্বনি খনবা ৱাখল অদুনা ঐনা অবানবনি হাযদুনা লৌবা য়াই। ধর্ম্ম খণ্ডদে, বাজনিতি খণ্ডদে, য়ুম্বাল্লোন খণ্ডদে,হীবম খৃদীংমক্তা অচুম-অবান লেপ্পা যাম্না লুশিল্লক্লে।

খবা হেন্না মুন্না থিজিল্লুববদি ৱাখল অসি শোযদনা লাক্কনি-তাইবঙপান অসিদা মপূং ফাবা অমত্ত লৈতে। ফি শেৎলমদবা, শাহীং চাবম্বা মীওঈবা, চাকচা-হৈজা, লীচৎ-শাজৎ, ধর্ম্ম ব্যাবাহাব ফগৎলক্লে, শুকুংদা লৈবম্বনা ফৃবা-দলান্দা লৈনবে। কাব, জিপ, ত্রেইন, এবোপ্লেন্দগী হেন্দোক্তুনা স্পেসক্রাফত তোংদূনা থা যৌনবে। অদুবু পৃথিবীদি মপূংফাবদি লায়বদুনা অশোয়বনা হেঞ্জিল্লক্লি।

মসিমদি মবাল মচেৎ অমত্তফাওবা লৈত্রে হায়বা স্কুলগী ওজা কনা য়াওপ্পবগে ? মীওঈবগী ইতিহাস্তা মচা, ময়াম্বা, মনাও, মচন, য়ুমগী নূপী, মপূবোইবা, লাম্মী, লুচিংবা, অঙম্বা, নিংথৌ, ধর্ম্মগী মী কনা অমত্ত মপূং ফাবা য়াওখিদে। ফিদম্লিংঙাই ওইবম্বা য়াই, অদুবু মপূং ফাবা অদুদি তাইবঙপান অসিদা লৈতবনি। মমা ওইবী অমনা মচাবু নুংশিবগী থাক ৱাংবমুক লৈতে

*হায়নৈ, অদুবু মপূং ফাববী অশোয়বা মবীক অমত্ত য়াওখিদ্রবী মমা কনা পোকখ্রবগে ? মমা অমা ওইবীগী খ্বাইদগী ফিদম্লিংঙাই ওইববী কুন্তিনা মচা অহল কণগী মফমদা লঙজখিবা মবাল অদুবু মাগী সতিত্বগী পুন্য লৈদুনসু, মপূং ফাববী মমানি হায়গদ্রা ? মচা ময়ামগী মনূংদা অর্জ্জুনবুনা খ্বাইদগী লুনা তৌবী মাবু মপূং ফাবী মমা কৌবা য়াবিত্রা ? অর্জ্জুনবু নুংশিজবা অদুদি মপূং ফাববনি হায়সি হায়ববসু, মহেশ্বরদা লৈ-কৎপগী মতাঙদা শেবান্নবা ব্রাখলনা অদুক লুনা তৌজবা মচাবু কয়া থিনা নিন্দা তৌখিবা।*

বাজনিতিগী লমদসু অদু মঙায়। ফৈ হায়নবিবা গনতন্ত্র অসিসু ফত্তবা, মশাগী ওইজবা থিবদা হাকমনবা মী য়াওবক্লবদি ফত্তবদা অদুম ওই। ফংলিবমখৈ পেনবা নাইদবা মীওঙ্গবনিনা দাবী তানবা লেপ্পা লৈবোই। ঙাওনীংবা- শক্লীংবা পূম্নমক য়াবনিনা ঙাওবা শকপগী খোল্লাউ হেনগৎলকপা মশানা তাবনি। ব্রা য়াম্লবদি মোত য়ামই, মোত য়াম্মল্লবদি পূজাবী যাম্লগা এঙ্খাঙ মাঙবগুম সবকাবগী অমসুং প্রজাগী পোলিছি কযা অবেস্বদা মাঙহল্লি। মশীং য়াম্বা মোতনা অপূম্বগী মোত ওইফম থোকই হাযববনিনা ভোত তৌবা তাবনি। অদুবু মশাগী বুদ্ধি লৌশিংবু লূপা মঙা তবাদা যোনথোকপা ঙম্বা ইজ্জৎ লৈবা মীওঙ্গবনি। ঈনাক খুনবা, মতীক লৈবা অমনা ভোৎ লৈবগা মশাগী মোতপু মীয়ামগী মোত ওইহনবা ঈতত্তত্তনা থোকহল্লি।

থাযনা নিংথৌ পাল্লিঙৈগীসু তৌনিংবত তৌ, চানীঙবত চা, শেৎনীংবত শেৎ, নিংথৌ অমনা ফৎত্রবদা লৈবাক লৈখা থুনা তাবা লায়হল্লি।

ওইথোকপা য়াদ্রবা, ফিদম্লিংঙাযদি ওইবা কম্যুনিজমসু অদুম মঙায়। মীওঙ্গবনা পোক্লকপদা মশাগী ওইবা জ্ঞান, ব্রাখল খবা লৈজবা তাবনি। অদুবু নিতি অসিদদি ঐগী হকচাঙ, থব্রায় পূম্নমক সবকাবগীনি। ঈশাগীনি হায়বা কবিমত্ত থম্বা য়াদে। ঐগী লোক-নপ তিন ফাওবা সবকাবগীনি, ঐগী নত্তে। হেন্না নীংতম্বা পাম্বা মীওঙ্গবনা অসিগুম্বা কম্যুনিজমগী অফা অপূম্ননা হিংবদা কয়া কুইনা খাঙদুনা লৈগনি?

মবম ময়াম অসিমক্তা হৌজিক্কী মতমদা অচুম্বা অমসুং অবানবগী মবক্তা লৈঈ অমা চিংবা য়াম্না লুনা থোক্লে। অমবোমদা পোৎ, থৌদোক অমসুং হীবম খূদীংমক্কী অফ- ফত্ত অনীমক অদুম মবৈ। অদুমকপু অফবগী অমসূং ফত্তবগী শব্দক অনী অদূ চাং তন্নগা ওনবা তাবনি। অফবগী শক্তা হেল্লবা থৌবাং নত্রগা থবক অদু পাঙথোকপদা ধর্ম্ম য়েংলুবগদি কায়নীংঙায় লৈতে, আইনগী ব্রাফম্না অমনি। মীওঈবা সমাজগী নুংঙাই য়াইফননবা পুথোবক্কবা আইন অসিসূ ̮ক্তা চৎপনা ময়ামগী অফবদি ওইফম থোকই। অদুবু কর্ম্ম ফল ফবা অদূ কর্ম্ম ওইনা পাংথোকপনা গিতাগী পাওতাক্নি।

ব্রাখল ময়াম অসিগী পোলোই ওইবা ব্রাবেপ্পু — শ্বাইদগী ধর্ম্ম চেনবা মী হায়বা অসি মশাগী অচুম- অবানগী ব্রাখলনা চুমই হায়না খল্লবা থবক থৌবাংতবু খনবা অমসুং পাঙথোকপা মী অদু ওইফম থোকই। হূবানবা, মীহাৎপা অমত্তনা মাগী হূবানবগী নত্রগা মীহাৎ- মীপুনগী থবক অদু মাগী অফ ফত্তগী ব্রাখলদা যানিংলক্ষম থোক্তে। অদুগা মীয়াম মীৎ মাঙদা চশে দান চব্রা পাক্না থিল্লবা, লাই য়াম্না নীংজবা মাবব্রাবী অদুনা হূবান-পোৎ য়োল্লিবা, পোৎ পৈশিন্দুনা থন্নগা পোৎ চৈ মমল হেনগৎহল্লিবা অদুগা অতাওবা মমলদা য়োল্লিবা মাবু কবম্না ধর্ম্ম চেনবনি হাযবসিগে? মানা তৌবিবা হূবান চীষ্টীগী থবক অদু মশাগী অচুম-অবানগী ব্রাখলনা অচুম্বনি হায়না লৌবক্ষম থোক্তে। মীওঈবা অমনা মাগী য়ূম্লে কৈবৈ, লৈকায় অমসুং লৈবাক্কী ওইবা হৌন লোনচৎকী মতূং ইন্না মশাগী অচুম অবান অমসুং অফ-ফত্তগী ব্রাখল লৈজফম থোকই। মশাগী ওইজবা অসিগুম্বা ব্রাখল অসিগা তাইবঙগী ওইবা ব্রাখলগা মান্নবনা অয়াম্বনি। মবম অদুনা অচুম্বা ধর্ম্ম ঙাকপা মীদুদি মফম, মতম, ফীভম, সামাজগী মতূং ইন্না অচুম- চুমদ য়েংলগা ব্রাখল অমসুং থবক থৌবাং পাঙথোকপা মী অদূনি।

খম্বসু অসিগুম্বা ব্রাখল কয়া নৈনকববা মতূংদা মাগী ফিবেপ অদু লেপখিবনি। অদুবু মাগী ব্রাবেপ অসি সমাজগী, ধর্ম্মগী অমসুং বাজনিতিগী মীৎয়েঙদা অচুম্ববা অবানববা হায়বা অদুদি য়াম্না লুই। কর্ম্ম ফলনা লেপফম থোকই।

---

মাপল

# ঈ ফমজীল্লমদ্রি

---

ইম্ফাল টোকীজ ছিনেমা হোলদা "ওপবেশন ক্রোসবো" উৎলিঙে মতমদুনি। পূং অনীগী মেটিনি শোগী ইন্তবভেলগী পূংফম্নি।

য়েৎ থংবা নাকলগী বেলকোনিদা মনীংলোমদগী থীগৎলকপদা অনীশুবা পবেংগী ময়ায়ৱাইদা খম্বগা চন্দ্রকান্তগা ছিনেমা য়েংলম্বনি। ইন্তবভেল হেক থাবগা চন্দ্রকান্ত মপান থোকখি।

নিংথমথাগী অঈংবা নৈচীলগা লোয়ননা নুংশিৎ অমা শীৎলকপা অদূদা ইম্ফালদসু নুমিৎ নীনী হুম্নিদূদি নুমিৎ মশেক উদবমখৈ ঈংই। চন্দ্রকান্তদু ব্লেজব কোট অমা লীৎলি, মকোক্কা মচূবাগদা মফ্রব অমনা য়েৎশীল্লি। মাগী খদাঙ অমসুং মচূবাগী অশাংবা কোইদূ খবমখৈদি খুমজিল্লি। অদুবু মচীনবান মথক্কী কোইদুদি অদুম উই।

গোগলস অমা উপশীল্লগা হোলগী নোংপোক থংবা কংগ্রেস ওফিসকা তাইনবা জগাদা য়ুবিনেলদুদা মপান থোকপা চৎলমই। হোলগী সিড়িদগী হেক কূমথবকপদা, গেটলোমদগী ওভবকোট লীৎপা মশম তেল্লপ ককপা পুলিছকী চগন্নবা শক্তা চঙবা নূপা অমা থুনা য়াঙনা হায়জিল্লকই। চন্দ্রকান্তগী থবাক্কী মীহুন অমা কান্দুনা চোংখিবগুম তৌখি। "কনানো উখিবগুম তৌইদা ! মানি ! ইন্তল্লিজেন্স ব্রিংগী এস আই কুলবিধূনি।" অথুবা ৱাখলগী মঙাল ফাওবকই।

হায়ফেৎ থক্কৎপগী মীৎয়েঙদা য়েংনা য়েংনা চন্দ্রকান্তনা য়ুবিনেল্লোমদা থৈদুনা চৎলি। কুলবিধূগী মীৎয়েংদু হোলদগী থোক্লবক্লিবা মীয়ামদুদা য়েংবা চাউয়েংনি।

***মকনবা শাকুগী ইরৈ***

চাউয়েংদগী চন্দ্রকান্তদা তাবকই। চপচানা হেক মীৎ চানবমদাইদা চন্দ্রকান্তনা মমায় পবীং চুম্না শৎ লৈথোকখিদুনা মানা চৎলিবা মায়কৈদা মীয়াম মবক্তা হায়জিনখিবমই।

মানা কুলবিধূদা ঙাইহাক য়েংলমই হায়বসিদি খঙখিবগুম তৌই। অদূবু মাগী মতূং ইন্নবকপ্রা হন্না য়েংলুবগী থৌনাদি লৈবমদে। ফবে, ইন্দ-ইন্নবক্লবদি পাইবক্কী থৌবাংদা থোকপা অমা তৌবা তাবে খল্লদুনা চঙশীল্লি। লব্রাই- লুশম যূংখৎলি। থবাক্তা মিহুন কন্না ফূবকই।

কোঙ্গোলনা চাইখাইবিবা নমথিপ্রবা মফম অদূদা মীয়াম মবক্তা লীৎশীল্লমই। কাখন অযাম্বা অমত্ত শংলমদে। মীৎকূপ খবা লেপ্লবা মতূংদা অহূমশুবা কাখন্দূদগী নুপামচা অমা লোইবদূনা থোকখিবমই। মপাদা ঙাইবম্বা মীয়ায় চনবা নূপাদু হাথু- হাথুবা যাওদে। নমথিবা মবক্তুদা চূৰূপ হাউনা চিংবগুম তৌবি।

চন্দ্রকান্তনা তাঞ্জা লৌদুনা মমাঙদা ফৎ হাযজিন্দূনা চঙলমই। মমীৎনদি চঙলকফম্লোমদা ফল্লপ ফল্লপ যেংবা তোক্তে। ঙাইহাক্তদা ওভবকোত লীৎপা প্লেইন ক্লোথসমেন কুলবিধূ চঙলকফম মপাদা চপ লেপ্লবে। মমীত্তুনা কোয়বে-লৈদূনা থিবকই। চন্দ্রকান্তগা মমীৎ মমীৎ তক চানৈ। অমুক্কা মাগী মিহুন অমমুক কান্দুনা চোংখি। যাঙলেন শব্দ পবেংদা চীং লাউবা অঈংবা অমা ফৎ হাযগৎলক্তুনা লাব্রাই- লেম্ফু চপ- চপ যুংখৎখিবগুম তৌই।

সেকেণ্ড অমগী মচেৎ অমবোম শূক্তোক্তূনা যেংলম্লগা কুলবিধূ থুনা যাঙনা থোকখিবমই। চন্দ্রকান্ত নুংশাশব্ব মপী মচা অমা খজিক্তং হোন্দোকপা ঙম্বগুম তৌই। অদূবু মথবাক্কী মিহুন্দি পূংজাও তান থুজিল্লকপগুম, নূংথঙনা দণ্ড দণ্ড থুনা য়েশীল্লকপগুমই। মনাতোন নাকচীদা হুমাং চনপ্পী কাংলকই। মথবাক্তা মাশিনখিবদা পোইন্ট থ্রীঃ এইতঃ কী ওতোমেতিক্কী তইং তইংবা যোৎ- মচৈ অতেনবা অদুদি অদুম মবৈবল্লি।

অদূবু মীয়ামদুগী মবক্তা থৌব্রা-ঈশা শাদবগুম গোগলন্তু লৌথোক্তুনা, কমালনা হুমাং অনপ্পী তৈথোক- তৈথোক্কা থোকখিবমই। মপান হেক য়ৌবগা থুনা য়াংনা ফ্রন্ট ক্লাসকী থোঙ তম্না চেনচত্তা হাইজিল্লমই।

সিটশিংগী না চন্দা মখোঙ লাউনা লাউনা থাংদুনা লাক্লগা বীয়াবগী মনীংদা ফাংলিবা থোঙজাও অদু হাংদোকই, অমুক ঙাশিল্লল্লগা বেলকোনি তম্না কাখৎলি।

হায়ফেৎ ফল্লপ্না য়েংবদা পুলিছকী মী লাকপগী চবাঙনবগী থোইদোকপা ফীভম উবমদে।

থুনমক খম্বগী মনাক তান্না চঙলগা, "ঈতাও থুনা থোক্লসি, ঐ হাল্লল্লগে। মহৌশাগী লল্লোঙদা উনসি, মিনিট কুনমঙাগী মতম," হায়না মী অতৈনদি তাদনবা শোম্বাংনবা খোঞ্জেলদা হাযবল্লগা থোকখিবমই।

মখাগী হান্নগী হোল মনূংগী সিট ময়াদা অমুক ফাওই। হুন্দক্তি নোংচুপলোমগী বিয়াবগী থোঙদা ফাওদোকখি। রুপমহল হোতেলগী কোন চাম্ফম ফাওদূনা দুকান মকমদা নপ্না লাকই। হোটেল ববিন, ওঃ কেঃ হোটেল মনীং তাবকই।

খম্বসু মীৎকুপ অমা অনীগী মতুংদা ফুক হৌগৎতুনা থোক্লক্লমই। মাদি কাংচেক মচুগী কোঙগ্রাউ অমা উপই। উৎ মচুগী পুল ওভব অমসু লীৎলি। গোলদন বিমগী আনোক্তু লৌথোক্লগা ফূবীৎখাউদা হাপচিনবা তাঞ্জাদুদা বেলকোনিগী সিড়ি মখা য়ৌবে। ক্না য়োন্নবিবা দুকান পবেংগী মপা য়ৌবদা কুলবিধূনা ছাইকল শেদকী মনুং থংবা মচীন অদুব্রাঈদা লেপ্লদুনা, "'সি নত্তে ওন্নবেহে। থাদোকখ্রো। ক্বিক, সে — নঙগা নঙগা গেৎ মপাদা ঙাকউ, অদূগা ঐখোয মবী হোল মনূংদা চঙসি লাউ। কম্মোন, ক্বিক, হবীঅপ," লাউবমই।

খম্বনা য়েংশিনখিবদা ওতোমেতিক, এসঃ এলঃ আবঃ, স্তেনগন্নচিংবা পাযবা মণিপুব পুলিছ অমসুং ছিঃ আবঃ পিঃ কাঙবু অমনা মকোয চোম্বা নূপা অমগী পুল্লিবা মখূৎ অদু অমুক থাদোক্লবা হোৎনবিবদু উবমই।

অহানবদা স্বাই লাউই। অদুবু নৎলমদ্রে। চন্দ্রকান্ত নৎলমদ্রে। হেক য়েংবদা মাল্লি। অদুবু চন্দ্রকান্তনা নুপাদূদগী খবা ব্রাং-চাউই। মকোয মবাঙসু মানা হেল্লি।

নূপাদূ মনাতোম্দা নাহী চেহ্নরি। রুমালনা খুন্বা লাক্লরি। অদুবু মমীৎ-মীৎথক ময়াদা মচীশ্বান নাকন্দা চাউনা পোল্লিবা অনী অদুদগী ফাফাড্রিওঁদা অত্যাচার ওস্নানা হৌদ্রে হায়বসি অতাক্রে।

খন্বনা বিঃ তিঃ রোদকী নোংচুপ্লোমদা লাকুনা দিপ্লোমেত মমাঙ অদুবায়দা থারম্বা মাগী মথক-মখা ওম্বোকুনা থাবা "এজদি (ইপজা)" দূ য়ৌরমদাইদদি পুলিছকী, মণিপুর রাইফলসকী সিফাই মপোৎ অহুল্লোম গাডীদা থুংলরে। ফন ফন চোংথদুনা নোংমৈ তৈয়ারিদা পায়দুনা ইম্ফাল টৌকিজ হোলদা হাইজিনখ্রি।

হোল মমাঙদা পূল্লম্বা মী খুদীংমক মিপাইবা, থক্কৎপা অমগা লোয়ননা তিঙক তিঙক লেপ্লরমই। খরা খরা কায়দুনা চেল্লবসু হৌনবক্লে।

খন্বনা মাগী মোতোর বাইক্কু অবাং দুকাল্লোমদা তপ্না তপ্না থৌগৎখি।

লল্লোঙ বাজার য়ৌবদা মিনিট কুনমুক্ত চঙই।

চন্দ্রকান্ত য়ৌরকপগী নীশানা অমত্তা উদে। মোতোর বাইক্কু লল্লোঙদগী অবাং পাংনা খরা হায়গৎনা থমই। মখোঙনা অমুক হাইথবকই।

হোতেল মচা অমা লপ্পী কক্লরিবা মপা অদুবাইদা লৈ। চঙলমই, চাগা বোবাগা কৌই।

মথ্বায় ঈনূং-নুংঙাইতবা ওইনা তৌই। চন্দ্রকান্তগী ওসাইগী থরক হনগৎখিবগী মায়খোঙ অদু নীংশীংলুরগা মা খরা শাউনিংলমই। ত্রেইনিং লৌবকপদা অদুম্না ফিংবগী পাউতাক অমত্ত য়াওরক্তে। চন্দ্রকান্ত অমুক কনশীলহন্দবা য়াদ্রে লেপ্লমই।

চা অশাবা অদু খজিক অমুক চিংলমই। লল্লোঙগী অদুবাঈদদি পুলিছকী অথুবা চৎখোক চংশীন খোইদোকপা উদে।

চন্দ্রকান্ত হৌজিককাওবা য়ৌরক্লি। ঘড়ী য়েংই। মখোয় অনীনা হায়নখিবা মতমগী মতূং শূং অমরোম কাজীল্লক্লে। নিংথমখাগী নুমিৎ তাশিল্লকক্লে। মমশীল্লক্লে। ঈংবসু হেজিল্লক্লে।

*মকনবা শারুগী ইঁরা*

অমুক খল্লকই, "ইম্ফালগী সেক্তবদা পুবিবা মানা অসুম্না ঈথক-থক্কৎপা, মতম শোযনবগী থবক হৌগৎলক্লবদি, অতৈ অতৈদি কবি থোক্কনি ?"

"ফাহৌববজাৎলনে ?" মাসু খজিক মিহুন হায়গৎলকপগুম তৌই। নমথনবা হোৎনবকই। "হেবা, নুংশিবা মন্দপ অমা ফাখিবা থোক্লবদি, থৌবাংদা থব্রায় য়াওবা খূবক্কী ঈনা লাই শাবা খবদুদি লেম্না থাবা তৌবোই।"

খল্লুবদা ঈ অমুক কাখৎলকই। মখূৎ মশা মবেঙ মবেঙ চৎলকই। "কবম্বা কোক য়াওদবা মীনো ঐখোযগী মৈতৈ মচাশিং অসিবো ? জ্ঞান অসুক তানবগদবা মতমদা ভুৎ চুদুনা লৈনবিবা অসিবো?" মাগী ব্রাখলনি।

চা-বোবাগী পৈশা পীবল্লগা অমুক থোক্লকই। ঙাহৌ-ঙাহৌ অমুক চৎলি। চন্দ্রকান্ত লাক্তে। ঘড়ী যেংই পূং তকক তাশিল্লক্লে।

ঙাইহাক ব্রাখল তৌই। চন্দ্রকান্ত যাওদনা হনখ্রগে খল্লে। কবিগুম্বা অমা লৈবম্বা তাবে। ঙসী মানা হল্লক্লবদি, হযেং হেড কার্টব কেম্পতা রিপোর্ট তৌকবা তাবি। ইম্ফাল বাজাবদা চৎতুনা অমুক য়েংলুসিবা খল্লি। হুম, মদুনা মাসু যাওনা খুবৌ চেন্নখিবা যাই লেপ্লে। তপ্না তপ্না মোটোব বাইক থৌগৎখিবম্‌ই।

+ + +

চন্দ্রকান্তগা থানা মখোয তবেৎকী মতম খবগী সিনাম কোমফুদা কেম্প ওইবি। মখোয়গী মমান্নবা উদোই পাঙ্গৈদা তসবগী ফার্ম অমা লৈবদূদা সেবিকলচব ওফিসব ওইবি। উদোইগী মপাগী লৌ পবী কযামুক সিনাম কোম্ফুদা লৈ। লৌফমগা খুলগা তাইনবা অদুব্রাঈদা তৃম্ফম-কা, চাকশঙ লৈবা লৌশঙ খবা চাউবা অমা লৈ। যূমদোমপোক ওইনা চীঙলোমদা লৈখিবনা খুনগী মী কযা তোয়না লাক্তে।

য়ূম অদুগী অকোয়বদা অচৌবা ইংখোলসু লৈ। ইংখোল অদুসু অকোয়বদা কৌবুলিয়া পাম্বীনা কোযশীল্লি। মবক মবক্তা বৌগেনভিলিয়ানা মশা কূংনা কূংনা শন্দোক্লুনা শা-শন চঙবা ঙমদবা শম্বল ওই। লম্বীদগী, লৌবূক্তগী ইংখোল মনূংদা কবি কবি তৌবিবগে হায়বা উবা লুই।

থা অমমুকসি ষ্ণুতব-মোতোব বাইক যান্না তোয়না ইংখোলদূদা হেক হেক লাকই হাযবসি খুলদুগী মী অয়াম্বদি খঙই। অদুবু গন্ধাবগী মচানুপা অহল উদোই পাঙ্গৈদা থবক তৌঙৈদগী য়ূমদূদা হেক হেক মমান্নবা মযাম পুবক্লগা চা-থকপা তৌই হাযনা তাবদগী থোইদোকপা কা হেনবা থিজিল্লবা- খঙনীংলুবা তৌদে।

সিনাম কোম্ফু য়েংবদা নীংথীববা খুলনি। শগোলমাঙগী লম্বীদগী নোংচুপলোমদা হাইজিল্লগা নপ্পা লৈবনি। লমখায লম্বীবোমদা ফাৎলিবা লম্বী অদু নত্তনা অতৈ অচৌবা লম্বী লৈতে। মাযকৈ অহূমদদি চীংনা ইকোয- কোযশীল্লি।

খুন্দগী লৌবূক লান্দুনা মনীঙলোমদা হাইগৎখ্রিবা চীংযাঙ অদুদগী খবা অমুক হায়জিনখ্রগা উজাউ কয়ামুক্রা যান্না শূকহল্লিবা অদুদা "কংলৈপাক বিভোল্যূশনবি পার্টি" গী য়াম্না চাউবা কেম্প অমমুক লৈবি। কেম্প অসিদগী হৈঙাঙলোমদা, নত্রগা শগোল মাঙদা, নত্রগা পাঙ্গৈদা, নত্রগা অনকপদা সিনাম কোম্ফুদা তাবা য়াই।

*চীংথক্কী অসিনা খুন্দোন্দা লৈবিবা একজিক্যূশন কেম্প মচা অসিবু* য়েংশিল্লি। নুংদাংগুম্বদা পাউ লৌথোক- লৌশীন তৌনৈ।

য়ূমদুগী ইংখোল অকোয়বদু পান, মাইবেল, থবী, মোবোক, কোবী, হঙ্গাম, হবাইনচীংবা কুমগী ওন- ওন্দূনা ঈশাং- নাপী থাই। উদোইগী মামশিং থোকপা মচা- মশূ, ঈমূং কনা লৈজদ্রবা নুপা অমনা য়ূম ইংখোলদূ য়েংশিন্দুনা য়ূমদূদা লৈবনি।

নাসপাতি, হৈনৌ, পুংদোল, হৈখা, চোবোফোন্নচিংবা হৈ পাম্বী কযাসু থাবি।

খম্বনা নিংথমথাগী নুমিদাং অঈংবা লৈচীল অকুংবা মবক্তুদা থৌজীনখিবদৃদা কেম্প অদুদা লৈবম্বা কাণ্ডবু অদু মীৎ-না শিংনা তৈয়াবিদা লৈবমই।

খম্বনি হায়বা খঙলবদা খ্বব খবা হোন্দোক্রবমই।

খম্বনা শুমাঙ হেক য়ৌবদা চন্দ্রকান্ত লৈবম্বদুদা খম্বা খবা ঙক্লমই।

চন্দকান্তনা নোকমি নোকমি, "ঈতাও, সোববী, ঐনা লানখ্রে। ঐ মিনি বস অদুম তোংলক্রে। লমলোঙদা ঈতাওগী নাক্তা চঙলমদ্রে। ঈতাওনা যাম্না ব্রানা ঐবু ঙাইদুনা লৈবল্লগনি," হায়বকই।

খম্বা ঈ কাবকই। মা ঈ কায হাযবসি চন্দ্রকান্তদা খঙহনবা চুমই লেপ্লে।

মানা নোকমি-নোকমি শাউদনবা খম্বগী মখূৎ পাযগদবগী চঙশীল্লকপা অদৃদা খম্বনা খুৎতুম ফজনা তাশীল্লগা চন্দ্রকান্তদা ওয থংবা খদাঙদা অকনবা শাফু অমদা থিল্লমই।

চন্দ্রকান্ত তুবমক্তি তুদে। মচীনবান্দা ঈ খজিক্তং তৈবা অদু খ্যনম্না তৈথোক- তৈথোক্লা "কবিনোনে ঈতাও ? ঐনা শাউনু ঐ লাল্লে হাযবেদনা," হায়দূনা অমুক চঙশীল্লক্লমই।

খম্বা ব্রা কবিমত ঙাঙদে। মনাক হেক য়ৌবকপগা মখুৎ ওয়না চন্দ্রকান্তগী য়েৎ থংবা খদাঙ তম্না অমুক থিনগে তৌই। অদুবু হন্দক্তি চন্দ্রকান্তনা খূৎলৈ- থুনা কাবাতিগী মওঙদা খূৎচেপ্না খম্বগী খূত্তুম অদু ঈবায় লাযনা খত্তোকই অদুগা মানা হৈনজবী জুদো কাবাতিগী ফীভমদা শেম-শাদুনা লৈ।

খম্বনা কল্লপ তৌবা ব্রাহৈনা মখূৎ থিন্দুনা "লাউ, মফমদা চৎসি লাউ," হায়বকই।

মানা মফম হায়বিবা অসি মখোয়গী কেম্পকী জুদো কবাটিগী প্রাক্তিস তৌফম অদুনি। হৌজিক্তি অনৌবা মী লৌশিন্দুনা চাইনাগী মতেঙ য়াওদনা মখোয় মশানা ট্রেইনিং পীবা হৌববনি।

মতাঙ অসিদদি লৈমিন্নবিবা ময়াম অদুসু "কৈদৌনবে ?" হংনদুনা

মখোয়গী মনাক্তা লৈবম্লে।

"কবি তৌনববগে কমবেদ অনীনা শাউনবিবা 'সিবো ?" মখোয়গী ৱাহংনি।

সেক্তব কন্মাওব খম্বনি। মানা "মযাম কবিমত্ত চিংনবিগনু। চন্দ্রকান্তগা ঐগা ৱাবী মচা অমত্ত শানগে তৌবনি," খুমই।

অদুবু মযামদুসু ইঃাবক্লি।

এবেনা মযায়দা মখোয় অনী জুদো- কাবাটিগী ফীভম শেম্লে। লেন্টনগী থাউমৈদূনা উবদি ৱাংলি।

ঙসী খম্বনা তৌবকইবা ওঙদা অসি চন্দ্রকান্তনা চপ চানা অর্থ লৌবা ৱায। থাঙ্গৈশেংনা শাউদূনা তৌবিব্রা নত্রগা ঙাইহাক্তং ফাগি তৌসি খল্লিব্রা কবম্বনো জ্ঞান তাবা ঙমদে। মখোয অনীগী জুদো- কাবাতিগী কুম্মৈবুদি ট্রেনিং কেম্পকী মফমদসু কযাবক হন্না ঊৎপ্ৰবনি। শাউবা ওইবম্লগসু ঙাইহাক্কী ওইবমগনি খন্দোকই।

অদূনা অহানবদদি চন্দ্রকান্তনা ঈকোম কোমথোক্লা কুম্মৈগী ভাবতা খম্বগী মখূৎকী মখোঙগী আক্রমন পূম্নমক ঙাকথোক্রবা হোৎনৈ। অদূবু খম্বদি য়াম্না থৱায য়াওনা থোমজিল্লকই, যানশীল্লকই, থিঞ্জল্লকই, কাওশীল্লকই। চন্দ্রকান্ত অনীবক লোংখাক লোংনা তূখি। খম্বনা চোংখৎলগা মখোঙ অনীমক্লা মথবাক্তা যানশীল্লকই। হাইফেৎ নাই। মমীৎ মনা ঙাইহাক্তং তন্দন পাই, মকোক ঙাওই।

চন্দ্রকান্ত শাউগৎলকই। ঈ হাইগৎলকই। "আই ! মাগীসি তশেং- তশেংনা তৌবেনহে !" হায়বা ৱাখলগা মাসূ মাগী মতীং ফূদোবকই।

অদুগী মতূংদা মখোয় অনীনা ফূনখৎলকপদুদি তাঙনা উবা ফংবা কূমহৈগুম্বনি। অযেংবা খবদূ মীৎ পেল্লবসু অকিবা অমা পোক্লবক্লে। "মখোযনীগী সিবু থাঙ্গৈশেংনা হাৎনগে তৌববজাৎলা ? শিনবা তাবেনে তৌবি'সিবো," হাযনা লোইনমক খল্লক্লে। খামদোকসিবা খন্নে, কনামত্ত চঙলুবদি ঙম্নদে।

*অদৃমকপু অশী-অনা থোকপা য়াবা মপা-দদি শোক্লদে। পৃংখায় অমবোম লাক্লে, অদুবু ঙম্নদে। অসিনা হেল্লি হায়নীংঙায় লৈতে।*

মমৈদা চোকথনবক্লে। লেঙবা ব্রানবক্লে।

খম্বা নোকমি নোকমি তৌবা হৌবক্লে। ঙমদ- ঙমদ চঙশীনখিদৃনা চন্দ্রকান্তদা "ঈতাও নঙ শাউবব্রা ?" হংলকই।

মখুৎ তিংথোকই। চন্দ্রকান্তসু তিংথোবক্কুনা মখোয় অনীমক মখুৎ শোক্লে।

অমগা অমগা যেংনৈ। মহৌশাগী নোকমি-নোকমি তৌনবা অদু মাযথোঙ অনীমক্তা থুংলবে।

খম্বনা থেমজিল্লকই, "ঈতাওগী ঙসীগী শকফমদু যেংবা নুংঙাইতে। থম্মোয শোম্বুবা মাল্লি। হকচাঙ খবা কনখৎহল্লগা, ব্রাখলসু খবা কনখৎলকপা যাই। অদৃনা এক্সরবসাইজ খবা তৌসি 'অনা তৌবনি। ব্রাবৌগনু ঈতাও।"

চন্দ্রকান্তগী মমীত্তা ঈ কাবম্বা অদৃ মবুক্লীং নুংশিবগী ঈবা ওম্থোক্লকই। মখৌনাউ ঈকং-কংশিল্লকই। খোঞ্জেল নীক্লপ খুল্লকই।

"চুমই, ঈতাও। ঐ ঙসী মিহুন খবা চোংখি। ঈতাওসু খোযদৌ খবা শীক্লমগনি।"

"ঐ খঙই, ঈতাও। অদুননি ঐনা ঈতাওগী ঈ ফমজীনখ্রববা খল্লুবদগী অসুক্কং শাগৎহনগে তৌবনি। ফমজীন্দ্রি। থাঙ্গৈশেংবমক যে.ঙ ফোঙ শাবি।"

মমান্নবা অতৈদৃনা ঈশীং পুথোবক্কুনা মখোয অনীমক গৎ গৎ থকচীল্লি। ময়ামদৃনা "কুমহৈ হাইফেৎ নুংঙাই," শোল্লকই।

মখোয অনীতমক ঙাযববা কান্দা খম্বনা হাযখি, "ঈতাওগী কোই'সি কোকথৎলো। মফম খুদীংমক্তা কোই চোম্বা অমা য়াওই ঙাক্তা হাযনখ্রে। অদুগা কুলবিধু এসঃ আইঃ অসি একস্তবমিনেত তৌদবা য়াদ্রে। চাকচা তোক্লগা চীঙয়াঙদা হায়গৎলুসি।"

"উম ! চুম্মই। ঈতাওনা হায়বিবদু তৌবনা ফগদৌবিমাল্লে।" খন্বনা মোটোব বাইক্তু ইংখোল মতাই উখা অমদা ঈনশিনখি।

---

তরা

# ঐদি ওইরেদো মণ্ডলানগী পুন্সী

---

এসঃ আইঃ কুলবিধূ হোতেল জুবিলিদা চাক চাবি। হোতেল অসি কাঙজৈবূংগী হেক হাইজিনফমদা লৈ। মৈতৈগী চাক ইঙ্খাঙ ঈবোম্বা হাউবদা হায়নৈ।

কুলবিধুনা পূং ১১ দগীনা নমিৎযুংবা মতুং পূং অম'কা তাবা অসিন্নায় ফাওবগী মনূংদা নোংমগী অমুক্তং হোতেল অসিদা চঙলকপা শোযবক্তি। মানা অসুম তৌবকপা অসি নুমিৎ তবানীবোম শুবক্লে।

বিভোল্যুশনবী নহাবোল, মন্দ ওইনা, চন্দ্রকান্ত অমসুং মাগী মন্দপশিং হোতোল অসিদা হেক হেক চাক চায় হাযবা পাউ অমা মঙোন্দা যৌবকখি। পাউ অদুগী মতূং ইন্না নহাবোল কাঙবু অসি হাপ্তা অমগী মনূংদা অনীবক্কুম্বদি হেক হেক লাকইসু হায়বি।

মযাম্মা চাক চানবগী মতমদনি মানা নুংতিগী লাকইবসি। মেনেজবদুগসু হাইফেৎ খঙনবক্লে। অহানবদদি চাগুম্বা-সিংহাবাগুম্বা অমা থক-চাবগা ঙাইহাক ফম্লন্নগা হেক হনখি। অদুবু চা অমা শিংহাবা অমনদি কুইনা ফমথবা যাদে।

মাদি যাববদি খবা খবা কুইনা ফমথদূনা ঙাইনিংবনি। নুমিৎ তবানীসি মানা উনিংবা মীদু উবা ফংলক্তি। খবা কুইনা ফম্বা যাননবা নোংমদি চাক ওইনা চাকই। চাক লাম্বা নুমিৎনগা ওইবনে ঈঙ্খাঙ মথেলনগা হাউবনে, নুমিৎতুদি চাক হাইফেৎ নীংথীনা তকশীনখি।

মতুংদগীদি মা হোতেলদুদগী চাক তোয়না চানীংলে, খবা তোয়নসু চাবক্লি। নুমিৎতুসু মনূং থংবা চিদাইগী বেঞ্চ অমদা ফম্লদূনা মমায়না থোঙলোমদা ওন্দুনা চাক চাবি।

অহানবগী নুমিৎ মবিনি মঙানি অদুদি মানা হোতেলদুদা চঙলমদাইদা বাজাবদা গ্রুপ গ্রুপ পেট্রোল্লিং চৎলিবা পুলিছ অমসুং সিফাই কাঙবুদুদা মীৎ-না শিংদুনা লৈয়্, ওপবেশন মচা অমা অথুবীদা পায়খৎলকপা য়াই হায়না হেক হেক পাউ পীবমই। অদুবু মশক ফাওবা উবা ফংদ্রবদুদদি নোংমা ফাদোক হায়বমদনা অদূম চঙবসু য়াওবক্লে। সিফাইশিংদুসু থোইদোকপা মীৎ-না শিংবা তৌদবে।

নুমিত্তুসু কুলবিধূনা থোইদোকপা সিফাইশিং চেক তৌবমদ্রে অদুগা মখোয়সু অদুরাঙ্গীদা লৈত্রে। চাত্তুম যাম্লা লামশীল্লক্লদূনা উকাবী অতাউবনচিংবা কৌদূনা চাবি।

খম্বনা মেনেজবগী কাউন্তবদা "ঐজ্ঞা সিংহাবা লূপা অনীদগী পীবীযুবা," হাযবা অদু মযামগী চবাঙনবা মবক্তুদা কুলবিধুনা থোইদোকপা পুক্লীং থিংজিল্লুদে। মানা খঙহৌবা হাযববু উতী ফুৎ চিংখৎকদবগী থঙ্গৎলকপদা মমাঙদা মীগী মমি অমা লেঙবা উখি। লোযন-লোযননা লুতোন্দা চিং লাউবা অতপ্পা খোঞ্জেল অদু তাবকখি, "ঙসীদি খুবক্কী ঈনা লাই শাবা নঙ লোইবেদো!"

মানি, চন্দ্রকান্তগী খোঞ্জেলনি। অদুবু রাখল ফাওবা খনবা নংহৌদে। সাইলেন্সব যাওবা মখোল ঈথোক-থোক্তবা পোইন্ত থ্রীঃ এইতঃ কেলিববগী ওতোমেতিক্তগী গুলী অনীখক মাগী যেৎথংবা মীৎপান্দা চোংশিনখি।

চাক-ঈঞ্জাঙ তৈবিবা মখূৎ অদুনা মাগী বিভোলভব শত্তোক্লবদি হোৎনখি। অদুবু মাগী পাঙ্গল লৈখিদে। থুনমক লেকথখি। মবেঙজুমগা মকোক্কনা তেবলদা অমসুং পূখম-তেংকোত্তা শুজিন্দুনা তুথবকই।

ময়াম থবক হূনগৎনৈ।

"নোংমৈ কাপ্লেনহে! মী অমা শিবেনহে!" হায়না নিন্নবকই।

খম্বনা য়েৎ থংবা লেংজুম্না কাউন্তবদা ঙাবগা মমাঙদা ওতোমেতির্ক মচা অমা পুথোক্লুনা লেপ্পী। মাগী খোঞ্জেলদু নূপা থোকই। হাযবিবদু ইল্লুদ্রবদি থব্রায় লৌখিবা ঙম্বগী ব্রাঙাঙনি। লাউ-খোংবগী ব্রাদি যাওদে। নিল্লিবদুগী মথক্তি থংলগা মোং হাবা যাওদনা হায়বকই,

"ময়াম পাখৎপিগনু। ঈশা-ঈশাগী ফম্ফমদা অদুম লেঙদনা ফম্বীয়ু। ঐখোয়না পাঙথোক্লিবশিংসি ঈবৈবাক্কী, ময়ামগী সেবাগীদমক্তনি।"

মতাঙ অসিদা চাক চাবম্বা পাখঙ অমনা পৃখম মথক্তা হাথু-হাথু মখূৎ হাম্লকপদুদা অতোপ্পা পাখঙ অমনা "হৈ, লেঙ'নুনহৈ, নঙ শোযজনি।" হায়না পাখৎনা লাউবক্লমই।

খম্বনা মবক থৎলকই, "হুম, লাউবিগনু, মী অমত্ত খোঞ্জেল থোকপিগনু থক্কদৌবা, চাগদৌবা অদুম তৌবিযূ। লম হেল্লবদি থব্রায় মাঙখিবা য়াই। ঐখোয়গী পুন্সি- থব্রাযদি লৈবাক্কী প্রজাগী কৎথোক্লবনি।"

মযাম তূমীন্না লৈনখি। উন ব্রাইমুক চীকই। চন্দ্রকান্তনা কুলবিধূগী বিভোলভবদূ মখূত্তগী লৌথোকই। তপ্না মাগী ফুবীৎ খাউদা হাপচীনখি। ইন্তেল্লিজেন্স ওফিসব ওইবগী আইদেন্তিতি কার্ড অদুসু লৌশিনখি। অদূগা তপ্না থোকখি।

হাযবিবা পূম্নমক অসী মিনিত অহূম- মবিগী মনূংদা পূংলোয়- লোইশিনখি। হোতেলগী মমাঙদা, অখূবা লম্বীদা চৎনবিবা মীয়াম অদু হোতেল মনুংদা তৌনবিবা ঈবাঙ অদু খঙখিবা অমত্ত যাওদে।

খম্বা মথন্ত ঙাইহাক লেপতুনা লৈহৌই। চৎলমদাইদা ঈংনা অমুক হায়বমই,

"ঐনা থোকখিবা মতূং মিনিত তবামুক্তি মযাম হান্ন- হান্নগী ফীভমদা অদুম লৈবিযু, ব্রা লান অমত্ত ঙাঙনবিগনু। মযামগী শেবা তৌজগে'না থব্রায়- হকচাঙ কখোকচববা ঐখোযগী মতেঙ খবা খবা পাংবিয়ু। হকচাঙ য়াওবীদ্রবসু থম্মোযতনদি শৌগৎপিয়ু।"

অসি হায়বম্লগা হাথু-হাথুবা ঈযাও-যাওদনা থোকখি। মাগী স্কুতব

অদু মখা পাংনা থৌখি। পাউনা বাজাব ফাওই। মানা স্মৃতব স্তার্তিং কাওবা হৌবদা চন্দ্রকান্তনা তোংবা জিপ অদু অরাং পাংনা থাঙ্গাল বাজাবলোমদা লৈখৎখিবা উহৌই।

মাগী মহৌশাগী শঞ্জেঙ্খোংগী লম্বীবোমদা লাকই।

পুবৈবোম্বগী ে ংনাং মখোঙদা লৈবিবা কৈথেল মচাদূগী মপাদা মখোযগী কেম্পতা লৈবা ঈবোচাউবা লৈবমই। মখুৎ হাইবকই। খম্বা গাড়ী খামই।

"অরাংলোমগী লম্বী অযাম্বা পুলিছনা অকৃপ্পা চেক তৌহৌবে, লম্বী থৈদূনা চৎপা তাবে। ঐখোযগী কেম্প'সি অরাংলোমদা লৈ হাযবা পাউ অমা খঙলমাল্লে।"

"ঙসীগী ওপবেসন অসিগী মবমদা খঙঙবা জাৎলা ?"

"মদুগী পাউদি তাবমদৌবা মান্দে। মখোযগী চেক অসি অযূক পূং তবাগী অদুরাইদগীনি।"

"চন্দ্রকান্তগী কাঙবূদি পাউ খঙঙম্মদ্রা ?"

"লম্বীদা পাউ হাযননবা মী অমদি থমখ্রবনি শোযদনা তাবম্লগনি।"

"ঐখোয মতম খবা একজীক্যুশন কেম্পতুদা লৈতবনা ফ'দৌবি। নঙ চৎখ্রো। স্মৃতব অসি পুখ্রো। সিনাম কোম্ফুদা মী অমত্ত লৈবা য়াদে হাযরুবো। চীঙযাঙদা লোইনা হাযগৎলু হাযযু। হাপ্তামুক ঐখোযগী কেম্পসি ভেকেৎ তৌথোকসি। ঐদি ইম্ফালদা নুমিৎ নীনীমুক্তং লৈগে খল্লি। পাউ খবা লৌবকে। চন্দ্রকান্তদা বিপোর্ট খবা তৌবিযু। মরূপপ্না হংচিৎ ইম্ফালদা অমুক ঐবু লৌবা লাকপিযু।"

স্মৃতব শিন্নে। চৎলমদাইদা খম্বনা অমুক নোংশীল্লি, "চেকশীল্লুকো। লম্বী থৈবগা চৎলুকো। মেইন লম্বীদা চৎকনু।"

খম্বনা বিক্সা অমা রাযবগা মোইবাংখোম তান্না লাক্লে। মোইবাংখোমদগীদি লৈবক ফাওদূনা ক্লাকৈথেল তাবকই। দেবলাখোযগী থোঙ্গালদা চঙলকই।

উচিন নাচিন্না দেবলাসু শূমাঙদা ফক্তা ফমদুনা মোম্পাক ফিদক অমা লোন্দুনা লৈবম্লি। থোঙ্গাল্লোমদা মী অমা চঙকলপগী শউম ফংবদা য়েংথোক্লুই। খম্বনা ঈব্রাঙ ব্রাংনা নোকমি-নোকমি চঙলকপা অদু উবকই।

মবুক্লীং মথুম-মবাং হৌই। ফুক হৌগত্তুনা চেনশীনখিদুনা কোনশিন্নীংলুই। অদূবু মদূ হেক তৌকবদুসু ঙম্দ্রে। মচীনবান্দদি নোকমি-নোকমি, মমীৎনা মবৌ লৈনা যেংদূনা লৈথোক্লি। ফক মথক্তুদা লোন্নবা লং, কাতা অমসুং লাইবিক খবসু চাইখাইবি।

দেবলাখোযগী ময়ূম অদূ থায়নগীগুম নৎত্রে। এল শেপ্তা, জিঙ্ঘনা কূপ্লদুনা লূনা-নান্না লৈবে। দাবীসু ছীডী চনশিল্লম্লে। শূমাঙ মচাদূদা আতোবগুলাপ খবসু শজীবুগী অয়ৌবী ফজবদা শাৎলম্লি। ইংখোল অকোযবসু নাশিক পাম্বীনা ঈকোঈ-কোয়না থাবি। থোঙ্গালদা অদুঙৈ দেবলানা তন হৌবম্বা হোতেল মচা অদুসু লৈবমদ্রে।

মনাক যৌববদা খম্বনা হাযবকই, "ময়ূমদা মী লাকঅ'সু কৌদে নহে!"

"ঐদি ঈঙক- ঙক্তনা লৈবম্মিবা। ঈমূংদা ফম্লুসে।"

"ঈমাহোয, ঈনাওহোয লৈত্রো?"

"ঈমাদি দুকান্দগী থেঙনা হল্লক্তনি। বিজযগা, মোনোগনা ঈনেখোযদা চৎখিদ ঙাযবি। ঐসু চৎলুসিবা খল্লম্বনি। পঙতন্দ- তন্দনা লৈহৌববনি। ইথন্ত পঙলৈদ লৈশিল্লগা হৈনবা- ওইনা তৌশিল্লক্লে।"

ফক হুগৎলমই। পোৎ- চৈ খোমজীন্দুনা ঈমূংদা চঙমীন্নে।

"চা লোল্লক্কে ফম্মম্মু," হাযবম্লগা চাকশঙলোমদা চঙখি।

মী ফম্ফম কা অদু পীক্তক্লা বাশি লৈ। মখা থংবা থোঙনাওদগী নুংশানা লুম্বু লুম্বু হাইজিল্লক্লি। লীগী তেবল অনেম্বা অমসুং লীগী চৌকিনা লৈতেং ওই। চৌকি মথক্তা লৈনচিংবা মযেক্কী ফিনা কোভব ওইবা ক্যাশন থাই। কাগী কাচিন অমদা মনিপ্লান্ট মবী অমা লীক্লীদগী ফক্লাঙদা কাখৎলি। মনাক্তুদা দেবলাগী মমাযনা থনবা নীংথীজবা ফোতো ফ্রেম অমা লৈ। অদুগা

মৌপ্পা- মনাওগী ফোতোশিংসু ফ্রেম চন্দুনা থল্লি। খোঙনাও মথক্তা ফক্লাঙদা লৈপবেং অকংবা অমনা কোয়শীল্লদুনা মীয়ায় চনবা নূপা অমগী ফোতো থেংলি।

খম্বনা দেবলাগী মপাগী ফোতো ওইবমগনি লেপ্লমই। লীগী তেবলদুগী মখাদা বেক অমা লৈ। আলবুম অমা থেংনৈ। খম্বনা ফাক্লগা য়েংই। দেবলাগী লাইবিক তল্লিঙৈগী ফোতো, মমান্নবীশিংগা পিক্নিক চৎপগী, অদুগা স্পোর্টস ঃ ওবগী, ট্রোফি ফংবগী ফোতোনা থল্লমই। য়েংবা নুংঙাই।

খম্বনা খল্লকই, "মশক্লা ফজবিবা, নুংঙাইনা হিংজগদবা দেবলানি। অদূবু মবায়বক থীবদগী মথোঙ-চাদবা ঐ অমগা থেংনবদনা নূংঙাইফম খঙলোইদৌবি। অদুবু মাগী মনাক্তা হেক লৈবগা ঐ শান্তি ফংবগুম তৌবি।"

দেবলানা কোফী পুখোবকই। ফ্রেঞ্চ তোস্ত খবসু শেল্লক্লি।

দেবলানা হাযবকই, "চে মচেৎ অমদা খবা ইশিল্লগা, মীবু কিহল্লম্মগা, থা অনী অহূম্বু তূমীন্না লৈথোকপা ঙম্মিকো।"

খম্বদি নোক্লক্লে। তপ্না হায়বকই, "চুমই নঙনা হাযবিবদো। ঐসু খল্লম্মিবনি। মথোঙ চাদবা ঐনা নঙবু চেন্নব'সি ঐগী অবানবনি। ঐদি কোফী লোল্লুবনু ঐ চৎলগে হায়গে'না ঙাইবল্লিবনি।"

"অদো হৌজিক্তি লোল্লুববনিনা থক্তদি থকখোদনা।"

"থকপবুদি থকখিনি। 'সুম ব্রাখল তৌকবদা নুংঙাইতবগী ব্রানি। ঐদি নঙ উবগা, নঙগী নাক্তা লৈবগা লাইফকী ক্রুয়েলতিজ মযাম ঙাইহাক কাউথোকপা ঙম্বগুম তৌবি।"

দেবলা মী অনী ফম্বা চনবা, খম্বনা ফল্লিবা লীগী সোফাদুদা ফমথে। মাসু কোফী থকপা য়াওই। খম্বদা মাগী থম্মোয়গী ব্রাকৎ মচা খবদং ফোংদোকসিবা খল্লুই। অদুবু নূংদা ঈশীং হৈবগা চপ মান্নগনি খল্লুবদা অমুক তূমীন্না লৈথোক্লমই।

শেবান্ননদুম হংলকই, "কমদৌবি'গে, নুংঙাইবিব্রো ?"

"মীনা ক'মদৌবিগে, হংলকপ'সি খুম্বা য়াম্না লুই। ঈবায লায়না নুংঙাইবি হায়বা অসিনা খ্বাইদগী ঈশম শমই। অদূনা নুংঙাইবি হায়না খুন্নগে।"

"খুম্বা লুববসু, ঐঙোন্দদি মতম খবা চঙলবসু খুম্বিবা য়াদ্রো ?"

"কান্নদে ঈবানি ঙাইহাক্তং লৈমিন্নবা ফংলিঙৈসিদা ঈংনা অমুক্ত পোত্থাবা য়াব্রা য়েংসি। কান্নদবদা মাথা শাবা ৱাবী শাখিগুমসি।"

"হায়দি হায়নীংঙকই, মাথা শাবা অসিগুম্বা থবকসিদা কৈদৌবৈ য়াওবদবিবনো ? থাঙ্গৈশেংবদি এমঃ এঃ সু পাস তৌববনি হৌজিক লৈবিবা ফীভমদো অদুম ফমনখ্রবনি। অদুবু ঐ অসিগুম্বা ৱাসী হায়ববোই। লৈবাক্কী, মীয়ামগী থবক তৌবিঙৈদা ঐ ইথন্তগী যেংলুবদি অফবা নত্তে। হযেং তৌগদবা ঈথৌ লোইববদা ঐবু খবা নীংশীংবীবকউ। ঐদি ঙাইদূনা লৈবমখিনি।"

খম্বা তুমীন্না হোযসু-মাইসু হায়দনা কোফী চিংদূনা লৈবমই। দেবলানা হাযকবিবা মযামদু হেঞ্জিনখ্রমাল্লে হাযনা নীঙঙল্লক্লে।

হংলকই, "শাউববো ?" অদূগা বেডিও থাগৎলমই। য়ুমশকৈশগী নূপীগী থৌবম হৌগৎলকই। দেবলানা হঞ্জিল্লক্কুনা ফমই, অমুকসু হংই, "শাউববো ?"

"শাউদেদা !" খম্বনা কোফী থকপদু লোইবক্লদূনা "চৎলগে দেবলা," হায়বকই।

দেবলানা খম্বদা পেহৌ পেহৌ যেংলকই, "চৎখিনু ঙাইখোবা। অসুক কুইনা উনদ্রগা ঙাইহাক্তং নীংথী-নুংঙাইনা ফম্মীন্নদূনা বাবী শাবগী চাঞ্জসু পীববোইদ্রা।" দেবলানা মমায লূকথবদূনা খম্বগী মৈগন্দা তুথবকই. খম্বগী মখূ পায়দূনা তুমীন্না হীপ্তুনা লৈখি।

মোইবাংথেম টিকেনগী ঈশৈ অমা বেডিওদা লাকই.

*"নুংশিবী নঙগা কাযনববা মতুংসিদা*

*ঐদি ওইবেদো মণ্ডলানগী পুন্সি .*

*.... .. ... ... ।”*

মবানীমক ঈশৈ তানা তানা তুমীন্না লৈ। খম্বনা দেবলাগী মশম নানবিবমই।

ঙাইহাক লৈবগা দেবলানা অমুক হৌগৎলক্লুনা খম্বগী লেংজুমদা মমায়না ঙাবকই। মমীত্তা ঈবা চেল্লি। খম্বনা মুন্না য়েংই।

খম্বনা তপ্না তপ্না চুপ্লীবকই । নুংশিবগী ঈথক-ঈপোম্না মখোয অনীবু ঈয়াযদা থাপ্না থাপ্না পুথোকখিবগুম তৌবকই।

---

*অকনবা শাফূগী ইবে*

তরামাথোই

# সিনাম কোম্ফগী কেম্প

খম্বগা দেবলাগা উনবগী মথঙগী নুমিত্তুনি। নুংথিল পূং মঙাবোম তাবে। শজীবগী থাখায চল্লকপা মতম্নি। নুংথিল নুংশা কন্না শাগৎলুবদগী নুমিদাংব্রাইবম নুংশা নেমথবকপগী মযাম হকচীক লাংনবা হৌনবক্লে।

উ-ব্রা, নাপী-শীংবী পূম্নমক অশংবা ফীজোল হোংলদূনা মালেমদা অনৌবা লেতেং অমা পীবকপগী ফজবা মতমদূনি। লশ্বী মপাল, লৈবক-লমশাঙ, হৈপাল-লৈপালনা থল্লি। মনাদি যাওদ্রবসু কুবাও মপান্না ঙাঙশঙ ঙাঙনা পাশ্বী থন্না শাৎলি। ইম্ফালগী কাচিন- কোযা শীনবা থুংনা কৌবুলিয়া মপালনা ফজহল্লি।

তাবমদাইগী নুমিৎনা তমযাদা কোবী চেল্লি। প্রুপ্রনবা মশেক্রা ব্রাখোঙদা যৈবদুনা অমুক হেন্না ফজহল্লি।

খম্বগা দেবলাগা শগোলবন্দগী লমজাওদা মখোঙনা খ্বাইবম্বন্দ কৈথেল পাংনা লাকমিন্নবি। দেবলাখোযগী মনে মশা ঙমদে, ডাক্তব কৌনৈ হাযবদূদা, মনাওশিংগা ঙবাঙসু চৎহৌদ্রবনিনা , ঙসী চংলূবনি। হল্লকপদা খম্বগা উনসি ঙাঙনখিবনি। নুমিদাংব্রাইবমগী ঈংথবকপা নামীবা নুংশিৎ লিবিবা অদুদা নুংঙাইবদূনা মখোঙনা অদুম লাক্লি।

মৈনো লৈবক্কী মপা যৌবমদাই অদুব্রাঈদনি। খ্বাইবম্বল্লোমদগী পুলিছ জীপ অমা থৌথবকই। দেবলাদি থোইদোকপা পূক্লীং থিংজিন্বা তৌকদে। খম্বদি পুলিছকী জীপনি হাযব থাপ্লপ্লদগী খঙলে। অদুবু থোইদোকপা ফীভম-শকফম হোংবা তৌদনা ব্রাবী শানদুনা অদুম চংলি।

জীপ্তুনা মায়য়োক্লনা নকশীল্লক্লবদা খম্বনা ফল্লপ য়েংশিল্লুই।

মমাঙদা ড্রাইভবগী মনাক্তা সেন্ত্রেল দিস্ত্রিক্তকী এসঃ পীঃ দুবে তোংই। মনীঙদা আর্মস নীংথীনা পুববা সিফাই মবীমুকসু য়াওবি।

জীপ্তু খজিক্তং হেন্দোকল্লগা তপথখি, অদৃগা খামখি।

খম্বনা, "দেবলা, মৈনো লৈবক ফাওখ্রসি," হায়বকই।

"কবিগীনো ?"

"কোন্না হায়গে, লাকও, ফাওখ্রসি," অসি হায়বদূনা খম্বনা লৈবক্লোমদা কল্লপ্পা খোঙথাঙদা থেকচীনবা হৌবকই।

খম্বনা মবুক্লীংদা খল্লকই, "ঐবু চিংনবা য়াওবে। অদুবু মখোয় থাঙ্গৈশেংনা ঐনি হায়বা খঙদ্রি। ইনদি-ইন্নবকখি'নি। গাড়ী মমায লৈবকপদা মতম খবদি কান্নখি'নি।"

দেবলাদা খম্বনা হায়বকই, "পুলিছ জীপ অমা খাল্লগা ঐবু মুন্না য়েংদূনা লৈহৌই। কবিগুম্বা লৈবকসিদা চঙলক্লবদি ঈবানী চেনগদৌবনিকো।"

দেবলাগী মিহুন কাঙলকই। অদুবু "হোয," হায়না খুমই।

"কবিগীনো, তল্লি, কাইনা লম হেন্বা য়াদেকো ঐনা হাযবা ইনগদবনি।"

"উম,"

মখোয় অনীনা ফনা যাম্না চঙশীল্লবা মতৃংদা ঙশাইগী পুলিছ জীপ অদু লৈবক্তা তপ্পপ্পা থৌজীল্লকই।

"দেবলা, পুলিছকী জীপতুবা য়েংঙু।"

দেবলানা তুং হন্না য়েংই, "ম্যাল্লি।"

"অদৃদি চেল্লসি, সে," হাযদূনা খম্বনা দেবলাগী মখূৎ চিংদুনা কন্না চেনবা হৌই।

জীপ অদুসু সেকেণ্ড গ্যাবদা কন্না ঙংদূনা পাইশিনবা হৌবকই।

থর্দ গ্যাব তাক্লবদা লম্বী অকুৎ-অতোঙ খবা লৈবদগী ইঞ্জিন মূৎলমই। অমুক ষ্টার্ট তৌবগা সেকেণ্ডদা অমুক তান্নবকই। মী পূম্নমক কুমহৈ য়েংদূনা লৈনহৌই। উচিন-নাচিন্না খূনীংথেক অমা য়ৌবফাওবদা জিপ্সু মিতব কুনমুক ৱাৎহৌবি।

খম্বনা "দেবলা, নঙ অদুম চেল্লুকো," হায়না লাউবন্নগা লৈবক্কী ওয় থংবদা, লৈবক ময়া নক্লা লৈবা, লৈপনগা লোয়নননা ৱাগী কোম্মোং পানবা থোঙ্গাল অমদা চেনশীল্লি।

দেবলা চেল্লুবদগী লকক তৌশই। অদূবু খম্বনা য়াম্নদি হৌদবা শাথিববা খোঞ্জেল অমদা লাউবকই, "দেবলা হন্না য়েংলক্কনু, নঙগী লৈজবী থাদুনা চেল্লো।"

দেবলা খম্বনা হায়বিবদূগী অর্থ খঙলকই। লৈজবী থাদূনা চেল্লি। হন্দ্রেদ মিটর্সকী স্পিপ্রন্ততগী হেন্না য়াঙলবা খোঙজেলনি। নুমিত্তু মবায়বক ফদূনা অনেম্বা সেন্দল অমা তোংলকই। কন্না চেম্বদা খুবৌ চেম্বা লৈতে।

খম্বনা লৈপূং মকুমদা লুমহৌবি। নোংমৈ পুথোকই। নীশানা চুম্নবা ঙাইদূনা লৈ।

জীপকী মখোলদুদা য়ৌবক্লে হায়বা খঙই।

এসঃ পিঃ দুবেনা জীপ লেপ্পবা লাউখিবা অদু খম্বসু তাহৌই। জীপ্সু মাগী মপাদা লেপই। ইঞ্জিন্দি মুত্রি।

খম্বগী নোংমৈদগী খুদক্তা গুলী অমা পাইথোকখিদূনা ড্রাইভবগী নাকোংগী হেক মমাঙদা পান্দূনা মকোক মনূংদা চঙখি। মথঙগী মীৎকুপ্তা অতোপ্পা গুলী অমমুক পাইথোকখিদূনা এসঃ পিঃ গী ওয থংবা থবাক্তা পানখি।

গুলীনা হেক পাম্বগা ড্রাইভবদূ লেকথখি। জিপ্সু হান্না গ্যাব যাওবম্বনা ড্রাইভবগী লেকথববা মখোঙ যেৎনা ব্রেক্কী পেদলদা নেৎলম্বদগী হাযথবক্কুনা এক্সলবেতবদা থেংখি। জীপ্সু পৈনা যেৎকী খোঙবাল্লোমদা লৈথখি। গুলীনা শোক্লবা এসঃ পিঃ না ব্রেক্তা চবেৎ নেৎশীনখি। জীপ্সু থক থক নোম্লন্নগা ইঞ্জিন মূৎখি।

খন্নগী অহূমশুবা গুলী অমনা জীপকী মনীংদা ফল্লিবা ব্রায়াবলেস ওপবেতবগী য়েৎথংবা নকমদা হাইজিনখি।

খন্না মীৎকুপ অমমুক পল্লুবমদ্রে। লৈপল মকমদা থুপ্পুনা অব্রাং ওন্দুনা শাবিবা য়ুম মচাদুগী মনীংগী দাড়ী ফাওদুনা চেনশীনখি।

জীপ মনুংদা তোংলম্বা সিফাইশিং অদূ ঙসাইনা মখোয়গী এসঃ এলঃ আবঃ স্তেনগন কার্বাইন ওতোমেতিক অদূ কাপ্পা হৌখ্রবনি। অদুবু গাডী অদু চুম্না থৌদবনা মখোযগী নিশানা চুম্বা ঙমখিদে। খন্নবা লৈবিবদুগী বেঞ্জ য়ৌবকখিদে। লৈপল মতোলব্রাইদা পাল্লগা তোকখি।

খন্নগী মাযকৈদগী ঙাইহাক কাপ্লক্রুবদা গাডীগী যেত্তা তোংলিবা সিফাই অনী অদুনা কোভব ওইননবা গুলী কুংনা অমুক খপথবকই। অদূগা গাডীগী ওযদা, ব্রাযাবলেস ওপবেতবগী মনাক্তা ফল্লিবা সিফাই অদু গাডীদগী চোংথবকই।

মানা জিপ মকমদা হাইজিনখি অমসুং কোভব অমুক তৌবকখি। অদূগা সিফাই অনীদূসু চোংথবকখি। মখোয অনীনা অমুক কোভব পীবগা, অহানবা সিফাই অদুনা কোম্থোংলোমদা চেনশীনখিদুনা লৈপল মকমলোমদা নোংমৈ কাপশীনখি। অদুবু খন্নদি লৈবমদ্রে। "হোৎচীল্লসী," হাযবগী ইঙ্গিত মখুৎনা তৌবকখি। মখোয অহূম শুমাঙলোমদা চেনশীল্লকখি।

মতাঙ অসিদদি খন্নদি যুন্নোন মবীমুক ফাওখিদুনা লৈবক্কী খূনীংথেক যৌদ্রিঙৈগী কোম্থোং ফাওদূনা, লৈবক লাম্থোক্রুনা লৈবক্কী য়েৎলোমদা কোম্থোং অমদা চেনশীনখি।

ইংখোলনুং অদূ নোংমৈ কাপ্পবা অদূদা থোঙ গম গম যৈশীন্দুনা ঈমূং মনূংদা অঙাঙনুবী, অহল-নহা পূম্নমক লোৎনখি। খন্নবা লৈবক্কী যেৎলোমদা অমুক লৈবম্বা শন্নল খোংবালনচিংবা চোংদূনা জীপ মনাক তান্না অমুক যৌবকখি।

মখাদা পাকথদূনা জীপ মনাক তান্না চেনশীল্লকখি অমসুং এসঃ পিঃ না পাযবম্বা ষ্টেন-গন অদু পাযখৎলগা ফীভম শেমদূনা সেকেণ্ড অমবোম অশোকপা অহূম অদুদা হেক লেংলকপদা কাপকদবগী শীংদুনা লৈবমই।

কনামত্ত লেঙলক্লবদা থুনা-য়াঙনা অশীবা হকচাঙ অহূম অদু জীপ্তগী ঈম্থখি। জীপকী শোদু অদুম যাওবল্লি। খম্বনা ইঞ্জিন ইগনিশন তৌদূনা থৌখি।

সিফাই অহূম অদুদি লৈকায়দুগী য়ূম খূদীং নৈখাইবি। খম্বনা গাডী থৌখিবা অদু ফাওবা মখোয়না লাউ- খোংলিঙৈদা গাডি মখোল তাহৌদে।

খম্বনা লৈবক পবীং অসুম থৌবকই। দেবলাদি সেগা লম্বী তাগদবা লৈবক মচীন য়ৌবন্নে। কোছোংদা অঙাঙ নূপী লেপতুনা, "লৈশাবী অমা চেল্লি'সিবূ কৈদৌববনোনহে," শোন্ন-লাউনবল্লি। খম্বনা গাডী থৌবকপা অদুদসু "হৈ অঙাঙশা, গাডী লাকএ হন্দোকউ, হন্দোকউনহে," লাউনহৌবি।

গাডী মখোল তাবদা দেবলাদি অমূক হেন্না মিপাইবা অমগা লোযননা চেনবগুম তৌবি।

খম্বনা "দেবলা, দেবলা ' ঙাইখোও, ঐনে। ঐ ইথম্তনে," লাউবকই।

দেবলা চেনবা তোক্লে। খম্বনা ক্বাকৈথেল লম্বীদা দেবলা থিনবা ওইনা থৌথবে।

দেবলা কূমথহৌবে। মখোযগী লৈবক মপাদা কূমথহৌদে, য়ূম মবক্তা ফাওজীন্দূনা মযূম যৌবা যাবা থোঙ্গাল অমদা কূমথহৌই।

খম্বনা জীপতূ থৌথদূনা শঙাইব্রৌগী লম্বীদা থৌজীল্লকই। মী পোং লৈতবা তানফম যেংদুনা নোংমৈশিং অদু কেব্রা পাম্বীনা কূপশীনবা খোংবাল মচা অমদা লোৎশীল্লি। অদুগা গাডী অদু মযায কোযবীগী লম্পাক মচা অমদা থনমলে।

মখোঙনা শগোলবন্দ তাবকখি। নাউবেম ফাইবোক থোং ফাওদোক্লুনা ঊবীপোক তাবকই।

কেম্প অমত্তদা লৈমিন্নবা ঈবোচাউবগী মযুমদা চঙলকই। মহৌশাগী উন্নফম কা মচাদুদা ফম্মীন্নে।

খম্বনা হংলকই, "চন্দ্রকান্তখোয় শোকই হায়রা ?"

"কমবেদ কুলচন্দ্রগা, তোয়ায়গা লৈখিদ্রে। চন্দ্রকান্তনা খুবোমদা গুলীনা পাল্লে।"

"অস ! ঐদি পুলিছকী মী অনী শি, মবীখক্তা শোকই হায়বা তায় । চন্দ্রকান্তসু শোক্লবা, কমবেদ কুলচন্দ্রগা, তোয়ায়গসু লৈত্রবা । অস, নুংঙাইতেদা কমবেদ। চন্দ্রকান্তদি পাউ খঙখিদ্রবজাংলা ?"

"পাউ পীবা মীগা মিস চংনববজাংনি।"

"চন্দ্রকান্তদি কদাযদা লৈবি ?"

"সিনাম কোম্ফুগী কেম্পতুদা অসুম লৈবি। ঐনা কমবেদপু পাউ পীগে হায়না ঙসী অয়ূক্তগী কোয়থী থিবক্লিবনি।"

"চন্দ্রকান্তদি ফীভম কমদৌহৌবি?"

"থোইদোকপা কা হেন্না শোম্বুবদি তৌহৌদে। চংপদি য়াম্না ৱানা চংলে।"

"দাক্তব অমা পুদবা য়াদ্রে অদুদি।"

"কনা কৌকগনি?"

"ঐনা দার্জিলিংদা লৈবিঙৈদা কলকত্তাদা তম্লকপা, এমঃ এসঃ পাস তৌববা অমা লৈ।"

"যাবক্কদ্রা?"

"য়াবক্কনি হায়না থাজে। য়েংবা তাইদনা, য়াদ্রগা নোংমৈনা মকোক্তা নম্মগা পুবতাই।"

স্মূতবদূ নম্বব অমমুক হোংলম্লে। মমাঙদসু মনীংদসু লৈবোং খবা যেকশীল্লম্লে। ঈবোচাউবনা তৌবা মীনা নম্বব খঙদনবা টেক্লিক্লি।

লৈবক- খুল্লক ফাওদূনা থাঙমৈবন্দ য়ৌবকই। ডাঃ ওকেন্দ্রখোযদা খম্বা মথন্ত চঙলক্লে।

হোস্পিতালদগী হল্লকপদ ওায়বল্লি। মাগী কাদা চা থক্লল্লি। খম্ববু উবদা হাবাও হবাও কৌশিন্দুনা ফমহল্লি।

খম্বনা অশেংবা হায়দোকই। ডাঃ ওকেন্দ্র অহানবদদি য়াদে। হাইফেৎ ৱাখন্দি তৌই। অদূবু অশোকপা- অনাববু অওম্বা সেবা তৌবা হায়ব'সি ডাক্টবগী মাথৌনি, অদুগীসু মথক্তা খম্বদি চহি খবগী মমাঙদা চেৎন- তিন্নবম্বা মকাপ্লি। মুন্না মশক খঙথ্রবা থম্মোয় শেংবা মীনি।

অমুকসু খল্লুবগা যাম্না কিজে। তৌনিংদে, য়াওনীংদে। অদুবু খম্বগী শকফম অদু থ্যাযনগীগা মান্নদ্রে। তৌগে নীংবা থবক অদু ঈবায- লাযনা নাচুংবা যাওদনা তৌবক্কদবা মীত্তা মাল্লে। মদুদা য়াহৌদ্রগা মাবু নোংমৈ গুলী ওইনা পীবক্কদ্রা চিংননীংঙায ওইবে। গভর্ণমেন্টকী কেয়ব তেকব গোজেন্দ্রবুসু পৈশা খায়বা লাকপদা পীবক্তবগী হার্টতা বূল্লেত কাপশীল্লম্বগী ৱাবী ফোঙ- ফোঙ শাবিবনি। ৱাখল অসিতনা, “যাইনে, লম যেংবা ওইনা কোইকসি,” হাযনা ঈচম- চম্বা ৱাখলদা পুথোকখি। দবকাব লৈগদবা হীদাক অমসুং খুৎলায খবা ডাঃওকেন্দ্রনা খোমজীল্লে।

মখোয় অহূম স্কৃতব অনীদা চৎখি কোইবেঙ্গৈবোমদগী হৈঙাও- কোম্বাবোমদা ফাওজীনখি।

---

তরানীথোই

# মীয়ামগী চাংয়েং

অহানবা লাঈয়েঙলুবদৃগী মতূং নুমিৎ তবানীবোম লৈবগনি। ডাঃ ওকেন্দ্র হায়নখিবগী মতূং ইন্না ঙসী অমুক সিনাম কোম্ফৃদা লাক্লি।

স্মৃতব অসুম থৌবকপনা খুন্দ্রাকপম য়ৌবমদাই অদূৱাঈদা মনীংলোমদগী মোতোব বাইক অমা কল্লপ্না থৌগৎলকই। থৌবকলিবা পাখঙ অদূনা হংলকই, "ডাক্তব কদায় য়ৌবিগদৌবিবনো?"

"আ, ঐ শগোলমাঙ য়ৌজগদৌবিবনি।"

"অনাবা য়াওবগীবা, কবি থবক্কী ওইববনো ?"

"ইমান্নবা ডাক্তব অমা লৈবা, মনাক্তা সুম কোয়কগে তৌবনি।"

"অদূদি লশ্বী তিন্নবিনে 'সুম চংমীন্নব্রসি।"

"অ ..ম ঐদি লশ্বীদসু খবা পনগদবা লৈ।"

"পনগদৌবা মফমদা অদুম পনবীহৌ, মতেক অমদি' সুম খোঙবূ ওইবা য়াইদনা।"

"ঐবু কবম্না শক খঙবীবা ওইববনো ?"

"এঃ ডাক্তববু কবি খঙজদনে'গে। হন্দক অনাবা অমা হোস্পিতালদা পুজবক'অম্মে, অদূদা খঙজবনি।"

"কবি মিং কৌবিবনো ?"

"রমেশ কৌজে।"

"কবি থবক তৌবিবগে?"

"ডাক্তব, চিংনবিব্রা কবিনো ? য়াম্না কৃপথনা হংবিবকখ্রেদা ! হৌজিক্কান'।া নহাবোল নোংমৈ- পাযবা ভুৎশিংদু ওইবমগনি'অনা চিংনবিব্রা?"

ডাক্তব ওকেন্দ্র মমায় ওহ্মোক্তনা নূপা অদূদা য়েংলকই।

হায়বকই, "অদুগুন্না লোন্দাদু পওভাও ভাওবীকগনুকো। মখোয়দি লৈবাক্কী মীয়ামগী সেবাদা মথ্বায় কখোকচবগে'অনা চোংথোবক্লবনি হায়নৈ। মখোয়গী মমীংদা জুগোৎ চাদবা মী খববুদি থোক্লকঅম্বা য়াই। অদুবু মখোয়দি অমবোমদা মবূক অনী লোঙদ্রবা শিবা কিদ্রবা মবৈবাক নীংবা মী ভাক্তনি হাযনৈ।"

"ডাক্তব সাহেবতি মখোয়বু য়ানীংবা জাৎ ওইবে।"

"ব্রাহওদুগী পাউখুমদুদি য়াম্না লুই। অদুবু খন্নবা তাবগদি হৌজিক্কী শাসন অসিদা ঐখোয় মৈতৈ মচাশিংদি য়াম্না মাওজবা ওইববনি। মসি থাঙ্গেশেংবদি মণিপুবনা বাজনিতি মশক খবা খবা খওনবকপা মতমদূদা, চউজনিংবা, নিংথৌ- ওইনিংবা মীওঙ্গ খবনা তুংদা কবি থোক্লক্কদগে খওদনা মণিপুববু অবানবা মায়কৈদা পুশিল্লম্বনি। পূন্না তিন্নবা য়ানবা ভাওনবক্কে হায়না ব্রাচৎলূবা অহল খবনা ব্রাখল ঈখল- খলহৌদনা, তুং- মাঙ ঈয়েঙ- যেংদনা, ভাবত্তা তিল্লগা মখোয়গী অচাওবম কাবা খবা ফংজগদ্রা 'অনা হেক্ত যোম্হোকউবনি। ঐখোয়গী কান্ননবা, কন্দিশক্স এন্দ এগ্রিমেন্টস অমত্ত থমহৌদবনি। খবদং থমহৌবা অদুসু ভাক্লা চৎপীনবা ইন্দিযা গভর্ণমেন্টনা হায়বা ওমজদ্রবনি। হৌজিক নহাবোলনা হৌবক্লিবসি মায পাকপা পাক্তবা, লৈবাক ভাক্লিবা মীশিংদা পাবা মচা অমদি তম্বিগদৌবি।"

"য়াজবে, য়াজবে। ওকচবে ডাক্তব, ব্রাবৌবিবা যাদে। ঐসু কমবেদ খম্বখোয়গী কেম্পতা লৈজবনি....।"

ডাঃ ওকেন্দ্রনা মবৌ লৈনা নোকই।

নূপাদূনা অদুম চথবকই, "খম্বদি হায়বনি, ডাক্তববু কবিসু চিংননীংঙায় লৈতে'অনা। অদুবু ময়াম্না সিক্যবিতি খবা লৈবদি ফৈ হায়নবক্লদুনা ঐবু ফীভম য়েংলুচো হাযনা থাবক্লিবনি। ডাক্তবগী তুংদা পুলিছ

মিলিতবি ইন্নবকপসু য়াই হায়নবক্তনা কাওবৃ অমসু খূন্দ্রাকপমদা লন্থী য়েংদূনা লৈহৌবিবনি।"

ওকেন্দ্রনা ফাগি তৌবকই, "ঙসাইমখৈ ঐগী ইতৌ য়েংগে 'অনা ৱাবী তৌবীবল্লিবজাৎ ওইবে। হৌজিক্তি ঐবু কবম্না থাজবীবিবা? হৌজিক- হৌজিকসু ঐনা মিলিতবি খোম্পাক অমা লাক্লনবা শীল্লন্মগা লাকপা ওইবন্নবদি কমদৌবা ?"

"ডাক্তব সাহেব, ঐখোয়সু হেক ঈপঙ- পঙবা মীদুদি নত্তেদা। মীগী পূক্লীংদা কবি ৱাখল লৈ হায়বসে, ৱাঙাঙ- শঙাঙ মায়খোঙদগী খবমখৈদি অদুম খঙবনিদা। মী অমনা ঙাঙলিবা অসি পূকচেল শেংনা ঙাঙলিব্রা নত্রগা মবূক লোৎলগা ঙাঙলিব্রা হাযবা অসিসু অদুম মখঙবনি।"

\+ \+ \+

খন্থগা চন্দ্রকান্তগা ডাইবি অমা ফাক্লুনা য়েংলল্লি। চন্দ্রকান্তনা ওফিসব ইন চার্জ ফাইনান্স এণ্ড এক্সপেন্দিচবসু ওইবি। মখোযনা পাঙথোকখ্রবা ওপবেশন মযামগী বেকোর্ডসু মানা থমজিনবনি।

মখোয অনী চঙদুনা ফাক্তোক্লুনা য়েংমিন্নবল্লি।

মখোযনা এসাসিনেৎ তৌখ্রবা মীশিংগী মমীংগা তাবিক্কা কোন্ননা যাওবল্লি।

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | ওক্তোবব | তাবিখ | ৮ | —— অঙাঙহল, ছীঃ এমঃ |
| ২। | ,, | ,, | ,, | —— গনমেন, (আইঃ জিঃ পিঃ) |
| ৩। | ,, | ,, | ৯ | —— কেদব সিং, আইঃ জিঃ পিঃ |
| ৪। | ,, | ,, | ১২ | —— গোজেন্দ্র, ফাইনান্স মিনিস্টব |
| ৫। | নবেম্বব | ,, | ৭ | —— ছীঃ আবঃ পিঃ জমাদাব |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৬। ,, | ,, | ,, | —— ছীঃ আবঃ পিঃ কনস্তেবল |
| ৭। ,, | ,, | ,, | —— ছীঃ আবঃ পিঃ কনস্তেবল |
| ৮। ডিসেম্বব | ,, | ১৯ | —— বিঃ এসঃ এফঃ সুবদাব |
| ৯। ,, | ,, | ,, | —— বিঃ এসঃ এফঃ জামাদাব |
| ১০। ,, | ,, | ,, | —— বিঃ এসঃ এফঃ কনস্তেবল |
| ১১। ,, | ,, | ,, | —— বিঃ এসঃ এফঃ কনস্তেবল |
| ১২। এপ্রিল | ,, | ৭ | —— কুলবিধূ এসঃ আইঃ ইন্তলিজেন্স |
| ১৩। ,, | ,, | ৮ | —— এসঃ পিঃ দুবে |
| ১৪। ,, | ,, | ,, | —— দ্রাইভব নুংশিথোই |
| ১৫। ,, | ,, | ,, | —— এমঃ আবঃ জমাদাব |
| ১৬। ,, | ,, | ,, | —— এমঃ আবঃ জমাদাব |

মখোয়না খোমজীল্লকপা পৈশা লূপা লাখ অনী লীশীং কৃষ্ণাতবেং চামনীপাল শুবে। খূৎলাযদি মখল খূদীংমক্কী পূনশীল্লগা তবামবী শুবক্লে। কেম্প খূদীংমক্তগী খূমাঙ চাওশীন্না থবক পাঙথোকপা মখোয়গীসীনা খ্বাইদগী হেল্লি।

চন্দ্রকান্তগী মখোঙসু ফনা মপূং ফানা ফববনি। মখোয় অয়াম্বনা র্ফস্ট এইদ ত্রেইনিংদগী দ্রেসিং তৌবা ইঞ্জেকশন তৌবনচিংবা হৈবকই। ডাক্তববু অমুক্তংগা লাক্লুনা চেক- অপ তৌবিযূ হায়নখিবগী ব্রানি।

অদূমকপু ডাঃ ওকেন্দ্র লাকপদা খূৎলায পাযবা মী কয়ানা কেম্প অদু কোযশীল্লি। কবিগুম্বা ডাঃ ওকেন্না সবকাবদা তাকলুদুনা আর্মি পুবক্লবদি খন্দুনা।

ডাঃ ওকেন্দ্রগা কমবেদ মঙ্গিগা চঙমীন্নবকপদা খম্বগা চন্দ্রকান্তগনা ফাক্লন্নিবা চেয়ামশিংদূ লোইশিল্লি। লোৎশীল্লি।

"ওকেন, চঙওকও ! লাকপিবা য়াম্না নুংঙাইজবে।"

ওকেন্দ্রনা "অনাববু কমদৌবগে?" হংলকই। খম্বনা খুমই, "ডাক্তর সাহেবনা তাকপীবম্বা হীদাক, দ্রেসিংকা তৌবদা পুংফবু ফবে। ডাঃ সাহেবকী লমন কাউজবোই।"

"ডাক্তর ঐখোয়না খ্বাইদগী নুংঙাইজবা পাউদি ঐনা য়েংজবা অনাবা ফবে হায়বা, সিনি। য়াম্না নুংঙাইজবে।"

"অনাবনবু ফববদি অনাবগী পার্তিসু নুংঙাইবা মশানা তাবনি। লমন তোঞ্জবে হায়জবিবা অসিনি।"

মাগী পোৎ-চৈ থমই, ফমথে। ময়াম চা থকই। ডাঃ ওকেন্দ্রনা ঙাইহাক ব্রাখল অমা খল্লুবগা হায়বকই, "মকুপখোযদা ঐ ব্রাহঙ মচা অমত্ত হংজগে ব্রাবৌবিবোইকো ? খববদগী, কবিদগী পাউদি যাম্না তাজবে। থাঙ্গৈশেংনা ঈমীৎনা উববসিদা ব্রা খবা হংজনিংলকপগী ব্রানি। মকুপখোযনা তৌবিবা মুভমেন্তসিগী পান্দম্ব কবিনো?"

খম্বনা খুমই, "ময়াম্নসু অদুম খঙনবিবদূমঙায ইন্দিযাদগী তোংঙাল্লগা সোভবেইন ষ্টেত ওব কস্ত্রি ওইনা লৈজনবগী ব্রানী। অদুগা অফবা সবকাব অমদা খুৎশীন্নবা।"

"ঐগীসি ঐনা বাজনিতি য়াম্না খঙই হাযনা মবৈ যেৎপদি নচ্চদেকো। ঐখোযগী মণিপুবসিদি পীকত্রবা মফম্নি, মীশীংসু যামখিদ্রবা, লাযস্-লায়বত্রবা, ঈশাগী মহৌশাগী পোখোক নত্রগা খোংগী পোখোক হায়বদি যোৎকুম্বা, কোইলাগুম্বা, প্রেট্রোলগুম্বা অমত্তসু ফংদে। হব্রাই, আলু, থাউ, ফি-বোল, খোঙউপ মীঙোন্দগী তাংজবা ঙাক্তনি।"

"চুমই, ডাঃ সাহেব। মদুগী ব্রাহঙদূনি ময়াম্না তত্তনা হংনবিবা । ঐখোযসু খন্দবা নত্তে। হৌজিক হৌজিক ঐখোয় মীঙোন্দা তাংজদূনা লৈতবা নত্তে। অদুবু ইন্দিয়াদা তাংজবগী মহুত্তা খবা হেন্না ফবা ঈনাকখুনবা, ঐখোযবুসু ব্যাবাহাব তৌবিগদবা লৈবাক অমদা তাংজবনা ফত্রা হাযবগী ব্রাদনি। হৌজিক হৌজিক ইন্দিয়াদি চবা হেনবনা পৎ পত্তুনা শিবগদবা চুদৎনববীনি। অদু ওইববসু মবৃক্তি ফৌদনা, মবৃকসু হাযনীংঙাই লৈতনা ফত্তে। নোংপোক্রোমদা

লৈবা, চিদাইগী লম ঐখোয়গীদমক্তা মখোয়না খনবীদে, সেকেণ্ড অমত্তসু মতম মাঙহন্দে। নত্তে, মখোয়না লম খোপচীনবা নত্তনা ঐখোয়গীদমক্তা কবি তৌগ্রবগে ? মখোয়গী লোন তম্মু, মখোয়গী মীনায় ওইয়ু, মখোয়গী ধর্ম্ম চৎলু, অদুবু ঐখোয়দি চাউখৎলকপা য়াদে, আইঃ এঃ এসঃ ওইবা য়াদে, দিল্লিগী য়ুনিয়ন মিনিস্ত্রদা য়াওবা য়াদে, অসি নত্তনা কবি লৈবি ? ঐখোয়না ফংলিবা আলু, হৱাই, থাউ, ফিবোল, খোঙউপশিং অসিবু ইন্দিয়াদগী হেন্না অতৈ লমদগী হেন্না ফংনিংঙাই লৈত্ৰবৰনে? হৌজিক হৌজিক ইন্দিয়াগী পোৎ- চৈবুদি মোবেবোমদগী লাকপা পোৎ- চৈনা হেন্না হোঙলিবসিদি? অদুগীসু মথক্তা মৈতৈ, নাগা, মিজো, খাসী নেফাগী মীশিংবুদি মখোয়না ইন্দিযান্নি হাযনা লৌবা ঙমদে। ঐখোয়না দিল্লিদা লৈবিঙৈদা হিন্দিগী মুভী য়েংবদা মখোয়না ঙকই, মহাভাবতকী ৱাবী খঙবদা মখোযনা ঙকই। মখোযনা ঐখোযবু হম্বুনা য়েংই, মণিপুববু খঙবদি লাযবদনা মমীং ফাওবা তাদে খঙদে হায়বক্কনি।”

“মসি মযামসি খল্লুবগা ঐখোযনা কবি তোংজবা ফংদুনা অসূক চাওখৎনববা মতমসিদা মখোযগী মথূন চূপ্পুনা হিংগদৌবিবনো? অদুগী মহূত্তা ঐখোযগা শক- চু খবা মান্নবা, চীঙ্গাক, হৌন- লোনচৎ খবা মান্নবা ঈনাক- খুনবা, পৱাব লৈবা চাইনাগুম্বগী মতেঙ লৌবনা হেন্না ফত্ৰা? ঐখোযবূ মতেঙ পাংনীংবসূ মখোযনা হেল্লি। হৌজিকী ফীভম অসিদা ঐখোযগী মণিপুবনা চাওখৎলকপা ফগৎলকপগী আশা কয়া উদে। হেন্না মতেঙ পীগদবা, মীনাযনি খল্লোয়দবা, অমগী মতেঙ লৌবনা হেন্না ফত্ৰা ? হৌজিক ঐখোযগী ইজ্জৎ, নাপল পূম্বা মাঙখ্রে। মৈতৈ মচা অমনি হায়বদা হবাওনীংঙাই লৈত্রে।”

“মসিদা ময়াম্না খনবীবমগনি চইনাগুম্বনা ঐখোযগী লমদা ওইজবা থিবক্কনি, চুমই, খন্নবা য়াবা ৱাফম্নি। অদুবু মসিমদি চাউথোক্লা হযবা ঙমই, মখোযগী পাৱাব কনখৎনবা ন্যুক্লিযাব বেজগুম্বা অমা থম্না নত্তনা অতৈ কবিসু তৌবোই। মদূ লৈবগা মণিপুবগী অফবত ওইফম থোকই। মদূ থম্নবা হোৎনবকপদা, ইলেক্ট্রিছিতি, লম্বী- থোং, ঈশীং, ফগৎলকপা মশানা তাবনি। মদু ঙাক্লনবা চাইনাগী আর্মি লীশীং অমদগী হেন্না থাবক্লীঙাই লৈতে।

ঐখোয়গী ঈশাগী লৈবাক ওাকপদা মখোয়না খুৎ থিংজিল্লকদবা লৈতে। ইস্টবনেসনেল রিলেশন্সদি মখোয়গী মবা তাদবা য়াদবা লাকপা য়াই।"

ডাক্তর ওকেন্দ্রদু মরক্তা বাহঙ খরা থৎনীংখি, অদুবু বাবী লোইবা ওাই। বাবীদু লোইনা তাকবদগীদি মা মখা মবৈকা য়েৎনীংখিদ্রে। অদুবু বাহঙ অমা অনীদি হংনিংলি।

"মকপখোয়না অসুক চপ য়ুংনা লেপ্লীববদি থবক শৎ-শৎ তৌশিন্দুনা মকপখোয়গী পান্দমদু থুনমক ফংনবা তৌবা য়াবেনা।"

"চুমই, ডাঃ সাহেব ! অদুবু মীয়ামগী অপাম্বা য়াওদনা ঐখোয়না নম-হাদুনা সবকাব পায়নীংদে। মীয়ামগী অয়াবা, অপাম্বা য়েংখিবা তাবনি। হৌজিক ঐখোয়বু পবিক্কা তৌবিয়ু হায়না মীয়াম মমাওদা পুথোকচবি। চহী তবামওামুক্কী প্লান্নি।"

"মপানগী মী, ময়াওদি ঈহাৎ-হাত্তনা ঐখোয় মশেলগী ওইবা মী ওাক্ত হাৎলিবদি কবিগীনো ?"

"থাংজৈশেংবা মায়য়োক্রবা লানফম থেংনদ্রিবৈদা খুবক্কী ঈনা লাই শাবা ত্রেইতব হান্না লোইশিনবনা শোয়ফদ্রবা লাল্লোংনি। জর্মন্দা হিতলবনা পাবাব লৈবা গ্রেতব জর্মনি শেমগৎলকপদা ত্রেইতবশিংবু হান্না লোইশিনখিবদগী মায় পাকপা ওমখিবনি। অদুবু কা-হেন্না কাবাম্বা পান্নদগী জর্মনি অমুক হন্না মচেৎ-মচেৎ কায়খিবনি।"

স্বব শাংনা অমুক হোল্লগা মখা চখবকই, "অদুগী মথক্তা ভাবত সবকাবগী হায় ওকিছিয়েল হান্না পায়করবদি, ভাবতকী অচৌবা লাম্মীগা লাওাও অমা থুনা লাকনি। ঐখোয়না মদুগী লাম্বা পাবদা কিবগী বাদি নত্তে। ঐখোয়না মায় পাক্লবদসু ত্রেইতব কয়ামুক হিংহৌবা য়াই, অদূনা মতম চওনা ত্রেইতব হান্না লোইশিনবা তাবনি।"

ডাঃ ওকেন্না স্বব শাংনা অমুক্তং হোল্লগা হায়বকই "তাবা য়াম্না নুংওাই। হায়বিবশিং অদু ঐখোয়না খল্লুবা ওম্বা নত্তে। য়াম্না হংজিল্লকই হায়না বাবৌবিনু। চহি তবামওা কুন্দং ওাইবিবৈদা নাগা মিজো মুভমেন্ত লোইশিনখিবগুম মণিপুবগীসু লোইশিনখ্রবদি কমদৌবা ?"

"অদুদনি ডাঃ সাহেব, ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক মীযামগী চাংয়েং মায়ৎ ম্রাক যাজবি হায়জবিবসে। চাংয়েং অসিবু মায় পাক্লবা, ঐখোয়না শোয়দনা মায় পাক্লে হায়না লৌবা যাবে। মবম অদুমক্রুসুনি ঐখোয়না ত্রেইতব হান্না লোইশিনফম থোকই হাযজবিবসে। ঐখোযগী কেম্প লোইশিনখিবা তাববদি, মদূ ঐখোয়গী অমসুং মীয়ামগী মবক্তা ত্রেইতব য়াওবকপদগীনি। লোয়ন-লোয়ননা ঐখোযগা ভাবত সবকাবগী ইন্তেল্লিজেন্স নেত- ব্রার্কা মতম চুপ্পদা শীংনদুনা লান থেংনদূনা লৈবা তাবনি। ঐখোয়গী ইন্তেল্লিজেন্স ব্রার্ক শোল্লগা মখোযনা লাকচখিবা তাবনি।"

"ঐখোযনা মায়থীবা তাববা, মদূ ঐখোয়গী ঈশাগী মতীক চাদবনি। নোক্লা- নোক্লা মাযথীবা মায়োক্লগনি। ঐখোযগী পুন্সি থব্রায হকচাঙদি ঈমা- লৈবাক্কী, মীযামগীদমক কখোক্লবনি।"

ডাঃ ওকেন্দ্র চন্দ্রা মহীগা খোইহীগা শেন্বা অদুসু থকপা লোইশিল্লক্লে। ব্রাবীসু লোইশিল্লক্লে।

"ব্রাবীসু যাম্লা নুংঙাইবি। ঐনা হংনিংবা, খঙনীংবমখৈসু হংলে- খঙলে। মখা হংনিংবা ব্রাহঙ লৈজদ্রে। অনাবসু ফববনিনা ঐ অমুক যৌজবগে।"

ডাঃ ওকেন্দ্রনা স্কুতব থৌদোবকপদা নুমিদাংব্রাইবমগী মৈশা হন্থবকপা মতম যৌশিল্লক্লে। চীংযা-তমযা, খুনযা-লোয়যাগী নাপী-শীংনা, উপাল-ব্রাপাল যেংবদা ঈশঙ-শংই। পূক্লীং ঈনৌ নৌই। ফজবা, থোং... নৌবা উবদা পুক্লীং হূই। মমা- লৈবাকপু খংনুং- নুংশিবকই।

মাগী হকচাঙ পূক্লীং ব্রাখল পূম্নমক ঈযাঙ- যাংথোবকপগুম তৌবকই। তযাং- তশোইবগুম তৌই। ত্রেইন ব্রাশ তৌবক্লবা মী অমগী পাংখক্লুম পূক্লীং হকচাঙ ঈতাউ তাউনা মযুম যৌখি। জর্নেলিস্ত ওইবম্লনা ফজববা ফিচব অমগী মচাক লৈবে হাযনা হবাওজবমগদবনি খল্লকই।

অদুবু মশাগী অচুম অবানগী ব্রাখলনদি তিংখংগী মতৌগুম্না অমুক অমুক থিল্লি। "ঐনা ঙসী তৌকবিবসি ধর্ম্মগী প্রোফেসনগী যেংলুববাদ অচূম্বনি। অদুবু আইনগী মীৎযেঙদদি অবানবনি। আইন কাযববদি দণ্ড

ফংফম থোকই। আইন পায়বিবা মীনা ধর্ম্মগী মওঙদা খন্দোকপিববদি ফৈ। কবিগুরুম্বা মীনুংশি খঙদবা মী ওইবম্লবদি ঐবু ওৎপী নৈবিবকপা য়াই। অদুমকপু পৃথিবীগী ইতিহাস্ত ডাক্তবশিংবুদি ওৎ নৈবা কয়া তৌনদে।" অমুক নুংঙাইথোকই। "কাল্লে ফূই, কান্দ্রে ফূই, ওহোকপা শিনফম্লি।" হায়না মথন্ত অমুক নিন্দা তৌজৈ।

---

অকনবা শাক্পী ইরৈ

তরাহুমদোই

# নুমিদাং ৱাইরমগী ক্কা মতপ

মণিপুরদা শিংলিবা নহাবোল লালহৌবশিংগী নুংশিং অসী মায়য়োক য়ানবা সবকাবগী থৌবম থৌবাং কয়া পায়খৎলক্নি। অঙাঙহল শিখিঙৈদগী মতম খবদি সবকাব লৈবমদে।

মচোই মচোই তাববা পার্টি খবা খোমজিল্লগা মমৈথঙদা সবকাব অমদি শেমখ্রে। অসুক কিনববা মতমসিদা মীয়াম্নসু তুক্কৎচনববা ফাওবদা চিফ মিনিষ্টব ওইনিংবা মীদি ৱাংপা লৈত্রি। মফম মবাং খঙনদ্রবা, লৈবাক কাংখোং চাইনববা মতমসিদা লৈবাক শেমগৎকনি হায়দুনা চোংথোবক্লিবা পার্টিগী লুচিংবশিংসিসু তৌবগীবুদি অমবোমদা নূপা থোকই। থাগৎনীংঙায়নি।

অদুবু লৈবাক অসি হেন্না লৈখা তাবা হেন্না লায়ব চূদৎনবা মওঙদা পুবক্লবদি মাগী মমীংদি ইতিহাস্তা ময়েক লাবোই। তৌবগীবুদি হিংলিঙৈদা নুংঙাইনা হিংদোকহৌগে খনবা কাঙবূগীবুদি লৈবাকী, প্রজা মীয়ামগী, ইতিহাসকী খল্লুদুনা কৈদৌননি। হেন্না শক্তি পায়শীনবা, তৌনিংবতা তৌবা অদুসু নুংঙাইবা পুন্সি মখল অমনি। বিচাব তৌবক্কদবা মীযামগী খল্লুদ্রবসু থোইদোক্তে।

ঐসু, মীসু, পৃথিবীগী জিব পূম্নমকসি ৱাখল, পুক্নীং, ফীবেপ চপ মান্নববদি পৃথিবী অসী কয়াদ নুংঙাইগ্রবা, ফজগ্রবা স্বর্গগী কাননন‍া লৈতেংলবা অপ্রাবতি অমা ওইবমগদবনো ? অদুবু মদু খক ওইথোক্তে পোকপদা মফম, মতম, মমা- মপা, জাতি- ধর্ম্ম অমসুং পোবপগী পুংফম, শক- শাবান খেন্নবগী মতুং ইন্না ৱাখলসু তৌথোবকপা থবকসু অদুম হেক্তা খৈন্নে।

*ঋকলবা শাকুগী ছুঁরে*

ধর্ম্মগী, বাজনিতিগী, আইনগী ঈযেঙ- য়েংদনা, পৃথিবীদা লৈবা মী খুদীংমক্তা মাগী মাগী ব্রাখলদা ফাওবকপা অচুম অবানগী চপ- চাবী ঙাক্তনা থবক চত্থনববদি মীওইবগী পান্দম 'স্বর্গগী লৈকোল' হায়বদু ফংফম থোকই। থাঙ্গেশেংবদি মীওঈবগী খ্বাইদগী চাউবা ধর্ম্মসি মসি ঙাক্তা চৎপা ধর্ম্ম অদুনি।

ঙাওববা নত্রগা মাথা চোইববা মীগীদি খণ্ডদ্রে, চুম্নগী সাধাবন মী অমগী ব্রাখন্দা হূবানবা, পৈশা চাবা অসিনচিংবা অসিবু মশাগী অচুম-অবানগী ব্রাখন্দা কৈদৌঙৈদসু অচুম্বনি হায়ফম থোক্তে। মাগী ব্রাখলনা অবানবনি খঙনা খঙনা পৈশা চাখিবা ঙাক্লি, হূবানখিবা ঙাক্লি।

অদুমকপু অকন্বা, খনবদা ফিবেপ অমা লেপ্পা ঙমদবা, কবম্বনা অচুম্বনো কবম্বনা অবানবনো খঙবা ব্রাবা তানফম কয়াসু মীওঈবগী পুন্সিদা থেংনদবা নত্তে।

মসি লেপ্পা ঙম্ননবা থোক্লকই লৈকায, সমাজ, লৈঙাক্লোন অমসুং আইন নচিংবা।

মসিদনি মীনা শা অতৈদগী খেন্নবিবা। মীওঈবদি অচুম অবানগী পম্বুং য়ৌদ্রিফাওবা খন্নবকই, নৈনবকই।

সবকাবগী, আইনগী হৌনবী, লৈবাক ঈবাঙ থোক্লক্লবদি পুলিছ ফোর্ছ শীজীন্নবকই, এক্ট কুয়া চলাইবকই। ঈবাঙ হৌবক্লিবা মবম অদুগী অচুম- অবানগী ব্রাখলনা অতোপ্পা ব্রাফম অমনি।

মণিপুবদসু কবফিয়ু, ধাবা ১৪৪, আর্ম ফোর্সেস স্পেপছিয়েল পাব্রাব এক্টনচিংবা অমুক থম অমুক লৌথোক মথঙ মথঙ চত্থবক্লি। থৌবাং কযা অসিনা অফবা কযামসু থোকহল্লি। ফত্তবা মাঙন- তাক্র মশক ওইবা কযা অমসু থোকহল্লি।

কান্নবশিংগী মনূংদা অমদি নুংদাং থেংনা কোয়গনবা মী অযাম্বা যূমদা ঙন্না হঞ্জিন্নবক্লি। মপা কযা, মচাদি য়াম্না পোকথোক্লগা মমীং ফাওবা কাউথোকলুববা মচা কয়াগী মমীং লোম্দিন্নবক্লে। মপা- মচা, মচীন- মনাও শক্না শক্না হাপ্তা কয়া উন্নবমদবা নুমিৎ খূদীংগী উনবক্লে। যূমগী নূপী কয়া অমসুং মমা- মপা কয়াদি কবফিয়ুবু থাগৎনবসু যাওনবক্লি।

কোংবগী জজ সাহেব কুমাবজিতসু হন্দক মবক্তি নুংদাং থেঙনা থেঙনা হঞ্জিল্লকপা অদু তৌখিদ্রে। মশাগী চহী নীফূমঙামুক শুববনি। মচা মঙা শুজবে। নূপীসু অঙাঙ যামজববসু থোইদোক্লা অহল ওইশিনবগী ফীভমদি লৈত্রি। নহা ঈওয় ওইনা অদুম লৈবি।

অদুবু চহী মতাঙগী অমুক হায়বদু ওইবমাল্লে। ঈথা- থাজদনা উকিল লৈশাবী অমগা মবী লৈনবে হায়না ঙাঙনবকই। ময়ূমগী নুপীগী নাকোং য়ৌবকই। য়ূমগী নূপীদুবু তাথী তাওঈননা তৌবদি তৌদে। থাঙ্গৈ শেংবদি মখোয় অনীসু ফনা কন্না নুংশিনবগী ইতিহাস অমগা কোন্নবগা লুহোংখিবনি।

য়ূমগী নূপী মোনোবোমাসু অশিংবী নূপী ওইবনিনা নোংমত্ত ব্রাকৎলুদে। মাগী তৌফম থোকপা সেবা- লাংবা মথৌ অদুম কাযদে। মবূক্লীং নুংশিদবদি নত্তে।

অসুম্না চহী অমা- অনী মথ্বায ঈনূং- নুংঙাইতনা লৈকববী মোনোবমা হন্দক- মবক্তি হবাও- মোমোন নোকচবগী মাযথোঙ তোইনা উবা ফংলে। জজ সাহেবনা নুংদাং থেঙনা হঞ্জিনবা লেপখিঁদেগী।

নোংমা নুমিদাং- ব্রাইবমদি জাবদা ক্বা চাগনবা জজ সাহেবকী ক্বাগী মপোৎ- মচৈ ব্রাৎলম্লে। মহৌশাদি মিথা পতি, জাবদা, সুপাবি পোৎ শুনা থমজবনি। নুমিত্তুদি জাবদা লোইথোক্লম্লে।

মোনোবোমা মথ্বায় ব্রাজৈ, "কবম তৌনি 'সিদি ? পাখোল শীবা যাবা অঙাঙ অমত্তসু য়াওদ্রি। লোইনমক পীক্লি।" মশামক বাজাব ফাওবা হেক্তা থোক্লগা লৈকববগে খল্লে। কবফিযুগী পুঙফম তাগদৌবা পূঙখায়মুক ব্রাৎলি। নুমিত্তি মমশীনখ্রে। মহৌশাদি চুম্নগী কৈথেল- কাবা ফাওবা অমুক্ত চৎচদবনি। লৈকাযগী মচে মনাও মনেমশিংদা হেক হেক তপচবনি। তাঞ্জাদুদা মী অতৈদা হায়জকবসু খিৎ হাকমনখ্রে হায়বকপা তাপ্রে।

"ঐ অঙাঙ অমত্ত থাবগা লৌহঞ্জকগে," হায়বম্লগা ফনেক খবা ফবা অমা হোংদোক্লগা ফি মতেক অমা ইনশিন্দুনা থোক্লকখি।

লৈবক অচৌবদূগী মচীন্দা, খোংনাংখোঙ ময়াদা জীপ অমা থাবমই। পুলিছকী জীপ মাল্লি। ঙন্না পেট্রোল্লিং হৌবমাল্লে খল্লুই।

দুকানশিং লোনবা হৌনবক্লে। পান- দুকান অদু ঙন্না খোঙ লোল্লমদাইগী মী ফনা য়াম্না য়োন্নি। মৌ নহা ওইবীনিনা ময়ামগী লোইবা ঙাই।

মমৈথংদা মাগী ক্বা অনী অদু তপ্লগা পীবক্লে। অমনা হৌজিক চানবনি, অতোপ্পদুনা চাক- চাবা তে'ক্লগা চানবনি।

হবাও হবাও হঞ্জবকই। মপুবোইবদা সেবা ফবীনি উচ্চনিংদুনা মশামক্লা লৈকবনি হায়বা অচুম্বদূ হায়কবগে খঞ্জে।

শোবোক্ত্র ঈমম- মমঈ। স্ট্রীত লাইত অমত্ত ঙান্দে। কবফিযূ হায়বসীদি মৈসু মুখৎপা জাৎ ওইবে খঞ্জে। দুকানগী পেট্রোমেক্স মৈঙালদুদগী থোক্লকপনিনা পোৎ- চৈ, লম্বী ঈউ- উদে। উচিন-নাচিন্না লৈবক মচীন য়ৌবকই।

ঙশাইগী জীপতুগী মনীঙদা নুপা অমা লেপ্লম্বদগী মনাক্তা চঙশীল্লকই, "ঈতৈমবু তামো কুমাবজীৎ হোয়গী ঈতৈমা ওইবিবব্রা ?" হংলকই।

"মানি, ঈবুঙো কবিগী ওইবস্লো ?"

খঙহৌদে নুপা অদূনা মখূৎ শৎ তিংথোবক্তুনা মচীনবান তাপ মেনশিনখি, মখূৎ অনী ফাজিনখি। মখূত্তগী ক্বা মতপকী ময়োম অদূ লৈবাক্তা তাখি।

নুপা অদূনা মীনুংশি যাওখিদ্রবা খোঞ্জেল অমদা "নুপী, নখোন থোক্লনু, লেঙগনু, লম হেল্লবদি নথ্বাই মাঙগনি। জিপসীদা কাখৎলু ।" হায়না ইনবোই- থাংবোই জিপ্লোমদা পুশিল্লকখি। মোনোবোমা নাম্বোক্লবা হোৎনবনি, অদূবু খোন্দা অদুদা তূমীন্না য়াবনা ফৈ খল্লে।

তাঞ্জাসিদা স্মৃতব অমা মৈ ঙান্না থাল্লগা কর্ফিয়ুনা হানখিবা তাবে মতাগুম বংখৈবোমদগী কন্না থৌবকই। মাগী মৈঙাল অদূনা মচীন মেল্লবা

মোনোবোমা অমসুং নুপাদৃগী মমায়দা হাঙ্গফেৎ য়ৈখি। স্কুতব ব্রেক ফাবগা তপথবকই।

জিপ মনুংদগী নুপা অমনা লাউবকই, "স্কুতবদো অদূম থৌম্রো, থৌম্রো হায়বিমক্তদা।" নোংমৈ গুলী অমসু ব্রেকতা কাপথোবকই। স্কুতবদূ পান দূকান মমাঙদা থৌজীনখি। নোংমৈ মখোল তাবদা মী গূদ্রূঙ, গূদ্রূঙ চেনশীন্নখি। দূকান থোঙ লোনশীন্নখি।

জিপ অদূ থম্বালখোং লম্বীদা কন্না থৌখি।

স্কুতব থৌবা নূপা অদূনা পান দূকানগী থোঙদা মখুৎনা থীন্দূনা "চাউতোন, চাউতোন, থোঙ হাংদোকও! কবিসু তৌববোইয়ে, চৎখ্রে, সে!" হায়না হন্না হন্না লাউবকই।

দূকান মনুংদগী "কনানো ?" লাউথোবকই।

"ঐনে, বঘুনে, যেংঙো, নখোয় কনানো অমা চৎলগা, তামো কুমাবজিৎ জজখোযদা চৎলগনে, মখোয' ঈতৈম' বেস্মা মোনোবোমাদো মী খবনা ফাবগা জীপ্তা হাপ্পগা পুখ্রে হায়কচো চৎলো। জীপ অসি কদোমদা চৎলি'নো অসীব্রায়ফাও অমূক্ত যেংঙুখিগে," খুমই।

থুনমক স্কুতব স্টার্ট তৌবমই। মানা থৌবা হৌবকপদা দুকান মনূংদা লাওহৌই, "হৈমা, ইতৈম'বেস্মদূদি হৌজিক্তা ক্বা লৈখিবনিনহে।"

বঘুনা, জীপকী বেক লাইত অঙাঙবগী মতূং থাপ্পা ইল্লমই। মা মহৌশাগী মৈতৈ ষ্টেট কমিতি হাযবদুদা যাওবস্বনি। ওর্গেনাইজেশন কায়খিঙৈদগী, মাসু ওভবগ্রাউণ্ড ওইব্রবনি। অদুবু মহৌশানা সমাজ কল্যানগী থবক্লিবু হাযববদি থব্রায যাওবকপনিনা মমাঙমক্তদা নূপী অমবু ফাদুনা পুখিবা অদু তূমীন্না লৈথোকপা হৈনদে। অদুগীসু মথক্তা জজ সাহেব কুমাবজিৎ, মানা ওভবগ্রাউণ্ড ওইবগী মতাঙদা মতেঙ পাংবিখিবা মীনি।

জীপ্তু চুমদ্রিংনা অৱাং পাংনা হায়গৎখি অদূগা লম্লোং বাজাব উখ্রুল বোদলোমদা হাইখি। অদুগী মতূংদা নাপেৎ পলিদা হাইজিনখি।

বঘু তান্নবা তোক্লে । লালহৌলূপ্তা য়াওবা তোক্কুনা, হৌজিক্তি ঠীকাগুম্বা তৌদূনা লেল্লবসু মণিপুবদা লৈবিবা নহাবোলগী মুভমেন্ট অমসুং অন্দবগ্রাউণ্ডগী মিংদা গুন্দাগী গেণ্ড কয়ানা খূৎলায় পায়বগা পৈশা মুনবা, লূট তৌবা, মী হাৎপা নত্ত-নত্তবা কয়া তৌবা মা লোইনা মশক খঙই।

স্মৃতব পাঙ্গেগী লম্বীবোমদা ওল্লকই। সিনাম কোম্ফু য়ৌবকই। খম্বখোয়গী একজিক্যুশন কেম্প তান্না যৌবকই। মানা চঙখিবদা কেম্পকী মী খদীংমক তৈয়াবিদা শেম শাই।

বঘুনা অকিবা-চিংনবা ঈয়াও-যাওদনা মাগী ব্রাবী অদূ তল্লে। পুলিছতা তাক্লুবগা নূপীদূ কৈদৌঙৈদসু কনবা ঙন্নবোই খন্দুনা মখোয়দা খবা কনবিয়ু হায়জববনি হায়বকই। মোনোবোমা পুখিবা কাঙবূদু মৈনোচান্দগী কাঙবূ শোয়দনা ওইগনি, মখোয়গী মকোল নাপেৎ পলিদা লৈ, মা মফম খঙই হাযবকই।

মৈনোচান্দসি গঞ্জা লল্লোনবদগী ফাদোক তাকববনি, ফাদোক্তগী থোক্লকুগা মাগী খূৎচাবী গূন্দা খবা খোমজীল্লগা অন্দবগ্রাউণ্ড নহাবোলশিংগী মীংদা নত্ত-নত্তবা কযা নহালমখৈ চত্থবক্লিবা অসিসু মাননি হায়বসু তাক্লে।

অফবা খূৎলায় খূৎচাবী অমমম পাযবদুনা খম্বা, চন্দ্রকান্ত, মঙ্গী অমসুং বাকেশ মখোয মবী মোতোব বাইক্তা থোক্লককই। মহৌশা মখোয়না হেক হেক লৌবা পাঙ্গেগী জীপ লৌফম অদুদগী ঙসীসু লৌকই। জীপ্তুনা নাপেৎ-পলিদা লাক্লে। বঘুদি স্মৃতবদা ইন্নবকই।

মখোযগী মকোলদু নাপেৎ পলিগী চীংয়া অমদা য়ুমদোমপোক অমদা লৈ। বঘুবু লম্বী পবীংদা থল্লম্লগা জীপ্তু তপ্লপ্না যৌজিল্লকই। থাউমৈ মূৎথৎলি।

খবা ব্রাৎলিঙৈদগী জীপ্তুগী কূমথৈ। বাকেশকা মঙ্গিগা য়ুমদুগী মনীংথোঙলোমদা থাজীনখি। খম্বগা চন্দ্রকান্তগা স্তেনগন অমগা ক্লোজ বেঞ্জ মেগনম ফাইভ কার্বাইন অমগা পাযদুনা খবা ফাক্তোক্লনা মমাঙ থোঙলোমদগী চঙশীল্লি। খবা খবা পাকথৈ।

গাডী মখোল তাবদগী ওইবন্না তাই, থোঙ হাংদোবকই। নূপা অমা নোংমৈ পায়দুনা থোক্লকই।

"মৈনো, মৈনো," কৌবকই। খম্বনা অশোকপা মীগী নাহেবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা, "লাউ .. নহে! অমুক্তা লাউ, ঐ . কৈনোমা . অমা তৌবে," শ্বব ফুল্লপ হাযবকই।

নূপা অদুনা "হৈমা, কৈদৌবে ?" হায়না থুবপ চঙশীল্লকই।

নাকন অমদগী চন্দ্রকান্তনা মাগী কার্বাইন অদু খপ্পকই। নূপা অদু তুবোয় ঙল্লোই তুথখি।

ঈমূংদগী নূপা অনী অমুক নোংমৈ পাযদূনা চেম্ব্রোবকই। মখোযনা থোঙ হাংদোকপগী মৈঙাল অদুনা মখোযগী হকচাঙগী মমী মযেক শেংই। খম্বসু চন্দ্রকান্তসু মাগী মাগী নোংমৈশিংদূ খপ্পকই। অনীদস্ তুখ্রে।

নূপা অমমুক চেম্ব্রোবক্তুনা স্তেনগন খপ্পকই। অদুবু মাগীদু সনধান যাওদনা চাউবাক্না খপ্পকপনি। চন্দ্রকান্তগী নোংমৈ গূলীশিংনা মশা পূম্নমক য়োমশীন্দুনা তুথখি।

মদুগী মতুংদগীদি থোঙ লোনশীনখ্রে। মখোয অনীমক চপ মান্নবা হৌগত্তুনা থুনা য়াঙনা চেনশীল্লি। মাঙ্গোলদা কাখত্তুনা থোঙগী নাকল নাকলদা ঙাইহাক থূপচীল্লগা লোত্তুনা লৈ।

ঙাইহাক তূমীন লৈখি। খম্বনা ইঙ্গিৎ তৌদুনা চন্দ্রকান্তনা থোঙদূনী মপাদা লেপ্পগা কন্না কন্না কাওই। খম্বনা নোংমৈ শীংদুনা ঙাই।

মবী-মঙাবক কাওববা মতূংদ ফাওবা থোঙদু মচী লেঙদ্রে, যাম্না চেংলি।

অদুবু মীৎকূপ খবগী মতূংদা ঈমূং মনূংদা নোংমৈ খপ্পগী মখোল তাবকই।

ঙাইহাক লৈবগা মঙ্গিনা "কমবেদশিং, নীংতম নহাবোলনা জয ওইবে," হায়না ঈমূং মনূংদগী লাউবকই।

বাকেশনা থোঙ হাংদোবকই। মখোয়না মনীংলোমদগী চঙলগা

মমাঙ থোঙময়াদা মখোয়বোমদা মতুং ওম্বোক্তুনা নোংমৈ পায়দূনা লেপলম্বা মবি অদুমসু লোইশিনখ্রবনি।

মনোবোমা মখোঙ মখূৎ পুল্লদূনা মচীনবান লোইনমক চেৎনা পুন্দুনা লৈবমই। মখোয়না কিশি থোকপীবে। পাখত্তনবা তাকপীবকই।

মযামদুদগী নোংমৈ মথঙ মথঙ খোমজীল্লি। খম্বনা "ঈতৈমা ! গুন্দা মকোক মৈনোচান্দ হায়বদূ কবম্বনো ?" হংই।

"ঐসু কবম-কবম্বনো হাযবদি খঙদে। অদুবু ঐনা সুম খনবদা ঙশাই ঐবু ফুবগা তেপ রেকোর্ড লৌখিবদূ ওইবমগনি খল্লি। মখোয অহূম্মক অমুক মখোয়' পাবৃংদা পৈশা পুদুনা লাকউ হায়না তেলিফোন তৌরুগনি হাযদুনা চৎখি।

তুদূনা লৈখ্রবা পূম্নমক মচী ঈবেঙ-লেঙলমদে। মোনোবমাগা মখোয মঙা জীপ তোংদূনা থৌদোক্লকই।

বঘুগী স্থুতবদি লৈবমই, মাদি উদে। অমুক অনীবক কৌবদগীদি খোংবান মকমদগী হৌগৎলকই।

অহীঙদুমা পাঙ্গৈদা পলহল্লগা কবফিযুগী পূংফম লোইববদা মখোযনা বঘুগা মোনোবমাগা মযূম মাযকৈ পাংহনখি।

---

**তবামরী**

# লমন খুম্নবা থৌরাং

---

কাশ্মিবগী শ্রীনগবনি। কালেন চঙলকপদা তুবিস্ত কযাগী লাকফম্নি। ঋতু অসিদা কাবর্বাব তৌবা মী কযা মফম অসিদগী পৈশা পাযখিবা যাওনবিবনি। ভাবতকী মীদ নত্তনা, যুবোপ, আমেবিকা, বসিযা, জাপান্নচিংবা লমদগীস্ মী যাম্না যাম্না লাক্লে।

খ্বাইদগী যেংবা নুংঙাইবা, তুবিস্তসু যাম্না পৃনবা মফমদি দাল লেক্কী মফমদুনি।

স্কুল-কলেজগী ছাত্র-ছাত্রি কযাসু এক্কবশন ওইনা লাক্লে।

মণিপুবগী লেখিদ্রবা চিফ মিনিষ্টবগী মচানৃপা ইবোহলসু মমান্নবা-মমান্নবী খবগা পাং অসিগী মযাদা লৈবা গুলশন বাববিক্যুদা ফমদৃনা চিক্কন তান্দুবি অমমমগা ব্লেক পেবত্রিদজ বিযব অমমমগা থক-চাবি। নৃপা অহৃমগা নৃপী অনীগনি। যেংবা নুংঙাই। কালগী মী ঙাক্তনি। মশা নাল্লি, মনাক্তা চঙলুবদা ঈংনা নুংশিববা পর্ফ্যমগী মনম লাকই। লৈশাবীশিং এদৃ অমনা মেদি শেংলি, অমনা বেল বোত উপই। ইবোহলগী মোবেগী ফি তেবি-গেবর্দিনগী খোঙগ্রাওনে, ত্রাবোলতা সুতকী ফুবিত অদুনে যেংবা নুংঙাই। গোগলসতুসু মঙোন্দা যাম্না পকচে।

মশা নানবা, ফিজেৎ-চাকচা, লূ-হেম্বা মী খদীংমকপু অকে- অমৌদা, ঈবাঙদা তাউবা মীনি হাযনা হেক হায়কবদি অচুম্বা ওইবোই। অকে অমৌবু তূক্কংচবা মীনি হায়দুনা চহী কযা শূ- চাম্বা তৌবত্তুবা, লেক-থাংবা, ঈচু-চুববা ফি বোলবু হুঞ্জিন-হুঞ্জিন শেংপা মী অদুসু অফবা মীনি হেক হায়বা যাদে। অমোংপা নাপ চাদবা মী হাযবা নত্তনা অতোপ্পা

মিংখোল অমা মখোন্দা পীনীংঙাই লৈতে। অকবা ফিবু ওইরে, ফত্তবা শেগায়বা ফিবু ওইবে, খরা তেয়না শু-চমখোকপা, লেক্রেচিংবা চুদাইনবা ঈয়াও য়াওদবা ফি শেংচবা অদুবু মশা নাঙবা মী কৌবা য়াই।

অচুম্বদি মী অমনা শেত্তোরকপা ফিজেৎ চাকচাদগী মী অদুগী চাউরাকপা শক্তম অমদি অদুম হায়বা ওয়ে, চুম্নগী তরু- তহেঙবা মীনি নত্রগা অকে- অমৌগী ঈবাঙদা তাউবা মীনি নত্রগা চমোৎ চুদাইনবা মীনি হায়বসে।

ইবোহলগী ফিজেৎ- চাকচাদু য়েংবা নুংঙাই, মীৎ থল্লি। অদুবু অউবা অমনা মাগীসি অকে- অমৌগী ঈরাঙদা তাউবা জাত্তাদুনি হেক্তা মহায়নরক্কনি।

মপাবুং লৈতবগী পাউ তাবদা ইম্ফালদা নুমিৎ তবামঙানীবোম লৈবমই। মপাবু হাৎলম্বা কনানো মশক খঙনীংখি। পুলিছতা, ইন্তেল্লিজেন্সকী কাঙবূদা, মন্ত্রি কয়াগী মফমদা চৎ- চত্তুনা ফনা কন্না থিজিল্লবম্বনি। অদুবু উপায় লৈখিদে। চমম্লনা দিল্লিদা অমুক হনখি, মাগী কোর্শ লোইশিন্নবা। পৈশাদি খোইদোক্লো অবাংপা লৈত্রি। মমানা হান্নগী চাং অদুদা অদুম থাবক্লি।

মতম্না অসুম হৌজীনখিবনা, মপাবুবু মীনা হাৎখিবগী নুংঙাইতবা অদুসু খরা খর কাউরক্লে। মহৌশাগী ঈয়াং- ফলাংদা তাউবা অমুক হৌবক্লে।

ইম্ফালদগী দিল্লিদা খুলবত্ত ভাইরিঙে অদুবাঈদদি মপাবু মীনা হাৎখিবদু খিসংনীংলমই। হেক্তগী হোম মিনিস্তরগী মমাক অমা মাগা তিন্নে। মখোয় অনী চত্তুনা হোম মিনিস্তরদা অকনবা থবক লৌখৎনবা হায়জকই। অদুবু হোম মিনিস্তরনা পর্মনেলগী ওইনদি খঙজরে, মণিপুর গভর্ণমেন্টকী ওইবা চপ চাবা চেয়োল অমা কংগ্রিকমখৈদি থবক পায়বৎফম খঙলোইদৌরি তাকশীরকখি।

অদূগী মখা তবদি মাসু তন্দে মন্দে তৌশিন্নক্রদুনা অদুম চংনুগ্রে।

বারখিক্যদূগী মমাঙদা কাওরিবা লাম্বীদুদা চানা-চানা অসুম য়েংখোকনুবদা ‘কনানো উরগুম তৌইদ্রা’ খনহনবা মী অমা উরকই।

*অকনবা শাদূগী ইঁরে*

স্কুলগী য়ুনিফোর্ম শেৎপা অঙাঙ কৃষ্ণা নীফুবোমগী লুচিংবা ওইনা লাক্লিবা মী অনীদৃগী মনৃংদা মাঙ থাবিবা মী অদুবুনি। লাকশীনবা ঙমত্রদুনা হন্না মুন্না য়েংশিল্লি।

নৃপা অদুনা মাবুসু উবক্লদুনা মাবু মশক খঙবগুম কৌগে তৌবমই। অদুবু ইবোহলনা মাবু মশক লাকশীনবা ঙমত্রদুনা লৈবগী ওঙদা অদৃদা লকক তৌবন্নগা কৌদনা অদুম চৎখিবমই।

ইবোহলনা খল্লকই, "কনা ওইবিগবা? ঐবুসু মানা খঙবগুম তৌইসে।"

খংফাও- ফাওবকই মশক খঙবগী মশেক অমা, "মানিনহে! শোয়বোই। ঐখোয়' পাবৃংগী গনমেন ওইবস্বা বিবেন্দ্‌ নত্রনে, মানিনে। ঈহে! ঐসু কৌহৌদ্রেদো। নহালব্রাই লীচৈ মব্দ কক্লম্বদু মশম শাংলল্লে, কুচুসু ঙৌথোক্লে। অদুননিদনাঐনা মশক লাকশীনবা ঙমদ্রিবসিদি। অদুবু মৈতৈ মচা অমত্তসু যাওদবা ছাত্র অঙাঙশিংসিগী মবক্তা মানা কবম্না?" তাঞ্জা অসিদা মাগা মাযযোক্লনা ফল্লিবী মেদি শেৎপী লৈশাবীদৃনা, "ও, কম্মোন, ইবো! হব্রাত আব য়ু ড্রিমিং? কিপ যোব হার্ট নীযব যোব বোদী," হাযবকই। ময়াম ব্রা নোকই।

ইবোহল ঈনোক- নোক্তে।

"একস্ক্যুজ মী। ওনলী ফিফতীত মিনিতস," হাযবল্লগা ফুক হৌগৎত্তুনা একক্ষর্শন লাকপা কাঙবৃদুগী মায়কৈদা তান্নদুনা চৎখি।

মমীংমক কৌগদবসু কবিগুম্বা ওইবমদ্রবদি হাযবগী ব্রাখলদা ইংলিশনা হংলকই, "মে, আই নো ব্রেহয়ব আব য়ূ ফ্রোম?"

"বিবেন্না নোকমি নোকমি মৈতৈবোলনা খুল্লকই, "ইবোহল নত্রো?"

"মানিনে, বিবেন নত্রো?"

"মানে।"

"কৈনো, অঙাঙ ময়ামসিনা কদোমদগীনো তৌবক্লিবসিদি?"

"সিমলাগী পব্লিক স্কুলগী ফিজিকেল এজ্যুকেশনগী ওজা ওইবে। অ'দা ময়ামগী একস্কর্শন্দা ঐবু শিন্নদনা পুবক্লিবা। ইবোহলদি শ্রীনগবদা কবম্না লৈবন্লিবা ?"

"ঐসু ইমান্নবশিংগা 'সুম কোয়খোবকপনে।"

"শ্রীনগরদা কয়া কুইনা লৈখিদৌরিবা?"

"খবা লৈখিবিনি। নঙদি কয়া কুইখখিগদৌবি? ঈবানী রাবী অমত্ত শাসিদনা।"

"য়াইনে, পাবুং লৈখিদবগী মতাঙদবো?"

"হোয়, হায়বা তারে। মদুনা মপূং ওইনা অমুক্ত উনসে।"

"ফবে, ঐ ঙাইহাক ময়ামসিদগী সুতি লৌবক্কে। হৌজিক হেক্তা শানসিনে।"

বিবেন চেনগদবা মীদি নত্তে। অদুগা ইবোহলদা অচুম্বা লোইনা হায়দোকপনা মাগী তৌফম খোকপনি হায়না খল্লি। ইবোহলসি মাগী লেঙ্গা ওইনা তৌই। মরুপকুম্না হায়ন কৌনবকপনি। ইবোহলবু কয়া য়ানিংদ্রবসু মাগী মথৌদি তৌবা ভাবনি। লম্বী নাকলগী অতোপ্পা বাববিক্যু অমদা ফম্মীন্নবে। মত্তন তিক্কা ওর্ডর তৌই।

ইবোহলনা হৌবকই, "ঐখোয় পাবুং হাৎখিবা অদু নঙসু য়াওবব্বা নত্ত্রা ?"

"উম"

বিবেন্না নুমিত্তুগী খোদোকশিংদু মখঙ মখঙ মবীক চুম্না তন্নকই।

"মীশক অমত্ত খঙহৌদ্রবা ?"

"চন্দ্রকান্ত য়াওবনি।"

"হা ! চন্দ্রকান্ত হায়বা ?"

"উম মাসু য়াওই। অদুবু নখোয় পাবুংদা কাপ্পা মীদি চন্দ্রকান্ত মান্দে। মত্তোন্দগী বজিত্তং বাংতক তৌবা অমা য়াওই। মানা ওইবমগনি।"

"কবিগীনো মখোয়না কাপ্পি'দি ?"

"কনানা খঙ'নোদা ! মখোয় বিভোলুশনবি কাঙবুনি হায। চন্দ্রকান্তসু যাওথ্রবজাৎ ওইবমাল্লে।"

"কবিগী ? মাগী কবি নুংঙাইতবা লৈদনা ? ফনা কনবা বাজনিতিগী ব্রা ওইগে ওইয়ু, ঐখোয় পাবূংমক হাৎপদা মা য়াওববা ?"

"খঙদ্রে ইবোহল। মাবু অমুক্তং উনবগ্যা ব্রাবী শাদ্রবদি কদায়দগী খঙগনি ?"

"মখোয়দি অন্দবগ্রাউণ্ডদা লৈথ্রবনি, কবম্নদি উনগনি ?"

"পিকথ্রবা মণিপুবনিদা ইবোহল, খঙলবসু খংনীঙদনা খঙজীন্নদবা ঙাক্লি। থিবু থিববদি কবি খঙদনি। ঐখোযসু ইন্তল্লিজেন্স ডিপার্টমেন্টতা থবক তৌবক্লিবনি। থব্রায় খবা পাম্মুবগী ব্রাদনি।"

চুম্নগী ব্রাগী ব্রা ঙাঙনবম্বদগী বিবেন্না খবা হেঞ্জিন্না হাযদোকখি। মথন্ত মবূক্লীংদা, "ঈহে ! কদাযদা পঙহাযদ-হায়জীল্লুবিবনো ?" খল্লকই।

ইবোহলনা ঙাইহাক ব্রাখল তৌকবগা হাযবকই, "চন্দ্রকান্তসি মখোযগী লিদব অমদি ওইবমগনি, নত্ত্রা ?"

"উম, ওইবমগনি !"

"মানা ঐখোয পাবূং হাৎথ্রবনিনা ঐ মাবু হাৎলগা পাবূংগী লমন খুম্বা তাই। মাগা, মাগী সঙ্গ ওইবা মখোয়গী মকোক অনী অহূম লোইশিল্লবদি মখোয়গী খোঙলোযশিংদি লুচিংবিনবা লৈত্রবনিনা তুমিন তোক্লখিবা যাই। মখোযসিবু তুম্না লোইশিনখ্রবদি সবকাবনসু ঐখোযবু মনা পীবকপা য়াই।"

ঙাইহাক খল্লুবগা অমুক চথবকই, "ইস ! য়াম্না ফবা প্লান অমা লৈবে। মখোয় ফাবকপগী সবকাবদগীসু মনা লৌবা, অদুগা পাবূংগীসু লমন খুম্বা।"

"মখোয়বু ফাবদি পঙলায লায়বা থবক্তি নত্তে। খজিক্তং শোযখিবদা ঐখোয় হিংবগী ব্রাদি লৈত্রে।"

"মখোয়গী লৈফমদি হেক্তা লায়না খওগনি হায়বা নক্ত্রো ? লৈফমবু খঙলবদি ঐ তৌগেসে। শোয়হন্দ্রগা লোইবেনে। ঈবানি ইম্ফাল থোক্লসি। তিক্কেত থিবসি লাউসে।"

"এঃ য়াম্মা থুজিল্লকইদা ! অদূম তৌকবোনে ঐদি য়াববদি য়াওহনবিবনুবা।"

"কবিনোনে নঙনা হায়বিবা অসিবো ? হৌজিক্ত ঐখোয়সু ইন্তল্লিজেন্স ডিপার্টমেন্টতা লৈবল্লিবনি' কা'ই'না পোঙলম্লগা অমুক কিবকইসিবো ?"

"তৌবগীবুদি মণিপুবদা লৈনিংবগী ব্রানি। ঈমা লৈবাক নত্তনা অতৈ লমদা ঐনা লৈবিবা অসিবু দশাগীবো ? অদুবু চন্দ্রকান্তখোযগী কাঙবুদো লৈবিমখৈদি ঐ মণিপুবদা খোঙদাদবনা খ্বাইদগী শাফবনি।"

"বিবেন ! যেংউ নঙসু নূপামচা অমনি। নঙগী নমাঙমক্তদা ঐখোযগী পাবূং লোইশিনখ্রবনি। নঙগীসু ইজ্জৎকী ব্রাফম অমা লৈফম থোকই। নঙনা চপচানা লাম্বা পাদুনা খজিক্তসু মাযবোঙ য়াখিদবা ঐ কবিসু নুংঙাইতবা তৌদে। অদুবু ঐনা লমন খুম্নিংবসিদা ঈতেঙ খজিক্তং পাংবিযু হাযবনি। নঙনা চপচানা মপূং ফাবা মতেঙ পীদ্রবসু মখোযগী লৈফমদুতদি থিবদা ঈতেঙ পাংবিযু হাযবনি। মসিদি নঙগী তৌফম থোক্ত্রো ?"

মমৈথঙদা বিবেন যাবকখি।

\+ \+ \+

নুমিৎ তবামঙানিমুক লৈবগা ইবোহলগা বিবেনগা ইম্ফালদা থুংলবে।

ঈকুঈ কুইদনা খঙলকই খন্বা অমসুং চন্দ্রকান্তগী শাথিববা য়েক্লবা গৃণ্ডা পার্টি অমা নাপেৎ-পলিদা লৈ হায়না। গেং অসিগী মকোক মৈনোচান্দ মীকী লাইকি লৈতবা, মীনুংশি য়াওদবা মীহাৎ মীপুন্দা হালেংবা লৈতবা মী

অমনি হায়বস্ তাবকই।

থীন্দনা মৈনোচান্দগা উনখি। খম্বগা চন্দ্রকান্তগবু ফাদুনা হাৎপা,মখোয়- মখোযগী লমন খুম্বদা অমত্ত ওইনা চথমিন্নসি, পাঙথোকমিন্নসি হায়না অকৈবা ব্রা তানখি। য়ানদবা ঈযাও য়াওদনা য়ানখি।

চৈবক অসিদা মপানা ছীঃ এমঃ ওইবিৈঙদা খঙনখিবা পুলিছ ওফিসাব খবগসু ইবোলনা ব্রা তানবকই।

মখোয়না পাউ শীবকখি খম্বগা- চন্দ্রকান্তগগী লৈফম তাক্লকপা মীশিংবূ লূপা লীশীঙ তবা মনা শীগনি হাযনা সবকাবনা লাউথোকখ্রবনি। থাঙ্গৈশেংবদি খম্ব- চন্দ্রকান্তগী মমীংমক্তি ওফিসিযেল্লি পন্নদ্রি। ছীঃ এমঃ বু হাৎখিবা, লৈবাক ঈবাঙ হৌহল্লিবা মীওঈ হাযনা পনখিবনি। পুলিছ দিপার্টমেন্টকী মীওঈশিংনা মখোযগী মবক্তা খম্বা অমসুং চন্দ্রকান্ত কৌবা অনীখক্লা অযাম্বা পাঙথোকখিবা থবক ঙাক্তনি হাযবসি খঙনববা ঙাক্লি। অদুবু ওফিসিযেল্লি মমীংদি অমুক্তা বেকোর্ড তৌদ্রি।

মখোযগী কেম্প অমা পাঙ্গৈ- শগোলমাঙগী মবক্তা লৈ হাযবসিসু মীগী চীনব্রাদগী খঙনববনি। লোযশঙগী অইবা চেবোল ওইনদি থোক্ত্রি। লমদম অদূদা মখোযবু ফাকনবগী ওপবেসন চথকনবগী থবক অমত্ত তৌফম থোকলবসু খন্নদ্রি। পুলিছকী ওফিসাব অমত্ত মাযকৈ অসিদা মায ওনশীন্নদে, থব্রায যাওনদে। থব্রায় পাম্মূনবা ঙাক্লি।

ইবোহলগা ব্রা তানকৈবা পুলিছ ওফিসাব খবদুনা পাউ অসিমসু শীবকখি, মপাঙ্খোঙদা লূপা লীশীং তবাতগী মনানি হাযনা লাউথোক্লবসু থাঙ্গৈশেংবদি মখোযগী কেম্পকা লোযননা মখোয়বু মখূৎ থিন্দুনা তাকপা ঙন্বা মীদুদা লূপা লীশীং যাঙ্খেবোমদি শোযদনা শীগনি।

---

তরামণ্ডা

# লনাইগী বাকম

---

সিনাম কোম্ফূ বুলগী য়ূম অমদনি। নোংজু থাগী নুমিৎ মরীনি- মণ্ডানি নোং লেপ্পা নৈতনা চুক্লবদগী অয়ূকতুমদি নোং ববা হাংবগুম তৌবি। অয়ূক্তুদা নুংশা ববা থোক্লকুনা মালেম অসি অবা-পিরোইনব্বদগী মীংকূপ বরগী ওইনা মোমোন নোকচবগুম মকা- লাম্বা ওইনা উবি। নোংচুপলোমগী চিং পরেংদুগী বাংমদা নোংলিক্লা মবূক থল্লবা নৈচীল অমুবনা শৈশিনবা অসুম হেক্সংলকপগুমসু তৌরি। নোংপোক্রোমদা তবং তবং থোক্লক্লিবা অয়ূকী নুমিৎকী মশেক্লা য়েবদা শংলবা উনা বানা পূম্নমক ঈরণ্ড- লংবংলদুনা পূক্রীং হূনবগী মশাক ওইহল্লি। মুরবা নৈচীলনা অতিয়াদা মীংয়েণ্ডগী পংথৈদা নোংচুপকী চিংদোল পরেংদা চীংমায়, চীংবোণ্ড অমসুং চীংয়াদা অয়ূকী নুমিংনা ময়েক শেংনা য়েবা অদূ ওন্থোক্লা ফজবি। ঈথা থাজদনা চুমথাণ্ড অমসু ময়েক শেংলবা অশাংবা, শংবানবা, অঙাঙবা কমলা মচুনচিংবা কয়ানা নৈতেংলদুনা অয়ূক অদুদা থোক্লক্লি।

ইবোহলগা, বিয়েনশা শূমাঙদা য়ুবা অমমমদা ফল্লদুনা নুংশা অমেণ্ডবদু য়াইবোই-করিবোই তৌরি। ঈমূংদুগী নূপীশিংনা শীঙ য়েন, মোরোক্লচিংবা নোং চুক্লকদৌরে হায়বগী মিপাইরদুনা হাথু- হাথু লৌশীন্নবি। য়ূমগী অহল অদুনা লাইতংগী খুম্মোক অমা মনীংগী অহোবা ফোংলি। ফল্লিবা নহা অনীদুনা, "ঈবূংঙোথোয়দি চাবা থকপা ঈনূং-নুংঙাইবম্মবোই। ঐখোয়গী নবায়গী চাক- ঈঙ্খাঙদি ঈহে-হৈনরম্মরোই। হূরেন্দি ঐখোয়গী অঙাঙশিংসিদা মখোয়গী মশা-শানবীদূ লৌহল্লুগে, মদু থোংলগা চাবা হায়বা অদুনি। ভরাঙগী কাজদুবু তূবা- য়াত্রা ?" হংলকই।

অকনবা শাকুনী ইবে

বিবেন্না, "এঃ য়াইদা ঈপন। য়াম্নবু হাউইদা চাক-ইঙ্খাওদুসু," খুমই।

ইবোহলনা দনহিলগী চুব্দপ অশাঙবা পুথোবক্কুনা অমমম য়েল্লি। অহল অদুনা হঙ্গোইবদুনা, "ঐখোয়দি বিড়ি 'সুম থকচগেদা ঈবুংঙোখোয়গী চুব্দপ অফবদূ লোইথোকখ্রবদি ঐখোয়গী 'সিব্রাইসিদি অফবা ফংদবনিনা নুংঙাইবোই, অদুম থমজিনবিযু," হায়বকই।

ইবোহলনা খুমই, "ঈপনহোয়না পাক হেক থকপা ফংবা চুব্দপ নত্তেদা। ঐখোযনা পুথোবক্লিঙৈ'সিদা মহাও যেংবিহৌদা।"

লৌথুপ- লৌকোই নৈতবা অহলনি। "ইহঃ অদুদি চুম্মিনা মহাও অংত তংহৌগে। তৌববুদি ঈবূংঙোখোযগী নখৌদুগা মেকদোনাল্ড সাহেবকীদা নৈবিঙৈদা বিলাতকী চুব্দপ্পুদি যাম্না থক্লরুপো'ৎনিদা," হাযবদুনা দনহিল অশাংবা অদু অমুক্তং চিংখি। তংখায যৌনা তুমশিনখি।

বিবেন্না নোংশীল্লকই, "পঙহায- হাযজীল্লুনু হাযবে। মী, থাযনগী সঙ্গ কযা তৌবক্লবা অহলনি হাযবে।"

মদুদগীদি অহল অদূনা থায়নগী মণিপুবগী ৱাবী লীথবকই। কোনুংগী লোযশঙদা নিংথৌনা অহল- নহা খাযদনা মী কযা থবক তৌহল্লম্বা, মতৌ কবম্না মানা যাম্না অঙাঙ ওইনা চুবাচান্দ মহাবাজগী সেবক লোযশঙদা যাওবম্বা, অদূদগী মেকদোনাল্ড সাহেবকী বেসিদেন্সতা ইবোহলগী মখৌগা লোযননা থবক অমুক তৌখিবা। অদূগী মতুংদা শক ১৯৪৯ দা ভাবত সবকাবনা সবদাব বল্লব ভায পেতেলগী থৌবাং মতূং ইন্না লাম্লীশিংগী কিহনবা অমগা লোয়ননা মতৌ কবম্না মহাবাজ বোধচন্দ্রবু নমদুনা মণিপুববু ভাবত্তা তিনশিন্নবা শোই তৌহনখিবা। মহাবাজনা শোই তৌবা লোইবল্লগা কপ্পূনা থোক্লকখিবা।

ভাবত সবকাবনা লৌশিনখিবদগীদি মহাবাজগী মখাদা তলব চাদুনা থবক তৌজবম্বা মখোযগুম্বা মী কযাবু মতৌ কবম্না খূদক্তা থবক্তগী তাম্থোবকপা অসিনচিংবা থরায তানা ৱাবী লীথবকই।

অহল অসি মমাঙঙৈদগী হৌনা ইবোহলগী মবূধৌনা হিংলিঙৈদগী মখোয়দা য়াম্না তোয়না তোযনা লাকপা মীনি। হান্না থৌবালদা লৈবম্বনি। মানা থৌবালদা লৈবিঙৈদদি ইবোহলসু মমান্নবা পুবগা মাগী ইমুংদা চাবা থকপা কয়া তৌখ্রবনি। মানা ডাক্তব তম্বা হৌখিবদগীদি নোংমা ছুটি থোক্লকপদা মপাগী ছিঃ এমঃ বঙ্গলোদা অহল অসিগা অমুক উনখি। পোকমিন্নদবা মনাওশিংগা ইংখোলগী ব্রাথোক্তা কেশ তৌনবদগী মাগী লৌ-ঈংখোল মচা অমা অনী লৈজবম্বা অদু লোইনা মুনবিখ্রে তমখি। সিনাম কোম্ফুদা লৌতাদূনা লৈবে, মফমদুদা অমুক কোযবকউ হায়খি। অদুবু ইবোহল চংকে খন্না খন্না চত্তনা ছুটি লোইশিনবনা হানখি।

হন্দক খম্বা অমসুং চন্দ্রকান্তখোযগী একজিক্যুশন কেম্প মচা অমা খুল অসিদা লৈ তাবদগী তাঞ্জা চাবে খন্দূনা মমাঙগী নুমিত্তুদা লাকপনি। অঙাঙহলনা হিংলিঙৈদা থৌবালগী কেসতুগী মতাংদসু অদুগা সিনাম কোম্ফুদা অনৌবা লৌতাবগী মতেং খবা পাংবিযু হাযজবা অহলদূ ফনা তোয়না লাকচবম্বনি। অঙাঙহলদগী থোইদোকপা মতেঙ অমত্তদি ফংখিদে।

অদুমকপু পূকচেল তিংবা অহলনিনা পীক্লিঙেদগী লুনা তৌজবক্লবা ইবোহলবু তবাম তবাম তৌখি। ইবোহলনসু নোংমা নীনী পনগে হাযনা কোযথোকপা লাকপনি হাযনা নমদূনা লূপা যাঙ্খ্রে পীশিনখি।

অহলদুগী মচানূপাদুনদি তৌগে হাযবত তৌবা ঙন্নগা মতেঙ অমত্ত পীখিদবগীদমক অঙাঙহলবু মতমদু ফাওবা যাম্না শাউবি। ইমুংদুদকা লেকহনবা মাদি যানিংদে। মানা থেঙনা হঞ্জিল্লকপদা ইবোহলখোযবু মশক খঙলবদা শাওদূনা থোকখিবদগী হঞ্জিল্লকখিদে। মমান্নবগীদা লেক্লবগনিদি হাযবমই।

মখোযগী যূমদু লমজাওদগী খুল্লোমদা হাযজিল্লক্লিবা লম্বীদুগী হেক মপান নক্লা লৈ। শুমাঙদগী যেংথোকখিবদা লম্বীদুদা তৌবা অচৎ অওক পূম্নমক উবা ফংই।

বিবেন্না তাঞ্জা চাবিঙৈদা চন্দ্রকান্তগী কেম্পকী মতাঙদা হংগে তৌবিঙৈদা লম্বীদুদা লৈশাবী চূং-ফিবাল চাবী, য়েংবা নুংঙাইবা লৈশাবী

অনীখক ছাইকল তোংদুনা চঙলকই।

ইবোহলনা মশক খঙলকই, "এঃ ক্লাকৈথেলগী দেবলাখোযনিনহে চঙঙ্গিবসে। কদোমদগীনো মখোয়না ঈথা থাজদনা 'সিব্রাঈসিদা লাকই'সিদি? বিবেন লাউহে। কদায চৎলিনো যেংলুসি। অসিব্রায কোয়থোক্লুসি লাউ।"

"হেবা, ঐখোয়' ব্রাবীদূ ঈপনগা অংত তৌখিসিবা। কোন্নসু য়েংবা য়াবা লৈশাবীদুবু . . ?"

"লাক্ত লাকউসে। ঐ হায়গে লাউনে," হাযবদুনা মখূৎ চিংলদুনা নমদুনা পুখি।

ইবোহলনা ব্রাবী অমা তম্লকই, "ক্লাকৈথেলগী দেবলা অসে মশক ফজবনি, য়েংবা নুংঙাইবনি। ঐসু কোয়গে'না হোৎনকুববনি। অদুবু অন্দবগ্রাউন্দ অমগা যাম্না কন্না নুংশিনৈ হায। অন্দবগ্রাউন্দ অদুগী মমিং মথা থিগৎলুববু পাউ লৌফম ঈবৈ লৈতে। ঙসি মখোযনা লাক্লিবা অসে কেম্প'সিদা মাগী বোযফ্রেন্দ উনবা লাকপা শোযদনা ওইবমগনি। মখোযগী মতূং ইন্নববদি মখোয' কেম্পতূ খঙবা যাই হায'ব্রানি।"

ইবোহল ব্রাখল লৈতবা মীমক্তি নত্তে। মানা হাযবিবা অদু অচুম্বমক্লি। দেবলানা "খম্বগা উনদবা য়াদ্রে, অকুবা ব্রা অমা খন্নগদবা লৈ, অমুক্ত চৎমীন্নকুসি," হাযববদগী সন্ধ্যাবানি মখোয অনী সিনাম কোম্ফূদা লাকপনি। উদোইদা দেবলানা তক্তুনা হংলুবদগী খম্বগী লৈফম তাক্লকপনি। হান্নদি তাক্লোইদৌবগী কন্না হোৎনবমই। সিনাম কোম্ফূদা সন্ধাবসিংখোযগী লৌশঙ কদাইদা লৈ হাযনা হংলগা হেক্তা খঙগনি হাযনা তাকপীবকপনি।

মখোয অনীনা চঙখিবা অদু খুঞ্জিন্দা থোঙ্গাল অমদা ঙাদুনা লেপ্লম্বা পাখঙ মচা অমনা যেংদুনা লৈহৌই। মখোয অনীগী মতূং ইন্দুনা নূপা অনীখক নোংচুপলোমদা, চীংযাবোমদা চঙলিবা লম্বীবোমদা চঙখিবা অদুদা পাখঙ মচাদূসু ইন্নবকই।

লৌবূক মচীন য়ৌববদা কৌবুলিযাগা বৌগেনভিলিযাগনা

যোমশিন্দুনা কোযশীল্লিবা ইংখোলদুগী মপাদা সাইকলদগী কুমথবে। হাইফেৎ খন্নবা ওইনা তৌবমই অদুগা খোংনাং অচৌবা অনীগী মবক্তা চঙলিবা থোঙ্গালদু ফাওদুনা চঙখি।

ইবোহলগা, বিবেনগসু মপা যৌশিল্লক্লদুনা থোঙ্গালদুদগী খজিক্তং হেন্দোক্লগা অসুম চুম্লগী রাবী শানবা মালহল্লদুনা লম্বী নাকন্দা লেপই।

খ্বাইগী মতুং ইন্দনা লাকপা পাখঙমচা অদুসু য়ৌশিল্লক্লে। হুই খোংদুনা অসুম হব্রা চাব চৎপগুম্না উবি। অদুবু ইবোহলখোযগী মপা যৌবক্লবদা, "তামোখোয় কবি লমদগীনো ?" হংলকই।

ইবোহলনা পাউখুমদি পীদনা অমুক হংলকই, "কবিগীনো হংঙিদি?"

"হুম ঐখোযগী খুলগী মী মান্দবদুদা নহানমখৈ উজদবদুদা 'সুম হংজবনি, ব্রাবৌবিব্রা তামো?"

বিবেন্না খুৎলৈ থুনা খুম্লকই, "এঃ এঃ কৈ'সু শাউদেদা ঈবুংঙো। ঐখোয ইম্ফালদগী লাকপনি। অসিদা ঈপন অমগী যুমদা নোংমা নীনী কোযবা লাকপনি। ঐখোযসু হব্রা চাবা সুম থোক্লকপনি।"

অদুদগী ইবোহলদা অমুক ওনশিন্দুনা "হল্লসিনে ভায। ঈপনখোযগী অঙাঙশিংগা অমুক কোয়থোবকসি। লমদাঙবুদি যাম্না ফজে, খবা চাউনা পিক্লিক ওইনা লাক্লসে'বা," হাযনা থেমজিন্নবদুনা ইবোহলবু কোনবোই কবিবোই তৌদুনা পুখি।

পাখঙ মচা অদুদি চীওয়াবোমদা অদুম চঙশীনখ্রি।

খবা থাপ্তোক্লবক্লবদা বিবেন্না ইবোহলদা হাযবমই, "হৌজিকী মীদুদা নোংমৈ য়েপ্পীদু নঙ উবক্তা ?"

"হেবা ! কদাইদা য়েপ্পীনোনে ?"

"ফুবিৎ অথাবা লীৎলী'অসি নোংমৈ লোৎপা যানবনে। মবুক্তা য়েপ্লিবনি।"

ইবোহলনা তুং হন্না য়েংলকই, বিবেনসু য়েংথোক্লুই। পাখঙ মচাদুসু

তুং হন্না হন্না মখোয়দা য়েংদুনা লৈবল্লি। অমুক হন্না যেংলুবা তৌদনা মখোয অনী অদূম হনখ্রে। মখোয় অনীনা চিথেক অমদা লৈশিনখ্রবদা মশক উখিদ্রে। পাখঙ মচা অদূ থুনা য়াঙনা কেম্প মনুংদা চঙশীনখি।

মানা চঙখিবদা লাক্লিবী অনী অদুগী চাউবাকপা ব্রাহঙ লোইশিল্লম্লে।

অচুম্বা মমীং দেবলা, সন্ধ্যাবানির্নি তাকই। খম্বা উনবা লাকপনি হাযনা মবম পী। মফমদু উদোইনা তাক্লকপনি তমই। খম্বগা ব্রাবী শাননিংবগী মবম মশা মশাগী ওইবা ব্রানি। বাজনিতিগী, ওর্গেনাইজেশনগী ওইবা থোইদোকপা মবম লৈতে হায।

পাখঙ অদূনা ব্রাহঙ হংলম্লিবা মী অনী অদু নাকল অমদা কৌথোকখি। কবিগুম্বা খবা চিবোন-চিবোন ঙাঙনখি। দেবলাখোযনা ফল্লিবা কা অদুদা অমুক চঙলকই।

অমুক হংলকই, "ঈচনখোযগা লাকমিন্নবা মী অনী অদু কনা কনানো ?"

"ঐখোযদি কনাসু লাকমিন্নদেনা। হেক নোংঙানবদগী শাইকল অমমম পাযবগা ঈবানিদনি থোক্লকপা," সন্ধ্যাবানিনা খুন্নকই।

"মী অনীখক লাকমীন্নে, হৌজিক্লা মপান্দা ঙাইহৌবি হাযবিবসিদি?"

"ওঃ ঙসাই খুন মচীনগী থোঙ্গালদগী মী অনীখক থোক্লকহৌবদু ওইবা তাবে। অদুদি ঐখোযনা যাম্লা হেন্দোক্লবকান্দা আ-তুংদা থোক্লকহৌবনি। থাপ্লা উবম্বনিনা মশক ফাওবা লাকশিনবা ঙম্লক্তে।"

"ঈচনখোযনা মপান্দা ঙাইহৌবিবা মী অনী অসি মশক খঙদে হাযবসি শেংলেকো ?"

ঙসাইমখৈ সন্ধ্যাবানিনা খুন্নম্বনি। হন্দক্তি দেবলানা খুন্নকই, "মযামগী মুভমেন্তসি মুন্নদি খঙজদ্রি। অদুবু অসিমদি ঐখোয হাযজবা ঙমই, ঐখোয লমগী ফত্তবা মযাম অসি শেংদোকসি, অফবা অমা পুবকসি হাযবগী মুভমেন্ত ওইববদি ঐখোয়সু অঙম্বা মতেঙ পাংজনিংবনি। অদুগা ঐদি তামো

খম্বগী থবক্তা অমুক অনীবক্তি চেন্নজকববনি। অদুবু হৌজিক ঐখোয়না লাকচবিবা অসিদি চুম্নগী ঈশাগী ওইবা ব্রা অমগীনি। ঈতেঙ পীজগে হায়না লাকপমকসু নৎচদে। অদুগা ময়ামগী কেম্প অসিদা ইন্তল্লিজেন্স ব্রার্ক তৌকগে হায়না লাকচবসু নত্তে। ঈবানি ঈশাগী ওইবা ব্রাগী লাকচবনি।"

"ফবে ঈচনখোযনা হায়বা ব্রাসি থাজবগে। অদুমকপু খম্ববু উনবা ফংগনি নীংদে।"

"কবম্ব কান্দা লাক্কদগে ?"

"মদু হায়বা ঙমদে।"

"অদুদি ঙাইহাক ঙাইজখিগে।"

"ফবে, খবা ঙাইবিখো।"

মযাম মবক্তগী খবা অহল ওইবা অদুনা "মেম্মখোযসি চা অমমমদি পীথকখিসি," হাযবদূনা চা লোনবা চঙখি। কেম্প অদু মীৎ-না শিংনা ঙাক্লবসু শীন্নবমই।

দেবলাগা সন্ধ্যাবানিগা ফনা যাম্না কুইনা ঙাইবে। চাসু থক্লে। অদুবু খম্বা হল্লক্লে হাযবা পাউদি শূকপী পীবদে।

মযাম অযূক্কী চাক চানবক্লে। মখোযনীদি চাও হাযবসু যাদে। ওমলেত অমমমগা চা অমমমগদি নমদুনা পীশীল্লে। নোং অকনবা থুপ্পা ওইনা মখোয়সু অদুম ঙাইথবে।

নুংথিল ওইশিল্লক্লবদা বাকেশ লাকই। মাদি দেবলাবু মুন্না মশক খঙবা মীনি। খম্বগা লৈনবা মবীসু খঙই। দেবলা উবদা ঈঙক-ঙকই।

"দেবলা নঙদি 'সীদা কৈদৌবল্লিবা ?" মানা হংলকই।

" 'সুম কোয়বল্লিবা।"

"খম্ববু উনববো ? হুম উনবল্লোই। মাদি নোংমা নীনীদি 'সীব্রাযদা লৈতে,"

"হৈমা ! ঐখোয়দি ঙসাই'খৈ লাকখিনেনা ঙাইবিসিদি

তোকএদনা," মখোয় অনি শোন্নবগুম সন্ধ্যাবানিনা হায়বকই।

বাকেশনা লীৎলকইবা জেক্কেত্তু লৌথোকই। নোং অমুক চুগদবগী নৌহৌননা ওমচাক্লবক্লি। মাগী পুকচেপ্তা ওতোমেতিক বিভোলভব অমা য়েপ্পি।

"লাক্ত-লাক্লবসু খম্বদি হয়েংকা য়ৌবকপা য়াই।" বাকেশনা পাউখুম পীবকই। "য়াম্নদি উনহন্নীংই, অদুবু উপাই লৈতে।"

"অদুগা ঙসাইমখৈ ঐখোয়দা কনামত্ত হায়বীদে। 'সুম ঙাইহন্দূনা থম্মে'মী! তামো, অদুদি ঐখোয় য়ৌজবগে।" দেবলাগী মবুক্লীং খবা নুংশিবা অমসুং বাবৌজবগী ব্রাঙাঙনি।

মখোয়না থোকখিবগা কোম্ফোং য়ৌবদা নোং জম জম চুথবকই। নুংশিংকা লোয়ননা ব্রা ব্রা হুমজিল্লকই। মখোয় অনী পুমচোৎ চোৎলে। অদুবু খামদ্রে। সাইকল থৌবা লেপ্তুনা অদুম থোকখি।

ঙসাইগী থোঙ্গাল মপা অদুদা বিবেনগা ইবোহলগা সাইকল অমমম পায়দুনা লেপ্লমই। অকনবা নোং ওইদুনসু মখোয় অনীনা মতূং ইন্নদূনা সাইকল থৌখি।

খবা অমুক হেন্দোক্লগা ইবোহলগা বিবেনগদা ব্রা হংলম্বা পাখঙ মচাদু অমুক স্কুল অমা লৈবদূগী ভেবেন্দাদা নোং থূপ্পা ওইনা লেপ্পল্লি। তুং ইন্নবিবা পাখঙ অনীদুনা মাঙগী লৈশাবী অনীদুদা লক্লবোই কবিবোই তৌবা, লৈশাবী অনীদুনা শাওবংনবা ব্রা অমত্ত খুমদনা সুম থোকখিবা অদু মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই।

তরাত রুক

# পাইরক্কী থৌদাঙ

---

দেবলাখোয়না লাকলম্বা নুমিত্তুগী মমাঙগী নুমিৎ নীনীবোমদগীনি। খম্বগা চন্দ্রকান্তগা চীঙয়াঙগী কেম্পতা কনফবেক্স অমা য়াওবা চৎখিবনি।

মখোয়না হল্লকপমক্তদা দেবলাখোয় লাক্লম্বগী পাও মবীক চূম্না তমখি। সিনাম কোম্ফ্দা মীনৌ নহা অনীখক লৈবে, মখোয়গী মবমদা থিজিনবসু লোইবে তম্নকখি।

নহা অনী অদু মখোযনা লোইশিনখ্রবা অঙাঙহলগী মচা ইবোহলগা, ছীঃ এমঃ গী গনমেন ওইবম্বা, মখোয়না থাদোকপীখিবা বিবেনর্গান হাযবসু খঙলে।

অমনা বিবেন্নি হেক হাযবগা খম্বনা চন্দ্রকান্তদা অর্থ য়াওবা মীৎয়েঙ অমা কাপ্লকই। চন্দ্রকান্তনা ঙক্লপ্না, "বিবেন্নি হায়বা ?" হায়না হংবদগী হেন্না উপাই লৈবমদে।

খম্বনা মতীং শোক্লা হাযবকই, "বিবেন্না শোযদনমক্কী খূবক্কী ঈনা লাই শাবা হাযবদু ওইবক্কনি হাযবসি ঐনা নহান্না হাযখ্রবনি। অদুবু মদু হৌখ্রবা ৱানি, কান্নদ্রে। হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা যাবা থবক চত্থনসি। ইবোহলগা বিবেনগা মখোয অনীমক তাঞ্জা চাবা অমদা লোইশিন্দবা যাদে। মযাম্না কবি পাম্নবি ?"

"মদুনা ঐখোযগীসু অপাম্বনি কমবেদ।"

"অদুদি মথক্কী কমবেদশিংগা ঐগা অমুকসু উন্নকবা তাবি।"

অস্মা ৱাবোই ৱাতেম্মখি। ঙাক শেনবগী চেকশীনবা

কনখৎহনখি। সন্ত্রিগী দিয়ুতি তাবা পুম্নমক মীহুম-নাহুম শিংনবা হায়খি।

নুমিদাং তুম্নবা মতম য়ৌশিল্লক্নবদা খম্বা তুমথবা ঈয়া য়াবমদে। খোয়বাগু খোয়শাওনৈ। উশিৎ-থওইদবগী মওঙদা ইবোহলগা বিবেনগা লাক্লমই হায়বগীনে মদুগী মথক্তা পাঙ্গল শোনবী দেবলানা কবিগীদমক্তা অদুক থাপ্না লাক্লন্নিবনো হায়বগীনে। ইবোহলগা বিবেনগনা কবেম কথাঈননা নূপীমচা অনীদুবু ইন্নখি হায়বদুনসু থোইনা হেন্না মৈচাক পীবকই। "কবি অকুবা ব্রা লৈদুনা মফম মবাঙসু খঙদনা মখোয় অনীনা 'সি য়ৌনা লাক্লন্নিবা?" হায়বগী ৱাখলদা দেবলাগা সন্ধ্যাবানিগবু খজিক্কং ৱাবৌখি।

নুমিৎ তবেৎনিমুক্কী মতূংদনি। গ্রেতব ইম্ফালদা কর্ফিয়ু লোইশিনখ্রে। অযূক অমা খম্বখোযগী একজিক্যুশন কেম্পকী মিতিং অমা তৌবমই। ইবোহলগা বিবেনগবু কবম্না লোইশিনশিগে হায়বগী মতাঙদনি। মখোয অনীনা কেম্প অদূগী মাঙননবা শীল্লি হায়বসিসু তানবক্লবনি।

অকুবা ব্রা খন্নবিঙৈ অসিদা কমবেদ অমা চঙলক্লুনা বিবেন লাকই হাযনা তন্নবে।

ময়াম হাইফেৎ মিপাইনৈ। চন্দ্রকান্ত ফাওবা য়াওনা "ঐ হাৎকে, অদুগা ঐখোয ফিভম শেমদুনা লৈশি। ঙাইহাক লৈবগা আর্মি মপৈ অমা থুংলবা যাই," হায়না উংখৎনবকই।

খম্বনা ঈঙথনবা মখূবাক্লা থাম্লকই, "মযাম তুমিন্না অমুক্ত লৈবিয়ু। হৌজিকমক্কীদি মা ঐখোযবু লোইশিল্লগে হায়না লাকপা নত্তে। কবি মবৌ লৈদুনা লাকপনো হাযবদু অমুক্তং খঙদোকসি।"

খম্বনা ঙাইহাক্তং অমুক ৱাখল তৌই। অদুগা মঙ্গীদা হায়বকই, "কমবেদ মঙ্গি নঙনা স্কুতব তোংদুনা লমখাঙদা ঙাইকুবো। হুবেন মনা হয়খিবদা লাপ্লপ্না মতূং ইন্নৌ। কদাইদা হনখি' গে হায়বদূ য়েংলু। নাপেৎ পলিদা মৈনোচান্দখোযগী কেম্পলোমদা হনখিগদবা মাল্লি।"

অসুম্না থৌবাং মচা অমা শীল্লম্লগা বিবেন্না ফম্লিবা কাদা খম্বগা চন্দ্রকান্তগা চঙশীল্লকই।

পায়বস্বা সন্দে মেগাজিন অদু বিরেন্না থমই। "মাওইজম লিভস ইন মণিপুর" হায়বা ফীচর অমা য়াওবদু অসুম পাদুনা লৈরম্বনি। মেগাজিন অদুদা য়াওরিবদুনে, কেম্প অদুদা তৌনরম্লিবা ঈরাঙ অদুনে বম্লুবগা মানা হায়গে হায়না লাক্লিবা বফমদু মথন্নত নীঙজনবা অমা পোক্লক্লে।

খম্বনা হৌবকই, "মিং রিরেন কৌই হায়রবা খঙলে। ঐগী মফম'সি খঙবিব্রা ?" চন্দ্রকান্তদা মখুৎ থিল্লমই।

মতমদুদদি চন্দ্রকান্তসু মকোয় কোক্লে, মশামসু ঈশাং শাহন্দ্রে। ঈরায় লায়না মশক খঙই।

"খঙই, চন্দ্রকান্তনি। ছিঃ এমঃ অস্তাঙহনবীদা লৈরম্বনি। ঐসু লৈবমই।"

চন্দ্রকান্তনা মরক থংলকই, "বিরেন, নঙবু হৌজিক হৌজিক ঐখোয়না ঈরায় লায়না লোইশিনবা ঙমই। নঙনা তৌরিবসে ঐখোয়গী মায়মোক্তনি হায়ব'সি ঐখোয়সু খঙলবনি। ঐখোয়নীদি থূরকী ঈনা লাই শাবা মীবু হাল্লা লোইশিনবনা শোয়রব্দুবা ঈখৌনি হায়বসিসু নঙ খঙলগ্রগনি। অদুগা নঙনা মসি পূম্নমক খঙনা খঙনা নথল্লত ঐখোয়গী কেম্পতা লাকপা ঙম্মি'বসি ঐখোয় হায়ক্কেং ঙকই। নূপামচা খোকই হায়না খাগৎনীংই।" মুর শাংনা অমুক হোল্লসা মখা চখরকই, "ছিঃ এমঃ লোইশিনবা মতমদা নঙবুসু লোইশিনসি হায়না লেপ্ররম্বনি। অদুবু ঐনা শিখাঙ খাঙদুনা নঙতবুদি কবিসু তৌবক্রোইদবা মীনি হায়না কনখিবনি। অদুগা নঙনা হৌজিক তৌবক্লিবা অসি ঐ য়াম্না পেন্দে। নঙ ঙসীদি নাম্লোকপা য়াররোই।"

খম্বনা অমুক মখূৎ থায়ংলকই। চন্দ্রকান্তগী অশাওবা খজিকং ফাখনবা ওঙদানি। অদুগা অমুক হায়রকই,

"অচুম্বনি ঈতাওনা হায়রিবা পূম্নমকসি ঐসু হায়জনীংলম্বনি। অদুমকপু বিরেন্না ঙসী লাক্লিবসি করিগীনো হায়বদু হাল্লা খঙবিসি। বিরেন, অমুক্ত হায়য়ূ মকল্লা ঙসী লাক্লিবসি করি মতমগীনো?"

"মফম ময়ামগী নাক্তা ঐনা ঙসী ব্রা বরা হায়গে'না লাকচরিবসি থাঙ্গৈশৈংবদি মফম ময়ামগী ফননবা, অফব মওঙ অমদা পুবকপা য়াননবা

হোৎনজবদগী লাকপনি। অদুবু মসিদা থাজবিবা থাজবিদবা মযামদা লৈবে। ঐগীদি ছিতীজেন অমা ওইবগী ঈথৌ খবা পাঙথোকচগে খন্দূনা লাকচবনি।"

"হায়বিয়ু য়া'নি। ব্রাফম অমদি হংজহৌগে। বিবেন্না ঐখোযগী কেম্প অসি কবম্না খঙলকইবনো?"

"মদুদি থোইদোক্না লুদে। ফনা ফত্রবসু ঐসু সিক্যবিতিদা লৈবন্নিবনি। ঐনা হাযবিব'সি যাববদি মরূপ মযামগী তাঙঙবা পুন্সিশিং অদু অনৌবা য়াওন অমা শেমজবা ঙমগনি।"

"ব্রাহৈ ব্রাতাদি ফজৈ। তাবা নুংঙাই। অদুবু ব্রাকোয় তোকথোকও। অনৌবা পুন্সি হায়বদি কবিনো।"

"কেম্প অসিদা লৈবিবা মরূপ খবা অসিগী বিহেবিলিতেশনগীদমক লূপা লাখ অমা। মযামসি'না কো- ওপবেতিভ কাববাব অমা তৌননবা সবকাবগী মতেঙ। অদুগী মথক্তা মী অমমমগী তুংগী যূন্নে- কৈবৈ ফগৎননবা প্লোত অচৌবা অমমমসু ফংবা।"

"মদুনা বিবেনগী কবি কান্নবা?"

"ঐসু মযামগী বিহেবিলিতেশন পুবকপগী ক্রেদিত অমা ফংজবা। ঐগী হান্নগী থবকসু হঞ্জিনবা অদুগা প্রোমোশন অমা ফংজবা।"

"মদুদি মযাম লোইনমক্কী যান্না ফবা ব্রানি। হাযবিবা মযাম'সি কবন্বা ম ওঙদা ওইথোকহন্নি। ঐখোযনা অসুক ব্রানবিবা অসি অদুগুম্বা ফংনন... উপাই লৈতবদগী মুভমেন্ত হৌখিবনি। অদুগুম্বা খুদোংচাববু পী'নি হাযববদি কবিগী অসুক ব্রাজরুগদগে?"

খম্বগী ওইজ ওইথক তানবগী অমসুং মশাদগী যেংবা লৈবাক্কী তুংগী যেংদবা ব্রাঙাঙ অসিদা মযাম ঙক্লে।

বিবেন্না অমুক মখা চথবকই, "ফবে অদুদি হংচিৎ নুমিদাংব্রাইবমগী পূং তরূক তাবা মতমদা খুন্দ্রাকপমগী হোতেল খবা চাউব'দূদা মযাম লৈবিবমউ। ঐ সিক্যবিতিগী মী খবগা লাক্লগা ...নবসি। মদূদা মযামগী খূৎশূ খুৎলায়সু সবেগুব তৌবিবো।"

"ফৈ কৈদৌগে কবিসু কায়দে।"

অসিদা যানবদুনা চা কপ অমমম থক্লে। অতৈ বাৱী খরা শানববা মতূংদা বিবেন চৎপ্লে। মা মোতোব বাইক অমদা লাকপনি।

মযাম্মা খম্ববু শাউনিংবা অমসুং তূকৎচবা মীৎয়েংগা লোয়ননা ৱা শেংদোক্লবা তক্লবকই। মখোয়গী মপুন্সি মথৱায় অমসুং কুইনা য়োকখৎচবক্লবা লালহৌগী আশাবু মফম মবাগু খঙদনা মিনিত তবামুক্তা কৈসু লৈত্রবা নূপা বিবেনগুম্বা অমদা য়োম্লোকই হায়না।

মতাঙ অসিদা খম্বনা কবেম কথাঈনবা মতেক অমা হুল্লকই, "কৈসু লৈত্রবা বিবেনগুম্বা নূপা অমদা চঙজবা নুংঙাইত্রবদি গর্ভনব নত্রগা প্রাইম মিনিস্তরগুম্বদা চঙজসি হাযবিব্রো?"

মযাম অদু খোয়দৌ অমুক্কা হেন্না শীক্লমই। "কমবেদ খম্বনা চঙজবা [illegible]দি, [illegible]। নাথন্ম চঙদখো। ঐখোযগী পুন্সিদি কখোক্লদ্রনি। চঙজবগী [illegible] ঐখো[illegible] [illegible]াতি।"

[illegible] [illegible] থোক্লত খুবাক খুবকই।

[illegible] নম্বোলনা যাইফবে," হাযনা মথন্তনা লাউবকই। অদুগা [illegible], "ব্রাউর্চশিং অসিতনি ঐনা তাবা পামজবা। মযাম্মা কবিগী অসুক ব্রাম্বল লৈত্রবনো" বিবেনবু ঐনা অপঙ শীবগী ব্রানি। হৌজিক ঙাইহাক্কা মতূংদা মাঙ্গনা পাউ পুবক্লগনি। বিবেন্না চঙখিবা মফম, মাগী পার্টিনচিংবগী মবমদা ব্রাবোল খবদি শোযদনা খঙলগনি। অদু হেক খঙবগা বিবেনগা মাগী পার্টিগা হৌজকমক লোইশিনগদবনি। অসিগুম্বা মী, ঈমাঙদা কুইনা থম্বা ঐখোযগী লাম্লোংদা যাওদে। মযাম ওপবেশন চৎনবা শেম শাবিযু।"

মযাম লোইনা লৌথুপ লৌকোই লৈনদ্রবদ্দা হবাউনবকই। অদুবু কম্মান্দব- ইন-চিফকী যাথংদি লাক্রি হাযনা পুথোক্লবকই।

খম্বনা, "মতাঙ অসিদা কম্মান্দবগী য়াথং ঙাইফম থোক্লে। ঐখোযগী যাথং নিফম থোকপা নিম্লে। ঐখোয়গী অহানবা পান্দমদি ব্রেইতব হান্না লোইশিনবা অসিনি।"

**তম্নাতরেং**

# য়ূম্লোমদা

---

মঙ্গিনা বিবেন হল্লকপা ঙাইবা অদু থোইদোক্লা কুইদে। বিবেন্দু চিংনবা ঈয়াও য়াওদনা পবীং অমদা থৌবকপগুম তৌই। মানা চৎলুবিবা থবক অদু মায় পাক্লপগী মতৌগুম মায়থোঙ মকা লাম্বগুম তৌই।

বিবেন্না ফনা যাম্না হেন্দোকখ্রবা মতূংদা মঙ্গিনা তপ্লপ্ল ইন্নবকই। খম্বনা হাযবগী মতূং ইন্না বিবেন্না উখ্রুল লম্বীদা নাপেৎ পলি তাননবা হাইখিগদবগুম নীংই। অদুবু মাদি ইস্ফাল্লোমদা অদুম থৌখ্রে।

বিবেনগী মোতোব বাইক্কী নম্বব খঙহৌবে। কোন্না ইম্ফালদা চৎলগা মবী মখোঙ থিগৎলগে খল্লক্লে। নাপেৎ পলিদা লৈব মৈনোচান্দগী কেম্পতা মখোয পূন্না চীবোল থৌবাং খন্নে হায়বসি খঙদোকপা চুমই লেপ্লে। অদুনা মঙ্গিদি উখ্রুল লম্বীবোমদা পাংলক্লে।

মৈনোচান্দগী কেম্পতা থুংলবে। মাগী খুৎলাযদি মফম অমদা লোৎশীল্লন্লে। মবম অদূনা কেম্পকী মীশিংনা চিংনদুনা মাবু চেক তৌবা অদু মচাক অমত্ত ফংদ্রে।

মানা মফম অদুদা লাকপগী মবমদি বিবেন্দা অকবা পাউ অমা পীগে লাকপনি হায়না খুমই। বিবেন ঙইহাক লৈববদি থুংলবা য়াবে হাযববদা ঙাইখিগে হায়।

কেম্প অদু বিবেনখোয়গা মবী লৈনবে হাযবদি খঙলে। পূং অমবোম ঙাইববা মতূংদা বিবেন থুংলবে। বিবেন্না হংলকই, "কবি মতাঙগী অকবা পাউ ওইববনো ?"

***অকবা পাকূগী ষ্টুরে***

"পুলিছকী ইন্তলিজেন্স সেক্সন ৱিংদগী হায়বকপনি। কংলৈপাক বিভোল্যুশনবি পার্তিগী খ্বাইদগী ঈচঙ থৌনা থবক পাঙথোকপা কেম্প অমা লৈফম তাক্লকপনি। সিনাম কোম্ফু হায়বা পাঙ্গে শগোলমাঙ মবক্তা লৈবা খুল অদৃদা লৈবে হায়বগী পাউনি। মদুগী ওপবেশন অদুদা য়াওবিয়ু হায়বকপনি," মঙ্গিনা মচা খায়না তাক্লবা হোৎনবে। মীকী লাইকী ঈয়াও য়াওদে।

"হেৱা অদুগী ৱা ওইবে। ঐ হৌজিক কেম্প অদুদগী লাকপনি। ঐখোয়সু নহান্না মফম খঙলবনি, অদুবু ঐখোযগীসু প্লান অমা লৈদুনা পাউ পীবক্তবনি। মতাঙ চাবকান্দা পুথোবক্কে খল্লিবনি।"

"অদুদি ঐগী পীগদবা পাউ পীববনিনা হঞ্জব্রগে।"

"ঙাইখো, ঙাইখো ঐখোয ময়ামগা কবিগুম্বা খবা থক- চাখিসি।"

মখোয় অনী কা অমদা চঙশীল্লি। ইবোহলগা মৈনোচান্দগা মী অনী অমগা ফল্লমই। মকোয় মবাং য়াম্না চোমই মীৎয়েঙ- লাকযেঙ উবদা কিবা থুক্কৎপা পোক্লীংঙাইনি।

মঙ্গিনা খল্লি, "মখোয় অসিনিকো নহানমখৈ ঐখোয়গী মিংদা কৈবোয় লৈকায়দা শাথিবা মিপাইবা পোক্লহল্লল্লিবসে। অদুবু মখোয়গী মতম কুইববোই।"

বিবেন্না পাউ তমই, "ইবোহল নঙনা হায়বা যাম্না চুমইহে। বিভোল্যুশনবিকা হাযদনা তৌশাবি'সে, পৈশা পীগে, লম পীগে থবক পীগে হায়ববদি হুঈনাও মচাদা কবোক পীজবসি মঙায়। হৌজিক ঐনা হায়বিবমখৈ য়াহৌবে।"

"ইবোহল ঐসে হায়ফেত্তি শিংজববনিনহে। বাজনিতি য়াওগদবা মীনিনে।"

মঙ্গি শাওনিংবা ফাথনবা কন্না হোৎনৈ।

ভূটানগী থ্রী এক্সকী বম লীক্লী অমা থক্লি। বিবেন্না পুবকপা চিক্কন অতাওবা পুথোক্লকই। মঙ্গিদি মহৌশানা য়াম্না থক্তে হায়বদুনা বাউণ্ড অমুক্তং

য়াওবগা মখা তাদ্রে। চাবা- থকপা লোইবদা পূং মঙা তাবে। মখোয়না চিংনখিদনবা মাসু থকপা য়াওখিবনি।

মঙ্গিনা অমুক হল্লক্তুনা সিনাম কোম্ফু য়ৌবদা পূং তব্দক তাগদৌবে।

ময়াম পূন্নমক ওপবেশন চৎকদবগী শেম- শাদুনা লৈবন্লে। অদুবু খন্বনা মাগা লোয়ননা চন্দ্রকান্ত, মঙ্গি অমসুং বাকেশ পুল্লপ্না মখোয় মবীতমক চৎসি হায়না লেপ্লে।

নুংদাংগী চাক চাবা লোইবগা মখোয় মবি মশা চাবা খূৎলায় খবা খবা পায়দূনা থোক্লক্লে। চন্দ্রকান্তগী কাববাইন অদুসু য়াওবকই। অতৈনা ওতোমেতিক পিস্তোল মচা মচা অমমমদুগী মথক্তা ষ্টেন- গন অমখকসু পায়বকই। ফুবিৎখাউদা হেণ্ড গ্রেনেড অমমমসু হাপ্লকই।

য়েজদি মোতোব বাইক্তুদা খন্বগা চন্দ্রকান্তগা তোংই অদুগা ক্ষুতব অদুদনা মঙ্গিগা বাকেশকা তোংই।

হাওফি অমমম ইনশিল্লদুনা নোংমৈশিং অদু খুমজিন্নবা হোৎনৈ।

"ঙসীদি সিক্যুবিতি ফোর্শ থেংনববসু অঙম্বা খবদি হেক্ত লোইশিল্লগদবনি," হাযনা ঙাঙনৈ।

লাইবক ফবনা থেংনবদি থেংনদ্রে। মখোয়না নাপেৎ পলিদা মৈনোচান্দগী কেম্প য়ৌবকপদা নুমিৎ পুমতা তাখ্রে।

ঈঙা থাগী তবাতকক্লি শুবা থাজগী মকোয়না নোংপোক থংবা অতিয়াদা চীংগী মকুমদগী খবা খবা লিৎখৎলকপা হৌবক্লে। নোংচুপ্লোমদদি নোংগী মপৈ মপৈনা শন্দোবকপগুম তৌবি। থবানমিচাক অমত্ত উদে।

গাডী মচা অনীদু খবা খবা লাপ্লপ্না থনমই। য়ুম অদুগী অকোযবদা লৈপল পবেং অমা লৈ। লৈপল মথক্তা মনানা মতোলবাইদা ঙাঙশঙ ঙাঙনা শাৎপী চীংদা হৌগনবী মখোম থোকপী ইউফোর্বিয়ানা পবেং শানা হৌই। য়ুম অদু য়ুমদোমপোক ওইনা তৌই। মখোয় মবিনা ঙাইহাক লন্বীদা চৎশিন্নবা শাই। তপ্না তপ্না লৈপল মকমদা চঙশীল্লি। অনকপদা মী অমত্ত উদে। য়ুম

মনূং অদুদি মৈ থাল্লি।

মহৌশাগুম থোঙজাও মনাক্তা মী অনী ফল্লি। লৈপল লাহ্বোক্তুনা উপ্রাক্লা তপ্লা তপ্লা চঙশীল্লকই।

হান্না শীন্নখিবগী মতূং ইন্না খম্বগা চন্দ্রকান্তগনা অবাংথংবা চিদাইদগী চঙশীল্লকই। মঙ্গিগা বাকেশ্বগনা খা থংবা চিদাইদগী চঙশীল্লকই।

পিস্তোলগী বেঞ্জ য়ৌববা মতূংদা খম্বগা চন্দ্রকান্তগনা পোইস্ত থ্রী, এইত,কী মব্দ অমমম্মা মাঙ্গোলদা গার্দ ওইনা ফল্লিবা অনীদুগী মকোক মকোক্তা কাপশীল্লে। মদু হেক লোইবগা মখোয় অনীনা লেপ্লা লৈতনা থোঙজাও অদোমদা নোংমৈ কাপশীন্দুনা কোভব পীবকই। তাল্লক অসিদা মঙ্গিগা বাকেশকা খূৎলৈ থুনা পাইশিনখিদুনা মাঙ্গোলগী দাবি ময়া য়ৌশিনখ্রে। মকোক মমৈ ঙাওবমখৈ মাঙ্গোল থোঙজাওদা নোংমৈ গূলী মমাঙদা থোক্লকপমখৈ লোইনা তুখিবমই। মী মঙামুক লোইশিনখ্রে। মমাঙগী ওপবেশন্দা তৌবগুম মঙ্গিগা বাকেশকা মনীংলোমদা দাবী মপান নপ্লা থুনা য়াংনা লাকই।

ঈমূংগী মৈ লোইনা মমথখ্রে। থোঙনাও অমা খংহাং হাংদোবকই। মখোয অনী পাকথৈ। থোঙনাওদগী কাপথোবকপা নোংমৈনা চন্দ্রকান্তগী মখোঙ য়েৎথংবা ফৈক অমসুং পূকনোপ্তা খঙহৌদনা মব্দ অহূল্লোম পানখ্রে। থাবল মঙান্দা মপান্দা লৈবা মীবুদি উই। ঈমুংলোমদদি মমখ্রবনিনা উদে। মঙ্গিনা হেণ্ডগ্রেনেদ অমা লংশিন্দুনা য়ুম মনুংদা মঙাল চাউনা পোকখাযখবে। তাঞ্জা লৌদুনা খম্বনা চন্দ্রকান্ত চিংদুনা মাঙ্গোল্লোমগী দাবী মযা তান্না চেনশীল্লক্লে। চন্দ্রকান্ত উপ্রাক্লা মাগী কার্বাইন অদু কোন্দুনা হীপ্লে, অদুগা খম্বনা নাকন্দা ফক্লাঙদা নপশীন্দুনা লৈবে। বাকেশনা কোভব পীবগা মনীঙথোংলোমদা মঙ্গিনা থোঙ হাংদোক্লবা পৌবোলদা নোংমৈ কাপই।

তাঞ্জা অসিদা মমাঙথোঙ তপ্লা হাংদোবকই। বিবেন থোক্লকই। চন্দ্রকান্তনা মাগী কার্বাইন খপই। মব্দ কয়ামুক্লা বিবেন্দা পানখি। বিবেন্না অমত্তংদি কাপথোক্লমই। অদুগা তুখি। মদুনা চন্দ্রকান্তগী ওই থংবা পাম্বোমদা খেত্তুনা চৎখ্রে। চন্দ্রকান্ত নোংমৈ কাপ্লা য়াদ্রে।

মথঙদা ঈবোহলনা সন্ধান য়াওদনা চাউহাইদা নোংমৈ কাপ্ল- কাপ্লদুনা চেম্মোবকই। নাকন্দগী খম্বনা মাগী ষ্টেনগন্না খপ্লকই। ইবোহল নোংমৈ মরূ খুদিংগী মশা থক থক নীক্লদুনা তুথখ্রে।

মনীংথোঙলোমদা থোক্লকপা মৈনোচান্দ অমসুং অতোপ্পা মী অমবুসু মঙ্গি বাকেশনা লোইশিনখ্রে।

অদুগী মতুংদগীদি ঈমূঙদগী মী অমত্ত থোক্লক্রে। খম্বনা মমাঙথোঙ লোমদগী অদুগা মঙ্গি বাকেশনা মনীংলোমদগী ঈমূংদা চঙলক্রে। ঈমূংদা মী অহূম অমগা মৈনা চাকথেক্লদুনা তুদুনা লৈবল্লে। মখোয় শিবে, লেঙদ্রে।

খম্বনা অমুক থোক্লক্তুনা নোংমৈ খোমজীল্লি।

তাঞ্জা অসিদা,জীপ অনীখক থৌজীল্লক্লে। হেক খাম্বগা আর্মি তবানীথোইবোম চোংথবক্লে। ঈমূংদি ঈমম মমই মপান্দদি থাবল অদুনা ময়েক শেংনা উই।

খম্বনা কাববাইন অদু পুশিল্লক্তুনা থোঙনাওবোমদগী খপ্লকই। অমুক অমুক খপ্পদা সিফাই অহুম মবীদি কেল্লে। মঙ্গিনা মমাঙথোঙলোমদগী ষ্টেন গন খপ্লে। বাকেশনা মনীঙথোংলোমদগী কোভব পীবক্লে। অসুম্না ঙাইহাক্তদা জীপ অনীদুনা পুবকপা আর্মি তুম্না হাৎখ্রে।

খম্বনা মঙ্গি অমসুং বাকেশ কৌবকই, "মফম অসিদা পঙ্খবা খুদোং য়াম্না চাদ্রে খূৎলায় খবসি পুবগা জীপ অমদা হাপ্'গা নখোয হান্না থৌখ্রো। থুবো চৎলোসে।"

"কমবেদকা চন্দ্রকান্তগদি?"

"ওঃ পঙ্খবনু হায়বগা। কম্মোন, কুইক, থুবোসে। ঈবানীনা থোকপা ইবাইনা লাকচনিসে।"

মঙ্গিগা বাকেশকা নুংঙাইত নুংঙাইত থোকখ্রে। খম্বনা কোভব পীবি। পুবকপা নোংমৈ, খূৎলায় জীপ অমদা থমখ্রে। লেকথদূনা তুবিবা সিফাই ড্রাইভব অদু মখাদা ঈঙ্খবে। মঙ্গিনা গাড়ী থৌদোকখ্রে।

অদুবু মখোয় অনী মবাইবক য়াম্না থীখ্রে। অৱাং পাংনা উখ্রুল লম্বী

বোমদা মমায় লৈথোবকপদা সিফায় মপোৎ অমা পুবা আর্মি ব্রক অমগা মায়য়োক্লকবে।

মঙ্গিনা অৱাংলোমদা থৌগে তৌবন্না জীপ্পু মখাবোমদা মমায় খওলৈ লৈথবমই। পাখৎপনা জ্ঞান য়াওখিদ্রে। তিংখৎতনা ঙংবা ইঞ্জিনগী মখোলগা লোয়ননা মখা মায়কৈ পাংনা থৌদ্রে। আর্মি ব্রক অদৃসু মতূং নকশীন্নবা কন্না থৌদুনা তান্নখ্রে। নোংমৈ কাপ্পা হৌদ্রে।

খম্বনা মদৃ উবদা মমায় লূকথদুনা মখৃৎনা মকোক্তা হাপ্তুনা আশা মাঙলবগুম ফমহৌই। মঙ্গি অমসুং বাকেশ হিংনা হল্লকনি আশা তৌদ্রে। খম্বগী মমীত্তা মপী তাবা হৌবক্লে। চন্দ্রকান্তগী মনাক্তা চঙশীন্দুনা তপ্না হায়বকই, "ঈতাও, ঈবানিসু চৎনবা তৌবসি। জীপ অমসিদা হীপ্পগা চৎপদা ঈতাও ৱাগদ্রা ?"

"ঈতাও নঙ কপ্পমাল্লে। নূপানবু কপ্পা হৌনব্রা ?" চন্দ্রকান্তসু পূকিং নুংশিবগী ফুনগৎলকপা ঈহৌ অমনা মথবাক্তা লুমথবক্লে। মখৌনাও মচীনবান পূংকং কংশিনখ্রে। কুচু তাইবা হৌবক্লে। মখোল থোকপা ৱাবে। খম্বনা ঈবা হৌবকপা পিবাংলক্তা নোক্লকই, "ঈতাও ঐ কপ্তে।" থোঙনাওদা ফাওজীল্লকপা থাবল মঙালদা খম্বগী অঙৌবা অবংবা য়াতোন উবকই। মমীত্তা কাবকপা ঈবাগী অবংবদুসু উই।

"অদুনি ঈতাও ! শিববসু ঈবৈবাক্কীদমক্তনি। নোক্লা নোক্লা শিগদবনি। ঐনি কপফম থোকপা, হৌজিক ঈতাওনা ঐগী ঈতেঙ য়াম্না দবকাব ওইগদৌবি। অদৃবু ঐনা ঈতাওবু চিববা মতমসিদা ঈতেঙ কয়া পাংবা ঙন্নোইদৌবে।" হৌগৎপা হৌবক্লে, খম্বদা কোল্লে।

মখা চত্থবকই, "ঈতাও ! ঐ জীপ তোংঙোই। ঈতাও মহৌশানা নুংশিজববা য়েজদী অসী 'সুম তোংগে। মসিদা তোংলগা থৱায় হিংগদবা মাল্লি। ঈতাওনা জীপ তোংখ্রো।"

"তোংববুদি ঈতাওনা তোংনিংবা তোংগনি। অদৃবু শিবা হিংবগী ৱা কবিগী খল্লি'নো ? ঈতাওগী ঐ লৈবি। হিংলে হিংমিন্নগনি, শিবে শিমিন্নগনি। য়েজদিসিদা ঈবানি তোংমিন্নসি।"

অসি হায়নবদুনা খম্বনা চন্দ্রকান্তবু কোল্লদূনা মোতোব বাইক তান্না চিংবোই পোবোই থুনা পুশিল্লক্লে। মখূৎ ওইনা স্তেনগন্দুদি থাদোক্তে। চন্দ্রকান্তবু ঙাইহাক্তং ফমহল্লগা, মাগী কাববাইন্দুসু পুবক্লে। চন্দ্রকান্তগী লেংজুমদা য়ানশিল্লে। মদু হেক ফংবগা চন্দ্রকান্তনা য়েক্লবা খোমপাক অমদি হায়কনু পৃথিবী লাম্বা পাবা ঙমগদৌবোই নীংই। ত্রেইনিং মফমদগী অদুম য়াওবক্লবনি।

পম্বুবা তৌদনা খম্বনা মোতোব বাইক্তু অকনবা ইঞ্জিনগা লোয়ননা থৌদোবক্লে। নুংশিৎমুক য়াঙনা পাইবোই নীংলক্লে। অথাপ্পদা গাড়ী অচৌবগী হেদ লাইত মাম্বা অমা লাকই। খম্বনা গাড়ীগী খোঙজেল খজিক্তং লৈথে।

চন্দ্রকান্তনা হায়বকই, "ঈতাও, মাঙদা উবিবা গাড়ী অসী আমিগী ওইবম্বা য়াই। খাল্লবদি নো একশন। ফাববসু ফাজখ্রসনু। ফাদ্রগনা ঈচম চম্বা শাদুনা অদুম থৌখিবা। ঈতাওগী ফিদু কোনশিল্লু, খুৎলায় উহনবিগনু।" অদুগা মাগী স্তেনগন অদু লোৎশীন্নবা লাক্লে।

হায়না হায়না নকশীল্লক্লে। গাড়ী অচৌবদুসু খম্বসু তপথনৈ। কবিমক্ত নাচুংদবা শাদুনা তপ্পপ্না থৈনৈ। খম্বগী লৱাইগী শমদি খবা য়ুংখৎপগুম তৌই।

হেন্দোবক্লে। খাম্বা খোৎপা কবিসু তৌবক্তে। খবা হেন্দোকলগা আর্মিনা থনবা ত্রক অদু লেপকে তৌই। অদুবু অদুম থৌথখ্রে।

খম্বা শ্বব মতেক হোনবগুম তৌই। য়াঙলেন অমসুং নাতোন নাকচীদা হুমাং চনপ্পী কাবগুম তৌবকই। অদুবু লাম্ছোবক্লে।

উখুল লম্বী হেক তাবগী ইম্ফাল্লোমদা হাইবকপগী লম্বী হৌগৎলকপদা দ্রম অহূম খবা লল্লপ খিল্লদুনা মিলিতবি জীপ অমনা দ্রমশিং অদুদা মৈ কাপশীন্দুনা লেপ্পা উবক্লে।

খম্বা কোকচাওবী ফূং কায়। চন্দ্রকান্তদা "ঈতাও কম্মোন একশন" হাযবকই। গাড়ী অমতনি মী যাম্মমদবা যাই খল্লি। লেকথবোই তুথবোই লৈবম্বা চন্দ্রকান্তনা মাগী কাববাইন অদু লেংজুমদগী লৌথখ্রে। খম্বগী য়েৎ থংবা খূদাঙগী নাকন্দা মতোন থিন্দোকখ্রে।

খন্নবা গাড়ী অমুক ববা তপথৈ। ফুট কুম্থামুক্তা ঙাইববকান্দা ষ্টেন গন পায়বা সিফায় অমনা মখূৎ ওয় থাঙ্গৎলকই। গাড়ী লেপ্পবা মখূৎ হায়বকই।

খঙহৌদে চন্দ্রকান্তগী কার্বাইন্দগী মকা তবেৎ- নীপাল পাইথোকখিদুনা সীফায়দু গৃলীনা পূং য়োম য়োমখি।

খন্নবসু মীৎকূপ অদূদা সেকেণ্ড গ্যাবদা লৈখত্নুনা তিংখত্তনা থৌজিনখ্রে।

অহানবগী সীফায়দূ নোংমৈ কাপ্প ফাওবা নংদবা মখৈ লেকথখি। মতাই অনীগী দ্রম মকমদগী সীফাই অনী অমসু ওতোমেতিক বাইফলস কাপ্পা হৌবক্লে। অদুবু চন্দ্রকান্তগী ওতোমেতিক গৃলীনা হাঞ্জিনখি। মমায় মমিত্তা পানখি। মখোয় অনীমক তুথখ্রে।

দ্রম মকমদা লৈবন্বা আর্মী ওফিসবদুদি মবাযবক ফবা হাযগদ্রা ফত্তবা হাযগদ্রা নোংমৈ মকা অমফাওবা কাপ্পা নংহৌদ্রে। মথৱায হিংহৌবে। অহানবগী সীফায়দুনা তুথবকপদা মানা লুপ্লিবা দ্রমদুগী মথক্তা লোংনা তাবকখি। দ্রম অদূনা মথক্তা তুথবকপদগী লৈথোকপা হোৎনবিঙৈদা মোতোব বাইক্লুদি নুংশিৎমুক যাঙনা থৌখ্রে। চন্দ্রকান্তগী কাববাইন অদুনা জীপ অদুদা কপশীল্লপ্লে। দ্রাইভব যাওনা জিপ অদু মৈনা পূমচাক চাকখ্রে, পূংতোই তোইখ্রে।

সেকেণ্ড গ্যাবদা পূংদা কিলোমিতব য়াম্বেগী স্পিদতা লৈখৎলম্নদগী থার্ড গ্যাবদা অমুক তাবক্লে। পূংদা কিলোমিতব মবীফূমুক য়াঙনা থৌখ্রে।

ঈবীল তুবেলগী মথক্তা শাবা থোংদু যৌশিল্লক্লে। চন্দ্রকান্তনা তপ্পপ্পা হায়বকই, "ঈতাও ঐ যাম্না ৱাবে, থোং ময়ায মপা অসিৱায়সি নুংশিৎ যাম্না ঈংগদবা মাল্লি। ঐ ঙাইহাক্ত পোত্থাজগে, অমুক্ত খাম্বিয়ু, য়াগদ্রা ?"

"কবি যাদদগে, ঈতাও। য়ানি পোত্থাবিয়ু।"

গাডী খাল্লে। চন্দ্রকান্তসু কুমথবে।

*অকনবা শাকুপী ইরে*

তাঙ্গা অসিদা মনীঙলোমদগী নুংশিংকা লোয়ননা নোং ৱা ৱা জম জম চুবা হৌবক্লে। মখোয়গী থোং মপাদুদি নোং যৌবক্ত্রি। নোংথাং কৃপ্লক্লপদা মমশীনথ্রবা অহীং অদু অমূক পূমঙান ঙাল্লি। মঙাল অদুদা খম্বনা চন্দ্রকান্তগী তাইববা মায়থোঙ অদু উবা ফংই। মচীনবান্দদি মোমোন মোমোন নোক্লি। খজিক্তং উবা অঙৌবা য়াশিং অদুসু মঙাল অদুদা লংখংলি। মমায়দি হুমাং মবীক মবীক্লা পূমচোং চোংলে।

তুবোই ঙাল্লোই চন্দ্রকান্ত থোংগী পান্থে মনাক্তা চঙশীনথ্রে। মখূংনা পান্থেদা পায়বদূনা ঙাইহাক ঙাথদুনা ফমথবমই।

খম্বনা, "ঈতাও, কুইনা পাম্বুবগুমসি। মফম অমদা পোত্থাকবসি। অদুগা ডাক্তব অমদা থুনা য়েংহনসি," হায়বকই।

চন্দ্রকান্তগী মোমোন নোকপা লেপত্রি। খুন্নকই, " ঈতাও ঐ' সিৱাযসিদা ঐনা থোকপা 'সুম লৈহৌবগে। ঐগা' সুম চেন্নববদি ঈতাও অৱাবদা তাবা তাবে।"

"মদূ যাদে, ঈতাও। লাকও, চৎসি।"

"ঈতাও, ঐবু অমুক পুবিবনু। ঐ 'সিদ 'সুম লৈহৌবগে। ঈতাও গাড়ী স্তার্ট তৌবো, চৎলো।"

"তৌবিনু, ঈতাওবু হুন্দোক্লম্বা ঐ ঙমদে।"

খম্বনা চন্দ্রকান্তবু কোনখৎকদবগী চঙশীল্লকই। চন্দ্রকান্তনা পাখৎপা অমা যাওনা, "চৎথ্রো ! চৎলো 'মী !" হায়না লাউবকই।

খম্বনা তপ্লা তপ্লা চঙশীল্লকই। নোংসু চুবা হৌবক্লে। চন্দ্রকান্তনা চৎলো হাযনা হন্না হন্না লাউবম্বদগী উপাই লৈত্রমালে কপ্পগী খোঞ্জেল অমনা ল্যাউবকই,

"ঈতাও, ঐ চৎলে, বিদাই ..বিদাই. .।"

অসুম্না লাউবম্লগা খাম্বা নংহৌদবমখৈ, চন্দ্রকান্তনা তুবেলগী খোঙনূংদা চোংথখিবমই। নোংজুথাগী ঈমায চোন্না চেনবা অকনবা শাফূগী ঈবৈনি। চন্দ্রকান্ত মাঙখ্রে।

তাঞ্জা অসি নোংশু জম জম কন্না চুশিল্লক্লে। নোংথাং অমসুং অখাক অবাওসু তংপা লৈত্রি। ঙাইহাক্কী নোংথাংগী মৈঙাল অদুদা চন্দ্রকান্তনা তাখিবগী ঈথক শন্দোবকপা অদু তুবেল ঈমায়দা উই।

খম্বদু তুজুংবা, মিপাইবা অমসুং মবূক্লীং নুংশিবনা চময়বে। কবি তৌগদবনো খঙজীল্লক্লে।

ঙাইহাক্তং রাখল লংলা ফঙলুদে। থাপ্না গাড়ী অচৌবগী মৈঙাল অনী উবকই। রাখলদু হৌজিক হৌজিক্কী তাইবঙদা খঙহন হঞ্জিল্লকই।

মোতোব বাইক থুনা স্টার্ট তৌই। এক্সলবেতব লৈজবী থাদূনা লৈখৎলগা থৌবক্লে। তুংগী গাডী অদূ অসুম তাম্না লৈহৌবে।

কেম্পলোমদা অমুক হল্লুদ্রে। ইন্ফাল্লোমদা অদুম থৌবক্লে। ঙসীগী থৌদোক ময়াম অসি মঙলা তাইবঙলা রাখল ইমম মমবগুম তৌবি।

---

তরানীপাল

# কনা লৈত্রবদা ঈমা ঈপা

---

চন্দ্রকান্ত মাঙখিবগী মতূং থা অনীবোম লৈবগনি। সিনাম কোম্ফ্রদনি। মতম খবা লেপ্পা লৈতনা নোং চুকুবদগী লেপখিবা নুমিৎ তবানিবোম ফাবে। নুমিৎ 'সিমদি নুমিৎনা তবং তবং নোংপোক্কী চীংশাঙ পবেংগী মকুমদগী খোঙদোয হুন্দোল্লক্লি।

অয়ূক অঙনবা অদুদা অতিযা অসি শংবাননা ময়েক ঈশেং- শেংলি। পাবপ তৌবা লৈচীল নোংফাই মচেৎ খবদি ঙাঙ্গাননা চাইখাইবি। থাপ্পপ- থাপ্পপ্পা উবা খুঞ্জিন- খুন্দোন্দা শাৎলিবা গুল- মোহব, জাকাবোল পাম্বীশিংগী ঙাঙশঙ ঙাঙবা অমসুং কেছিয়া জাপোনিকাগী শংমুনবা লৈ চবোংশিং অদু য়েংবদা ওস্থোক্লা নীংথীজবি। মীৎযেঙ তামখিবনা লৈ চবোংনগা কূংনা শাৎপনিনা, পাম্বীগী অশংবা মনাশিং অদূদি ঈউ উদ্রে। মবক মবক্তা থিন্দোবকপা মনা অমা অনী উকবগা ময়াম কূঙনা পুনশিল্লবা লৈ নাচোম অচৌবা চবুন মালহল্লি।

মফম কযা কযাদসু নাশিক পাম্বীগী অতুম্বা মতোলশিং অমসুং খোংনাং পাম্বীগী অপূংবা মনাশিংনা তাম্না য়েংবদা পূক্লীং হূনবগী মশক ওইহল্লি।

খম্বখোয়গী কেম্পকী ইংখোলনুংগী অকোয়বদা অমসুং মনূংদা লৈশাৎ তম্লক্লিবা হৈপাল-লৈপাল মব্দ ওইনা পুংদোল পাম্বীগী মপালশিং অদূ হয়ীং-খোই, খোইমুনচিংবনা লৈহী চূপ্পা পাইবগী শোম্থাংনবা মখোলদা ভুব্দঙ ভুব্দঙ ঙংলি।

*অকনবা শাথুগী থুঁরে*

নুমিত্তুগী মহৌশা লাইবেশ্বীনা হবাও তয়াম শান্নজবিবা কূপ্মোদূ য়েংবদা অউবা মী খূদীংমক থম্মোয় মথুম মবাং হৌবোইদবা কনা লৈবগে?

অদুবু খম্বদি মাগী মহৌশাগী হৈনিংবা পূক্লীং খোয়জওবদু ঈয়াও য়াওদনা তবওদা তাউদুনা লৈবি।

লৈশাৎ খবা পাথবক্লবা বোতল ব্রশ পান্বী অমগী উখাদা দবি ফি অথাবা অমগী মথক্তা শাংদ্রোং শাংনা লোংনা হীপ্লি। নোংথক্তা তবওদা য়েংবগুম তৌবি।

কেম্প অদু ঈহাঙ- হাঙলে। থাঙ্গৈশেংবদি মখোয় হিংহৌবা খবদি চীংয়াওগী কেম্প অচৌবা অদুদা অদুম লৈপ্রবনি। অদুবু খম্বদি মথক্ত নোংঙাল্লমদাইদা হেক হেক কূমথবক্লগা মখোয়গী একজিক্যুশন কেম্প অসিদা হেক হেক লাকই। অদুগা অয়ূক অঙনবদা মী কয়া হৌগৎনদ্রিঙৈদা চীংয়াওদা অমুক কাখৎখি। মাগী মথব্রায় শোকপা মতৌ উবদা মাবু কেম্পকী মীশিংনা খিংবিবসু তৌদ্রে। মানা তৌনিংবত তৌহনপ্রে।

নুমিত্তুগী ওপবেশন্দুদা চন্দ্রকান্ত শিপ্রে হাযনা লৌনবে। অশিবা মশাদি ফংদ্রি। মঙ্গি অমসুং বাকেশসু লান্মীগী নোংমৈ গূলীশিংনা হাৎপ্রে।

খম্বগী থম্মোয় অদূ লমজাউখোন্না চাকপগুম মৈশানা ওমচাক্লবে।

চৈবক অসীদা থম্মোয় শোকপা পাওসু তাবক্লি।

ইম্ফাল ভেল্লীদা লৈবিবা মখোয়গী কেম্প খূদীংমক হন্দোক্লন্নগা চীংগী ব্রাংমা লাম্থোক্লগা অচৌবা লান্মী শাগৎনবা শেম শাকবা তাবি। অব্রাং-বর্ম্মাগা মণিপুবগা তাইনবা লমদমদা।

থম্মোযগী ব্রা হায়কবগদি মথক্তগী ওইবা হেন্না থম্মোয় শোকপা ব্রাফম অমসু লৈবি। নুমিৎ মঙানিমুক্কী মমাঙদা তাববা পাউনি। দেবলা মণিপুবগী এসেমব্লিদা ঈয়ুঃ দিঃ ছীঃ গী থবক অমা ফংপ্রে। মী খবনা পাউ পীশীনবদগী দেবলাবু পুলিছনা ফাবা লাকখি। অদুবু মখোয়গী মাম্মখোয়না কোয়চেন চেন্দুনা মণিপুবগী দিপুতি ছীঃ এমঃ সনাখোইনা মাবু কনবিখি। তুংগীসু ওইনা মশা কন্ননবা সনাখোইগী বঙ্গলোদা লৈপ্রে। সনাখোইগা দেবলাখোয়গী মাম্মগা য়াম্না লুনা তিন্নবা মব্দপ্লিসু হায়নবি।

কাণ্ডবু অমনা তোকণ্ডা অমসু কন্না শন্দোকপিবল্লি। সনাথোইবগা দেবলাগা হান্নদগী মবী লৈনবক্লবননি, অদুগীসু মথক্তা দেবলাগী গর্ভদা সনাথোইগী মক্ন হুনখ্রে হায়না।

পাউ অসিনা তমথিবা নোং নুংশিংকী মতৌগুম খম্বগী থম্মোয়গী অচৌবা উপাল কয়াগী মবা য়াওনা ফুক্তংখবে। নোং- নুংশিং মবক্তা মুংলি-মুংলিবা মৈবী মচা অমদি লৈবি।

দেবলাগী গর্ভদা লৈবিবা জিবা মচা অদু মাগী মক্ননি হায়বা মানা কন্না থাজে। দেবলানা মাগা উনসি হায়না উদোইদা পাউ কয়া চেল্লকখিবনি। "উনবগা কবিগুম্বা অকবা ব্রা খবা খন্নগদবা লৈ, ব্রা শেংদোক্লহৌদ্রবদি সমাজগী মমাঙদা লেপফম লৈত্রে," হায়বা অমসু নোংশীল্লকখি। মদু ফাওবদা খম্বনা থৌশাকন্দবদুদা সিনাম কোম্ফূদা মাবু উনবা লাক্লল্লবনি। মদুদসু উনখিদ্রে। অদুবু হৌজিক য়াম্না কন্না উননিংলবসু দেবলাবু কবম্না উনকগনি। নুংশিবগী ফত্রবা তীল অদুনা চীকপদগী চিংনদবসু ঙমদে। নূপা থোক্লা দেবলাবু উনবগা, ব্রা শেংদোক্লগদবা, পূকচেল শেংনবগা নুজা খূজেঙ পালোইননা মীয়াম মমাঙদা লেন্নজগদবা অদুসু খম্বগী পাঙ্গল থোক্লে।

থাঙ্গৈশেংবনি দেবলানা উপায় লৈবক্লদুনা সনাথোইদা মাগী অবোনবা ব্রা পূম্নমক তমথোক্লুনা মখোয় অনীগী ওইনা পূকচেল শেংনা যানবা অমগী মখাদা সমাজগী মমাঙদা সনাথোইগী মকম থূগ্গুনা খম্ববু ঙাইজবনি। নূপী লৈখিদ্রবা সনাথোইগী মবুক মনুংদদি দেবলাবু পামজৈ হায়বসি খঙদবা নত্তে। খম্বনা কৈদৌঙৈ খঙবিবক্লদগে হায়বসিনা দেবলাগী আশানি।

খম্বদি খঙদবনিনা হন্দক মবক অসি নায়তোম হুন্দোকপিবম্বগী মবূক্লীং নুংশিবগী ব্রাখল অমনা হেক হেক ঈবাক্লহল্লি। মাগী থম্মোয়গী খ্বাইদগী নক্লবা মী ওইবম্বা দেবলা লম্লানবগী পাংখক ওইনা উবকপগুম তৌবি। মদুদা মথব্রায় নুংঙাইতবগী চাউববা মৈজাউ অমনা চাকখৎলল্লি।

থম্মোয়গী অনকপা মফম অমা ওইবম্বা চন্দ্রকান্তসু মফম মবাঙ খঙদনা সংসাবদা অমুক হন্না উববোই খনবদা নুংবংনহল্লি।

মখোয়গী লোয়নজবম্বা অৱা- নুংঙাই শব্দক য়ামিন্নবম্বা মঙ্গি বাকেশসু ওদ্বোক্লা থম্মোয় শোকপা মওঙদা লৈখিদ্রে।

মমা লৈবাকপু সেবা তৌজনিংবগী ইথিল অমা কন্না হাইগৎচবকপা অদুসু কল্লবা নুংশি হৈত্রবা নোং নুংশিৎ অমনা খোংবান লুক্লাঙ অমদা হুমদোকখিবগুম তৌবি। মহাক্কীনি হায়না খঞ্জবম্বা খূদীংমক থাপ্লা থাপ্লা লাপথোকখিবগুম পাইথোকখিবগুম তৌবি।

হৌজিক মাগীনি হায়না হবাও তযাম্না মাবূ কোনশিনবিগদবা মীশিংদি মমা অমসুং মপা নত্তনা অতৈ কনা উবক্তবগুম তৌবক্লি। ৱাখল অসিদা মমা অমসুং মপাবু নুংশিবগী ঈফুৎ অমা থম্মোযদা খওহৌদনা চেনশীল্লকপগুম তৌবি। মমা মপাবু মথম্মোয়দা কন্না কোনশিঞ্জে।

ৱাখল অসিগা লোযননা মমীৎ অনী অদূ চেজেৎ চেজেৎ অমুক উইশিল্লি। মীৎলুদগী ফোঙ ফোঙ শাবা পিবাং চেম্থবকই।

নাযতোম তাহৌবগী অৱাবা ৱাখল অমনা পিবোইনববসু মথন্নত নাযতোম লৈবগা নুংঙাইজবগুমসু তৌবি।

ঙাঈহাক অসুম্না তবঙদা তাউবম্বদগী ফুক হৌগৎলকই। পবপ পবপ থোকখি।

নুমিত্তুদি চীংযাঙদা কাখত্রে। অদুগী মহুত্তা সিনাম কোম্ফূগী খুঞ্জিনলোমদা থোকখ্রে। মীনৌ মীতোপ লাকপা য়েংননবা অমসুং মখোয়দা পাউ পীননবা লৈবা পাখণ্ড মচাদুগী ময়ূমদা লাক্লে। মদুদা মাগী মোটোব বাইক্তু লৈহৌবনি।

স্তার্ট তৌবগা থৌদোকখ্রে। উখ্রুল লম্বীবোমদা লাক্লে। ঈবীল তুবেলগী থোং মনাক্তা গাডী খাল্লবে। থোংয়ায় তান্না মখোঙনা তপ্লা তপ্লা লাক্লে, চন্দ্রকান্তনা চোংথখিবা মফম তান্না।

তুবেলগী ঈমায়দি মাম্না হম্থবল্লে। থোংগী পাম্বৈদা ঙাথবগা তুবেল খোঙনূংদা য়েংথকই।

চন্দ্রকান্তগী নোকমি- নোকমিবা মায়থোঙদো উবকপগুম তৌবি।

মানা হায়বম্বা বাদূ নীংশীংলক্লি, "ঈতাও নঙ কপ্লমাল্লে। নূপানবু কল্লা হৌনব্রা?"

মখা তাবকপগুমসু তৌবি, "ঈতাও নঙ নুপীগুম থম্মোয় শোম্বুবক্লমাল্লে। ঈমা লৈবাকপু কনশি হায়না অদুক কন্না ৱাশক লৌমিন্নখিবা অদু নঙ কাউবব্রা? ঐদি মতম চাদনা নঙঙোন্দগী, ঈমাদগী, ঈচীল ঈনাওদগী বিদাই লৌবা তাখিবনি। ঐনা চৎল্লবদা ঐগী থবক অমসুং পান্দম নঙঙোন্দা শিন্নবল্লবনি।"

খম্বনা অশাংবা নুংশাম্বব মপী অমা হোম্বুবর্মই।

ঙসাইমখৈ মাদি উকদে। নোংলিক্লা মবূক থল্লবা অমুবা লৈচীল মপৈ মপৈনা অতিযাদা পাক শন্না শন্দোক্লম্লে। নোং তপ্লা তপ্লা অমুক চুবা হৌবক্লে। নোংলিক মচা মচাশিংদু তুবেলগী খোঙনূংগী ঈশীংদা তিনখ্রে।

খম্বনা খল্লকই, "তুবেলগী খোঙনূংদা ঈশীং লৈতবে। ঈমায চোল্লম্বা হন্থুখবে। ঈচেল তপ্লে। অদুবু ঈঙাগী নোংজু অমুক লাকখিগনি। ঈশীংগী ঈমায় অমুক হেগৎলক্কনি। অমুক লাকখিগনি **অকনবা শাফূগী ইবৈ**"।

মাগী মোতোব বাইক মনাক্তা তপ্লা তপ্লা হল্লক্লে। অমুক ষ্টার্ট তৌদুনা তপ্লা তপ্লা ইস্ফাল্লোমদা থৌবক্লে। মমা মপাবু কন্না উননিংলকই।

# লোইরবা

*"......... অদুবু ঋাখল ফাওবা খনবা নংহৌদে। সাইলেন্সব য়াওবা মখোল ঈথোক থোক্তবা পোইন্ত থ্রী, এইত, কেলিববগী ওতোমেতিক্তগী গুলী অনীথক মাগী য়েং থংবা মীংপান্দা চোংশিনখি।*

*চাক- ঈঙ্খাও তৈবিবা মখুৎ অদুনা মাগী বিভোলভব শত্তোক্রবদি হোৎনখি, অদুবু মাগী পাঙ্গল লৈখিদ্রে। থুনমক লেকথখি। মবেঙজুমগা মকোক্তনা তেবলদা অমসুং পুখম তেংকোত্তা শুজিন্দুনা তুথবকই।*

*ময়াম থবক হুনগৎলৈ।............।"*

*"পান্দম অমগা লোযননা খবা কুপ্পা চণ্ডশীল্লক্লিবা অইবা .....।"*

- লোংজম জয়চন্দ্র

(লাইবিক মশক তাকপা—থাবলগী কুন্দো পবেং- A I R Imphal, "মালেম")

*"অইবদা ঋাবী মবীক চুম্না লীবা হৈবগী তোপ তোপ্পা গুণ অমদি চাউনা লৈবে। য়াম্না কুপশীন্না উবা ওস্না যেংবা হৈবা অমসু যাওবি ... ।"*

- থোকচোম যোগেন্দ্র

(লাইবিক মশক তাকপা—থাবলগী কুন্দো পবেং- A I R Imphal)

*" ..... ডাক্তব ইঞ্জিনিযাবনা ওইবকপা কবি নত্রগা অইবশিংদি মমীং চৎনা ফাওগল্লি, অচম্বা ওইগন্দে।. ... সাহিত্যগী লমদা মমীং খণ্ডবা লৈত্রবা ডাঃ লমাবম কমল, হৌজিক্কীনা ডাঃ যোথচন্দ্র সনসম, অসিনচিংবা।'*

- কেশো সিংহ্ ইবেংবা

(তেংথাবোল কৌবা জে এস কোক্সম, ঈঃ ঈঃনা ইবা লাইবিক্তা ইমাখোলগী ফাউন্দব জেনেবেল সেক্রেটবি অসিনা 'ইমাখোলগী ঋাবোল' পীবগী কলমদা পনখিবা মতেক অমা )

